# লাংওনবনা তাইবং শাইওল্লকপা

# শলাইরেন শিদবা

তরাতরুকশুবা (১৬) শরুক





লাইরেল্লাকপম লাংওনবা নিমাই মীতৈ

অইবা :-

নোংপোক চীংখৈ মশাইকোন্দা খোঙ্গঙ্খৈরকপা
লাইরেল্লাকপম লাংওনবা নিমাই মীতৈ
কংলা সিফাই অৱাং লৈকায়

পুথোকচরিবা:-

ময়াংলম্বম ওংবি বিনোদিনি লৈমা
সেকমাই বজার

তেংবাংজবা :-

১। লাইরেল্লাকপম কামেশ্বর মীতৈ
২। খাঙেনবম ওংবি ইবেতোম্বী লৈমা
৩। পোৎশংবম ইরাবোৎ মীতৈ
৪। নোংমাইথেম ওংবি মেম্মা লৈমা

ফোংবা :-
তরাতরুকশুবা শরুক (১৬শুবা)

কোপী মশিং :- ১০০০ (লিশিং অমা)
মমল :- লুপা ১১০.০০ (চাম্মা তরা)

নম্ফম :- সি টি ওফসেৎ প্রিন্টিং প্রেস,
বাবুপাড়া, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

# য়াওফম

# অইবগী ব্রারোল খরদং লাংওনবা নিমাই ঐনা

লাংওনবনা তাইবং শাইওল্লকপা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা লাইরিক অসিবু ইজখিবগী মরমদি তাইবং ঐখোয়না খংনরিবদি শলাইরেন শিদবা-শিদবি হায়বসে ঐখোয়বু পোকপীরম্বা পলেম-পম্থৌ চীংঙু লাইগা তাইনবা য়াম্না চুম্না চৎপা পম্থৌ পলেমদুনা চাদাবিরম্বা নৌদাবিরম্বা অদুনা ইহান হানবগী শলাই কাংলুপ চাদাবিরম্বা নৌদাবিরম্বা অদুনা শলাইরেন শিদবা-শিদবি চীংঙু লাইগী মপোক ওইনা খন্নে। খন্নরবসু শলাইরেন শিদবা-শিদবি হায়রিবসিগী মরমদদি কনাগুম্বা অমৎতনা লাইগুম্লবা মাংলমচৎতা লৈরম্বা অখং অহৈ অমৎতনা মসিগী মরমদা য়াম্না পাকশন্না পুথোকপদি লৈখিদে। অদুবু হায়রিবা মসিগী মরমদদি য়াম্না পাক চাওখ্রবা লোয়নাইদ্রবা চীংঙু মাগী খোংলোয়নি। শলাইরেন শিদবা শিদবি হায়বসে তাইবং ঐখোয়না খংনবদি মথক্তা পাজখিবা ঐগী শলাইগী শাকোকলেন্দুনা ওইব্রা হায়দনা খন্নবনি। ঐ ইশামকসু খল্লুবনি। অদুবু শলাইরেন শিদবা হায়বসি লাংওনবা মপুগী শিম্থা কোলোয়দদি তাইবং ওইরমদ্রে। মালেম অসি শা হায়রিবা জীব অসিনা মালেম অসিদগী অহানবা মপুনি হায়না মপু মানা তাইবং ওইবা ঐঙোন্দা শিম্থা কাংদুনা তাকপী। মপু মাগী শিম্থাদো তাইবং অসিদা শানা মালেমগী মপু ওইবসি করম্না ওইরম্বগে, তাইবংনা করম্না মালেমসিদা হৌরকপগে হায়বদো ঐনা খরদং ফোংদোকচবনি। মপু মাগী খোংলোয় শিম্থাদি লোয়বা নাইদে ফোংদোকচরিবসি তরাতরুক(১৬) শুবনি। লাংওনবনা তাইবং শাইওল্লকপা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা মপু মাগী খোংলোয় অসিবু

পাবিরিবা ইচিল ইনাওশিংনা অৱাৎপা অহেনবা য়াওরবসু মপু মাগী শিন্থানি খনবিয়ু। শিগী মতুংদসু মপু মাগী শিন্থা অসিবু পুথোকচনবা হোৎনরকপদা মীয়াম পুম্নমক্না পাঙ্গল থৌনা হাপ্পীয়ু।

*ইজরিবা*

নোংপোক চীংখৈ মশাইকোন্দা খোংদারকপা

লাইরেল্লাকপম লাংওনবা নিমাই মীতৈ

কংলা সিফাই অৱাং লৈকায়

# পাখংবা শাইওন লুপনা পুথোকচরিবা ৱারোল

লাংওনবনা তাইবং শাইওল্লকপা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা লাইরিক অসিবু পুথোকচরকপগী ৱারোল খরদং:-

লাংওন পুবা পাখংবা মালেম শেন্বা মপু মাগী মফমদা তাইবং ওইবা মপারি মমোম্না শলাইরেন শিদবা হায়রিবা চীংঙু মাগী কোলোয় মীং অসে মীতৈ ঐখোয়গীদি য়াম্না থাক ৱাংবা চীংঙু লাইগী মপোক ওইনা খন্নে। মসিবু করম তৌবনো চীংঙু লাই ওইব্রা নংত্রগনা তাইবং ওইব্রা হায়বদু মপুনা অমুক্তা তাকপীয়ু হায়দুনা কয়ারক হন্না হায়জখি। মতম য়াম্না কুইরবগী মতুংদা চীংঙু মাগী মপোক ওইবা লাংওন পুবা পাখংবা মালেম শেন্বা মপু ওইনা তাইবংদা খোঙ্গুম্বীরকপা মপুনা মপারি মমোম ওইবা ঐখোযদা শিন্তাকপীবকপা মতমদদি শলাইরেন শিদবা শিদবি হাযরিবা কোলোয অসিদি তাইবংনদি মমিংখক্তা ওইবনা খংবনি। মখোয়গী খোংলোযদি তাইবং কনা অমৎতনা খংবা নৎতে। চীংঙু মাগী লাংওন ওইনা তাইবংদা খোঙ্গুম্মকপা অহানবনি। য়াম্না পাকচাওখ্রবা লোয়বা নাইদ্রবা মপু মাগী খোংলোযনি। শলাইবেন শিদবা হায়বসিদি তাইবং নৎতে। মালেম অসিদা ইহান হানবদা শানা মালেমগী মপু ওইবনি। অনিশুবদা তাইবংনা মালেম অসিগী মপু ওইবনি। হায়রিবা মালেমগী মপু ওইবা লাংওন মপোক অদুদদি শা হায়বদো শিবা নাইদে। মখোয়গী মপোক লোয়দুনা তাইবংনা অমুক মালেম অসিগী মপু ওইরকপদদি হায়রিবা শা অদুগী থৱায় মীরেন্দো অদুনা চীংঙু লাইগী মপোক ওইনা লৈখি। শানা লাই ওইবা লাংওন অদুবু শলাইরেন শিদবা-শিদবি হায়বগী

কোলোয়দো মালেমদা চাক্তাহৌরিবা তাইবংশিং অদুনা অদুমমক ঙসি ফাওবদা শলাইরেন শিদবা-শিদবি হায়না কোলোয় চীঙ্গোইনরিবনি হায়দনা মপারি মমোম ঐখোয়দা তাকপী। তাইবং ঐখোয়না লাম্বা ফংঙরোইদৌবা শলাইরেন শিদবা-শিদবি খোংলোয় অদুবু মীয়ামগী মফমদা ফোংদোকচগে হায়জরুবদা মপু মানা য়াবিরক্লুনা পাখংবা শাইয়োল্লুপ্পা লাংওনবনা তাইবং শাইওনবা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা লাইরিক অসে মীয়ামগী মফমদা ফোংদোকচরি। হায়রিবা মপু মাগী খোংলোয় অসিগী লাক্লিবা তাংকক তরাতরুকশুবা তাংককনি ঐখোয়না মীয়ামগী মফমদা ফোংদোকচরিবসে।

পাখংবা শাইওন লুপ
কংলা সিফাই অৱাং লৈকায়

# শলাই তরাতরেৎনা জীবশিংগা শাগা থেংনবা ঙম্নরোই হায়রকপগী তাংকক

শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু;- শলাইরেনশিং অদুনা শাথেংনগদবা মতম অদুদদি মখোয়গী লাক্লিবা খোংলোয়শিং অদো অসুম অয়াম্বনা য়াইবি মাংলকপদুদা পাইমনুং অদুদা নুংশুক নুংজান্না পুল্লে-পুল্লে ফম্বদো শলাই তবাতরেৎ (১৭) অদো য়াম্না নিংঙমদবা অমগী মরম ফাওরেদো। লাকমিন্নরিবা খোংলোয় খুদিংমক অয়াম্বনা য়াইবি মাংখরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাইবং ঐখোয়না মালেম অসিদা মপু ওইবা অসি ঙমগদবগী শক্তিগী ব্রাংমদা লৈবা মাল্লেদা। ঐখোয়বু অসুম লৈশানুংদা লৈরগা অদুম পুন্সি অসি মাংখিবনা ফরবরনে মপু, চাওরবা শক্তি লৈববা ময়াম অদুদগী অমখক নানথোরকপা অদুদা ঐখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক য়াইবি মাংলেদো ঐখোয় শলাই তরাতরেৎ লোয়না য়াইবি মাংলেদো। মোংবা ইবাংয়াই লমলেন অদুদা চাক্তহৌরিবা মখোয়না পল্থৌ হল্লকখিনি ঙাইরমখিনিদো পলেম হল্লকখিনি ঙাইরমগনিনো। ইচা ক-যাদুনা শমু ঈরেন উপান মখোঙদা লৈরাং মখোঙদা, উরি মখোঙদা হা' লবা মফমগী লৈপুংদা ফমদুনা কোরৌ-করম্বা করম্বা নুমিৎতা কুমজা কয়াদা পল্থৌ ওইবা অমদি পলেম ওইবশিং অদুবু লাক্কদবনো হায়বদো ঙাইরমগনি। শোমদনা মালেমগী লৈপানপুংগী অকোইবদা য়াইবি লুবেন মাংবনা কয়া, মালেমগী মফম খুদিংমক্তা য়াইবি মীরেন মাংহৌবনা কয়া, হৌজিক্তি লৈহৌরিবসিগী মীকপ মীরাওখোন অসিনা লেপ্পা ঙমদরেনে মপু। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু

লানকোক লানশিং ওইরিবা ঐখোয় করম্নবু খাংসি হায়বনো মপু উপায় লৈতরেদো। হৌজিক্তি মপু ননাই ঐনা শিন্থা কোলোয় তমজরিবসিনা মীৎলুদগী শিন্থরক্লিবা পীরাংসি নৎতে। করম্নবু শিন্থা কোলোয় তমগদবনোনে হে মপু শাইওনবা য়েংবিয়ু- মালেমগী লৈপানপুং অসিদসু ঈঙাং পাক্তক্লরিবা ঈমু পামফেন্নরিবা মালেম অসে ঈমুগী ইঙাংগী লৈপানপুং হায়বা মফম অদো ওইখরে। ঙাইখো-ঙাইখো তাইবং ওইবা নখোয়না অদুক নুংশুক নুংজানরিবদি করিগীনো? খনগনু চীংঙু লানশিংনবদা শমু মাইয়োকনবা হায়বা অদুদি খরা য়াইবি মাংগদবনি, খর অব্রা হুইদোই লাংগদবনি, কাইনবা খরা লাক্কদবনি। অদুগা য়েংঙু নখোয়না লুরেন ককখিবা য়াইবি লৌখিবা মদুগী শারম অমদি তিল্লম, লৈরিবা জীব পুম্নমক্কীসু মচা অমদি মশু মমা অমদি মপা লোয়না লৈরিবনি। মখোয়গীসু কপ্পমগদৌরিবনি ঙাইরমগদৌবিবনি হন্দি হল্লক্লরোইদবনি। অনিমক্কী মাইয়োক্লরিবসিগী লানজদ্রবা ঙাক্তনি। য়াইবি থব্রায় থারিবসে। উম অদুগা লাল্লিবদি কনানো মপু? উম, শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐদি করিগুম্বা অমৎতা লানদে। নখোয় তাইবং খুদিংমকসু লোয়নমক অব্রাবদগী ঐনা কনবিবনি। মান্নি। হৌজিকসু নখোয়গী মালেম অসিদা নখোয়না মপু ওইন্নবনি ঐনা হোৎনবিরিবসে ঐননি লমজিং মৈরা ওইরিবসে। অদুগা লাল্লিবদি কনানো মালেম অসিবু লাংওন মপোক ওইরিবা মহাক অদুননি মহাক অদুনসু লানবা নৎতে। অদুদি কনানা লাল্লিবা? অরানবা হায়বদুদি লৈতে লানশিংনবদুবু অরানবা হায়বনি। অঙম্বা অদুনা মালেমগী মপু ওইয়ু হায়বনি ঙমদবদুনা মালেমগী মপু ওইজখিদবনি। শঙাংলেনবনা হৌজিকসু ঐখোয়না মায়োক্লরিবা য়াইবি মীরেন চাইরিবসিদা। ঐখোয়না ঙল্লবদি ঐখোয়না মালেমগী মপু ওইগদৌরিবনি মখোয়না ঙল্লগনা শানা অমুক মপু হন্না ওইগদৌরিবনি। অদুগা য়াইবি মাংবা ইচা কাইনবা, ইশু কাইনবা, নুপী কাইনবা, নুপা কাইনবা, শমান্নবা কাইনবা হায়বদি শমু মাইয়োক্লদ্রবসু লানশিংন্দ্রবসু অদুম কাইনগদবা লৈরবনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব তাইবং খুদিংমক

লোয়না অমুক মালেমদা খোঙ্গুম্বা অমদি মহাক্রা লাক্লিবা মফম অদুদা অমুক হনগদৌরিবনি। তাইবংগী ব্রাহস্থোক্তনা পোক্লবদি অমুক শিগদৌবনি শোইদনমক্কী লানশিং শুংচৎ চৎত্রবা শা, মোংবা মরানয়াইদা অদুম লৈবা মতমদসু কোরৌ নোংমদি শোইদনমক্কী পুন্সি খোংলোয় লোয়দুনা শিগদবা ইচা ইশুদো কাইনগদবা লৈরবনি চপ মান্নদরা? অদুদি মালেমদা চাক্তাবা ঙমদ্রবা তাইবং ঐখোয়না অমুক ব্রানা লৈবসিদা য়াইবি থব্রায় থাখ্রবসু মালেম অসিগী মপু ওইন্নবা হোৎনগদবনি। উম অদুগা হৌজিক্তি নখোয়না করিগীনো নখোয়গী শমান্নবা খরা কাইনবা অদুগা তালোই খরা কাইনবা, ইচা খরা খাইনবা, ইশু খরা কাইনবদা লানশিংনবা শমু মায়োক্লবদি হৌবা ফাওবা হৌদরি অদুগা করিগীদমক্তা অদুক থম্মোয় শোল্লবদি করম্না শমু মাই পাক্কনি। মদুগী অব্রাবা অমদি খোংলোয অদো অমুক শিন্থা ঐঙোন্দা কাংলগনুকো। তাইবং ওইবা নখোয় মালেম অসিদা অমা ফাওবা লৈতনা তুম্না শিখ্রবসু শিবগনি হায়বগী শরি চিংককনগদ্রবদি হনতকমুক্তি লানলোই খোংগুম্বা য়াদরে। উম অদু ওইরবদি হে শাইওন মীবেন লাংওনবা মপু, অমুক ঐখোয়না নিংশিংঙকঅরোই। মসিগী কাইনবা অব্রাবসিদি নিংশিংহনবিরনুনে মপু। মদুসু য়দে। অদুবু নিংশিংদ্রবদি তাইবংদি করম্না হিংগনি করম্না তাইবং খোংলোয় ওইগনি। তাইবং অমা হায়বসি অব্রাবগী শরুক, নুংঙাইবগী শরুক, কপ্পগী শরুক নোকপগী শরুক অদুগা কাইনবগী শরুক থুংনবগী শরুক অমদি অপুনবা অমদি তোঙানবা অশাওবা, শাওদবা, খৎনবা-চৈনবা অঙম্বা-ঙমদবা মালেমগী মপু ওইবা-ওইদবা তান্নরিবসি মসিননি মালেম অসিগী মপু ওইবা ঐনা পীরিবা। তাইবংগী খোংচৎ নৎত্রবদি করম্না তাইবং খোংচৎ ওইগদগে? য়েংঙু নখোয়না কাইনবসি য়াম্নমক পামদ্রবদি নখোয় করিগুম্বা অমৎতা মালেমদা চীন্দমনিংঙাই লৈতে। করম্না চীন্দমগবনো হায়বাঅদুদি নখোয় খংলবরা? নখোয়না উহৈ কয়া হেকলিবদুসু উহৈদুসু মাগী চাদাবা নৌদাবা ময়াম অমা লৈরমগনি অদুসু কাইনরিবনি। নখোয়না জীব তিল ফারগা চাবদুসু তিল অদুগী মমা অমদি

মপা-মচা কাইনরিবনি। মমা অদুনা কপ্তুনা লৈহৌগদৌরিবনি মমা ফাদুনা চারগা মচা অদুনা কপ্তুনা লৈহৌগদৌরিবনি। অদুগা উচেকসু মচা ফারগনা মমা কপকদৌরিবনি মপা ফারগনা নুপী কপকদৌরিবনি। অদুম্না মালেমদা লৈরিবা লিল অদুসু মপা ফারগনা লিল মচানা কপকনি। লিল মচা ফারগনা লিল মমা মপানা কপকদৌরিবনি। জীব খুদিংমকপু জীব মপা ফারগা মমাগী মচা মশুনা কপকদৌরিবনি। মাগী মপা অমদি মমা ফারবদি মচানা কপকদৌরিবনি অদুমক নখোয়না য়াইবি চাথোকলিবদুদি কাইনবা অমদি অৱাবগী শিবগীদমক্তদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐঙোন্দা অমুক য়াৱা কোলোয় চীঙ্গাইরকপা য়ারোই, খোংফম অমসু হোংবা য়ারোই। মালেমদা লৈরিবা জীব খুদিংমক অসিগা নখোয়গী তাইবং অমখক লেপ্লবসু মদুনা য়াইবি লুরেন চাইনগদৌরিবনি। মখোয় ময়াম অসিগা শৈয়েং থেক্লদুনা শমু মাইয়োক্লদুনা শুপ্লতগী অমখক হিংহৌরবসু য়াইবি চাইনগদৌরিবনি। মালেম অসিগী মপু ওইন্নবা হোৎনগদবনি। তাও শলাই তরাতরেৎমক খোংফম অমা হোংবা য়ারোই ৱাখল পাইম হনবা য়ারোই। লাক্লিবা খোংলোয় অসিনা অমুক তুম্না শিরবসু লৈহৌরিবা খোংলোয় অদুদগী অমুক হন্না শেম্লগা শমু মায়োক্লগদবনি। মালেম অসিগী মপু ওইন্নবা হোৎনগবনি ও অদুদি ফরে মালেম অসিগী মপু ওইদবা য়াদবা তাইবং ঐখোয় তুম্না শিখ্রবসু মালেম অসিগী জীবশিং অসিগা য়াইবি চাইনরগেদো হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুনা শাখি ঈরেন তমদুনা শরি চীনককচরবনিদো। উম অদুনি শলাইরেন শিদবগী খোংলোয় শরি চীনকক্লবা মতমনি অদুম্না শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐঙোন্দা শিন্থা অদো তাক্লবদি উহল্লবদি ঐসু পেল্লেদনা। উম। হৌজিক মালেমগী লৈপানপুং অসিদা লোয়না লাক্লবা নৎতরা? লাক্লবনি। হৌজিক্তি শমু মাইথিরক্লবনিনা নখোযগী খোংলোয় শোইদনা শোইরমগনি হন্না অমুক্কা লানকোক ওইরিবা নখোয়গা খোংলোয় ওইবগা লানদম ঈরেন তমদুনা শিন্থা কাংলো। হায়দুনা মাগী-মাগী লাললোই খোংলোযশিং অদুগা হন্না অমুক্কা শিন্থা কাংলেদো। শাইওনবা মপু মালেম

লৈপানপুং অদুদা শিন্থা কোলোয কাংবা অদুবু শাবম পুবগা লোযননা শাইওনবগা মীৎলাং শাংখৈদুনা লৈবেদো। ঙাইহাক ৱাখল ল্লবা মতুংদা,- উম মালেম তাইবং অসিদি অঙকপা অমদি ওইবেদো। শলাইবেন শিদবগী খোংলোযসিদা তাইবংনা অমুক পানগদবগী খোংলোযসিদি যাম্না ৱাগদৌবা তাইবং পুম্নমকসি পুকচেন তিন্নদবা, খোইজেল তিন্নদবা, খোংলোয তিন্নদবগী মতম অমা ওইবক্লেদো। অমুক্তং মসিগী মবম অসি যাম্না শেংনা অমুক্তং শিন্থা অসি যেংলবদি শমু মাই পাক্কদবা মাল্লক্তবেদা। উম শইওনবনা পাইমনুংদা খল্লকলে শলাই তবাতবেৎ (১৭) অসি পুকচেল তিন্নবা শলাইনা কযানো, তিন্নদবা শলাইনা কযানো হাযবগী মবম অমখক খংলগে হাযদুনা শাইযোন মীবেন লাংওনবগী পাইমনুংদা খল্লকলেদো। উম মসিদি শবম পুবা মপুসু যাৱা অমা খংহনবা যাবোই যাৱা হেক খংখিবদা লোযনমক মাংগদৌবগী মবম ওইবেদো। শাবম পুবসিনা কবম্না অমুক লৈথোকহনগদবা। হে তাইবং নখোয অসে ওন্থোক্রসু পংখবেদা অদুক যাম্না ৱানা হিংলবা পুন্সি অদুগী মবক অদুদা নখোযগীদমক্তা মতেং পাংবিবিবা শাইওন মীবেন লাংওনবা ঐনা খাঙ্গুম্মকপসিদা নখোয অসে মালেম অসিগী মপু ওইন্নবা হেং- হৈথেদি হাযদবগা নশা-নশাদগী ওইনা খল্লিঙৈগী ৱাংলেন অদুদা ঙাসদ মপু ঐনা পীবিবা শিন্থা অদো মাইথিবা ওইবেদো ওন্থোক্না পংথ্রেদকো। হে তাইবং নখোয অসে মপংলগনা অদক্কীমাতক শোল্লবা অদুগা পংবসু অদুক্কী মতিক পংঙবা; শানা অসুক্কী মতিক মপাঙ্গল কল্লবা, অমুকসু পুকচেল তিন্নবা অমদি খোইজেল তিন্নবা খোংলোয পুনবা; অদুদা নৎতনা জীব মযাম নখোযগী খোংলোয অদুদা ৱাখল মান্নবা খোংকম অমাফাও হোংখিদে শম্বসে জীব খুদিংমক লোযনমক চপ মান্নখিদো।

তাইবং নখোয অসিসু যাম্না ফৎতবা তাইবং ওইবে। তাইবং নখোযগী শলাই অমসু চাক্তাবা ঙমদ্রবা মালেম অসিদা লেপচবা ঙমদ্রবা নখোযবু অদুক যাম্না শানা কনবিবক্লবদুদগী মপুং ফাবক্লবা শল ওইবেদো। অদুগী মথ অদুদা মালেম অসিগী মপু ওইননব

হোৎনজরো হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা লমজিং লমতাকপীরগে হায়দনা খোঙ্গুমলক্লিবা ঐনা পীরিবা শিন্থাদু ফাওবদা তুংওইনরকপা অমগা-অমগা খোংলোয় মান্নরক্তুবা অমগা অমগা শিন্থা কোলোয় অদো পুবা মান্নরক্তবদুনা ঙসিদি মাইথিবা ওইদুনা নখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক লোয়না মাইথিবদগী য়াইবি মাংখরেদো। করি কান্নরে অদুদি? য়েংঙু নখোয়গী খোংলোয়দো পুকচেন তিন্নরম্মবদি নখোয় য়াইবি মাংগদবা নৎতে শং মাই পাল্ল গদবনি। ঐনা লোয়নরিবা শারম পুবা মপু, শাঙৌরেনবগী শাবোই খুদিংমক লানলোই খুদিংমক, জীবা খুদিংমক য়াওরি। নহাক্লা হেক হায়খিবা মতমদা য়াৱা অমা ফাওবদা হেনবা য়াওদে ৱাৎপা য়াওদে। তাইবং নখোয়গীদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা পীবিবা শিন্থা অদুবু অমাখক্তসু মাই পাক্লকউ লোয়নমক মাইথিরগা লাকপা; ঐনামক্লা নখোয়বু কনবিবমদ্রবদি নখোয় লোযনমক য়াইবি মাংখ্রগনি অমা ফাওবদা মালেম লৈপানপুংদা হল্লক্লরোই। অদু ফাওবদা নখোযদা য়াইবি লৌববা য়াইবি তেমশিংনববা; জীব শা ময়াম অদো য়াইবি লৌগে হায়বদি খন্দ্রগা নংগী শলাই অদুদা লৈহৌরিবা পারি-ইমোম, মমা মচা কাইনরে হারক্লিবদুদি ওন্নরে ৱাখলদো করম তৌগনি হায়দনা নমিৎতগী নপী তাদনা অৱা হুইদোই লাংদুনা লৈরে। নখোয়না য়াইবি লৌখিবা জীব শারম পুম্নমক অদুদি পাক্তকননা শমু মাইথিবা পীগে হায়বদি খনদরে ওন্না তৈনবদা খন্দুনা লৈরে করিগীনো অদুক পাংদ্রিবা? তাইবং নখোয়বু শাইওনবা ঐদি শাগী মমাংদা মাইসে পুথোকপা ঙমদরে। খল্লু অমুক্তং করম্না শমু মাই পাক্কনি; নচা নুংশিবা, নপুরোইবা নুংশিবা, নুপী নুংশিবা অদুগা শকমান্নবা নুংশিবা পুম্নমক্তো খন্দুনা লৈরবদি অদুমক মালেম অসিদগী শাগী খৈয়াৎতা তাদুনা য়াইবি মাংখ্রনিদো। ওন্থোকপনিদা হে তাইবং জীবা নখোয় অসে ওন্থোক্লা পংখরেদকো ঙৈহাক নুংঙাইবা মতমদা শাংনা ৱারক্লবগী পুন্সি অদো হেক্তা কাওথোকখিবা ওইরবা নখোয়দা তাথি তাওইনা থিনা তৌখ্রবা অদুবু ঙৈহাক্তং নুংঙাইবগী খোংলোয় লাকপা মতমদা পুম্নমক কাওথোকপা ঙম্বা তাইবং ওইরেদো।

চৎমিন্নরিবদুসু ঐনা অমনি মানা অমনি হায়বগী অমনা অমগী পুকচেন তিন্নদবা য়ান্নদবদগী ঙসিদি মাইথিবা ওইরবনি। অদু ওইরবনিনা হৌ সিক্তি শাকোকলেন অমদি লানকোকলেন খল্লবা নখোয় অসে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগা শরি চীক্লদবা যাদরে। নখোয়গী পুকচেন অদো কনানা অশেংবনো কনানা অমাংবনো হায়বদো ঐ অমুক্তং মুন্না য়েংবা তারে নৎত্রবদি শঙাংলেনবদু মাইথিবা পীবা ঙম্লরোই। উম ঐনা পাইমনুংদা খল্লকলেদো। তাংকক অমা তাই ংনা মাইথিবদো শাইওনবগা ব্রারি শান্নবা মতাং অসিদা লেপ্লি।

# তাংকক অমা হৌরে শাইওনবনা লাংওনবদা য়াৱা পাওহংবগী

শাইওনবনা লাংওনবগী য়াৱা কোলোয় অসে কাংঙগে হায়দুনা-হে লাংওনবা মপু অমুক্তং তাকপীয়ু। উম য়েংঙু মালেম অসিদা লৈবিবা তাইবংশিং অসে মখোয়গী অৱাবা খুদিংমক ঐনা কল্লক্লবনি শা কযানা মখোয়বু য়াইবি লৌগদবগী কোইতান তান্নদনা য়াইবিসু অদুমক লৌদুনা মাগী-মাগী শলাই অদুদা চাক্তাবা ঙমদদুনা লৈশা কয়াগী মনুংদা অদুগা উপান কয়াগী মকুমদা নুঙ কয়াগী মরুমদা কোইরোৎ লোৎতুনা মালেম অসিদা লৈরম্মবা অদুবু মখোয় শলাই অমগা অমগা কোলোয় পাওশানল ৱাবি পৌশন্নবা ঙমদদনা লাইজা ঈরোলনুংদা লুপ্তুনা চৎলবা অদুক্কী মতিক ৱারবা তাইবং মমা মচা কয়া কাইনখ্রবা অৱা হুইদোই কয়া লানখ্রবা মাগী শলাই অদুবু তুম্মনবা শা কয়া, তিল কয়া লিল কয়া, উচেক কয়ানা য়াইবি লৌখিবদা কাইনখিবা মমা-মচা অমদি মপা-মচা নুংশিরবা শকমান্নবা কয়া অমা কাইনখিবদুদি কাইনৈ হায়বা খন্দবরা? মালেম অসিগী মপু ওইন্নবগী শা ময়াম অসিগা শমু মাইয়োক্লবদা য়াইবি লুরেন চাইনরকপদা কাইনখিবদুনা কাইনবা ওইনা লৌরে। মসিদি কবম্না মালেম অসিদি শিন্থা কোলোয় কাংগদগেনে লাংওনবা মপু, শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী পাইমনুং অসে নেমথৌ হায়বা য়াদরে তাইবংসে পুকচেল য়াম্না মান্নদরে; পুকচেল য়াম্না তিন্নদবে অমগা-অমগা য়ান্নদবা. অমগা-অমগা য়াইবি লুরেন লৌননিংবা ফাওবদা য়ৌবক্লবা মাল্লেনে। লাংওনবা মপু অমুক্তং কোলোয় অসে শিন্থা পাদ্রবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা, তাইবং অসিগী

লমজিংগে হায়বা পাইবনুং অসিদা খল্লক্তরেনে। লাংওনবা মপু ননাইদি মপুগী শাইওন মপোকনিদো ননাই করিসু খংবা নৎতে অদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা অমুক্তং মদুগী শিন্থা অদো তাকপীয়ুদো হে মপু। শইয়োন মীরেন লাংওনবা তাও করিগীনো নংনা অদুক পাইমনুংদা ৱাখল শোন্থরিবা করিগীনো শোন্থগনু তাইবং হায়বসে ফৎতবা অমগা অফবা অমগা পুল্লি অদুগী মরম হায়গে অমম্বা অমগা অঙানবা অমগা পুনশিল্লগা অনিদুবু তাইশন্নরগা শেম্বা তাইবংগী শমু হকচাং অদুনা তাইবং হায়বসি ওইরিবনি হায়বা শাইওনবা মপু। ঐগীনি মাগীনি হায়বা পুকচেল অমনা মাংদা থাদুনা চৎকনি। তাইবং খুদিংমক শা কয়া জীব কয়া তাইবংগা চাংদম্নবা য়ারোই। ৱাংলেন খুদিংমক্তা মাইথিবা পীগদবনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক্লা অদুম্মক হন্না মাই পাক্কদবনি। করিগীনো হায়বদা তাইবং হায়বসে ঐনা অকনবা ওইনিংবা, ঐনা অথৌবা ওইনিংবা, ঐনা মালেম অসিগী মপু ওইনিংবা, হায়বসি তাইবং অসিনা খ্বাইদগী মশিং হেনগনি। য়েংঙো শঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা মালেমদা মপু ওইরিবসিদা শা অমুববু শা অঙৌবনা য়াইবি লৌরগা শা অঙৌবনা মপু ওই। অমুকসু শা অঙৌববু য়াইবি লৌরগা অঙাংবনা মপু ওই হায়বদুগী পুকচেল অদুনা য়াম্না ফত্তবা পুকচেলনি। তাও তাইবংদি হয়েং মালেম অসিদা তাইবংনা পানজরবা মতমদদি মহাক্কী শলাই অদুমক্লা অমুক্তা য়াইবি লৌরগা শলাইদুনা পানগদৌরিবনি। অদুদা নৎতনা মহাক্লা হেক পোকচরিবা মচা অদুনা মপা অদুবু লুরেন কক্লগা মচা অদুনা মালেমগী মপু ওইনা মপাগী ফম্বালদো লৌননবা হোৎনরক্কদৌরিবনি। অদুদা নৎতনা মাগী লোইননবিদুনা ফাওবদা মপুরোইবগী লুরেন য়াইবি চাইরগা মালেমগী মপু ওইন্নবা হোৎনরক্কদৌরিবনি। অদুনা তাইবং হায়বসি নুংশিবা অমদি ফৎতবা অফবা পাকশনবা ৱাখল হায়বসে করিগুম্বা মতমদা লৈররোইদবনি। য়াম্না অখুবা অমদি থম্মোয় পীকপগী ৱাখলদো লাক্কদৌবিবনি। য়েংঙু মাগী-মাগী শলাই অদুদা শা পুম্নমক্লা ওৎ-নৈদুনা অঙকপগী মশক্তা ওৎনৈ। অৱাবশিং অদো কাইনবশিং অদুনা

কাইনবা ওইনা খন্দবা মখোয়গী শমু মাই পাক্লনবা মালেম অসিগী মপু ওইন্নবগী লানশিংনরকপা হোৎনরকপা মতমদা শিখিবা অদুনা কাইনবা ওইনা খন্দুনা নঙোন্দা তোঙান্না য়াম্না ফৎত্রবা ওইনা খল্লবনি। তাইবং মখোয়না হৌজিক শাইওন মীরেন লাংওনবা নঙোন্দা নংনা লানশিং হুইরেন তমদুনা পুম্নমকসি অৱা মৈশা লাংহল্লি শোইদনা হায়রক্লনি। শাইওনবা মপু তাইবংগী খোংলোয় অসে য়াম্না লুবনি। উম। লাংওনবা মপু, ঐ হৌজিক করি তৌজৌ হায়বনো তশেংবমক্তি ঐ তাইবংগী খোংলোয় অসে ঐ পামদ্রে। ঙাইখো শাইওন মীরেন লাংওনবা করিনো নংনা ঙাংলিদুবো নংনা পামদ্রে হায়বগী মরম করিগীনো? ঐ তাইবং মী অসে পুকচেল অসে য়াম্না পীকপনা পুকচেল খোইজেল তিন্নদবনা ঐ পামদ্রে। ঐনা ফজনা য়াম্না চুম্না শলাই অমা অনি শিন্থা পীদুনা থাবা মতমদা লোয়নমক মাইথিরেদো অমফাওবা মাই পাকপা ঙমদ্রেনে মপু। অদুনা হৌজিক মখোয়গী খোংলোয় নয়াম অমা য়াইবি মাংখরে। হৌজিক্তি মখোয় শা খুদিংমক্কা শমু মাইয়াক্লবা পামদ্রে। মোংবা মশাইকোন পুম্নমক্তা হনবা পাম্মেনে। ওঃ অদু ওইরবদি লাংওনবা ঐ লৈখিগে নং অমুক্তং মখোয়গা ৱারি পৌশান্নরোকো। শান্নগে হে মপু তাবিয়ুদো। উম শারম পুবা মপুদি তাহনগনু শাইওনবা। উম লাংওনবা মপু ননাই শিন্থা কাংজরক্কে। কাংঙো-কাংঙো শারম পুবা মপু নহাক্কী শারম খুদিংমকসু পুকচেল তিন্নদবা মাল্লি। শাগা তিনগা পুকচেল মান্নদবা, লিলগা তিনগা পুকচেল মান্নদবা লিলগা উচেক্কা পুকচেল মান্নদবা অদুগা জীবগা ঙাগা পুকচেল মান্নদবগী মরম অমা লাকপদুনা হৌজিক নহাক্কী শারম খুদিংমকসু তুম্না য়াইবি মাংলেদো। চুম্মী শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐগী শারম খুদিংমক শমু মাইথিরেদো। অদুগা ঐগী তাইবংসিসু তাইবং শলাই অমগা, তাইবং শলাই অমগা পুকচেল তিন্নবক্তবা অসিনা লোয়না মাইথিরেদো। য়াম্না চুমলে শাইওনবা মপু মালেমগী মপু ওইগদবগী মরম অসে মসিসু অঙকপগী মশক ওইবা করম তৌরগা শাবু মাইথিবা পীবগা মালেমগী মপু ওইবা হায়বসিদি অঙকপগী মশক

ওইরেদা। উম, শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মালেমগী মপু ওইনা নিংলিবা শলাই খুদিংমক্কী ইনৌরেপ্পী তরাতরেৎনা নিংলিবদু পুকচেল মান্নরক্রুবজাৎলা শোমদা লোয়না মাইথিরক্লিবসে। মদুসু খনবা য়াবগী মরমনি অদুবু ৱাংলেন খরগী মতুংদা ৱারি পৌশান্নরসি। নংসু নংগী শারম খুদিংমক অদো লোয়না অমুক্তং পুকমেল পুওমেন্নৌ। কনানা পুকচেল তিন্নদবনো কনানা ৱাৎপনো হায়বদুগী মরম অদো অমুক্তং নংসু কোলোয় পাওশান্নদুনা য়েংঙু। ফরে-ফরে শারমপুবা মপু ঐসু শা খুদিংমক লোয়নমক কনানা করি তৌবনো হায়বদো য়েংলুখিগেকো। য়েংলকও শারমপুবা মপু মাগী শা খুদিংমক্তা পুকচেল তিন্নদবা খোইজেল তিন্নবদুদগী কনানাবু কোইজেন তিন্নদবনো কনানা খোংলোয় তিন্নদবনো য়েংঙুগে হায়দুনা শারম পুবা মপু হান্নগী য়াম্না শেংনা চম্না খললম্মবা শমু মাইথিরকপা য়াইবি মাংলকপদুদগীদি য়াম্না নুংঙাইতনা শারম পুবা মপু শমু মাইবু লুক্তুনা লাকলেদো। লাংওনবা মপু শারম পুবা মপু চৎখরে। উম অদুদি নহাক নংগী কোলোয় অদুনা শিন্থা কাংলো শারম পুবা মপুনা শিন্থা কাংলিবদো নং চৎলো নংগী মীরেন অদুনা মাগী মনাক অদুদা লৈরগা শা পুম্নমক, লিল, জীব পুম্নমক অদো কনামক্না শমুমাই, থিবনো হায়বদুমক নং তাগদৌবনি। ননাই শিন্থা অদো কাংজগেদো। শরম পুবা মপুনা- তাও মালেম লৈপানপুংগী অকোইবা মনাক্তা লৈরিবা শা খুদিংমক অমদি লিন খুদিংমক, তিল খুদিংমক, উচেক খুদিংমক, ঙা খুদিংমক, জীব খুদিংমক নংগী-নংগী তিন্না তিনপুবা, লিনপুবা, উচেকনা-উচেক পুবা, ঙানা ঙাপুবা, জীবনা জীবপুবশিং অদো লোয়না লাও। মখন শুনা লাক্কদৌবনি। তিল্লমসু মখন শুরে, তিলকোক খুদিংমক লাক্লে; ঙারমসু ঙাকোক শুরে; ঙারম খুদিংমক লাক্লে; জীবগী জীব মরম শুরে; জীব কোকলেন খুদিংমক লাক্লে; লিলসু লিলকোক খুদিংমক লাক্লে; উচেকসু উচেক কোকলেন খুদিংমক লাক্লে; শাসু শাকোকলেন খুদিংমক লোয়না লাক্লে তাকপীয়ুদো শারম পুবা মপু। শামুরেনবা তাও শাকোকলেন শাঙৌরেনবা ঐনা মালেম অসিগী লৈপানপুং মালেম লৈকোইপুংগী

অকোইবসিগী মপান্দা তাইবংগা তাইনবা খুদিংমক্তা শাঙৌ শাকোকলেনবা ঐনা লমজিং লামতাক্নুনা লাল্লি হায়বসে নখোয় খংলবা নৎত্রা। উম খংজরে অদুগা কোরৌ ব্রাংলেনসিদদি শা ঐখোয়না তাইবং শলাই খুদিংমক লোয়নমক লমলেন ঈরি ঈপাকসু থিংদুনা য়াইবি লৌরকপা অদুগা ঈশিং অসিনা থেল্লিঙৈগী মতম অদুদদি লাল্ল-লাল্লগা চৎলগা তাইবং খুদিংমক লোয়না ঐখোয়না ফাদুনা শিজিন্নে তাইবং খুদিংমক ঐখোয়না য়াইবি লৌরি। উম য়াইবি লৌরবনিনা ঐখোয়না শামুমাই পাক্নুনা তাইবংনা তাক্তারিবা মফম খুদিংমক শলাই খুদিংমক অয়াম্বা ঐখোয়না শমুমাই পাকঅম্মীদো। হৌজিক্লা তাইবং খুদিংমক লোইনমক্লা শমুমাই পাক্নুনা মপুং ফারেদো। মপুং ফানা লৈরবা ব্রাংলেন অসিগী লাংওন অসি য়ৌরকপদদি তাইবং খুদিংমকসিনা অমুক শা ওইবা উচেক ওইবা, লিল ওইবা, তিল ওইবা ঐখোয় পুম্নমক্লা মালেম অসিগী মপু ওইদনা লাকপসে তাইবং মখোয়না অমুক মপু ওইগনি হায়দনা তিল, শা-উচেক জীব খুদিংমক য়াইবি লৌবা অমুক হৌরেদো। মাংলামচৎতদি শা অমা ফাওবদা য়াইবি মাংলমদে; তিল অমাফাওবা য়াইবি মা'লমদে; উচেক অমাফাওবা য়াইবি মাংলমদে; লিল অমফাওবা য়াইবি মাংলমদেদো; জীব অমাফাওবদা য়াইবি মাংলমদেদো। হৌজিক্তি মশিং খংদনা য়াইবি মাংলক্লবা মতম ওইরেদো। উম মসিবু করিনো শারমপুবা মপু অমুক্তং তাকপীয়ুদো। উম অদু তাককে হায়দুনা নখোয়দা ঐনা নখোয়বু কৌরিবনি। ব্রাংলেন খরগী কুমওন খরগী মমাংদা তাইবংগী মরক্তগী অকনবা তোইপুংবা কোলোয় মীংথোন্নি। হৌজিক্লা শাইওন মীরেন লাংওনবা মীংথোল্লেদনা। উম নহাক্লা তাইবং খুদিংমক্কী মীচং ওইদুনা তাইবং খুদিংমকপু জীব অমৎতনা লানশনবা ঙমদনবগী অকোই অকোইবদা লাইজা ঈপান্না কোইশন্দুনা থমখরেকো। উম অদুগা হৌজিক নহাক্লা লৈপানপুং অসিদা লাক্লগা তাইবং খুদিংমক শলাইরেন খুদিংমক্কী কাংলুপ কাংলুপ খাইদোঅগা শারম ঙারম তিললম পুম্নমক লোয়না য়াইবি লৌরগা মালেম অসিগী মপু ওইগদবনি হায়দনা খোংলোয় অমদি লানলোই শিনবা হৌরকলেদো। উম

হনতক্কী ৱাংলেন কোরৌ কুমওনসিদদি ঐখোয়গা মখোয়গা পুন্দুনা শঙাংলেনববু শমুমাই থিনবা হোৎনরিবসিদা লৈরিবা শারম পুবা ঐনা পুরিবা জীব নখোয় পুম্নমক তাইবংগী মীচং চংঙগা শা পুম্নমক, লিন পুম্নমকসে তুম্না হাৎপা হায়বসে য়াংনিংবরা নখোয় অমুক্তংদি হায়য়ু।

উম শারমপুবা মপু শঙাংলেনবদু মাইথিবা পীবদা শারম পুবা মপুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লোয়নদুনা ঐখোয় পুম্নমক্কী য়াইবি অসে মাংহল্লিবরা হায়বদো খনদবদি ঙ ?দ্রেদো। নৎতে-নৎতে মদু চিংনরুগনু ঐনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লে ?নরিবদি তাইবং হায়বসে অকনবনি। মখোয়না লাল্লক্লিবা মালেম লৈপানপুং য়ৌন্নবা লাকপা মতমদা করম্না লাকপগে মখোয়গা শক্তি লৈবা তাইবংসিনা কনানো? অদুগা মালেমগা মপু ওইগদবা তান্নরক্লিবসিনা কনানো হায়বদুগী মরমদো খংননবগীদমক্তা ঐনা মহাকপু লোয়নবনি। ও অদু ওইরবদি য়াম্না নুংঙাইরে শা ঐখোয়দি তাইবংগা খোংলোয় ওইদুনা ঐখোয় ইশামক্কী শাবু হাৎপদি ঐখোয় শুকঙম ঙল্লোই। ঐখোয়গী লুবেন ?সি তাইবংনা ককখ্রবসু মদুদি ঙল্লোই। ও অদুদি শাঙৌরেনবা নংসু মদু চুল্লবরা? অশেংবনি তাইবং অসে ?খোয়না তুম্না য়াইবি লৌগনি। ও অদুগা শঙাংলেনবা নংদি চুল্লবরা? অশেংবনি তাইবং য়াইবি লৌদবা য়াদে অদুগা শা ঙাঙান্নবা নংদি চুল্লবরা? অশেংবনি অমুবা শা নংদি চুল্লবরা? অশেংবনি। ও অদু ওইরবদি শা নখোয়গী অমা খংলে মদুমকসু শারমপুবা মপু ঐনা পাল্লিবনি অদুবু হন ?ক্ত তাইবংনা শামুমাই পাক্কদৌবনি। য়েংঙু ঐখোয়গী শামুরেনবা শাকোকলেনবা অসিনা- শারমপুবা মপু ঐখোয়বু মালেম লৈকাইপুংগী হনতক শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী শলাই খুদিংমক্লা তিলকোকলেন তিলপুরেন লৈরিবা মফম খুদিংমক্তা খোঙ্গুম ঈরেন তম্মকপদা লোয়না মাইথিবা পীরিবদো হন্না লোয়নমক শা খুদিংমক জীব খুদিংমক্লা শিংনদুনা ঙাইদুনা লৈখ্রবনি। ও ফরে অদুদি অদুমা ঐ খংলে অদুগা উচেক নখোয়দি কমদৌবা? উচেক ঐখোয়গীসু উচেক ম?শা য়াম

অমা ৱাৎলিবসে য়াইবি মাংবদি নৎতে শঙাংলেনবগী মফমদা অয়াম্বা লৈখ্রবনি। তাইবং অসিগী মরম খংলিবা উচেক খুদিংমক লোয়নমক তাইবং অমুক য়াইবি মীরেন চাইন্নবগী খোঙ্গুমন্নবগীদমক্তা লমজিং লমতাক্ক নবগী লাকখ্রবনি। ও অদুগা লৈহৌরিবসিনা অনৌবা অমুক তাইবং খোংলোয় লাকপগে হায়বদো তশেং তশেংনা খংগদৌরিবনি। অদুগা তাইবংগী মীরেন খুদিংমক লোয়নমক য়াইবি লৌখিবদো মদুগী লমন ঈরি তমদবা য়াদর্বনি উম। লিল নখোয়দি কমদৌবা? লিল ঐখোয়সু লোয়নমক ঐখোয় ৱারি পৌশান্নবা লোয়জরে অদুনা তাইবংগী মরম খংলিবা খুদিংমক লোয়নমক মালেম লৈকোইপুংগী শাকোকলেনগী মফমদা অয়াম্বনা চৎখ্রবনি। মখোয়না লোয়না লমজিংদুনা খোঙ্গুম্মক্লগনি হৌজিক হৌরকঅবনি। ও য়াম্মা নুংঙাইরে। অদুদি মথং অমুক তিললম নখোয়দি? তিললম ঐখোয়গীসু নুংলেন লৈশানুংদা লোয়নমক খোঙ্গুমদুনা শাকোকলেন শঙাংলেনবগী মফমদা য়াৱা কোলোয় পাওদম্নবগী শেমশাবা লোয়জরে অয়াম্বনা চৎখবে অদুগা হৌজিক্তা অমুক লৈহৌরিবসিনা তাইবংনা কবি তৌরিবগে হায়বদুগী কোলোয় শিন্থা পীদনা য়েংলগা মথং-মথং শিন্থা পীরিবনি। ও, য়াম্মা নুংঙাইরে অদুগা জীব নখোয পুন্নমক্তি জীব ঐখোয় পুন্নমকসু মালেম অসিগী মফম খুদিংমক্তা শাকোকলেন শঙাংলেনবগী লৈবা খুদিংমক্তা কোলোয় য়াৱা চীন্দমনদুনা তাইবংনা লাক্লিবা খুদিংমক লমবেল খুদিংমক্তা য়াইবি লৌন্নবগী শেম শাবা লোয়রে। ও অদুদি ফরে ঙাকোকলেন নখোয়দি? লেমলৈঙা ঐখোয়সু তাইবংনা উঙাম তোংদুনা লাইজা ঈপাক লাল্লকইবদো অদুদা লাইজা ঈপাক ময়াই য়ৌরকপা মতমদা তাইবংগী মীরেন থৱায় লৌন্নবগী ঐখোয় ঙারম পুন্নমক্লা শেম শাবা লোয়রে। শঙাংলেনবা শাকোকলেনবনা পীরকপা শিন্থা অদুমক ঐখোয়না পাংথোক্লগনি শিন্থা অদুমক কাংলগনি। তাইবংনা লাল্লক্কদৌরে। মফম অদুদা ঐখোয়না যাইবি লৌনবা শেম শাবা লোয়রে। ও অদুদি তারো শাকোকলেন, লিলকোকলেন, উচেককোকলেন, তিলকোকলেন, জীব কোকলেন, ঙাকোকলেন

নখোয়না খোঙ্গুল্লিবা লমলেন অদুদি ঐ অমুক্তং য়েংবা য়ারোইদরা? য়ানি তু; ও এ সিদি য়াম্না ফজনা কোলোয ঈরি কাংলেদনা। ও ঙাকোকলেনসু কাংলে, তিলকোকলেনসু কাংলে; জীবকোকলেনসু কাংলেদো; লিলকোকলেনসু কাংলে; শারমসু কাংলেদো; উচেককোকলেনসু কাংলে অদু ওইরবদি ঐ শাইওন মীবেন লাংওনববু ফান্নবগী কোলোয় অসে লমজিংলক্লগে নখোয় শঙাংলেনগী শাকোকলেন খুদিংমক্তা ঈবি পাওদমলো কোলোয ঈরি তম্মকপদি ৱাংলেন অসিদা মাগী লানলোই খুদিংমক শমু মাইথিরক্লবনিনা ঐনা শোইদনমক্কী ঐগা মাগা মালেমগী অকন-অকনবা লৈরিবা মরম খুদিংমক্তো ঐনা মঙোন্দা তাকলিবনি। মফম অদুদা শোইদনা পুরক্কনি। পুবক্লিবদুগী মবম অদো ইহান হানবদা ঙাকোকলেনগী মফমদা পুরক্লগনি। অনিশুবদা তিলকোকলেনবগী মফমদা পুরক্লগনি। অহুমশুবদা লিলকোকলেনগীদি? পুরক্কনি। মযিশুবদা উচেক কোকলেনগীদা পুরক্কনি। মঙাশুবদা জীব কোকলেনগীদা পুবক্রনি। তরুকশুবদা শাকোকলেনগীদা পুরক্কনি। হাযরিবসিদা শাইওন মীরেন লাংওনবসে নমদুনা ফাগদবনি মহাক ফাগ্রবদি তাইবং অদুদি লোয়রে তাইবং অতৈসিদি করিসু নংতে লোয়নমক শমুমাই থিবগী হৌজক মহাক কোলোয় য়াৱা তাইবংগা পৌশান্নগদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি। অদুনা মানা তাইবংগা ৱাবি পৌশান্নদনা লৈবিঙৈদা নখোয তিলকোক, ঙাকোক, লিলকোক, জীব কোকলেন, উচেক কোকলেন নখোয়না অসি তুম্না তাগদবগী শিন্থা কাংলো। শোইদনমক্কী জীব খুদিংমক্তা লানচাই ঈবেন তম্নবা য়াৱা পৌশান্নবক্লগনি। ফরে অদুদি ঐখোয় কোলোয় শক্থা কাংলগে। অদুদি ৱাশক শরি চীনকক্লবা লোয়রবনিনা তাইবংলেন্দা অমুক খোঙ্গুমলসিকো। তাইবংদা অশাও পরৈনবা য়াদে অদুগা তাইবংনা লানলোই খোংলোয় তমমকপা মতমদা নখোয়গা তাইবংনা চৎপা ৱারবা মতমদা শা নখোয়দা তোংঙগা চৎকদবা শা ময়াম অমা খনখিবদুদি কমদৌই? এ শা ঐখোয়দা তেংলিবা তাইবংশিং অদো ঐখোয়গী জীব লৈবিবা মফমদা পুশন-পুশন্দনা চেংযনা

য়াইবি মাংহনগনি। ও অদুদি য়াম্না ফরেনা। উম হনতকমুক্তি শিৎ নান্না য়াইবি মাংহল্লগদবনি। য়াম্না নুংঙাইরে শাঙৌ শাকোকলেনবা ঐগী নিংবা শোইদনমক্কী থুংলগনি। তাও অদুম্না শাকোকলেন ঈরি তম্বদুগা তাইবং অসিগা লানচাইনহল্লগা ঐখোয়না মালেম অসিগী মপু ওইগদৌবনি মদুমকসু শারম ঈরি তম্বা ঐখোয়না শিন্থা অদো কাংজরিবনি। চৎলো-চৎলো কাংলুরো নিংথিনা কাংলো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা পৌশান্নখিবদুমক শারম পুবা। ঐঙোন্দা হান্না অমুক তমগদবনি ঐদি ঐ ৰারে ঐ পোৎথারগে হায়দনা তুম্মগা লৈগদৌরিবনি চৎলো-চৎলো শিন্থা পীবা লোয়বেদো। উম তারবরা শাইওন মীবেন লাংওনবা তাবে। লাংওনবা মপু ঈস শারম পুবা নহাক্কী থম্মোয় কয়াদা থৌনা লৈনা ঐঙোন্দা শিন্থারম্মবা। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা নংগী খোংলোয়দুমক্তি খংদবমক্তি নৎতেকো। শারমগী ৰাখল জীবগী ৰাখল হায়বসে কদাইফাওবদা ফাবা ঙম্বগে কয়মনা পুকচেল শেংবনো হায়বদুখক ঐনা নংবু চাংয়েং তৌবনি। ঙসিসি শা নখোয়গী মাইথিবা নুমিৎ হায়বদো ওইরবোই নখোয়নদি পুকমেন পাওমেন্নরে হায়বা তাইবংগী খোংলোয় খুদিংমক নখোয়না লোয়নমক উরগা শঙাংলেনবগী মফমদা তল্লগনি অদুগা জীব পুম্নমক কুম্মকঅগা তাইবং খুদিংমক য়াইবি লৌরগনি হায়বদো নখোয়না খল্লিবদুমক্কা শমু মাইথিবা ওইরগনিদো। শারম পুবা অদুক ঐগা থম্মোয় শেংনা খোংলোয়মীন্নরকপা ঙসিদি নহাক্কী খল্লিবা ৰাখলদুমক্কা নংগী নশাগী খোংলোয় খুদিংমক তেনশনজরবনিকো। নহাক শারমপুবা মপু নংগী অৰাবদো কোরৌ ঙসিদগীদি হৌরবনিদো। ও নুংশিদা হুম, হুম, হুম, হা, হা, হা, হে, হে, হে নুংঙাইদা শিংলবনে হায়বদুনসু ৰাবী পৌশান্নরিদো নংগী ননাক অদুদা লেপ্পুনা তারিবা মীরেন ঐবু লাকএ হায়বসু খংদনা নংগী লৈরিবা ৰাখল খুদিংমক লোয়না ঙাংথোকপা হে শা জীব নখোয়দি য়াম্না শিংঙে হায়দনা খল্লিবনিদো ওন্থোক্লা পংখরেদা নখোয়সু। উম অদুদি লাংওনবা মপু হৌজিক্তি তারবনিনা ঐ অমুক তাইবংদা অমুক শিন্থারগে। লাংওনবা তারেদনা?

উম। শাইওন মীরেন লাংওনবনা- শারমপুবা মপু; তাদেনে কদাইদা চৎখিবনো? শরম পুবা মপু লাকচরেদো শাইওন মীরেন লাংওনবা ঙশাইমখৈ কদাইদা চৎলুরিবনো? এ ননাই ওইবা ঐ কদাইদসু চৎতে মালেমগী লৈপানপুংগী অকোইবদা অতোপ্পা শারম কয়ানা জীব কয়ানা লোনচা লানলুং তম্মগদরা হায়দনা ঐগী শাকোক জীব পুন্নমকপু শিন্থা পীরিবনি। হৌজিক্তি শিন্থা অদো লোয়রবা নৎতরা কদাই কদাইদা পীরুরি? মালেম লৈপানপুংগী অকোইবদা শিন্থা পীবা লোয়জরে অদুগা অরোনবা শারম কয়া লাক্কদবগী মরম খুদিংমক্তসু ননাই শারম পুবা মপুনা লোয়নমক শিন্থা কাংদুনা লৈজরবনিদো। ও য়াম্না নুংঙাইরে অদুদি তাইবং ঐগী শলাই খুদিংমকসিগী পুকচেল অসে কনানা ফবনো ফৎতবনো হায়বদুদি অমুক্তং ঐ কোলোয় শিন্থারগে নহাক তারো। এ তাররোইদা ঐদি শিন্থা কোলোয় পীবদা য়াম্না হকচাং অসি চোকথরে ঐ খৈনা তুমখুন তানজরগেদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু চুম্লবরোনে নংনা হায়রিবদুবু ঐ চুমলবনি মপু ননাই ঐ পোৎথাজরগে শিন্থা অদো কাংবা লোয়রবা মতুংদা অমুক ৱারি পৌশান্নরসিনে। ফরে-ফরে পাংথোকচরুরো নং তুমজরুরোকো। উম ঐ শিন্থা পাংলগে হায়দনা শারম পুবা মপু লাক্লগা মাগী শাকোকলেন লৈরিবা মফম অদুদা য়ৌরকলে। উম ঐনা লোয়না শিন্থা কাংলম্লবনি লোয়না ঙাকশেন্দুনা লৈরে হায়রবনি নখোয়না ঙাক শেনবগী মরম অদো অদুগী মরমদুনি হায়রগা মখোয়না ঙাংঙিবা খুদিংমক লোযনা তারক্কদৌবনি। শারম পুবা মপু ঐঙোন্দা লোয়না তমগদৌবনিদো। উম তমগগে তাইবংনা লৈরিবা মফম-মফম খুদিংমক্তা লোয়নমক্না জীব। শা উচেক লোয়নমক লৈরেদো। উম শাইওন মীরেন লাংওনবনা- লাংওনবা মপু; তাকপীয়ুদো; হে নুংপানপুবা তাইবং শখাইবা- শাইওনবা মপু; লোইশোম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা লাক্লবরা - লাকচরেদো। উম হন্দক্কী ঐখোয়না কাংলিবা শিন্থা অসিদা শমু মাইথিবগী মরমসিদি করিগীনো। শাইওনবা মপু ননাই তাইবং নুংপান পুবা মপু ঐনা শিন্থা অসি পীজবা মতমদা মখোয় অসিনা খরা খজিক

তুংওইনবগী মরম ওইবনিদো। মথংদা লোইশেন্বা শলাইরেন নুংখাই শিদবনা মালেম অসিগী লৈরিবা তাইবং খুদিংমক অসিনা লোয়নমক খোংলোয় ঈরি তম্মক্লবদি জীব খুদিংমকসে শমু মাইথিগনি অদুনা লোয়না খোংলোয় ঈরি তমগদবনি হায়দনা য়াম্না কন্না শিন্থা কোলোয় অসি পীবা মতমদা হৈরাং চীন্দমগদবা ৱাৎলি হায়বগী য়াৱা কোলোয়দা তাইবংশিং অসে অশাওপরৈনবা খরা খজিক্তুং লৈবোইনা। ও অদুদি ফরে নখোয় অনিনা কাংলুরিবা শিন্থা খুদিংমক্তি কদাইনো? তু সিনি। ও অদুদি তাইবংগী শিন্থা কোলোয় অসি কাংবা মতমদা লোইশেন্বনা শিন্থা কাংঙে। নুংপানপুবা মপুনা ঙাইহাক পোৎথাদুনা লৈথোকউবদা শিন্থা মপুং ফাহৌদরবা? উম। অদুগা নুংশেম পুবা লৈশাপুরেন শাগী শিন্থা কাংবা নুংশেমপুবা মপু কদাইদা শিন্থা কাংলিবনো হায়বদুগী খোংলোয় ঈরি তমলো। উম তমজগে নুংশেমপুবা মপু ঐনা শাগী শিন্থ কাংবসিদা খরা খজিক্তুং ঐনা পুরিবা তোংলিবা শারম অদো শমু মাইকৈ ওনবা মতমমক্তা ঈকং ইরেন তম্মকপা ঈফারোন ঈরেন তম্মকপদুগী ৱাংলেন অদুদা তাইপুংবা নুংপানপুবা শখাইরেন শিদবা ঈবি তম্বা লৈশাপুবা উরান শলাইরেন শিদবা খজিক্তুং পুকচেন খোইজেন তিন্নদবা, লিংজেন তিন্নদবগী মরম ওইবদুনা উমং লৈশা খুদিংমক্তা পুকচেন খোইজেন তিন্নদবা লিংজেন তিন্নদবগী মরম ওইবদুনা উমং লৈশা খুদিংমক্তা শমু মাইথিবনিদো। ওফরে অদুদি নুংশেম পুবা মপু তাকপীয়ুদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা নুংশেমপুবা মপু লৈশাপুবা মপুনা শাগী শিন্থা কোলোয় পীবা মদুদা করম্না কোলোয় কাংঙি শা ময়াম অমগী শিন্থা কোলোয় পীবদুদা শাশিং অসিনা হুইয়া ঈরেন তমদুনা লৈরম্বা অদুদা শাশিং অসি মশিং য়াম্না ৱাৎপা ঐনা চংখিবদা লৈরমদবা অদুগা হন্না অমুক লাকপা মতমদা হেক্তা লৈরম্বা করম্না করোমদগী লাকপনো খংহৌদে। মদুদা ঐ ঙাওখিদুনা মাইথিখিবনি। ও অদুদি ফরে মখা তানা নংনা পুরিবা শারম জীব খুদিংমক অদো লোয়নমক ফজনা চেকশন্না তৌগদবনি। শা অমৎতা নানথোরকপা য়ারোই। নানথোরকপা শা অদো খুদক্তা য়াইবি লৌগদবনি।

উচেক ওইরবসু য়াইবি লৌগদবনি; অদুগা তিল ওইরসু য়াইবি লৌগদবনি; লিন ওইরবসু য়াইবি লৌগদবনি। জীব ঙারমসু য়াইবি লৌগদবনি; অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐঙোন্দা য়াৱা কোলোয় কাংঙক্কদবনি। উম মদুমক শিন্থা কাংজরগে। চৎলু লৈশাপুবা মপু উরান শলাইরেন শিদবা, উগী শিন্থাপুবা তাইপুংবা, শলাইরেন শিদবা নখোয় অনিদি কমদৌবা? উম লৈশা পুবা মপু ঐনা উ কয়াগী মরক্তা খোঙ্গুম ঈরেন তম্মকপা অদুদা তাইপুংবনা অমুক ঐগা খোংলোয় তম্বদো মহাক লাকঅমদে। মহাক্না ঐনা কাংলিবা শিন্থা অদুমক য়ানিংদবা মাল্লি। ঐখোয় অনিসে নাক্কন-নাক্কন্দা চৎনরে অদুনা শমুমাইথিবনি। ও ফরে অদুদি উম পোংপুবা পুংফাই, তাইবংপুবা শখাইবা নখোয় অনিদি জীবশিং অদো কমদৌবা শাইয়োন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়না জীব খুদিংমকসি লোয়না শমু মাইথিবা পীরকপা মতমদা খুদিংমক ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মগা কোইশল্লগা ঐখোয়গী লানলোই খুদিংমক য়াইবি মাংখি। মাংলমচৎতা শেমশাবা লোয়রবা জীব পুন্নমক অমৎতা।

হান্না উমং কয়াগী মরক্তা লমতুপ খুদিংমক্কী ঙাইদুনা লৈরম্বা খোংলোয়শি মখোয়না খরা খজিক খুমাং চাওশনখিবা মাংওইনখিবা ওইবদুনা ঐখোয়বু শমু মাইথিবা পীবনিদো মপু। ওঃ অদুদি ঐখোয়না শিন্থা কাংবসি কোল্লিদনা। কোল্লি মপু। মথংদা নুংশেম্বা তিললম শলাইরেন শিদবা শিন্থাপুং জীব শখাইবা নখোয়না শমু-মাইথিবগী মবমদি করিগীনো? শাইওন মীবেন লাংওনবা মপু ননাই নুংশেম্বা অমদি তিললম শলাইরেন শিদবনা তি না লৈরিবা মফম অদো শাইওন মীরেন লাংওনবনা তাকপীরম্বা মফম অদুগী অকোইবা খুদিংমক্তা ননাইনা শিন্থা অদো পাংজবা মতমদা নখোয়গী তিললম মশিং থিঙমদনা জীব মশিং থিঙমদনা হান্না ঈপাক ঈরেনবু লাল্লগা ইঙাইরম্বাদুনা মরম ওইখিবনা ঐগী খোংলোয় খুদিংমক শমু মায়োক্নদ্রিঙৈ শিন্থা কোলোয় কাংদিঙৈদা মখোয়না খোংলোয় খুদিংমক লোয়না যাইবী মীরেন চাইখিবনি মদুনা মাইথিবা ওইখিবনিদো মপু।

ওঃ অদুদি অশেংবনি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। মখোয়দা তাকপীবা অমা যাওবদগী মখোয়না খুমাং ঈরেন তম্বা মাল্লিনে মপু। ফরে ফরে মুন্না খল্লুদ্রসি। ঙাইরবনি, ঙারম শলাইরেন-শিদবা, নুংপান পুবা, শখাই পুবা, লৈশা পুবা মপু, ঙারম শমু-মাইথিবগী মবমদি য়াৱা পাওদমমু। উম। নুংপান পুবা মপু- লৈশা পুবা মপু ঐনা মালেমগী লৈশা লৈরোননুং পুম্নমক অসে খোন্দুনা জীব ঙারম খুদিংমক য়াইবি মীরেন লৌরগে তেমশিংনরকপা মতমদা ঙারম শলাই পুবানা মালেমগী চাওরবা ঙারম খুদিংমক য়াইবি লৌবা যাদে। করিগুম্বা য়াইবি লৌরবদি মালেম অসিদা লৈরিবা ঙা খুদিংমক্তি কদাইদগী লাক্কুনা লৈগনি হায়দুনা য়াইবি লৌবা য়াদবগী মরম অদুগী ঙৈহাক ৱারি পৌশান্নরিঙৈ লাংই ঈবেন তমলিঙৈদা চাওরবা ঙা ময়াম কয়ানা থোকলক্কুনা, শা ময়াম থোকলক্কুনা লিল্লম ময়াম অমা থোকলক্কুনা য়াইবি লৌখিবা ঐগী খোংলোয় খুদিংমক শমু মাইথিবা পীরকখিবনি। লাংপু ঙারম শলাইরেন শিদবনা মতেং পীরম্নদি শোইদনমক্কী শমু মাই পাকলমগদবনি মপু। ও নখোয় মশেন ফাওবদা য়ান্নরকত্রবকো। উম। অদুগা লৈফাবা নোংদোন লাইরেন শিদবা, উচেক্কী মপু ওইবা পুংলেন শলাইরেন শিদবা নখোয় অনিনা মাইথিবদি করিগীনো? লৈফাবা নোংদোন লাইবেন ঐহাক্কী উচেক কয়াগী য়াইবি লৌবা পামদে। জীববু য়াইবি মীরেন চাইবা পামদে। ওঃ অদু ওইরবদি ফরে লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবা নংনা উচেক কয়াগী য়াইবি লৌবা পামদে। অদুগা লাংপুবা ঙারম শলাইসু ঙা কয়াগী য়াইবি লৌবা পামদে। শি নংত্রা? মানি অদুনা উচেকশিং অদো ঐনা ফাদুনা পোরকখি পুনশিন্নবদুদা মখোয়না লৈশিনলক্কুনা ঐগী লানলোই খুদিংমক শমু মাইথিবা পীবনি। ওঃ ফে অদুদি লোইপুবা লিলপুবা, তিল্লম শলাইরেন শিদবা খোংশাবা খোংলোয়পুবা করিগীনো লিলগী মাইকৈদগী মাইথিরিবদি। উম শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই খোংশাবা খোংলোয় পুবা ঐদি পাইমা পুকনিং সে পেনদে। করিগীনো? লোইপুবা লিল্লম পুবা লিল মপুদু লিলগী শিন্থা কোলোয় হাপপীবনিদো। উম।

হাপলগা করিগীদমক্তানো শমু ঈরেনবা মায়োক্লরকপা মতমদা লিল কৌবা অমৎতা য়াইবি চাইবা য়ারোই হায়দনা পনথিংঙকপা অদুগী খোংশা খোংলোয় শলাইরেন শিদবা ঐগী লিল মহাক অদুনা ঐগী খোংলোয় অদুদা যাইবি লৌরক্লা ফাওবদা খুৎ থাখিদবনি মপু। ওঃ চুম্রা লিল্লম পুবা মপু? চুম্মী শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। মালেমদা হরাওনা লৈজরিবা লিল অদুগা য়াইবি লৌবগা করিবু কান্নগদৌবনোনে মপু। মপুনা পিবিবা শিন্থা অসে ননাই লিল্লম পুবদি য়াজনিংদে। ওঃ ফরে ফরে য়ানিংদ্রবদি করিসু কাইদেদা। মথংদা কুম্মুবা কুমশা শলাইরেন শিদবা, তুংখনবা নুংশাখাং শলাইরেন শিদবা, ঐনা শাগা মাইয়োক্লবগী শিন্থা পীবা মতমদা শমু মাইথিবগী মরমদি করিগীনো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু?

কুমম্মুবা ঐনা কুমশা শলাইগী শলাইরেন শিদবনি অদুবু শা ময়াম অসি য়াইবি লৌ হায়না তাকপীরে। ননাইনা চিঞ্জাকসু ওইজরিবা অদুগা মালেম অসিদা খোংদামিন্নরিবা মরান লৈজদ্রবা শা অদো য়াইবি লৌবদা করিবু কান্নগদগেনে মপু? ননাই কুম্মাবা কুমশা শলাইগী শা য়াইবি লৌবা ওমলোই ননাই অমা ফাওবা য়াইবি লৌজরক্তে। অদুগা নংগী খোংলোয খুদিংমক লোয়না য়াইবি মাংলিবদুনা কমদৌবা? মদুনা মখোয়না শা অদুদা তেমশিংনক্তবদুদা শানা য়াইবি লৌরকপনি। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা পীবিরিবা শিন্থা অদো ননাইদি য়াজনিংদে। ওঃ ফরে ফরে য়াম্না নুংঙাইরে। মদুদি অমুক য়াব্রা পৌশান্নরসিকো। হোই অদুদি নখোয়গুম্বা মখোয় লৌরিবসিসু লোয়না তৌব্রা। অমুক্তং হংলগে? হংবিয়ুদো মপু নুংশেম্বা তিল্লমলেন শলাইরেন শিদবা শিন্থা পুং জীব শখাইরেন শিদবা তিল্লমগী মফমদা লাললোই খোংগুম্বা মতমদা শমু মাইথিবগী মরমদুমক শেংনা হায়গদবনি। উম ননাই শাইওল মীবেন লাংওনবা পাইমা পুকনিং ব্রারৌগদ্র হাইদুনা খনজন্দুনা হাইজদবনি। ফবে অদুদি শেংনা হাইবিয়ু নুংশেম্বা। তিল্লম শলাইরেন শিদবা মপু ঐগী তিল ময়ামসিগী মপু শলাইবেন শিদবা ওইবনিনা করম্না তিলগী য়াইবি

লৌগদবনো। করিসু মরান লৈজদ্রবা চুম্না চিন্দমদুনা লৈজরিবা তিল অদুদি করম্না য়াইবি লৌগনি। অদুগা নংগীদা খোংলোয় ময়াম অমা শিরিবদুদি তিলনা য়াইবি লৌখিব্রা? করম্না লৌখি। তিল অদুনা য়াইবি লৌখি অদুদি ঐগী তাইবং খোংলোয় ওইবদুনা মখোয়দা শমু মাইয়োকনবদো অশাও পরেনবদুনা তাইবং মখোয়না যাইবি মাংজবনি। ওঃ ফরে য়াম্না নুংঙাইরে নংনা পামদবা ওইরবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা পীরিবা শিন্থা অসে। ফরে অমুক পিখিরোই শিন্থা পুং জীব শখাইরেন শিদবা নংদি কমদৌই ঐদি য়ানিংদে। তিল্লম শলাইরেনগী খোংচৎ অসি। ওঃ ফরে অদুদি অমুক মথংদা পোংপুবা পুংফাই শলাইরেন শিদবা তাইপুংবা শলাইরেন শিদবা অনিনা জীব ময়াম অমগী মফমদা শমু মাইথিবা ওইরকপগী মরমদি অমুক্তং হন্না তাকপিসিদো। উম শাইওন মীরেন লাংওনবাগী মফমদা পাইমা কিশি কিদনা তমজগে ৱারৌবীনু। হে ননাইগী পোংপুবা পুংফাই শলাইরেন শিদবনা জীবগী থৱায় লৌবা পামদে। মালেমদা লৈরিবা জীব খুদিংমক্কী থৱায লৌরগা মালেম লৈকোইপুংগী মপু ওইগনি হাইবশিদি সুকয়ামক যাজানংদে। শুকপামমক পামদে ঐগীদি। ওঃ তশেংনমক পামদ্রবরা। ফরে অদুদি তাইপুংবা শখাইরেন শিদবা নংদি? ঐদি মালেমদা লৈরিবা জীব খুদিংমকশিনা ঐগী খোংলোয় খুদিংমক যাইবি লৌখিবনি। ঐ মখোয়বু লেম্নাখক থাবা পামদে মপু। ফরে অদুসু য়াম্না নুংঙাইরে মথংদা লৈশাপুবা উরান শলাইরেন শিদবা তাইবংপুবা নুংপান শখাইরেন শিদবা অনিনা উ কয়াগী মরক্তা খোংগুম্বাদা লাকইবা জীব খুদিংমক অদুবু য়াইবি তেমশিংনৌ কোলোয় শিন্থারগা। শমু মাইথিরকলিবাগী মরমদো হন্না অমুক্তংগা কোলোয় চীংগোইসিকো। তাকচগে শাইওন মীরেন লাংওনবা লৈশাপুবা মপু উরান শলাইরেন শিদবা ঐহাক্তি মালেমগী উমং খুদিংমকসিগী মপু ওইয়ো হাইদুনা শিন্থা পিরবনিদো। মাননি উমং কয়াগী মরক্তা চাক্তাদুনা লৈরিবা জীব খুদিংমক অদুবু মফম কদাইদা অমুক চাক্তরুগনি। লৈজরিবা জীব খুদিংমক ঐনা করম্না য়াইবি লৌগনি। মদো ঐদি ঙমজরোই। শাইওন মীরেন

লাংওনবনা অচুম্বাগী লম্বেন্দা লমজিংবিয়ু ননাই ঐখোয়বু অদুগুম্বা জীবগী য়াইবি লৌবদা লমজিংবদুদি ঐদি পামদে। তশেংনা পামদ্রবরা? পামদে। ফরে তাইবং পুবা নুংপান পুবা শখাইরেন নহাক্তি? এ! শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু লৈশাপুবা উরান শলাইগা ঐগা খোংলোয় পুলহনবীগনু। ঐদি তাইবং পুম্নমক য়াইবি লৌখিবগীদমক্তা জীব খুদিংমক খক লেম্না থাবা ওমলোই। থব্রায় থারবসু থাখিগনি। ওঃ মখোয় অনিসু মান্নদ্রবা? উমঃ মান্নদ্রে অদুনা ঐখোয় অনি অ স অসুম্না পুন্না থাবিগনু। ফরে ফরে য়াম্না নুংঙাইরে নুংলেম পুবা লৈশা পুবা শাগী শিন্থা পিবা মপু। নহাক্না শারম খুদিংমক অসিনা তাইবং খুদিংমক অসে য়াইবি লৌন্নবা মখোয় শিল্লিবদু নং খংদব্রা। ননাই ঐদি তশেংনমক ঐ খংজদে মখোয়না অদুম্না তাইবংবু য়াইবি লৌন্নবা শেমমমগনি হাইবদুমদি ঐদিং খংজদবনি মখোয়দা শিন্থা ফাজনা পিরুবনি অদুগা মখোয়না লোইনমক মাংন্নবা শিল্লম্মী। ঐ য়াম্না পেনদে। মখোয়বু শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐদি খোংলোয়গা পুন্না শিন্থা কাংবা পামদবনিনে মপু। ফরে ফরে মদুসু য়াম্না নুংঙাইরে মথংদা নুংপান পুবা তাইবং শখাইরেন শিদবা মপু লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা মপু। অনিনা মালেমগী জীব খুদিংমক তাইবং খুদিংমক অসিদা শিন্থা ঈরি তমলিবা মতমদা অমগা অমগা যান্নদবগী মরম অসিদি খংদবরা উম শাইওন মীরেন লাংওনা মপু নুংপান পুবা মপু লৈনা করম্না জীব ময়াম অদুবু য়াইবি লৌরুরো করম্না শিন্থা পিগনি অদুনা চংনিংবা নখোয়না চংলো চৎনিংদবনা তোংলো। শমু মাইসু থিবা অমদি থিদবনা অমনি। ঐগী ইচা অমদি ইসু নুংশিরবা কয়া কয়া অদুবু কাইনা হায়বদি ঐদি ঙমদে। ঐ মখোয়দা লানশিংনবা চৎলে। হাইবদি ঐনা তশেংনা ঙমদে। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। শুকঙম ঙমদব্রা? ঙমদে, ফরে ফরে ঐঙোন্দা অদুম্না শিংনবিগনু। লোইশেম্বা মপু নুংখাই শলাইরেন শিদবদি? এ। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাইগীদি হায়খিবদুনা অরেপ্পা ওইজরবনি অদুদুনা অরোইবনি থারবসু শমু-মাই পাকতাবা য়াদবগী মরম ওইজবনি। য়াম্না

নুংঙাইরে ফরে ফরে লেৈশেম্বা মপু। তারেদনা। লাংওন মপু, উম শাইওন মীরেন লাংওনবা তারে। অদুদি মসিদা করম্না ঐনা অমুক মখোয়দা হন্না অমুক শিন্থা করম্না পিগনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী পাইমা অসে অৱাবা ওইরবনিদো। উম ফরে অদুদি ৱাংলেন তাংকক অসি য়ৌরবদদি করিমক্তি র্খল্লি। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐ তাইবং মখোয়গী লমলেন অসিমক্তি েমজিংগে হাইবামক্তি খল্লি। অদুবু মখোয় মশেনমক্তাদা লিংজেন মান্নদবানা ঐনা মখোয়গীমক্তা ফনবা হোৎনবদা ঐঙোন্দা ফত্তবা অমদি জীবগী মীরেন চাইবা পাম্বা মরম অমা থোরকইবসে - মসে ঐদি পামদেনে মপু। ওঃ মদো কনাদগী থোকপগে হায়বদা নহাক্না শারম পুবা মপুবু খোংলোয় ঈবি তমমিন্নরুবা অদুদগী মখোয় অসে লমজিং লানকোক ওইদুনা লাকপনি। ৱাকোক লাকলিবনি। অদুনা নহাক্না শারম পুবা মপুগা তিন্নরমদ্রবসু লৈরিবা শারম শাকোক পুন্নমক্না লৈরিবা মফম অদো খংলোইদবনি অমারোমদা ফরগা অমরোমদা ফৎতবনি। অদো নংগী অপাম্বা অমাদি হাইয়ুদনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। লাংওনবা মপু ঐগী অপাম্বাদি য়ানিংদবা মখোয়গী শলাইশিং অসে লোয়না হলহনখ্রগে। অদুগা য়ানিংলিবা শলাইশিং অদুগা অমুক খোংলোয় পুন্দুনা অমুক শিন্থা অসে পাংখিসে হায়না খল্লিনে মপু। অদুদি য়াম্না ফরে পাংঙো শিন্থা অদো। তাও। উম তাক্লগে মালেমগী লৈপানপুংদা লৈরিবা তাইবং শলাইরেন শিদবা কোলোয় য়াৱা কাংঙকলিবসে পাইমা পুক্লিং তারো। য়াৱা কোলোয় কাংঙিবা জীব পুন্নমক্না শমু মাইয়োক্লবদা পামদ্রবা জীবগী য়াইবি লৌবা পামদবশিং অদো লোয়না লাকলে। অহানবদা হাইরকলেদো। নুংপান পুবা তাইবং শখাইরেন পুবা লাকলো। শিদবা লাকচরেদো শাইওনবা মপু। মথংদা লৈশা পুবা উরান শলাইরেন শিদবা অমুক খোংদোইবিরকউ। লাকচরেদো মপু মথংদা পোংপুবা পুংফাই শলাইরেন শিদবা অমুক খোংদোইবিরকউ। উম, লাকচরেদো মপু। মথংদা নুংশেম্বা তিল্লম শলাইরেন শিদবা। অমুক লেংথোর্কপিরকলেদো। য়ৌজবকলেদো মপু। মথংদা লাংপুবা ঙারম

শলাইরেন শিদবা অমুক লেংথোকপিরকলোদো। লাকচরেদো মপু। মথংদা লৈফাবা নোংদোল লাইরেন অমুক লেংথোকপিরকও। য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা লোইপুবা লিল্লম শলাইরেন শিদবাসু লেংথোকপিরকওদো। লাকচরে মপু। মথংদা কুমপুবা কুমশা শলাইরেন শিদবাসু লেংথোকপিরকলোদো। ননাই লাকচরেদো মপু। উম, হৌজিক্তি নখোয় শলাইরেন শিদবা নিপান অমা লৈরেদো। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক অসে মসিগা শমু মাইয়োক্লবসে তশেংনা ঙল্লরোই হায়বা নৎত্রা? ঙমজররোই ঐখোয় শলাই নিপানদি শানা অদুমক মালেম অসিগী মপু ওইদুনসু লৈজরসনু ঐখোয়বু হিংফম থোকপা হিজরুরগে মপু। লৈপান পুংগী মনুং অসিদা য়াওহনবিরগনু। য়াম্না নুংঙাইরে। অদুমকসু শাইওন মীরেন লাংওনবনা পাল্লমলিবনি। ফরে অদুগা নখোয় নিপানদি লেপখোকো শিন্থা অদো হৌজিক লেমহৌরিবা মখোয় মাপন অমুক কৌরগে। অহানবদা লোইশেম্বা মালেম লৈপানপুংদা থোরকলে। য়ৌরকলেদো মপু। নুংশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা মপু। মালেম লৈপালপুংদা খোংদোইবিরকও য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা তাইবংপুবা নুংপান পুবা শখাইরেল শিদবা মপু লৈপানপুংদা খোংদোইবিরকউ য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা তাইপুংবা শলাইরেন শিদবা মপু। অমুক খোংলোয় ঈরি তম্বীরকলোদো। য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা শিন্থাপুং জীব শখাইরেন শিদবসু মালেম লৈপানপুংদা খোংদোইবিরকউদো। খোংদোইজরকলেদো মপু। মথংদা নুংপুরেনবা খোংগুম শলাইরেন শিদবা মালেম লৈপানপুংদা খোংদোইবিরকউদো মপু। য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা উতুংবা পুংলেন গলাইরেন শিদবা অমুক খোংলোয ঈরি তম্বীরকলোদো য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা খোংশা খোংলোয় শলাইরেন শিদবা মালেম লৈপানপুং তম্না খোংদোই ঈরি তম্বীরকলোদো মপু য়ৌজরকলেদো মপু। মথংদা তুংখনবা শলাইরেন শিদবা লৈপানপুংদা খোংদোই ঈরি তম্বীরকলোদো। য়ৌজরকলেদো মপু। হৌজিক্তি নখোয শলাই মাপন অসে পুন্না লৈয়ু। লৈজরে মপু। য়েংঙু শলাই মাপন অসে

নখোয় অসিনা মালেম অসিগী শাগা শয়েং থেক্লবা পান্বোম ঙান্নবা য়াইবি মীরেন চাইনবা অসি নখোয় পামলিব্রা নংত্রগা পামদ্রবরা? হায়রো অদুম্না তাকপিগনুদো মপু। মালেমগী মপু অসি শানা ওইরি। শানা ওইরিবসি তাইবংনা ওইগদবনি হায়না তাইবং ঐখোয়না মখোয়গা লানশিংনবসে পামদ্রে হায়না মখোয় শলাই নিপান অমা হায়রেদো। অদুগা শলাই মখোয় মাপন অমনা হৌজিক পাইমনুংদা করি খনলিবগে হায়বদুগী মরম অদুনিদো। ওঃ অদু ওইরবদি হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়গী মালেমগী লৈপানপুং অসিদা শা ময়াম অসিবু শমু মাইথিবা পিরগা মালেমগী মপু ওইদবা য়াদে হায়বসি ঐখোয়গী লেপখ্রবা খোংফমনিনে হে মপু অমুক হনতোক হনবিগনুনে মপু। ওঃ য়াম্না নুংঙাইরেদো মখোয় শলাই নিপান অসে য়াওবমকসু সুকঙমহেক ঙম্নরোই জীব য়াইবি লৌবা ঙম্নরোই হায়রে। অদু মখোয়গী শলাইদা অদুমক খোংগুমহনখ্রবনি হায়ববু নখোয় শলাই মাপন্না করি খল্লিবগে। উমঃ অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবগী কোলোয় পাইম পুক্লিংগী য়াব্রানি ননাই ঐখোয়না করিসু খংজবা নত্তেদো হে মপু। ফরে অদুদি শলাই নখোয় নিপান মোংবা মরান য়াইদা খোংগুমলে। নংগী-নংগী শলাইদা হনখ্রো। অদুগা অব্রা হুইদোই লাংবা পুম্নমক য়াব্রা পোথা ঈরেন তম্নুরোদো। চংলো-চংলো হোই-হোই শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই ঐখোয় খোংগুমজরগেকো হে মপু। চংলো চংলো শলাই নিপান অসে উঙাম উরি তোংদুনা মোংবা মরানয়াইচা হনখরেদো। উম, হনখ্রবা মতুং অদুদা শাইওন মীরেপ লাংওনবনা ওস্থোকপনিদা হে তাইবং পংসু পংখ্রেদা। করম্না মালেমসিগী মপু ওইগদৌরিবনোনে। শমু মাই লৈদুনা চংখ্রবদি চংখ্রসনু শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করি হায়নিংঙি শলাই মাপন ঐখোয়না নখোয় চংখ্রিবসি য়ানিংদে। মখোয় লোয়না য়াইবি লৌরগে ময়ুমদা অমুক হলহল্লরোই উম, অদু তৌগনু তাইবং মশেন য়াইবি লৌনরবদি জীব খুদিংমকশিনসু লোয়নমক ঐখোয়বু য়েংথিবগী মরম অমা লাক্লগনি। অদুম্না খনগনু পাইমা পুক্লিং অদো তপথখোনে নখোয়বু ওঃ

শলাই মাপন অসে লোয়না মথং মথং গুদুক গুদুক, গুদুক, তপথরক্লেদো শলাই নিপান অদুদি লৈপানপুংদগী লোয়না গুদুক গুদুক... কুমথরকলেদো উঙামথক্ত তোংদুনা মোংবা মরানয়াইদা হল্লকলেদো।

পাক্লবা ঈপাক অদুবু লাল্লকপা মতমদা মখুৎতা মৈরা পাইদুনা লাল্লকইদো মখোয় পুম্নমক্না ঙাংনৈদো ঐখোয় লান য়াওবা ঙম্লোই করিগী লান য়াওগদৌরিনো ঐখোয় পুম্নমক অসে শাইওন মীরেন লাংওনবনা লোইনা মাংহনগদৌরিবনি ঐখোয়াগী ইচা ইসু অমদি শা মান্নবা ময়াম অমা য়াইবি মাংলেদো। য়াইবি মাংলিবসে ঐখোয় খক্তা মাংজবনি শাইওন মীরেন লাংওনবগীদি তালোই অমা লৈবা নত্তে। মহাক্কীদি চীংঙু লাইগী মপোকনিনা নুংশিবা লৈতবনি। অপাম্বা লৈতবনি পম্বুং লৈতবনি মাগী মতুং ইন্দুনা ঐখোয় তাইবং খুদিংমক তুম্না মাংবদি ঙম্লোই। ফরে অদুদি ঐখোয় অসে ঐগী ঐগী শলাইদা খোঙ্গুম্লসি। উম, খোঙ্গুম্লসি হায়দুনা লোয়না খোঙ্গুম্মরক্লে মখোয় শলাই নিপান অসি চপ মান্নখরে। চপ মান্নরবা মোংবা মশাইকোন্দা কুম্মক্লে।

কোরৌ নোংমদুমা লাইজ ঈপাক অদো লাল্লক্লে। ঈনুংবা মানা ঙাল্লকপা মতমদা লাইজ ঈপান্দা থুংঙরে। অমুক্তসু উঙ মদু থনম্লগা খোংদোই ঈরি তম্মক্লেদো। উম লৈপানপুংদা লৈহৌরিবা শাইওন মীরেন লাংওনবা পাইমনুং অদুদা তাইবং অসি য়াম্না ঝারৌবা অমা চংঙক্লেদো। ফরে অদুদি ঐ নখোয় নিপানসিগী থম্মোয় কদাই য়ৌনা ফত্তবনো হায়বদো অমুক্তং য়েংখিগেকো খন্দুনা লৈহৌরে। নখোয় শলাই হৌজিক্তি মাপনখক্তা মঙাইরেদো। নালেম লৈকোইপুং অসিদা ঐখোয় হৌজিক করি তৌবা তাই। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মপুনা ঐখোয় মাপন অসিদা শিন্থা কোলোয় ফজনা তম্বীয়ু। তম্বীরগা ঐখোয় শিন্থা অসে পাংজরগে ফরে অদুদি য়েংঙু নুংপান পুবা তাইবং শখাইরেন্না পুরম্বা শিন্থা অদো লোইশেম্বনা নুংখাইরেন শলাইরেন শিদবনা মহুৎ শিন্দুনা পুরো। মথংদা নুংশেম পুবা লৈশা পুবা মপু শাগী শিন্থা পিরোদো

অশোইবা অৱাৎপা য়াওদনা পিবিরো। শাইওনবগী শিন্থা অদো পাংজরগে। মথংদা লৈশা পুবা উরান শলাইগী মহুৎ অদো অদুনা তাইবং পুবা নুংপান পুবা শলাইরেন শিদবনা মহুৎ শিন্দুনা পুরোদো। উগী শিন্থা অদো পাংগদবনি। মথংদা পোংপুবা পুংফাই শলাইরেন শিদবগী মহুৎনা তাইপুংবনা পুরো শিন্থা পিরেদো নুংশেম্বা তিল্লম শলাইরেন শিদবগী খোংলোয় ওইরম্বা শকোকলেন অদুনা শিন্থাপুং জীব অখাইবনা মহুৎ শিন্দুনা পুরোদো শিন্থা পিরক্লে। মথংদা পোংপুবা ঙারক শলাইরেন শিদবগী পিরল্লিবা শিন্থাদুনা নুংপুরেনবা খোঙ্গুম শলাইরেন শিদবনা মহুৎ সিন্দুনা পুরো শিন্থা পিরক্লে। লৈশা পুবা মপুনা মথংদা লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবগী মহুৎতুনা উচেক্কী উতুংবা পুংলেন শলাইরেন শিদবনা মহুৎ শিন্দুনা পুরো শিন্থা পিরক্লে মথংদা লোইপুবা লিলবুবা শলাইগী মহুৎতুনা খোংশাবা খোংলোয় শলাইরেন শিদবনা মহুৎ শিন্দুনা শিন্থা পুরো পিরক্লে। মথংদা কুমপুবা কুমশা শলাইগী মহুৎতুনা তুংখনবা নুংশাখোং শলাইরেন শিদবনা মহুৎ শিন্দুনা পুরো। শিন্থা পীরক্লে। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুনা শলাই নখোয় মাপনমক পুকচেন তিন্নবা খোইজেন তিন্নবা খোংলোয় তিন্নবা হায়বদুমক্তি হান্না অমুক্তং শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী মিৎলাংদা উহনগদবনি। কুমওন কয়া কুমজা কয়াদি লানলোই লানশিং তমখিরোই। শাইওন পীরেন লাংওনবা মপু ঐগী পাইমনুং অসে পেন্দ্রি। য়াম্না পেন্দ্রি। ঐনা শিন্থা পীরকপা খুদিংমক অরেম্বা লোয়না ওইখিবসে য়াম্না পেন্দ্রে। অদুনা হায়রিবা শাকোকলেনশিং অসিগী নখোয়না মহুৎ শিন্দুনা পুরেদো। মালেম লৈপানপুংগী লৈয়োন ফম্বান অসিদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হৌজিক্তি তারেদনা লাংওনবা মপু তারে। শাইওন মীরেন লাংওনবা তাইবং মখোয়না ময়েং তাজবনি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু শলাই মাপন অসিনা অমুকসুমুক লিংজেন মান্নরক্ত্রবা পুকচেল তিন্নদ্রবা অদুমক মাগী শলাইদা হলহনখো। অপাম্বদুখক্তং তৌরো হায়খরো। শাইওন মীরেন

লাংওনবা হনগনু শোইদনমক মাই পাক্কদবনি তাইবং হায়বসিনা অদুম মপোক-মপোক খুদিংমক্তা লাংওন খুদিংমক্তা তাইবং হায়বসিনা পুল্লপ পুনবা হায়বসে অমুক ঙম্মরোইদৌবনি। মখোয় মশেন তোঙান তোঙান্না অদুম তাহৌরদুনা মালেম অসিদা মাইথিদুনা লৈহৌরগদবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু অদুনা তাইবংনা মপু ওইগদবদুখক্তমক ওইনা হোৎনবিরম্মু মখা তাবা মখোয়গী অন্নাবদুদি মশা মশাগী খোংলোয় ওইহনলোদো। য়াম্না নুংঙাইবে লাংওনবা মপু শিষ্থাদুমক শাইওন মীরেন লাংওনবনা পাংজবগেদো তাংকক ঙম্মা লোযবে লাংওনবগা ব্বাবি শান্নবগী মতাং অমা।

# শাইওন মীরেল লাংওনবনা লৈপানপুংদগী শলাইদা কুম্বাগী তাংকক অমা হৌরে

চংলো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু শারম পুবা মপু অদো নংগী শক্তি অদুনা কোইশন্দুনা থম্মু। মহাক্লা লোয়নমক মালেম অসিগী মাংন্নবা শিল্লকদৌরিবনি। নং চংখ্রিবা মখোয় শলাই নিপান অদো করি তৌরিবগে হায়বদো নং অমুক্তং মখোয় অদো অশেংবগী লম্বেন লাক্লনবগী মশক অমদি খংহনগদবনি। খংহনলবা মতুংদা অমুক খংলবা মতুংদদি অপাম্বদো অমুক থুংদ্রে হায়বদো মখোয়দা খংহনগদবনি। অদুমক খংহনদ্রবদি মালেম অসে চীংঙু ঐখোয়গী শিঙ্খা মপুং ফারোইদৌরিবনি। খংঙুকো মদুমক কাংজগেদো মপু শাইওন মীরেন লাংওনবনা শলাই মাপন নখোয় হৌজিক তারে। তাইবংগী লমজিং লমতাক্কদবা লানলোই লানশিংগদবনা লোইশেন্বা পুংফাই শলাইরেন শিদবনিদো তাকপিয়ুদো মপু। মথংদা নুংশেম পুবা লৈশা পুবা মপুনা ঙা খুদিংমক্কী লাক্লিবা খোংলোই অদুবু য়েংগদবা অমদি মদুগী লানশিং পীগদবনিদো। তাকপিয়ুদো মপু। উম অদুগা উগী শিঙ্খা উমং কয়াদা লৈরিবা জীব পুম্নমকপু য়াইবি তেমশিংনগদবনা তাইবং পুবা নুংপান শলাইরেন শিদবনিদো তাকপিয়ুদো মপু। অদুগা মখা ঈরিন তম্বনা জীব পুম্নমকপু লমলেন ঈরি তমমকপা তাইবং তেমশিংনরকপদা য়াইবি মীরেন চাইগদবা তাইপুংবা শখাইরেন শিদবনিদো তাকপিয়ুদো অদুগা তিল্লম খুদিংমক পু-য়াইবি ঈরি তেমশিংনগদবনা শিঙ্খাপুং জীব শখাইরেন শিদবা নিদো-তাকপীয়ুদো মপু মথংদা জীব পুম্নমক্তা তেমশিংনরকপা-য়াইবি লৌগদবনা নুংপুরেনবা

খোংগুম শলাইরেন শীদবনিদো তাকপীয়ুদো মপু। মথংদনা উচেক্কী য়াইবি মীরেন লৌগদবনা উতুংবা পুংলেন শলাইরেন। শিদবনিদো তাকপিয়ুদো মপু লিল খুদিংমকপু য়াইবি মীরেন তেমশিংনগদবনা খোংশাবা খোংলো শলাইরেন শিদবনিদো তাকপিয়ুদো মপু। মথংদা শাগী য়াইবি মীরেন চাইগদবদুনা তুংখনবা নুংশাখোং শলাইরেন শিদবনিদো তাকপিয়ুদো মপু। ঐখোয় মাপনমক্লা কাংজরগেদো। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। ওঃ অদুদি মালেম লৈপানপুং অসিদা শা অমত্তনা খোংফম অমা তাবা য়ারোই জীব খুদিংমক্লা চাক্তাবা য়াগেই। নখোয় শলাই মাপন্না চপ চানা পনঙাক্তুনা লৈরমগদবনি ফরে হৌজিক্তি নুংঙাইরে ঐ নখোয়গী শলাইরেন শিদবা খুদিংমক্লা চাক্তারিবা মফম অদুদা অমুক্তং ঐহাক্লা চৎতুনা শিন্থা অদো তম্লুখিগে। উম, অদু ওইরবদি হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। ঐখোয় শলাই মাপনগী শলাই অদুদা তম্বীয়ুকো লৈপানপুং অদুদা শাইওন মীবেন লাংওনবা মপুগী শিন্থা মপুং ফানা পাংদনা লৈহৌরি হাযদনা তম্বীয়ু অদুবু লৈপানপুংগী পুংময়োন অসিদা হৌরিবা হৈরাং-লৈরাং অসিদি ঐগী-ঐগী শলাইশিং অদুদা য়ৌবা ঙম্বগী শক্তিগী মঙান অদো ননাই শলাই ঐখোয়দি লৈজদ্রেদো শাইওনবনা এ ঐনা লোয়না য়ৌগনি। অদুদা নত্তনা হায়নিংবস্ হায়য়ুনা নংগী নংগী শলাইগী হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা অদো লোযনা শেম শারো শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা লোয়না পুরগা পীগনিনে এ, অদুদি মপুদা ঐখোয়না থৌদাজবদুবু করম্না তৌগদগে -; ঐগী শাইওনদি তাইবং ওইনা ওনবনি। করিগীদমক্তা অদুম্না পাইমদা খল্লিবনো। চপ মান্নেনে ঐগা নখোযগা নখোয়গী শলাই মাপন মদুদা শোইদনমক্কী পীগনি। নখোয়না নুংঙাইত্রে হায়রগসু নখোয়গী শলাই মাপনদগী তম্বা অমমম থোক্লককো। অদুগা হৈরাং লৈরাং অদো পুরগা চৎলগা লোয়রেদনা। এ; অদুনবু ফরে অদুদি ঐখোয় শলাই মাপনগী তম্বা অমমম থোক্লককও হায়দনা তম্বশিং অদো থোরক্লে। নংগী নংগী পুগদবা হৈরাং অদো পোরকলো। ঐগীসু পীরম্মো ঐগীসু পীরম্মো হায়দনা মাগী মাগী শলাই অদুদা হৈরাং ময়াম অমা

মালেম লৈপানপুং অদুদা হৌরিবা হৈরাং অদো হেক্লগা লোয়নমক য়োম-য়োমদুনা পুরকইদো হে তম্বা ওইবা নহাক্না ঐগী শলাইশিং অদুদা লৈরিবা শলাইগী কোকলেন ওইরিবদুদা লৈপানপুং অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবগী শিন্থা পাংদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈহৌই হায়না তম্বীযুকো মখোয়গী নুংঙাইবা অৱাবদুসু অমুক তম্মক্লগা অমুক তম্বীযুকো ঐঙোন্দা হোয়-হোয় হায়দুনা অদুম্না পুবমেন পাওমেন্নদুনা মথং মথং লোযনা পুদুনা লাক্লে। শুরব্রা? নখোয় শলাই মাপনগী তম্বা মাপন শুজরেদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। উম অদুদি ঙাইহাক লৈরমখোকো। শারম পুবা তাকপিযুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। ঐ মালেমদা অমুক্তং কুমলুখিগে। তাইবং শলাইরেন খুদিংমক্না চাক্তবিবা মফম অদুদা কুমলুখিগে।

শলাই তরাতরেৎকী মফমদা শারম তিল্লম ময়াম অমন খোংগুম্মক্তুনা য়াইবি চাইরো কোলোয় হায়বক্লে অদুনা মখোয় শলাই নিপান্দুবু ঐনা লাম্ছেংনবগী য়াইবি মীরেন চাইন্নবা, ওঃ অদুদি শারম পুবা মপু ঐদি খোঙ্গুমদবা য়াদরে শারম পুবা মপুনা মালেমগী লৈপানপুং ঙাকশেন্দুনা লৈবীরম্মু ঐনা লাক্লিফাওবা শাইওনবা ঐদি শলাই নিপানদুসু মাপনদুসু করি তৌরিবগে হায়বদো য়েংশনলকখিগে। অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে শারম পুবা ঐগী নিংবা থুংলে। শলাই মাপনখক্তা ঙাইরবদি শোইদনা ঐগী নিংবা থুংলগনিকো হায়দুনা শারম পুবা মপুগী নুংদা খল্লি। ফরে অদুদি শারম পুবা মপু খৈনা তুমখুন তান্দুনা ঙাইহাক্তং পোথাবিরো। অদুগা মালেম লৈপানপুংবু নিংথিনা ঙাকপিরম্মুকো। উম, শিন্থাদুমক পাংজরমগেদো হে অথৌবা মপু। শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী মীৎলাংগী শক্তি অদুনা শারম পুবগী অকোইবগী লমলেন অদুদা জীরি জীরি জীরি ... লোয়না শিৎনান্না কোইশনলেদো শারম পুবা মপুদো মশক উহন্দবা মখৈ খুমদুনা থনম্মী। মাগী শারম তিল্লম ঙারক লিল্লম জীব পুম্নমক অদুসু শাইওন মীরেন লাংওনবগী শক্তি অদুনা জীরি জীরি

রি... মবোন-মরোন শিংনান্না লোয়না কোইশললি চংঙকপা য়ারোইদবা থোক্লকপা য়ারোইদবা মরমদা থনম্মী। অদুগা মালেমগী লৈপানপুংগী অকোইবা অদুসু শক্তি অদুনা জীরি জীরি জীরি ... মরোন মরোন লোন্দুনা কোইশল্লগা থনমলেদো জীব অমত্তনা চংঙকপা য়াদনবা জীব অমত্তনা থোক্লকপা য়াদনবা থোঙলোন খুদিংমক লোনশনদুনা থনম্লেদো শাইওন মীরেন লাংওনবা শলাই মাপনমক অমুক ঐদি তাইবংলেন্দা খোঙ্গুম্লগেকো। ঐখোয়গী শলাই মাপনদসু শাইওন মীরেন লাংওনবনা অৱা হুইদোই লাংদনবা শিন্থা কোলোয় পুম্নমক কোকপিরম্মুদো কোকঅম্মগে অদুগা অমুক তন্না খোংলোয়শিং অসিসু অমুক্তং তন্না খোংদোইরক্কদবনিকো। অদু ওইরবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐখোয় নংগা খোংদোয়বসি। অদো ঐখোয় মাপনদি করম হায়না তৌগনি। এঃ নখোয়গী শলাই অমগী উঙাম অমদা হেক্তা তোংলগা লোয়রেদনা হায়দুনা চাওরবা, উ, অদুগী উঙাম অমদা তোংদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা তম্বা মপান অদুগা লাকমিন্নরেদো তম্বা মাপন্না হায়রকই শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করি হায়নিংঙি ঐখোয়দি তাইবং ওইবনিদো তাইবং ওইবনিনা ঐখোয় অসে য়াম্না পাঙ্গল শোনবনিনে মপু। পাঙ্গল শোনবনিনা জীব খুদিংমকসু শমু মাইথিবা পীবনিদো মপু করিগীনোনে? নখোয়না পাঙ্গন অদুক শোনলিবগী মরমদো করিগী পাঙ্গল শোনগদগে তাইবং হায়বসে পাঙ্গল খ্বাইদগী অকনবনি। জীব ময়ামদগী খ্বাইদগী শিংবা তাইবংনি। খ্বাইদগী পাঙ্গল কনবা তাইবংনি। করিগীনো হায়বদা নখোয় মাপন অমুক্তা তাও মালেম অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক অসিদি মখুৎ অদুনা মহাক্কী চাজনবা অদো চাবদি ঙম্মে হায়ববু য়াম্না মপুং ফানা লৌবা ঙম্বা নত্তে। মচিন খক্তনা অয়াম্বনা লৌবনি। অদুবু তাইবং নখোয়দিকো মালেম অসিদা লৈরিবা তলাপ পমেন খংদে জীব ফংদে। নখুৎ অদুনা য়াল্লগা ফারগা লোয়না পুবা হাৎপা ঙম্বগী শক্তি ময়াম অমা নখোয়না লৈরিবনি। তাইবং নখোয়না জীব খুদিংমক্তগী খ্বাইদগী অশিংবা খ্বাইদগী থৌনা লৈবা পাঙ্গল কনবা লমজেন

য়াংবা তাইবং ওইবনিদো ঈশিং অসিদা লানলক্লিবসে তাইবং নখোয় খক্তনি। জীব অমত্তনা লানবা ঙম্বা নত্তে। অদুগা তাইবং নখোয়না লাননলিবদি ঐখোয়মক্না তোংলিবা 'উ' অসে তাইবং নখোয়না থাঙ কয়া পায়দুনা য়াননলিদো। য়াননলগা উ অসে উয়ি কয়া ফোইদুনা পুনশিন্নলগা তোংঙগা লাননলিবনি। মসিমক্না জীবশিং অসিদগী তাইবং নখোয়না হেল্লে হায়বদু খংগদবনি। অদুগা হেল্লি হায়বদো খংনবদুগী মতুংদদি নখোয় তাইবং মশেন অমুক ঐনা মাঙোন্দগী হেনবা ঐনা মঙোন্দগী ঙম্বা ঐনা মঙোন্দগী মশিং হেনবা হায়বগী ব্রাখনলোন অদো খন্নবকপদগীনি। হৌজিক মখোয় শলাই নিপান অমনা অমুক য়াম্রিবসি চংখ্রিবসে শাইথেবা হৌরবনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক অসিগী মপু ওইবা হায়বা মতমদা ঐখোয়দি ওইবা পামদে হায়দনা চংশ্ববনি। উম, চংশ্রবসিগী মনুংদা নখোয় মাপনসিসু অমুক লিংজেন মান্নরকলোইদৌরিবনি। এ! শাইওন মীবেন লাংওনবা মপু ঐখোয মাপনদি মান্নহনবিয়ুদো ঐখোয় মাপনসিদগী অমুক লৌথোকপিরগদি করম তৌগনি। ঐনা নৎতে। নখোয়গী পুকচেন অদুদা ব্রাশক অমগা লোয়নননা অখাং কনবা অৱাবা কয়া খাংবা ঙম্বদো অদুনা মালেম অসিগী মপু ওইগদৌরিবনি চাওরবা শা ময়াম অমা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা লৈরিবা মালেম অসিদা খজিকখক্তা ওইবা তাইবংসি ফাওবদা চপ মান্নবগী ব্রাখন মান্নবা ঙমদবসে মসিনা খ্বাইদগী লাইবক থিরবনি। অদুবু নখোয় শলাই মাপন অসে তাও শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা জীব খুদিংমক লোয়না য়াইবি লৌবা ঙম্মী। তাইবংসু ঙম্মী; তিলসু ঙম্মী; লিলসু ঙম্মী অদুগা জীবসু ঙম্মী; উচেকসু ঙম্মী; ঙাসু ঙম্মী; অদুগা শাঙৌলেনব. শাঙাংলেনবা খুদিংমকসু তুম্না য়াইবি লৌবা ঙম্মী। অদো ঐনা অদু য়াইবি লৌরগা করি কান্নগনি। ঐদি মালেম অসিগী মপু ওইরোই। করিগী ওইরোইদৌরিবনো মপু? ঐদি লাংওনবা মপুনা শাইওনবনি শাইওনলিবা মপুনি। ঐনা ফম্বান অদো ফম্বা য়াদে। ঐগীদি মপোক অমা ওল্লম্মগা মপোক্তুবু অমুক খোংগুম ঈরোন তমহনলম্লবা পুন্সি খোংলোয়

লাকহনলম্লগা মপোক অমমুক ওনবা। অদুমাই তৌদনা লাংওন লাংওনশিংদো ওনবা মী.বন অদুবু শাইওন মীবেন লাংওনবা হায়দুনা ঐগী কোলোয অদো থোনলিবনি।

হৌজিক ঐখোয পাল্লবা ঈপাক অসিগী ঈয়াই যৌরল্লবনি। ঈয়াই যৌবকপসিদা নুংশিদ্রা য়েংঙু নখোয় শলাই মাপনগী মালেম লৈপানপুংদা লৈহৌবিবদুনা মাগী মাগী শলাই অদুদা ঐখোয় মালেম লৈপানপুংদা মপুগী শিন্থা পাংদুনা লৈহৌবি তন্বীয়ু। অদুগা লৈপানপুং অদুদা হৌবিবা হৈরাং নিংথিবা লৈবাং ফজবা অদুবু পোরকএ হায়দুনা খুদোন তমমকএ হায়দনা নখোযনা পোবকলিবদো নুংশিদ্রা। উম, নুংশি কাওবা লৈবরোইদবনি। অদুগা অমনা নখোম শলাইমক্লা খংগদবা অমনা হায়রিবা লৈ অদো অমুক জীব অমনা হেকপসু ঙম্লরোইদৌবনি। লৌবসু ঙম্লবোইদৌবনি। কবিগীনো? মালেমগী লৈপানপুং হায়বাসিদি জীব অমত্তনা মফম অদুদা লৈবা ঙম্বা মফম নত্তে। চাক্তবা ঙম্বা মফমসু নত্তে। অদুগী মফম অদুদগী পুজবক্লিবা লৈ, হৈবাং অর্দাদ লেম্নখক মাংলরোইদৌবনি। হযেং মালেম অসিদা অদুমক নখোয়গী শলাইগী হৈরাং লৈরাং ওইরনি। শোইদনমক্কী ওইবগদবনি। অদুদি য়াম্না ফরবা মপোক ওইরেনে মপু। উম, অদুগা নখোয়না অমুক খংগদবা চেকশনগদবা অমনা চৎখিবা শলাই নিপান অদো মদুনা অমুক নখোয় শলাই মাপন অসিদা শোইদনমক্কী য়াইবি মীরেন চাইবা হৌবল্লগদবনি। নখোয়না অমুক মালেম লৈপানপুংদা লৈহৌরগা মালেম অসিগী মপু অসে ওইরল্লবদি মখোয় নিপানদু অমুক অৱাবা ওইগনি হায়বগী ৱাখল্লোন অদুদা ফত্তবা অমুক খল্লক্লগা নখোয়গী শলাই মাপনদো মখোয় নিপান্না কয়াদা থিন্না ওৎপিগদৌরিবনিদো। নৈবিগদৌবিগদৌরিবনি। ওঃ অদুদি কবম তৌগনি অদুদি তাইবং নখোয় মশেনদি তাইবং মশেন অদুমক থেংনজগদবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী ইথৌ নত্তে। অদুবু ঐনা তাকপিরম্বগী ৱানি। ওঃ অদুদি তাইবং ঐখোযসি খ্বাইদগী মবুকচেল ফত্তবা তাইবং ওইরেদো উম তাইবং ঐখোযসি খ্বাইদগী পুকচেল ফত্তবা তাইবং ওইরেনে। উম, খ্বাইদগী কনবা

তাইবংনি তাইবংনসু পুকচেল তিন্নরম্লবদি লাংওন খোংলোয় অসে শমু মাই পাক্লগদবনি। অদো ঈশিং ঈপাক অসে লাল্লকপসিদা লেমলৈ ঙা হায়বসি তাইবংনা ফাদুনা চাবিবনি। অদুবু মখোয়গী ঙাকোক হায়বা ঙাকোকলেন হায়বা ঙাকোকপী হাযবদো নখোয়দি খংলম্লোই। খংদে য়েংসিরা অদুদি। উম, উঙামদো মমাই লৈখৎলু হায়দনা মমাই লৈখৎলগা তপ্না চৎপসিনদি য়ৌবা নাইররোই খরা কন্না চৎলো। খরা কন্না হোনকৎসি হায়দনা জীরি জীরি ... জবা জরা জবা... শাইওন মীরেন লাংওনবনা মখুৎসিনা জরা জরা জরা... হেক্তা অঙকপগী মশক্তা হোনলগা জীরি, জীরি, জীরি হেক্তা হোনকৎলকপসিনা জরা জরা জরা জরা ... হোনকৎলকপসিনা ঙাকোকলেন্না লৈরিবা মফম অদো য়ৌরেদো অদুদি ঐখোয়গী উতুং উঙাম অসে মফম অসিদা পুল্লগা থম্লসি। ঐখোয় কুম্মসিকো উম, কুম্লসি করম্না কুমগনি; এঃ ঐ তৌগে শাইওন মীবেন লাংওনবসিনা হে লাইজ ঈপান নহাক ঐনা লাক্কদৌরিবা লম্বেন অসি মসিদা নহাক অথৎপা অমদি অপনবা পীবা য়াদে। হন্দোকউ হায়রকপা মতমদা মীৎলাংনা শংত্রিক য়েংঙকপা মতমদা লাইজ ঈপান অদো জরা জরা জরা ... হেক্তা হন্তোক্লগা মাগী লম্বেল অদো থারকপা। মখোয় মাপন অদো তপ্না লাকও হায়দনা জীরি জীরি জীরি... জম জম জম... হায়দনা পাকথ পাকথদনা অসুম চংঙগা ঙসাইগী মাগী লোনলিবা থোঙলোন লৈশাদো কোরোক কোরোক কোরোক... হায়না হাংতোকই। মথং মথং কোরোক কোরোক হাংতোকই মথং মথং কোরোক হাংথোক্লগা লোয়না হাংতোক্লগা 'তু' আদা লৈরিবসিনি। 'তু' ইমাই পেম্মা অসিদি অঙকপনিহে। উম, অসুক চাওরবা ঙা অসিদি কদাইদা লৈবা জাৎনো এঃ অসে শক্তি য়াম্না লৈবনি মাগী শক্তি য়েংগে হায়রা? উম অদু থোঙসি হাংদোকসি অমা থোকহল্লক্লগে শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঙাগী মীরেন লাংওল্লগা মনুংদা শৎ হেক্ত চংশল্লগা চাওরবা ঙাকোকলেন অদো মপান্দা জীরি জীরি জীরি ... হেক্ত পুথোক্লক্লগা মপান য়ৌরকপদুদা কন্না কন্না হেক্তা চোংদুনা হেক্তা অঙকপগী মশক

ওইদো। ম়ালেম অদুদা লৈরিবা তিল্লম অদো জীরি জীরি জীরি... হেক্তা লৈশাবু য়োৎকদৌই। উম, মখোয় মাপন অসিনা থক থক থক... হেক্তা নিকপনা উঙাম অদো কোন্দুনা লৈরিদো অদুদগী শাইওন মীরেন লাংওনবনা লেম্লে 'ঙা' অদুনা মনুংদা অমুক জীরি জীরি জীরি ... পুশনখ্রগা শৎ লাওনা ওন্থোকল্লগা থোঙলোন্দো। কোরোক, কোরোক, লোয়না থিংজিললেদো উরব্রা ইস, শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু উজরেদো অসিদি তাইবং ঐখোয়না করিসু তৌবা। ঙস্লোই উম, অসিগুম্না জীব। খুদিংমক্কী মাগী মাগী কোকলেন ঙাকোকলেন হায়বদো লোয়না লৈবনি। অদুনা মখোয় অসি লৈরিবা মখৈদি মালেম অসিদা তাইবংনা মপু ওইবখক য়ারোই মখোয় লৈতবা মতম অদুদা তাইবংনা মপু ওইগদৌরিবনি অদুদি তাইবং ঐখোয়না ঙম্লগদব্রা? করিগী ঙমদনিগেনে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা লমজিংলগা নখোয়দা তাক্কদৌরিবনি। ফরে অদুদি মোংবা নরানয়াইদা অমুক খোংদোইরসি উঙামদো লৈথোক্লো হায়দনা উঙামদো শৎ লৈথোক্লগা জীরি জীরি জীরি... হোনদরকলেদো। সিগী ৱাংলেন অসি য়ৌরবদি য়াম্না নুংঙাইরে। ঐখোয় হৌজিক য়াম্না নুংঙাইরে শাইওন মীরেন লাংওনবনা লমজিং লমতাকপিদুনা লোয়না খংলেদো। ঙাকোকলেন লৈবা মফম খংজরে অঙকপা ওইবগী শক্তম অদো উবা ফংলরোইদৌবনি। অদুবু উবা ফংজরেদো অসুম্না জীরি জীরি জীরি... লাকপনা ঈনুংবা মানা ঙানলক্লেদো ঈনুংবা ঙানলক্লবদুগীদি অঙানবগী মতম য়ৌরকপদুদা মখোয় মাপনসিবু মাইকৈ মাইকৈ অদো কোইনা কোইনা য়েংঙিদো উবা নৎত্রে। মখোয়দি লাকইবমক মদু শুকউ উদবনি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাকপিয়ু করিনো? উরিবা লমলেনগী অহাংবা ময়ামসিদি করিনো সিনিনে মালেম হায়রিবসে। উমং কয়া অমা লৈরি মঙান কয়া অমা লৈরি ঈনিল কয়া অমা লৈরে শাহুম কয়া অমা লৈরে অঙকপগী মশক ওইবনি মসিদগী পুঙান ঙানলিবা মফম মসিদা ঙুরুং, ঙুরুং, ঙুরুং ... ঙংদুনা লৈরিবা

মফম অসিনা খান্বী মৈনা লৈরিবা মফমনিদো। ওঃ অদুগা শোমদগী উরু উরু লৈদুনা লৈরিবা মফম অসিনা নুংশিংকী মফম ওইরিবনিদো অদুগা শোমদা অমুক পুকমম মমদুনা পুকলাং লংলিবসিনা ঈশিংগী হৌরকফমনিদো। ওঃ অদুগা য়েংঙু শোমদা লাকইবা পুমঙান ঙাল্লকলিবা মফম অসে মসিনা অঙানবগী মীৎলাং ওইবা তাইবংনা মীংথোনলগদৌরিবা কোরৌ নুমিৎ হায়বদুনিদো। ওঃ মহাক্তি মফম অসিদা থোকপ্রা? উম, শোম থংবদা লৈরিবা ঈংনা ঙাঙান্নবগী মচু ওইনা লৈরিবসিনা অমম্বদা ঙানগদৌরিবনি। অসিনা থাগী মঙালনিদো। ওঃ অদুদি মালেম অসিদি খন্থরুরবদি য়াম্না নুংশিবা পাইমা পিবুক হুবনিনেকো। মানি লৈরিবা জীব খুদিংমক্কী মফম অদুদি হয়েং ঐখোয়না অমুক হল্লকপা মতমদা য়েংঙসি য়েংঙসি হৌজিক্তি ঐগী শলাইরেন্দা খোংদোইবসিনে উম, জীরি জীরি জীরি... জোৰা জোৰা... ঙুরু ঙুরু... হেক্তা ৮ংদনা জরা জরা... হেক্তা হোন্দোরকপনিনা উঙামসে হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা জরা জরা... হোনথৈ নখোয়বু অরাম খৌবাংবা পোকপ্রনে ঐখোয়দি কোরৌ মশিং য়াম্লক্লবনিনা অরাম খৌরাংবদি পোক্লবনি। অদু ওইরবদি ঙাসি ফারগা চাওদনা। ফাবদি ঙমদে। এ; ঐ ফাগে অদুদি ঈশিং ঈপাক ইয়াইসিদা কমদৌনা ফাদৌরিবনো ঐ ফাগে। হায়দুনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা উঙাম অদুদা শৎ হেক্তা ফমথবগা মখুৎ অদো লাইজা ইরোলনুংদা শৎ থিংজিল্লগা চাওরা-চাওরবা ঙাসে তাপ-তাপ ফারগা মাগী মখুৎতো চাওগে মনিংলি পিককে মনিংলি তাইবং অদুদা মফম অদুদা ফম্বা উইহনবগী ৱানি। ঈশিংদা শৎ হেক্তা কুমথবগা চাওরা চাওরবা ঙাদো ফারগা থক-থক হেক্তা লংখৎলকইদো। তো অদু চিন্দমলো হায়দনা ঙাশিং অদো চিন্দমলো শাইওন মীরেন লাংওনবনা ফাবা ঙাসে ঐখোয়না চারবাকো। ও; ঐখোয মাপল অসিদি খ্বাইদগী মপোক ফবা ঐখোয় মাপন ওইরেনে। উম মাপন অসিদি খ্বাইদগী মপোক ফবা ওইরেদা হায়দনা মাপন অসিনা কোলোয় ৱারি পৌশন্নদুনা অসুম জীরি জীরি...জোৰা জোৰা...ঙুকং ঙুরুং...

ঙরাং ঙরং...মথং-মথং অসুম লাকপনা মাগী-মাগী শলাইরেন অদুগী লমলেন অদো য়ৌশনলক্কাদৌরেদো তু-তু ঐখোয়না লৈরিবা লম্লেল অদো য়ৌরক্কদৌরবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা নুংশিদা মালেম অসিগী মপু ওইননবা হোৎনবদা শলাই লমলেন পুম্নমক থাদোক্তুনা মালেম লৈপানপুংদা খোংদোইরুরবনিকো। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা তাইবং ঐখোয়গীদমক্তা খোঙ্গুম্ববিকপনি-মপুনা। উম খোঙ্গুমলক্লবনিনা হৌজিক্তি য়েংঙু লোইশেম্বা শলাইরেন শিদবগী লমদম য়ৌরেদো। উম লোইশেম্বা শলাইরেন শিদবগী পোইরৈ লমদম অসিদা হান্না ঐখোয় খোঙ্গুমখিগদব্রা? এ! খোঙ্গুমখিগদবনি লোইশেম্বা শলাইরেন শিদবগী পোইরৈ লমদম অসে য়ৌশল্লকপসিদা মাগী লৈরিবা মপারি মমোম অমদি মাগী লৈরিবা শলাইগী মপারি মমোম ময়াম অমনা ফন-ফন চোংদুনা খোংলোয় লোইশেম্বা মপু লাক্লে হায়দনা কোলোয় ঈরি তম্বাদগীদি লোইশেম্বা মপুদি নুংখাই শলাইগী পারি ওইবনি হায় মপুদি কমদৌহৌরি। মপু মাদি মালেমগী মপু ওইদুনা শিন্থা কোলোয় পুদুনা ঈরি ঈকাংহৌরিদো ও; অদুদি লোইশেম্বা মপুদি অৱা হুদোই লাংবা য়াওদেদনা? য়াওদে। হৌজিক্তি লোইশেম্বা নুংখাইবা শলাইরেন শিদবগী মফম য়ৌদুনা তুবানবা নহাক অমুক লৈহৌরোদনা। উম, ঙাইখোদা হরাও মোমোন নোকমিন্নদুনা লৈরাং ঈরি তমদনা চিনলাং চিনগোই তমখিগদবনিদো। লোইশেম্বা মপুদি করম তৌহৌবনো। মপুদি শাইওন মীরেন লাংওনবগী শিন্থা কোলোয় তমদুনা লৈহৌরেদো। অদুগা তুবানবা পারিনা লাক্লিবনা করিগীনো তুবানবা পারি ঐনা লাক্লিবদি লোইশেম্বা শলাইদা তমলুচো হায়দনা ঐবু থারকপনি অদুনা শলাই অসিদা অৱা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা অদুগা জীব কনানা শারম কনানা তেমশিংনরকপা য়াওব্রা উম লোইশেম্বা শলাই ঐখোয়গীদি অৱা হুইদোই লাংবা করিসু য়াওদে করিমৎতা অৱা হুইদোই লাংবা লৈতেনা।) উম অদুদি হৈরাং চিন্দম ঈরি তম্লসি হায়দনা হৈরাং অদো পিরেদো। ও; সে লোইশেম্বা শলাইবেন-শিদবনা শাকোকলেন ওইরিবা তাইবং ঈরি তম্বাদা তমলম্বনিদো। উম, অদুদি

য়াম্না নুংঙাইরে কোলোয় শিন্থা ঈরি তম্বা মতম ওইরেদো। উম শাইওন মীরেন লাংওনবনা তাও লোইশেন্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা নখোয়গী শলাই অসিনা নিংজরিবা খুদিংমক্তা থুংবা ওইরো। লৈপানপুংদা পাল্লিবা হৈরাং অসে লৈরাং অসিদি তাইবং নখোয়না অমুক হেকপা ঙল্লরোইদবনি মসিগী শিন্থা অসিমক নখোয়না লোইশেন্বা নুংখাইবা শলাইরেন শিদবা নখোয়না মালেম অসিগী শলাই অমগী মপুদি নখোয়না শোইদনা ওইরগদবনিকো শিন্থা কোলোয় ঈরি তম্লেদো শলাই অসিগী মপু ওইহৌরগদবনি। লোইশেন্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা নখোয় খোংলোয় ঈরি ঈতম ঈরেন তমমকপসিদদি তন্না অমুক খোংদোইরগেদো। এ; অসুক য়াম্না শাংলবা কোরৌ নোংমতসু য়ৌবা ঙমদ্রবনি লমলেন ওইরবা অমুকসু লানবা ঙম্বগী তাইবং ঐখোয়গী শক্তিগী ৱাংমদা লৈরিবা মফম অসিদা খোঙ্গুমবিরক্লবা পারিশিং অসিবু কনা ওইবনো অমুক্তং চেংলৌ শক অদো তাকপিয়ু হায়দনা কোলোয় চিনগোইনিংবনিদো। উম, ঐখোয় শলাই মাপনগী তম্বা ঙাক্তনি। অদুগা ঐখোয় ময়ামবু লমজিংলিবা মপুসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবা হায়বা মপুদুনি। এ; শাইওন মীরেন লাংওনবা হায়বা মপু অদুদি মালেম লৈপানপুং অদুদা শারম কয়াবু জীব কয়াবু মাইথিবা পিরগা তাইবং ঐখোয়না মালেম অসিগী মপু ওইগদবগী লমজিং লমতাকপিরিবা মপু অদুবু শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু কৌইদো। মপু অদুগী য়াৱাগী মতুং ইন্না ঐখোয় তন্না অমুক খোংদোইজরকপনিদো। লৈপানপুংদা লৈরিবা শলাই মাপল অদুনা চাক্তদুনা লৈরিবা লমলেন ঐগী-ঐগী শলাইদা চাক্তারিবদো অৱা হুইদোই লাংবা য়াওবা জাৎলা হায়দনা পাইমনুংদা নুংশুক নুংজন্নবদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবগা ঐখোয় শলাই মাপলগী তম্বা মাপলগা খোংলোয় ঈরি তমমকপনিদো। ও; অদু ওইরবদি য়াম্নানুংঙাইরে হৌজিক্তি শলাই মাপনগী খোংলোয় তমমক্লবনিনা মমাং অমদি তুংদা অমুক হায়রিবসি খোংলোয় তমলক্কনি হায়বা তম্মকলোই হায়বা তম্বা ঙমদে তমলকইঙৈ ৱাংলেন অসিদা হৈবাং চিন্দমনা লৈরাং চিনমেন্নসি। পাইমনুংদা য়াৱা কোলোয়

কিশি কিবিগনু কোলোয় শাংদুনা তরামথোইশুবা শলাই লোইশেম্বা শখাইপুবা শলাইগী পারি ইমোমশিং অদুগা হরাও মোমোন নোক্তুনা হৈরাং চিন্দমমে লৈরাং চিনমেন্নবা লোইদুনা অমুক তন্না খোংলোয় ঈরি তমমক্লেদো খোংলোয় ঈরি তমমকপদগী তুবানবা তাকপীয়ুদো শাইওনবা মপু। নহাক্কী শলাইদা লৈহৌরগদবরা ঐ লৈহৌরোই মপু অদুদি তন্না অমুক খোংদোইরসে হায়দুনা হরাও মোমোন নোক্তুনা মখোয়বু লৈহৌরে।

মথং অমমুক লাক্লেদো উঙাম ঈরেন তোংদুনা অমুক লাইজ ঈপান্দা ইকুম ঈরেন তমদুনা লাইজ ঈপান্দা জীরি জীরি জীরি... জর জব... সুম লাকপনা জীবি জীরি...লাকপনা শলাই নিপানসুবা নুংশেম পুবা লৈশা পুবা মপুগী মফমদা থুংলরে শাখাবা পারি ওইবা নংবু থুংঙরেকো কোলোয় য়াৱা কাংদনা মখোয়গী শলাইগী শাকোকলেন ওইবা কোরৌ ঙসিদি কোরৌ করম্বা ওইবনো। করিগীনো ঐখোয় লানশা শমু মাই পাক্লবরা। মালেম লৈকোইপুংগী ফম্বানলেন তাইবংনা ফংবা ঙম্লব্রা শা খুদিংমকপু মাইথিবা পিরব্রা। শমু মাই থিরবরা হৌজিক করম তৌবা তারে। করম তৌবা হায়ববু শলাই নিপান অমদি মাগী মোংবা মরানয়াইদা হন্নখরে ঐখোয় শলাই মাপন অমা লৈহৌরে শলাই মাপন অমদুনা মাগী লমলেন শলাইদা অৱা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা য়েংঙু হায়দনা নুংশেম্বা ঐগা শলাই মাপনগী তম্বশিংগা পুন্না লাক্লিবনি। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবদা তাইবং ঐখোয়না করি তমজগনি ঐখোয়গা হৈরাং চিন্দম লৈরাং চিন্দমগদ্রা? হৈরাং চিন্দমগদবনি লৈরাং চিনমেন্নগদবনি। কোলোয় ঈরি তম্বাগীদি হৈরাং ফজবা লৈরাং নিংথি চিন্দম ঈরেন তমদুনা হরাও মোমোন নোক্লেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফমদা লৈরাং লৈহুন তমদুনা থৌনি পরৈ চেৎলক্লেদো শাইওনবা মপুনা উম নিপানশুবা লৈশা ঈরেন তম্বা নুংশেমপুবা শাখবা নহাক্লা তাইবং অসিদগী কোলোয় শিন্থা ঈরেন তমদুনা নংগী শলাইদা লৈপানপুংদগী পোরকপা হৈরাং লৈরাং অদো তমমক্লো হৌজিক্তি হৈরাং তম্লে লৈরাং তম্লে হায়দনা হরাও

মোমোন নোক্তুনা হরাও মথোই কারেদো অদুদি খোংলোয ঈরি তম্লসে শাখবা নহাক্তি লৈহৌররোইদ্রা? ঐ লৈহৌরোই হায়দুনা অমুক লাক্লে লোয়না উঙাম উরেন তোংদুনা লাইজ ঈপান্দা উঙাম উরিদুবু তোংদুনা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা জরা জরা জরা... লাকই। জরা-জরা লাকপা ৱাংলেন অদুদগীদি অকনবা নুংশিৎনা উরু উরু উরু... হেক্তা হুমমকপদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা করিগীনো নখোয়না কন্না হুমমল্লিববু হুমমকনু কোলোয় ঈরি কাংবদা হেক্তা তোকখি। অদুদগীদি অনিশুবা তাইবংপুবা মপু খোংলোয় শলাইরেন শিদবগী মফমদা থুংঙরেদো। হৌজিক ঐখোয় থুংঙরেদো লাকপা হেক উবদা লৈরিবা শলাইগী তাইবংশিংদুনা য়াম্না হরাওনা ঙাইরম্মী। হৌজিক্তি ঐখোয় তাইবংনা শমু মাই পাক্লব্রা! ইস; শমু মাই পাকত্রি অদুদি করম তৌবা তারে শমু মাইথিরে। ঐখোয় শলাই খুদিংমক পুকচেন খোইজেন তিন্নদবা মরম ওইরে পুকচেন তিন্নদবা মরমদুনা মালেম লৈকোইপুংগী ফম্বানলেনগী লানশিং ঈয়েন তম্নবা শাঙাংলেনববু শমু মায়োক্লদ্রিঙৈগী মমাংদা ঐখোয় পুকচেল খোইজেন তিন্নদবদুনা শমু মাইথিবদুনা শলাই নিপাল অমদি মোংবা মরান য়াইদা হনখরে। ঐখোয় মাপন অমদি লৈপানপুংদা লৈহৌরে। অদুনা পোরৈ লমদম অসিদা খোঙ্গুমনক্লিবদি অৱা হুইদোই লাংৱা? য়াওৱা হায়দনা খোংদোইরকপনি। য়াওদে ঙম্নবা হোৎনগদবনি যাইবি মীরেন থারবাসু থখিগদবনি। ৱাংলেন খোংফম অমা চিংঙু খোংফম অমা হোংবা য়ারোই। উম, শাইওন মীরেন লাংওনবা লানকোক লানশিং লৈবাশু য়াওবে। এ! শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই তাইবং পুবা শখাইরেন শিদবগা থৌনি পরৈ চেৎচরিদো। হে মপু ঐগী শকোকলেন শলাইরেন শিদব, মপুদি করম তৌহৌরে তাইবং পুবা মপু অৱা হুইদোই লাংবা য়াওদনা লানশিং হুইরেন তমদনা লৈহৌরে য়াম্না নুংঙাইরে অদুদি ঐখোয়না হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা অমা তমমকই হায়দুনা কোলোয় চিংগোইয়ুকে'। উম অদুদি লোইশা নংনা পুগদব্রা? উম অদগী লৈপানপুংদা হৌরিবা হৈরাং অসিনা লৈরাং অসিনা শলাই অসিদা অমুক তম্লমলগেদো। তম্লে

অদুদি ঐখোয় হৈরাং চিন্দমন্নগুমসে। লৈরাং চিনমেন্নরগুমসে তন্না অমুক খোংদোইরগে হায়দনা হেক থোক্লকপা মতম অদুদা নুংশেমপুবাগী...উঙাম তোংদুনা জীবি জীরি জীরি...হেক্তা তান্নরকপা অদুগা লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবগী পারি ইমোম পুম্নমক্না জীরি জীরি জীরি... হেক্তা তান্নরকপা করিগীনো ঙাইখো পারিশা মখোয় শলাই নিপানগী তাইবং পারিশিংনা তান্নরক্লিবসে করিগীনো? ঙাইখো নখোয় করি তৌবা য়াওরে। ঐখোয় কবিসু তৌবা নৎতে। লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা ঐখোয়গী ইবমদমশিদগী হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিববু মালেম লৈকোইপুং লৈয়োন ফম্বান্দা লানশিংনরিবা লোইশেম্বা শাকোকলেনগী মফমদা তম্বীযু হায়দনা হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবসে থিনজরক্লিবনিনে। ও; অদুদি য়াম্না ফরবনি উম যাম্না নুংঙাইরে অদুগা শলাই নিপান শুবা নুংশেম্বা পুবা মপু লৈশা পুবগীসু তম্বীযু হায়দনা হৈরাং ফজবা লৈরাং ফজবা শাকোক শারেন অসিনা তমজরক্লিবনি অসিদি য়াম্না ফবেনা। অদুদি অমুক তন্না হনজরগে। হল্লো। হল্লক্লেদো কোলোয় ঈরি কাংদনা হনখরে মখোয় মাপলমকশু শাইওন মীরেন লাংওনবগা তন্না অমুক তাইপুংবা মফমদা অমুক উরেন উঙাম হোন্দুনা লাক্লেদো জীরি জীরি জীরি...অসুম হোল্লকপনা অসুম হোল্লকপনা মখোয় মাপন অসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। করি হা নিংঙি মালেম অসিগী ফজবা হায়বসে মসিবু ওইগদ্রা? তলাপ পামেল কয়ানা মপুং ফানা হৌরে উরি কয়ানা মনিং তম্না য়েৎলে। হৈরাংনা মনিংতম্না পাল্লে লৈরাংসু লৈখনসুনা শাৎলে। অদুগা অতোপ্পা মফম কয়াদা নাপী অশংবনা শংবান্নবগী মচুনা অঙকপা ওই মখোয়গী মপান অসিনা মখল মথেলগী মচু কয়ানা লৈতেংলিবসে য়েংবদদি মীৎফম হোংবসে য়াদে। অদুম য়েংনিংদুনা লৈনিংঙি অদুনি অমগা অমগা পকশন্নবদা চান্নবদুনা ফজবা হায়বনি। ও; অদুগা নুংশিবা হায়বদুনা মদুনা অদুম লৈনিংবদুনা নুংশিবা হায়বনি। ও; অদুদি যাম্না নুংঙাইরে তাইপুংবা লমলেন য়ৌরে তাইপুংবা শাখাইরেন শিদবগী মফম য়ৌরকপদুদা লানখোং শিন্থা কোলোয় কাংঙো। তাইপুংবা

শলাইরেন শখাইরেন শিদবগী মফমদা লাংখোং পারি ঐহাক খোংদোইরক্লে। এ; লাংখোং পারি খোংদোইরক্লবনিনা করি তৌরে কোলোয় মপাও তম্মু। হৌজিক ঐখোয় লাললোং অহানবগীদি শমু মাইথিরে। অনিরক শুরকপদা শমু মাই পাকন্নবগী লানশিং ঈরেন তমদুনা লৈরিবনি। মখোয় শারম পুম্নমক্কা লোযনা অমগা-অমগা য়াৱা কোলোয় পাওশন্নদুনা মাইথিবা পীরিবনিনে। ও ঃ অদুদি মখোয় য়ম্না চেকশনহৌদরো? চেকশিনহৌদ্রে। লোয়না ওঃ চেকশিনদ্রে। হৌজিক্তি চেকশিন্না লৈরবনি অদুদি য়াম্না ফরে তু লৈপানপুংদা পানলিবা হৈরাং লৈরাং অদো তাইপুংবনা পিরকপনে। ওঃ শলাইরেন শাকোকলেনসু তমমক্লে। উম অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে ঐখোয়শিদগীসু শাদুম শকং কয়া ঙাবুক ঙাফাবা হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা, ময়াম অমা লৈ। মসি হোনথরো নখোয় উঙামদা হাপচিল্লো হায়দনা হেক্তো হাপচিনলে হাপ্পা লোয়রবনিনা অদুদি হৈরাং চিন্দমলুরো। লৈরাং চিনমেন্নরুরো। তন্না চৎলগদবনি অদুদি অমুক খোংদোইরগে হায়দুনা পরপ-পরপ লাক্লেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা য়াম্না নুংঙাইরেনে তাইবং নখোয়সিদি য়াম্না নুংশিনবা জাৎনিনেকো। উম, নুংশিনবনিনে। অদুগা মখোয় নিপান অদুনা করম তৌবনো খংদেনে। এঃ মখোয়দুনা মখোয় ওইজরসনু ফরে অদুদি তাইবং নখোয় অমুক লৈহৌরো হায়দুনা লৈহৌরে।

শাইওনবনা ঐখোয় অমুক চৎসি হায়দুনা পরপ-পরপ-পরপ জীরি জীরি জীরি...উঙামদুবু তোংদুনা হরাওনা নোক-নোক্তুনা থৌদোকরকপনা সুম থৌদোরকপনা জীরি জীরি...থৌদোরকপনা মখোয় মাপন অসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করি হায়নিংঙি মখোয়না তম্লক্লিবা শাদুম খুদিংমকসে ঐখোয় চাবা য়াদবরনে। এঃ চাবা য়াদে মীগী তমলক্লবদো চাবা য়াদে চাগে হায়রগনা ফারগা চাগদবনি। ওঃ অদুদি করম্না ফাগনি? এ ফাসি অদুদি উঙাম ঈরি থম্লসি মসিদা পুল্লসি। অদুগা লম্মাং অসিদা ঐখোয় চৎলসি অদুগা শাসি ফাসি হায়দনা লম্মাং অদুদা অসুম জোপ, জোপ, জোপ,

জোপ, জোপ, জীরি, জীরি, জীরি...অসুম্না শা থিগৎলকপবু জরা, জরা, জরা থিগৎলকপসিদা চাওখ্রবা শা অমা মাগী মচিঞ্জাক চিন্দম ঈরেল তমদুনা লেমলৈ ঙা ফাদুনা চাদুনা লৈরে। এঃ সিদা লৈরে ফারসি হায়দনা মখোয় মাপলসিনা উরু উরু উরু...হেক্তা তান্নরপসিনা শা অদো হেক্তা বোম তুশিনবদগী মখোয় মাপনসিনা পোপ-পোপ থোম্বদগী শাদু ফারে। মকু শৎ শৎ হেক্তা শেৎতৎলগা হেক্তা শোরো শোরো চিংদুনা পোরক্লগা অদুদি চৎলসি। উমঃ চৎলসি হায়দুনা উঙামদা শৎ হেক্তা হাপচিল্লগা চরা চরাগা ঈশিং অদুদা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা থৌথরকপদুদা নুংপুরেনবা মপু খোঙ্গুম শলাইগী মফমদা য়ৌরক্লেদো নুংপুরেনবা মপুনা মাগী মফমদা হেক য়ৌরকপা মতমদা উতাই, তাকপিয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা হৌগৎলোদনা। উম, নুংপুরেনবা মপু খোঙ্গুম শলাইরেন শিদবা উতাই লাক্লে। এঃ উতাই লাক্লে উতাইনা করি তৌরে ঐখোযগী শলাইনা মাই পাক্লব্রা? উম ঐখোয়গী শলাইনা মাইদি পাকত্রি অদুবু শোইদনা পাক্কনি। হৌজিক কন্না শাইওন মীরেন লাওনবনা লমজিংদুনা হুইযোন লানশিং তমদুনা লৈরিবনি। অদো শলাইশিদদি অব্রা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা? করিসু য়াওদে। তো নুংপুরেনবা শলাইরেন শিদবনা লৈপানপুংদা হৌরিবা হৈরাং লৈরাং তমমকপনি। অসি নখোয়না চিন্দম্বা য়াদে। মসিগী হৈরাং লৈরাংশিনা তগৎ-তগৎ তেক্কুনা লৈরম্বদগীদি কংঙক্কনি। কংঙক্লবা মতমদা ইনৌ নৌনা তেখৎলক্লবদি ঐখোয় শমু মাই পাক্লে হাইবদো খংনরসিকো হায়দুনা পিরকপনি। ওঃ অদুগা নখোয় চেকশিন্না লৈগদবনি তাইবংনা অমুক হুইয়েন লানশিং তৌরক্কনি। তৌরক্লোই হায়বা খংদবনি নখোয়না চেকশিন্না লৈগনি হায়দুনা শিন্নরকপনে উম য়াম্না নুংঙাইরে নুংপুরেনবা মপুনা মালেমগী লৈপানপুংদা খোংলোয় শলাইশিংনা চিন্দমনবা হায়দুনা নুংপুরেনবা শলাইগী পারি ইমোম খুদিংনা চিন্দমনবা লেমলৈ ঙারম ঙাবুক শারম শাবুক লৈরাং নিংথিবা পুথোরকউ হায়রগা পুথোক্লক্লে। কদাইদা হাপকনিসিদি উঙাম উরেন্দা হাপকৎলু উঙাম মথক্তা হাপকৎলেদো। ঐখোয় চিন্দমলরোই অমুক তন্না চৎলগে হায়দনা তন্না পরপ-পরপ-পরপ জীরি জীরি জীরি... লাক্লে অসুম্না জরা জরা জরা... লাকপসিনা

শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা উম লুলাং; তাকপিয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়সে অসুক য়াম্না লাকপসি হৌজিক ঐখোয়না থুংঙরিবা শলাইশি শলাই মঙাশুজল্লক্লেদনকো অদুনা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয় অসি নুংঙাইনা অদুম লাক্লি য়াৱা পৌশন্নদুনা অদুম লাক্লি। অদুবু নখোয় মাপন অসি তুমিন তুমিন্না অসুম লৈবসিনবু। নতেদা শাইওনবা মপু ঐখোয়সু কিবনি। করি হায়না করিব্বনো? শাইওন মীরেন লাংওনবদি চীংঙু লাইগী মপোক ওইবনিদো অদুদা ঐখোয়না লাংঙুরবা থওইদে হায়না অৱা হুইদোই লাংবা পিরক্লগদি হায়দুনা লৈরিবনিনে। উম, অদুদি ঐখোয় হাইফেৎ নুংঙাইথোকপদি ফৈনা অদুদি উতুংবা পুংলেন শলাইরেন শিদবগী মফম য়ৌদ্রিঙৈসিদা হাইফেৎ নুংঙাইথোকহৌবনা ফৈনে অদুদি। উম, উতাই লুলাং। উম হৌগৎলোনে শাখোং লাংখোং হৌগৎলোনে লোইশাবা শকখা হৌগৎলোনে তুবানবা হৌগৎলোনে; তুবানবা তুমিন্না অদুম লৈরিদুবু করিগীনো? তোংখাবা নংসু হৌগৎলো। শাইখোং নংসু হৌগৎলোদনা লোয়না হৌগৎলে ঐখোয় করি তৌসি হায়বনো। অমুক্তং নুংঙাইগদবনিদো এঃ অদুদি কনানো অমা শিন্থা কোলোয় কাংঙসি অমুক ফমথরো। ফমথরেদো। লুলাংনা ঐ হেক্তা হৌরগে। হৌরো হৌরো। য়েংঙু মালেম অসিগী পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক অসিদা তোংলে ঐখোয়না উপোংদা পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক অসিদা ঐখোয়না উঙাম তোংদুনা খোংদোই ঈরি তমমকলেদো। য়াৱা হেক্তা কাংলগেদো কাংলোদনা। ঙাইরবনিনে কাংজরোনে। উম কনানা হান্না কাংশিগে অদুগী তুবান্না ঐ হেক্তা হৌরগে ঐখোয় নিপান ফল্লে উম, হুম, হুম, হুম, শাইওন মীরেন লাংওনবনা তুবান করিনো নংনা তৌরিদুদি নুংঙাইরিনিনে নুংঙাইয়ো হায়দাইনে। উম, হুম, হুম, হুম, পাক্লবা ঈশিংগী ঈয়াইদা হুম, হুম, হুম,...তুবান তাকপিয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবনা নংগীদুবু ইনুং নুংঙাইগদবা মানদেদা। য়াদ্রিনিনে অদুদি শাখাবা নং অমুক তৌ। এঃ ঐ তৌগে শাখাবনা হুম, হুম, হুম,... শাইওন মীরেন লাংওনবা চীংঙু মপোক শাইওনবা ঙাইখো-ঙাইখো শাখাবা নংগীদো ঐঙোন্দা পল্লগা হায়রিবদি করিগীনো? নৎতদি হায়ফমদি লৈতনা

অদুদি লৈশাবা নং অমুক তৌ। হুম, হুম, হুম,...হুম...মালেমগী ঈপাক ঈযাইসিদা উঙামবু তোংদুনা লাকএ। লোইশাবা করিনো নংগীদুদি নুংঙাইতেদা। অদুদি কমাই তৌনি ঐদি হৈতবনিনে। অদুদি লাংখোংবা নং অমুক তৌ। হুম, হুম, হুম... নুংঙাইরেনে-নুংঙাইরেনে ঐখোয় শাইওন মীরেন লাংওনবগা খোংলোয় ঈরি তল্লকপা লাংখোং নংগীসু নুংঙাইতেদা। অদুদি ঐসু হৈতবনিনে। অদুদি শাখোং নং অমুক তৌ। করম্না লানগনি ঈপাক অসে খন্না-খন্না লাল্লকএ। ওঃ নখোযসে অমৎতা নুংঙাইত্রে উতাই নং অমুক তৌ। উম হুম, হুম,...হুম...হুম নখোয়সে নুংঙাইত্রে। অদুনা হৌজিক্তি ঐখোয়না লাক্লিবসি কদাই য়ৌরে? শিন্থাপুং জীব শখাইরেন শিদবগী মনাক য়ৌরক্লবনি। অদুদি শাখাং নং হৌগৎলু শিন্থা কাংলো অঙানবগী মতম লোইখিগদৌরে। শিন্থা পুং শলাইরেন শিদবা মপুগী পারি ওইবা শাখাং ঐনা খোংদোইরক্লিয়ে। এ! করিগীনো শমু মাই পাক্লব্রা হৌজিক্তি কবম্বা মফমদা শিন্থারি মালেম লৈপানপুংদা শিন্থা কোলোয় তমদুনা লানশিং হুইশেম তগদবগী খোংলোয় তমগদবদা মঙাইরে অদুদা শিন্থাপুং শলাইরেন শিদবনা ঐগী শলাইদা অব্রা হুইদোই লাংবা যাওবরা হায়দুনা পাউ হংঙকই অদুগী খোংদোই ঈবি তমদুনা য়েংঙুচো হায়দনা থারকপনিনে এঃ শিন্থাপুং জীব শখাইবদগীদি অব্রা হুইদোই লাংবা য়াওদে। শিন্থা কোলোয় তম্বাসু কবিসু অব্রা হুইদোই লাংদেদা। অদুদি ফরে। সেঃ শিন্থাপুং শলাইরেন শিদবনা শাখাং ঐঙোন্দা মালেম লৈপানপুংদা পাল্লিবা হৈরাং-লৈরাংদো পীবিযু হাযদুনা ঐঙোন্দা পীরকপনি। সে, সে, মসি হেক থম্বা মতমদা অব্রা হুইদোই লাংলরোইদবনি। মীকপ মীরাওখোন নংলরোইদবনি। অশি অনা য়াওররোইদবনি কোলোয় ঈবি তমমকইদো। ওঃ অদুদি চেকশিন্না থমগদবরা মান্নি ফরে অদুদি হৈবাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা শারম শাকোক পুন্নমক্তা তম্লগে ঐখোয়গীসু হায়দনা তমমকলেদো। কদাইদা হপকনি উঙামদা হাপ্লে। হাপ্লেদো। অদুদি ঐখোয হৈরাং চিন্দমলরোই লৈরাং চিনমেন্নররোই-তন্না খোংদোইরগে। অসুম্না তন্না খোংদোইরক্লেদো। হৌজিক্তি অমুক নুংপুবেনবা লৈশা পুবাগী মফমদা অমুক খোঙ্গুম ঈরেন

তমদুনা ঈকুম ঈরেন তল্লসি হায়দুনা জীরি জীরি জীরি...থৌদোকরকপসিনা নুংপুরেনবা লৈশা পুবগী মফম য়ৌরক্কুনা নুংপুরেনবগী মফমদসু হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা মালেম লৈপানপুংদা পানবা হৈরাং অদুগা লৈরাং অদো তমমক্লেদো। মসিনা কংলক্লবা মতুংদগী অমুক তেকখৎলক্লবদি শমু মাই পাক্লে খংনরসে কোলোয় কাংনরগা শারম শাবুক হৈরাং লৈরাং উরেন উঙাম উথক্তা হাপ্তুনা অমুক তন্না খোংদোইরগে হায়দনা জীরি জীরি জীরি জীরি...জীরি খোংদোইরক্লেদো। মথং অমুক খোংদোইরকপনা উতুংবা পুমলেন শলাইরেন শিদবগী মফম য়ৌরক্লেদো লুলাং হৌগৎলু হৌগৎলকএদো। অদা য়েংঙু হৌজিক্তি উতুংবগী পুংলেন শলাইগী মফম য়ৌরক্লবনিনা লুলাং নহাক হৌগৎলো লুলাংনা ফুক হৌগৎলগা তাও পুংলেন শলাইরেন শিদবগী মফমদা উতুংবান কোলোয় শিন্থারকপনিদো। লেংশনবীরকউ হায়না কোলোয় কাংঙক্লে হায়দনা পরপ-পরপ ঐখোয় তন্না অমুক খোংদোইরগে পনবা য়াদ্রবনি করিগীনো খোংদোইরক্লিবদি। অৰা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা হায়দনা য়েংঙুচো লাকপনি করিসু তৌদে। ঐখোয়গীদি করিসু খল্লুনু হায়য়ু লানশিং শমু মাই পাকননবা হোৎনগদবনিকো। উম হোৎনজরে অদুবু উতুংবা শলাইরেন শিদবনা মালেম লৈপানপুংদা পাল্লিবা হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা তল্লক্লে। মসিবু চেকশিন্না থল্লবদি অৰা হুইদোই লাংবা য়াওরোই অদুগা তাইবংনা তেমশিংবা ঙল্লোই হায়রকইনে। অদুদি থল্লগেকো চেকশন্না থমখরেদো ঐখোয়না অমুক শারম শাবুক অচৌবা শাদুম অচৌবা হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা হপ্লগে হায়দনা উঙাম ঈরিদা হপ্তুনা তন্না অমুক খোংদোইরগে হায়দনা তন্না অমুক জীরি জীরি জীরি... খোংদোইরকএদো। অমুক খোংদোইরকপনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হৌজিক্তি নখোয় মাপন তাবাব্রাঃ তজরেদো মপু তোংখাবগা শাখোংবগদা ঙাইশল্লক্লেদো। উম অদুদি ঈশিং ঈপাক অসিদা ঐখোয় অসে হেক্তা হোল্লশি জীরি জীরি জীরি...হোনথরকপনা শাখোংবা খোংলোয় শলাইগী মফম য়ৌরক্লেদো। তোংখাবা হৌগৎলো তোংখাবনা খোংলোয় শলাইরেন শিদবা তোংখাবা নাপারি লাকচরিয়ে। এঃ তোংখাবা পারি লাকপদি করিগীনো

অৱা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা? করি তৌরে লানশিং তমনরব্রা? তমদ্রি লানখোং খোংলোয় ঈরি তমগদবগী মতম ওইরে হায়দনা অৱা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা হায়দনা থারকপনিনে। ওঃ অদুগা করিগীনো মখোয় অতৈ লাকত্রিবদি অতৈদি লানশিং তমদনা লৈহৌরে। খোংশাবনা মালেম লৈপানপুংদা পাল্লিবা হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিববু খুদোল ওইনা তমমকএ এ ঃ অদুদি ঐখোয়সু শারম শাবুক হৈরাং নিংথিবা লৈরাং নিংথিবা তমগনি হায়দনা লোয়না পুথোকলক্লে। তো খোংশাবনা মাগী শলাইরেন শাকোকলেন অসিদা তাইবং কনানা তেমশিংনরক্লবসু মপুগী লৈপান পুংদা হৌরিবা হৈরাং অসে লৈরাং অসে থল্লবদি অৱা হুইদোই লাংবা য়াওরোই তাইবং কনানা তেমশিংনবা ঙল্লোই হায়দনা কোলোয় চিংগোইরকপনি। নিংথিনা থমজিল্লু থল্লগে হায়দনা থমখরে য়েংঙু শলাই নিপাল অমদি য়াৱা কোলোয় পাওশন্নবা য়াদনা অশাও পরৈনবা মাগী-মাগী শলাইদা হন্নাখ্রবনি। শলাই ঐখোয় মাপনখক্তা ঙাইহৌরবনি হায়দনা কোলোয় ঈরি তম্বাদুদা মখোয়না তেমশিংনরক্কনি চেকশিন্না লৈয়ুকো শিন্থা পিরম্লগা তন্না অমুক খোংদোইরসি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মখোয় মাপল অদো পুদুনা লাইজ ঈপান অদুদা জীরি জীরি জীরি...জরা জরা জরা জরা...খোঙ্গুমলকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা হোল্লকএদো হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা নুংশিৎকি মমাং থাদুনা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা হোল্লকপসিনা অঙকপগী মশক্তা ওইরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা নখোয় শলাই মাপনগী পারি নখোয়সে হৌজিক ৱাদ্রিব্রা; ঐখোয় ৱাদে ঐখোয়দি করি অমা ফাওং া ৱাদেদা অদুদি ঐখেয়সি তুংখনবা শলাইরেন শিদবা নংশাখোং শলাইদা ঐ .খায় পোত্থাগদব্রা উম, পোত্থাসি হায়দুনা জীরি জীরি জীরি জীরি...হোনথরকপসিনা পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক অদুগী ময়াই অদুদা চাওরবা ঙাসিনা হেক্তা চিংদুম অমা লৈবাগুম্না খল্লগা লৈরেদো। এঃ শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করিনো অমুক লেপখৎলক্লিবসিদি করিনো লেমলৈ ঙানি ঙসাইগী ঙা অদুগুম্বা উম, ঙসাইগী লেমলৈ 'ঙা' অদো শাইওন মীরেন লাংওনবা লাক্লমবদো উবদুদা ঙাইরিবনিদো। ওঃ ঐখোয়

য়োৎকদবগী ঙাইরিবা মানলে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা খুৎশু থাঙলেন অদো শৎ হেক্তা শৎলকপদুনা চাওরবা 'ঙা' অদুনা মাগী শক্তি অদো জীরি জীরি জীরি...কপশিল্লকপদুনা উঙাম অদুদা তোংলিবা মখোয় মাপন অদো লাইজ ঈপান অদুদা জোম, জোম হেক্তা চোংথরগা হেক্তা লুপখিবনি উঙাম অদুগী মখা অদুদা য়ান-য়ান্দুনা লৈ। শাইওন মীরেন লাংওনবনা চাওরবা ঙা অদুগা হেক্তা শক্তি অসে ঙাদুনা অমুক জীরি জীরি...কাম্মী শাইওন মীরেন লাংওনবা জরা, জরা হেক্তা য়েৎশল্লি কাম্মী অনিগী শক্তি অসে হেক্তা অঙকপগী মশক ওইরেদো অমনা ঈশিং অসে জরা জরা থকচিল্লি অমনা ঈশিং অসে জোরো জোরো হাপচিল্লি। অমনা থকচিল্লি অমনা হাপচিল্লি অমনা অমুক কাওই অমনা অমুক কাওই। অঙকপগী মশক ওইরেদো চাওরবা ঙানি চিংগুম্বনিদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা খুৎশু থাংলেন অদো শৎ হেক্তা শৎলগা হেক্তা চীংশং লোইবি খাইবগুম জরা জরা...হেক্তা খাইথরকপসি যা অঙাংবা ঈশিং অঙৌবা ঈশিং অদো পুকঙাং ঙাংনা চেনবনিদো। চাওরবা লেমলৈ ঙা অদো য়াইবি মাংলেদো। হে শলাই মাপনগী পারি নখোয় অমুক কাখৎলু হায়বদা শৎ হেক্তা কাখৎলগা উঙামদু তোংলগা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা থৌরকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা থৌরকইদো শাইওন মীরেন লাংওনবা শমু হকচাং খুদিংমক ঈ গী ঈ ঙাক্তা ঙাইরেদো শাইওনবা লাইজ ঈশিংদা ফন চোংথরগা শৎ লাওনা কাখৎলক্লগা জীরি জীরি...জীরি...হেক্তা হোল্লকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা হোল্লকপসিনা লাইজ ঈরোননুংদা লৈবা জীবশিং অসিনা মথং-মথং হেক্তা থোন্নকপসিনা উঙাম অসে হোনবা ঙন্নক্তরে জীব খুদিংমকসে থাঙশাং অদুনা শরা শরা শরা...হেক্তা হায়রগা য়াইবি লৌরকপনি লাইজ ঈপান অদো পুমঙাং ঙাংলবনিদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়বু তুংখনবা নুংশাখোং শলাই য়ৌবা ঙমখিদ্রা? এঃ করিগী পাইমা অদুক শোনবনো য়ৌগনি শোইদনা য়ৌগনি হায়দনা জীরি জীরি...হেক্তা হোল্লকপসিনা জীব ময়াম অসিনা লোয়না থৎখরেদো শাইওন

মীরেন লাংওনবা হে শলাই মাপন নখোয় কন্না পাইয়ু হায়দনা কন্না পাইহল্লগা উঙাম অদো মখুৎতুনা হেক্তা শৎ কোখৎলগা থাংকৎলগা ফন হেক্তো চোংঙকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা চোংঙকপদা তুংখনবগী লমলেন য়ৌগদবা খজিক ব্রাৎলিদো। মদুদগী ফন অমুক চোংবসিনা তুংখনবগী লমলেনসে অমুক হেনতোক খরেদো। ইহে হেনথোকখরেদো অমুক হন্না চোংঙকপদদি চপ-চানা তারেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা তপ্না থম্মী কুমথরো নখোয় মাপন। শাখোং তাকপিয়ু মপু হৌজিক্তি নংগী লমলেন য়ৌরবনিনা নুংশাখোং শলাইরেন শিদবা কদাইদা লৈবগে য়েংঙু নুংশখোংগী শলাইরেন শিদবা শাখাং; ঐহাক লাক্লে। কোলোয় য়াব্রা চিংগোইনরসে। এঃ শাখাং নং লাক্লবরা করি। তৌরে তুংখনবদি লাক্তেনা। শলাইরেন শিদবদি লাক্তে। করম তৌরে মহাক্তি? মালেমগী লৈপানপুংদা লানশিং ঈরেল তমনন হুইয়োন লানশিং তমদুনা লৈহৌই। ঙাইখো নুংশা খোং শলাইরেন শিদবা মপু শাখাংবা করি হায়নিংঙি। মালেমগী লাইজ ঈরোলনুং অসে ফৎত্রবা জীব ময়াম অমনা পিকথল্লবনি। ঐখোয়না উঙাম ঈরেন তম্বা হোল্লকপা মতমদা জীব ময়াম অমনা য়াইবি লৌগদবগী তেমশিংনরকপা মশিং থিঙমদনা লাকশ্লবনি অদুনা নখোয় চেকশিন্না লৈগদবনি নৎত্রবদি য়াইবি মীরেন মাংগদবনিদো। অব্রা হুইদো লাংবা ওইগনিদো চেকশিন্না লৈগদবনিকো কোলোয় শিন্থা ঈরেন তম্লগে। হৌজিক্তি নখোয় কনা-কনা লৈ? ঐখোয় শলাই মাপনগী লোয়না শুরক্লে অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবসু য়াওরকই। এঃ শাইওন মীরেন লাংওনবা লাকপ্রা? নুংঙাইরেদো নুংশাখোং শলাইদা শাইওন মীরেন লাংওনবা লাকপসিদি তমথোকতবনি। নিংজবদুগী মহৈ য়ানবনি হায়দনা হেক্তা হরাওনা কোল্লগা মখোয়গী শিন্থা পীরিবা মফম অদুদা তপনা পুশনবিরেদো। অদুগা অঙানবগী মতম লোইশল্লক্লে হৌজিক্তি অমম্বগী মতম লাক্লবনিনা ঐখোয় অসে মফমসিদা চিন্দমদুনা পোত্থবা তারে এঃ পোত্থাগদবনি হায়দনা হৈরাং চিন্দম্লবা লৈরাং চিনমেল্লবা ব্রাংলেন অদুদগীদি শাইওন মীরেন

লাংওনবগা মখোয় মাপন অসিগা ফমমিন্নদুনা য়েংঙু নখোয় শলাই মাপন তারো। হৌজিক ঐখোয়না উঙাম উরেন হোল্লকপা মতমদা চাওরবা লেমলৈ ঙা কয়া চীংদুম্মুক চাওরবা লেমলৈ ঙা কয়ানা থৎতুনা লৈরম্লেদো। অদুগী জীব ময়াম অমনসু অমুক থৎলেদো তাইবং হায়বসে অদুম্না জীব ময়াম অমনা য়াইবি লৌগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবনিদো। মখোয় শলাই নিপান অমনা অমুক তোঙান্না অদুনা লৈখিবদো মখোয় অয়াম্বনা য়াইবি মাংলগদবনি। উম, অসুম্না ৱারি শান্নরে। নুংশাখোং শলাইরেন শিদবা; কোলোয় শিন্থাবিয়ুদো মপু শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঐনা কোলোয় চিনগোইগদবনিকো নংগী শলাই মাপল অসে মসে পুনশন্নবা হোৎনগদবনি। পুনশনগদবা শলাইদি নুংশাখোং শলাইনি খোংলোয় শলাই পুংলেন শলাই লৈশাপুবা শলাই অদুগা জীব শখাইরেনবা শলাই অদুগা তাইবং শখাইরেনবা শলাই অদুগা নুংপুরেনবা শলাই লোইশেম্বা নুংখাই শলাই তাইবং শখাইরেন শলাই, অসে পুনশনগদবনি। পুনশন্দ্রবদি নখোয় অৱা হুইদোই লাংবা য়াওগনি হৌজিক্তি য়েংঙোই য়াদদুনা চৎখিবা মখোয় অসে কুমশা শলাই, লোইপুবা লৈফাবা শলাই, লাংপুবা ঙারম শলাই, নুংশেম্বা শলাই, পোংপুবা শলাই, লৈশাপুবা শলাই, নুংপান পুবা তাইবং শখাইরেন শলাই, মখোয় নিপান অসে চৎখ্রবনি শলাই নিপান অসিনা শোইদনমককী নখোয়দা তেমশিংনরক্কনি তেমশিংনরকপদো নখোয় ময়োক্লগদবনি। ঐখোয়দি অমুক য়াৱা পৌশান্নবা য়াররোই নুংশাখোং শলাই ঐখোয় খংজরেদো মপু। মপুনা ৱাংলেন খুদিংগী কোলোয় শিন্থাবিরকউদো মপু ঐবুদি কোলোয় শিন্থারক্কনি কাওগনু পুকমেন পাওমেন্নদুনা হৈরাং লৈরাং কয়া চিন্দমদুনা জগোই শাথেক কয়া শাদুনা কয়াদা নিংথিনা শেবা কোলোয় লাংদুনা তুমলেন তুমখুন তাল্লেদো তুমলেন তুমখুন তাল্লকপা ৱাংলেন অদুদদি শাইওন মীরেন লাংওনবদি তুমবু তুমখ্রবদি অমুক হৌগৎলকপা নৎতে। অদুম তুমখিদৌরিনি মখোয় মাপনদুনা হৌদোকপগা তাবা নৎতে। করিনোনে শাইওন মীরেন লাংওনবসিবু কোরৌ মশিং ফনা য়ামশিল্লক্লে মানা তুমলক্লিবসি কুমওন অমা

লাক্কদৌরবনি অদুবু কবম হায়না তৌবনোনে; চাগেসু হায়দে থককেসু হায়দে তুমিন্না অদুম তুমদনা লৈবসিবু য়াইবি থৱায় য়াওদ্রবজাৎলনে। হুম, চীংঙু লাইদি শুংশি-শিদে হায়বনিদো অদুগা করম তৌরিবজাৎনো। অসুম্না মখোয় মাপন অসিনা শাইওন মীরেন লাংওনববু হৌদোকপা হোৎনরি।

অদুগা শোমদনা মালেম লৈপানপুংদুদা হেক্তা শাবম শকোক তিল্লম পুন্নমক্না পুমকোই কোইশন্দুনা মরোন-মরোন হেক্তা কোইরক্লবনি। য়াইবি মীরেন চাইগদবগী শাইওন মী বন লাংওনবা শলাইকোক খুদিংমক্তা খোঙ্গুমখরে হেক তাবদুদা হেক্তা ীব খুদিংমকসিনা অঙকপগী মশক ওইনা ফুজল্লক্তুনা মবোন-মরোন লোন্দুনা লৈখ্রবনিদো। লোযনমক মযাইদা লৈখিবনি ওঃ অদুগা লৌরিবা জীব লৈহৌরিবশিং অদুনা মখোয়গী য়াইবি লৌগদবগী তানজা অদুসু খরা ৱানা ওইরবা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা কোইশল্লক্লবনি। অদুগা শারম পুবা মপুসু নহাক্লা লানশিং অদো তমদুনা য়াইবি চাইগে য়াৱা কোলোয় তমমকপদুসু কাংথোকপা যাদ্রে। তাইবংশিং লৈরিবসিসু কানথোক কানশিন য়াদনা অদুম ময়াইদা লৈবা ওইরবেদো। শারম পুবগী শারম খুদিংমকসু মনুং অদুদা কোইচনে চেনবদি যাই। দগা মপান লানথোকপদি য়াদে মপান্দগীসু চংঙক্তে শা পুন্নমক্তুনা লোযনা ংঙক্তুনা শারমদুগী মফম অদুদা লৈগে তৌবদুসু যাদ্রেদো। কবিগীনো তৌবিবা লিলা অসিবু হায়দনা পুঙক ঙক্তুনা লৈরবনিদো। শা খুদিংমক তিল্লম খুদিংমক জীব খুদিংমক অদুগী ঙক্লিবা ৱাংলেন অদুদা শাইওন মীরেন ল নো। য়াৱা কোলোয় পাঙখুম অমৎতা ফ ওনদা খুম্বীদনা তুমিন্না লৈ রো। অসুম্না মখোযসু মফম অদুদা লৈখিসনু। শাইওন মীরেন লাং বসু, নুংশাখোং শলাইদা মখোয মাপন লৈখিসনু। শাইওন মীরেন লাংওন না তুমদুনা লৈখিবা অদুবু হৌদোকপা হোৎনবি।

মতাং অসিদা তাংক মমা লোয়বে।

## “শঙাংলেনবগী তাংকক অমা হৌরে”

মথং অমা শঙাংলেনবা শাথৌলেনবা মালেমগী মপু ওইবনা মনাক্তা লৈরিবা তাইবংশিং অদো শাবুবা কৌরকউ।



কৌরক্লে তাকপীয়ুদো মপু। তো তাইবংশিং অদো লোয়না পুথোকখো, লাপ্লবা মফমদা থমখো অদুগা য়াম্না শুক্লবা মফমদা থম্মু। মখোয়বু অমুক থোক্তনবা পনলোনবু খাজল্লু; পনলোন খাজল্লগা থম্মো। থল্লকপদুদা মখোয়সিনা করি তৌবগে হায়বদো য়েংঙু ফজনা চৈথেং পীগদবনি, অৱা হুইদোইলাংবা পীগদবনি, য়াম থিনা চৈরাক পীগদবনি, মখোঙ মখুৎ লোয়না পুনশিল্লু অদুগা চৈনা পীয়ু হায়দুনা মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লগা চৈনা পীরেদো। তাইবং ময়াম খজিকখক্কী তাইবং নংতে।

মসে মরোল-মরোল লাকখ্রবা মশিং থিঙমদনা লৈখ্রবনি লংশিন্দুনা পৈশল্লগা থনম্লেদো। মথং-মথং হৌগৎচরক্লগা মখোয় অদো খজিক-খজিক লৌথোকপদগীদি নানথোকপসু য়াওরেদো। তাইবংশিং অদুনা অমুক মখোয় ঙাক্তা লংথোকপীরম্লবনিনা মখোয়না অমুক খল্লিদো-তাইবং ঐখোয়সি শঙাংলেনবনা ফাবসু ফনা কুইরে ঐখোয় তাইবংনা শমু মায়পাক্লক্কদবগী লানশিংনবসু লৈত্রে। অদুনা ঐখোয় হৌজিক করি তৌবা তাই। শাইওন মীরেন লাংওনবা অদুনা মালেম তাইবং অসিগী লমজিং লমতাক্তুনা শাবু মায়থিবা পীবা ঙম্মবা হোৎনৈ অদুবু লাললোং খুদিংমক্তুদি মায়থিবা ওইরে মাগীদুসু ওইবা ঙমগদবা মানদ্রেদা। ঐখোয়না করি তৌগনি অদুদি ঐখোয় চেন্দয়া য়াদ্রে চেল্লগা তাইবং অদুদা তমলুগদৌরিবনি। মখোয়না তৌরিবসিগী মওং-মতৌ পুম্নমকসে ঐখোয়না তাইবং ময়ামদা তম্লবা তাক্লবদি তাইবং ঐখোয় শোইদনা মায় পাক্লগনি। অদুদি ঐখোয় করম্না চেনগনি চেল্লবদি মখোয়গী মখুৎতা লোয়না শিরনি। অদুদি ঐখোয় অনাবা কাংবু অমা য়াওরসি হায়দনা শারমকোক অদু লাকপা মতমদা য়াম কন্না নাবা শাবো। শারে। শাকোকলেন অদুনা তুমিন লৈয়ু করিগী নাবা, অশিবনা শিখো, লৈহৌবনা লৈহৌ করিগী নাগদৌরিবনো। হৌজিক নাবা মতম নৎতে হৈ চাশিল্লু, জীব চাশিল্লু হায়দনা নম-নমদনা পীজৈ। অদুবু মশা ঙমদবা শরিবা কাংবু অদুনা অনাবা অদুম ওইরে। মসিগী ব্রাংমদা চৎফম লৈব্রা য়েংবা মতমদা লৈ। অদুদি মসিগী মফম অসে ঐখোয় হুৎলসি হায়দুনা মখোয় মখুৎ অদুনা জীরি জীরি জীরি তৌদনা অসুম হুৎলকপসিনা তাইবংশিংদুনা পাইরক্পা খুৎশু থাংলেনদো লাক্তনা লংথোক্লিবা মফমদো হেক থোক্তুনা শারম ওইবশিং অদুনা হেক্তা থনস্বদো উহৌদনা তাইবংশিংনা তাপ খুনজল্লগা থাং অদুনা কক কক হল্লগা জীরি জীরি জীরি অসুম হোৎপা অসুম হোৎপসিনা অসুম হোৎপসিনা লৈপাক্তু পীক থল্লক্লবা মতমদা তুম্না হোনতোকই উনাশিংদুনা কুপশিল্লি। লৈবাক অদু কুপশিল্লগা নুমিৎ মশিং খংদনা হোৎলকইদো। অসুম হোৎলকপসিনা

শাইওন মীরেন লাংওনবনা উম-তাইবং নখোযসু ঙম্নবা থোরক্কদবনি কোলোয় ঈরি কাংঙকইদো। শঙাংলেনবা অথৌবসিনা হে শাঙৌ শাপুবা; তাকপীয়ুদো মপু। তাইবংশিং অদো কমদৌরিবগে য়েংঙু হায়দনা পরপ-পরপ লাকপা মতমদা তাইবংশিং অদো লোয়না শিজিন্নরো। এঃ তাইবংগী অথৌবা লোয়না য়াইবি ম্নাংলবা মাল্লেনে হুম হুম হুম হা হা হা...(নোকপা) অদুম্না তাইবং মখোয়না শারম ঐখোয়গা শাথেংনরক্লবদি মখোয়গী তাইবং খ্নসিদা শা ঐখোয়না লৈরবদি অমুক ঐখোয়গী য়াইবি লৌননবা হোৎনরক্কনি। অদুনা তাইবং অমফাওবদা হিংনা থম্বা য়াদে কোলোয় কাংঙক্পদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা — ও নহাক্লা য়াম্না থিনমক লাক্লগ্বা ওইরিবজাৎলা হায়দনা থাংলেন অতেকপা অদুনা কক্কা কক্কা কক্কা হল্লগা অদুম হল্লগা জীরি জীরি জীরি জীরি...হল্লকপসিনা অসুম হল্লকপসিনা খজিক-খজিক হল্লকই। অমুক থোরকই, অমুক চংঙি, অমুক হোৎলি, অমুক চংঙি। অমুক হোৎলকপসিনা শাংনা হোৎলকপা অদুগা চাওরবা নুংজাও অমা অদুম খিন্দুনা থম্মী। অদুনা হেৎ নুংঙানবগা থোঙদু থিংদুনা থম্মী। শাকোকলেন অঙাংবসিনা কৌরগা ঈশিংবু শোকহনবনে জীববু ফাহনবনে হেক য়াদবদা ফুবু ফুবনে তৌদুনা কন্না লাক্লদুনা লাকপসে শিনিংচিৎ তৌদুনা খাংবনি। অমম্বগী মতম হেক য়ৌবদা হোৎলকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা হোৎপনিদো। য়াম্না কন্না হোৎতুনা লৈখিসনু শঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা -- শাবুলেনবা; তাকপীয়ুদো শাথৌলেনবা হৌজিক মালেম লৈপানপুংদগী থৱায় মাংহন্দনা ফাদুনা পুরকও হায়রকপদুদা — এ মপু শাইওন মীরেন লাংওনবা লৈবমদ্রে মপু,শলাইরেন খুদিংমক্তা খোঙ্গুমখি হায়রে অদুগা মাগী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎতুসু কদাইদা লৈবনো উবা ফংদে, শাঙৌলেনবদুসু উবা ফংদে অদুগা তাইবং মখোয় পুম্নমক্লা লৈরিবা মফম অদুসু চংবা ঙমদেনে। ঐখোয় উপাই লৈতে শাকোক শঙাংলেনবা মপু। ওঃ য়াম্না চেকশিন্না লৈখ্রবগী ৱানিনে। ফরে অদুদি নখোয় শুম্না তৌরো-শাকোকলেন কয়া ঙাকোকলেন কযা, তিলকোকলেন ময়াম অমা

লানলোং ঈরি তমদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মাগী শলাইদা খোঙ্গুম্মীঙৈ মতমদা শলাইগী তাইবং অদুগা শোইদনমক্কী লাকমিন্নগনি। লাইজা ঈপান কুমদুনা লানবা ঙমদ্রবসু মানা লাক্কদবা মফম অদো মুন্না খংলগা লাইজা ঈপান্দুদা নখোয় ঙাইদুনা লৈগদবনি অদুগা মহাক্তি হিংনা ফাদুনা পোরক্কদবনি। শোমদনা শাইওন মীরেন লাংওনবা খোমলেন মীকপ থোকত্রি। শোমদনা শঙাংলেনবগী মফমদা লৈবা তাইবং অদুনা জীবি জীরি হোৎপসি লোয়বা খন্বা নাইদে। চাওরবা চীং অদু করম হায়না হোংর্কনি; উপাই লৈতে শঙাংলেনবনা কৌরকই। শিন্থা অমুক পী হেক লোয়বগা অমুক চৎলু হায়দনা অমুক চৎলি। পীজদবনা হেনবদুনা য়াম্না শোন্থরবা ঙাক্তা ওইরে উপাই লৈত্রেদো। শঙাং লেনবনা কোরৌ ঙসিদি ঐখোয় শাগী য়াইবি মীরেন পুম্নমকসে হরাও তযাম্বা কোরৌ নুমিৎনি হায়দনা শারম খুদিংমক, ঙারম খুদিংমক, তিনলম খুদিংমক, লিল্লম খুদিংমক জীব খুদিংমক ফন-ফন হেক্তা চোংদুনা মনিং তম্না চাবা থকপা তৌদুনা হরাওদুনা নোক্তুনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইদুনা ফ্রং-ফ্রং চোংদুনা লৈ। হৌজিক চিন্দম্বা লোয়রবনিনা নংগী-নংগী নফমদা অমুক হল্লো হায়দনা শারম খুদিংমক লিল্লম খুদিংমক পুম্নমক হন্নখরে। অমুক অঙানবগী মতম লোয়রবনিনা অমম্বগী মতম লাক্লবনিনা খৈনা তুমখুন তাল্লসে হায়দুনা তুমখরে। অমম্বগী মতম অদুদা তাইবংশিং অদুনা লৈশা অদো জীরি জীরি জীরি হেক্তা হোৎপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা জোরো জোরো জোরো হেক্তা হোৎপসি অঙকপগী মশক ওইনা হোৎলে। অদুফাওবদি শুকঙমহেক ঙমদে। অদুসু হোৎতুনা লৈখিসনু। শঙাংলেনবগী তাংকক অমা লোয়রে।

## “শাইওন মীরেন লাংওনবগী খোমলেন মীকপ থোরকপগী তাংকক অমা হৌরে”

শাইওন মীরেন লাংওনবা খোমলেন মীকপথোরক্লোদো। এ করিনো শাইওন মীবেন লাংওনবা মপু করি তৌরে তুম্ববু অদুক কুইনা তুম্লবদি করম তৌনি। ঐবু কয়াম কুইনা তুম্লগেনে ঐদি ইকুই কুইদ্রিবা মাল্লেদা কয়াম কুইনা তুম্লগেনে ঐবু। য়াম কুইরেনা তুম্লিবা চহী কুমওন অমা লৈরেনা কৈনো। এ অদুদি কুইমনখরে। নুংশাখোং শলাইরেন শিদবা মপু ঐখোয় অমুক খোংদোইরগে।



খোংদোইবিরো হে মপু শমুমায় পাকপীরো। উম শমুমায় পাক্লবনি হায়দনা শলাই মাপলগী পারি মাপল অদুগা উঙাম উরি তোংবদু তোংঙগুমসি হায়দনা কৌইরগা চংকদবনি হায়দনা মখোঙনা জম, জম, জম, জীরি জীরি জীরি...অসুম লাল্লকপসে অসুম জীরি জীরি লাল্লকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা লাকইদো। ফনা য়াম্না শাংনা লাক্লে। য়াম্না ৱারে পোত্থসি হায়দনা মখোয় তরাদো ঙৈহাক পোত্থাই। উঙাম অদু চিংদুনা

লাকই চিংঙকপদুনা অসুম জীরি, জীরি, জীরি...চিংঙকপসিনা য়ৌরক্লে। অমুক্কসু চৎলসি হায়দনা জীরি জীরি...লাকইদো। লানদবা য়াদ্রে হায়দনা শৎ লাওনা কাখৎলগা জীরি জীরি জরা জরা ব্রা ব্রা হুউ হুউ হায়দনা ঙাংদনা চেল্লিবা ঈশিং অদুগী মরক অদুদা উচিন নাচিন্না লানথোরক্লে। অমুক লাকপদুদগীদি ফনা য়াম্না লাক্লবা লমলেনগী অহাংবা মফম য়ৌরক্লে। মতম অদুদা অঙানবগী মতম লোয়দুনা অমম্বগী মতম লাক্লবনিনা ঘৈহাক পোখবা মতমদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোয়না মীৎলাং শাংখৈরকপা মতমদদি শাবম ময়াম অমনা জীব ময়াম অমনা লাকঅগা মথং-মথং লোয়না পনঙাক্তুনা লৈরে। হুম, সিদি মফম অসিদা চংবা য়াদ্রে হায়দনা কোয়রগা শোমদা চৎলসি হায়দনা মাপল অদুগী খোংলোয় অদো তপ্না-তপ্না কোয়থোক্লগা জীবি জীরি লাকপদুদা অমরোমদা অমুক কোই অমরোমদা অমুক কোইথেককোই নাকোই তৌদুনা অসুম লাকপসিনা কুমওন কয়া চংঙেদো। কুমওন কয়া চংঙকপদুদা শাইওন মীরেন লাংওনববু শোন্নরক্লেদো। মালেমগী লৈপানপুংদা লৈরিবা লোইশেন্বা মপুনা — শলাই মাপলমক তাব্রা? তাই ঐখোয় মাপল লৈহৌরিবসি শাইওন মীরেন লাংওনবনা পীরম্বা শিন্থাদুমক্তি মশিং শুরক্লে হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি করি তৌবা য়াওরবজাৎনো। ঐখোয়না লমলেনদুবু উবা ঙমদ্রবনি। অব্রা হুইদোই লাংবা অশিবা অনাবা য়াওদনা তেমশিংনদুনা লৈরবজাৎলা। শাইওন মীরেন লাংওনবনা — লাকফমদি থোকপনি মাদি অহানবনা অরোইবনি হায়খিবনা অরেপ্পনি। অসুম্না চৎপা মপুনি। হৌজিক করি তৌরবাজাৎনো হায়দুনা ঙুরুং-ঙুরুং ঙংনদুনা লৈ। অদুগা ঐখোয় শলাই তরাতরেৎ ঈনৌরেম্বী তরাতরেৎ অদুনা কদাইদা অমুক লৈখ্রবজাৎনো কোলোয় ঈরি তমমক্লেদো। শলাই তরাতরেৎকী ঈনৌরেনবী তরাতবেৎ অসে উবা ফংবা নৎতে। অসুম্না ব্রারি পৌশনদুনা লৈরে। শাইওনবা অসিনা মখোয় মাপল অদো পুরগা মথং লাকপসিনা জীরি জীরি...লাকপসিনা অঙকপগী মশক ওই। ঈপাক কয়া লাললে হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা পোখা-পোখাদুনা লাললে। অমুক ব্রারে

ঙৈহাক পোৎথাবসিনা। উম, উহৈ মযাম অমা হেক্লে হৈবাং মযাম অমা হেক্লো হাযদনা শাইওনবা মপুনা চাবগী শকলোন্দা অদুম উহল্লি; মাদি চাবা নৎতে। চীংঙুগী মপোক্লিনা চাবা যাদবা অদুনা লৈশা মথক ঙৈহাক হীপ্পী মখোযনা চীন্দমহল্লি। হৈবাং অদো চীন্দম্বা হেক লোযবদা অমুক চৎলসি হাযদনা চৎলি। শলাই মাপল নখোযনে শোইদনা লানশিং ঈবি তম্লগনি। নখোয লোযনা শেম শাদোদো শাইওনবা ঐগী কোলোয য়াব্রানি। অদুদি লাংওনবা মপু থাঙলেন খুৎশু মাপল (৯) খক্তা শিন্থা পীবিযুদো হাযবমক্তদা থাঙলেন খুৎশু মাপলগা শৎ হেওা পুমলং লংবমখৈ মালেম লৈশাদা যুংবনি। শি অমমম পাইনবো অদুগা ঐ শিন্থা তাক্কে হাযদনা খুৎশু থাঙলেন অদো পাইনবগা হেক্তা ফন-ফন চোংবা লৈশা ফুকপা ঈশিংদা কুমদুনা ঈবোইবা উবক্তা লমভেল তান্নবা, অদুদগীদি ফুগাইনবা, হেক্তা চোংনবা লৈশা ফুকপা, উ ফুকপা, পুম্নমকসে লোযনমক মখোয মাপল চপ চানা তম্বীবে ফজনা হৈবেদো অঙকপগী মশক ওইনা হৈবেদো। কোবৌ নোংদোলথক্তা শৎ কাখৎখ্রগা উক উক ক ক ক লৈবদগী চীংদোল চোংবদগী ফনবদগী পুম্নমক অসে লাক্লা-লাক্লা হাংলবা লম্মাং অদুগী মফম অদুদা ৱাদুনা পোথাবা মতম অদুদা শাইওন মীবেন লাংওনবনা ফজনা তম্বীবনিদো। ফজনা তম্বীববা মখোয অসে শাথেংনবা ঙম্মকলে; লানথেংনবা ঙম্মক্লে, জীব পুম্নমক ঙম্মক্লবনিনা হৌজিক্তি শাইওনবা ঐ অমুক ৱানিংঙাই লৈত্রে অমুক্লা কবি অমুক হাযবক্কদবনো হায়বদুদি পাইমনুং অদুদা নুংশুক নুংজান্নবদি হন্না-হন্না অদুমক উবেদো লাকপদি লেপ্পা যাদ্রবনিনা পবপ-পবপ জীবি জীবি...জবা জবা...উক উক...হেক্তা লৈদনা লাকপনিনা যৌগদবা যাম্না ৱাৎলিবা মতমনি। শাইওনবনা মীৎলাং অদো হাযবপ পাংথোক্লগা যেংবা মতমদা হেক্তা চাওব-চাওববা তিল্লম মযাম অমা লৈবা উবেদো। এঃ তুবান, শখাবা, লোইশবা লাংখোং শখাং উতাই, লুলাং, তোংখা, শৈগাং যেংঙু লৈবিবা জীব পুম্নমকসি ঐখোযনা তেমশিংনগদৌবিবনি। চৎলু যাইবি চাইযু হেক্তা হায়বসিদা লৈবল্লিবদুগা মখোয মাপল অদুগা শৎ হেক্তা মখোযনা ফন

হেক্তা চোংলগা শৎ-শৎ হেক্তা কল্লগা লৈমাইদা থাধবা হেক্তা অঙকপা ওইনা অমনা অমুক চোংশল্লে অমনা অমুক থম্মে, অমনা অমুক ফুই অমনা অমুক ফুই মথং-মথং হেক্তা য়াইবি মীরেন চাইনবকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা য়াইবি মীরেন চাইনরেদো। অদুগা লুলাংবগী শমু পাম্বোম অদুদা চাওরবা তিল অদুনা তাপ হেক্তা লাকখি "ঈ" জোরো-জোরো হেক্তা তাই। শাইওন মীরেন লাংওনবনা নাপী অদো শুরু-শুরু তাপ-তাপ হেক্তা ফোই, শিৎ-শিৎ হেক্তা নল্লি। নং পোথদুনা লৈয়ু। থম্মী। শাইওনবনা অমুক চোংখৎলি, কাওই অমুক থদৎলি, অমুক লংঙি হেক্তা শিং নান্না য়াইবি লৌরেদো। উম হৌজিক্তি ঐখোয় মাপলসে রানিংঙাই লৈতে। নখোয় য়াম্না হৈরেনে হৌজিক্তি নখোয় নমিৎ ননা শিংগদবনিকো। ঐখোয় লোয়না ঙাইদুনা লৈরে। হেক হায়বগা উচেক ময়াম্না হুউ...হেঙা হুমজলকই। মদু কোরৌ নোংদোনথক্তা শৎ হেক্তা চোংখৎলগা উচেকশিংদো জীরি জীরি...হেক্তা তাল্লকই। উচেক্কুগী মথক্তা শৎ তোংখৎলগা মঙকশমদু পাইরগা উংলগা পাইহল্লগা অতৈ লৈরিবা উচেক ময়াম অদো থাঙলেন খুৎশু অসিনা শৎ-শৎ মখোয় মাপল অসিনা য়াইবি লুরেন চাইথরকপসিদি অঙকপগী মশক্তা চাইথরকপনিদো। উচেকশিং অদো শৎ হেক্তা নানবনি য়াম্না নুংঙাইরে হৌজিক্তি খরা অমুক জীরি জীরি লাকপদা চাওরবা লিল অসিনা লাইজা ঈশিংদগী হেক্তা কাংখৎভুনা খু খু হেক্তা কামদুনা মঙকসে হেক্তা তাপ-তাপ হেক্তা লাক্লকপদুদি মখোয় মাপল অসিনা থাংলেন খুৎশু শৎলগা শৎ-শৎ লৈশিল্লগা লুরেনদু ফৎ-ফৎ হেক্তা ককথৎলকপা, হেক্তা ঈশিংদা ফন-হেক্তা চোংথনৈ, লুরেন হেক্তা ককথৎনৈ; হেক্তা চোংথনৈ অঙকপগী মশক ওইদুনা য়াইবি লুরেন চাইনরেদো। অদুমসু শমু মায় পাক্লেদো অদুগাদি অমুক জীরি জীরি জীরি লাকপসিনা লাকপসিনা জীব ময়াম অমা হু হু কামদুনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা লৈরেদো। শাইওনবা মপু হন্দক্কী জীবশিংসিদি ঐখোয় উপাই লৈতে হায়রকপন্দ্রা ঐ তৌগে হায়দনা শাইওন মীবেন লাংওনবসিনা হেক্তা মাগী চাওরবা শমু হকচাং অদো শৎ

ওন্থোক্লগা জীবশিং অসে মখুৎনা জরা-জরা পাইশিল্লগা মাগী শোবসিনা জরা-জরা শিৎ নান্না তুম্মা হাৎলেদো। অদুগা জরা জরা অমুক কামথোকই। উম ঐখোয় শলাই মাপল ঐখোয়গা চৎমিন্নরিবা মপুসিদি তাইবং নৎতে মাদি লাংওনবগী মপোক অশেংবনি। লৈরিবা জীবশিং অসিবু লোয়না মাগী থম্মোয়নুংদা পুশনবা ঙম্মী অদুগা অমুক কামথোক্লিবা মহাক তাইবংগী মপোক নৎতে চীংঙুগী মপোক ওইগদবনি। উম অদুদি ঐখোয় মঙোন্দা থৌনিবা তারে হায়দনা মখোয় মাপলসে ফুক হেক্তা হৌগৎলগা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ৱাংলেন খুদিংমক্তা শিন্থা কাংবা মতমদা শমু মায় পাকপা পীনবিয়ু হেক্তা থৌনিরকপনিদো।

শাইওনবনা মখোয় মাপলসিনা হেক্তা থৌনিরকপনিমা। এ করিগীনো নখোয় মাপলনা ঐঙোন্দা থৌনিরিবদি শাইওনবা মপু ঐখোয়না তশেংনা মশক খংজরুদবনি থৌনা লৈ হায়বদি খংজৈ, শক্তি লৈ হায়বসু খংজৈ অদুবু অশেংবা মশকমক্তি ননাই ওইবা ঐখোয়না তাইবং ওইবনা খনজরুবনি। হৌজিক্লা কৈদৌরবা? হৌজিক্তি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুগী শক্তি মঙাল অসে খংজরেদো। করম্মা খংলিবা তিল খুদিংমক লাক্লিবা জীব ময়াম অমা লাক্লিবদো মদুগী জীব ময়াম অদো খুৎ অদুনা ফাজল্লবা অমুক্কসু মখোয়দো শোরগী নুংদা লোয়না চিংশিল্লগা জীরি জীরি শিৎ নান্না কামথোরকপদা তুম্মা য়াইবি মাংবা অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা অঙকপগী মশক চাওরবা মশিং নাইদনা মশিং হেক্তা অঙকপা ওইবগী শক্তম অমা উৎথোক্লগা য়াইবি লৌখিবদো শলাই মাপলগী নপারি অপংবা ঐখোয় মাপলনা উজহৌবদগী চীংঙু মহাক্কী অশেংবা মপোক্লি হায়বদো খংজরবা ৱাংলেন অসিদা থৌনি পরৈ চেৎচবনি। মাংওইন্না লাকখিবা ৱাংলেন অদুদা য়াৱা কোলোয় কাংবদা অৱাৎপা, অহেনবা লৈরবসু হে শাইওনবা ঙাকপীয়ুদো। ননাই তাইবং ঐখোয়দি অপংবনি করিসু খংজবা তাইবং নৎতেদো। উম, নখোয় তাইবংদা করিগী অৱাবা পীগদগে নখোয় তাইবংগীদমক্তনি ঐনা হিংলিবসে ঐনা লাক্লিবসে তাইবং

নখোয়গীদমক্তনি। মালেমদা লৈরিবা উরি, উপান, জীব পুম্নমক্কীসু মপুনি। ঐহাক্তি কনানবু হেনবা নৎতে কনানাবু ব্রাৎপা নৎতেদো। মালেমগী মপুসিমক্তি তাইবংনা ওইগদবগী মরম অদুদি তাইবং অসিনা লাংওনবা মপুগী শাইওন মপোক ওইগদৌরিবনি। অদুননি তাইবংগী খোংলোয় পুগদবগী মরম ওইদুনা মালেমগী মপু ওইদবা য়াদে। হে...শলাই মাপলগী পারি মাপলনা ঐবু মশক খংলবা মতুংদদি ঐবু অমুক কাওরগনু। নখোয় শাথেংনরকপা, শমু ময়োক্নরকপা মতমদা ঐবু নিংশিংঙু। ঐবু নিংশিংলবদি নখোয় শমু মায়থিররোইদৌবনি শমু মায় পাক্লগদবনি। উম, অদুদি অমুক খোংলোয় ঈরি তম্লসিদো। ফুক হৌগৎলগা পরপ-পরপ জীরি জীরি হেক্তা লাকপসিদা নোংলৈ নুংশিৎনা অঙকপগী মথক্তা উরু রু রু রু...হেক্তা হুম্মকপসিনা শাইওনবগী শমু হকচাং অসে পাইদুনা মখোয় মাপল অসে য়াল্লিদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা করিগীনো নুংশিৎ নংনা অদুক কন্না শিৎলিববু শিৎকনু। শাইওনবা ঐ খোংলোয় ঈরি তম্মক্লে হায়বসে নং নিংশিংহৌদ্রবরনে হে নুংশিৎ নঙ নেমথখো হায়বা মতমদা উং নুংশিৎ নংনা কন্না শিৎলবদি ফরে মখোয় মাপল অসে ঐবু মশক খংলিঙৈগী মথক অসিদা অমুক্কসু খংহল্লগে হায়দুনা হে নুংশিৎ কৌবা ঈনিল কয়া শাহুম কয়া মঙাল কয়া খোঞ্জেল, খোন্থাং পুম্নমক লাক্লো। লোয়নমক লাক্লে লৈচিলগী মপৈগুম্না ফম্বাল ওইনা জীরি জীরি হেক্তা শিৎলিদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা শলাই মাপলগী পারি মাপল কাখৎলো। করিগীনো? কাদা কাখৎলু। কাখৎলেনে লোয়না ফমদেংঙি। ফম্লব্রা? ফম্লে। শাইওনবনা শৎ মথক্তুদা কাখৎলগা ফমদেংলগা চৎলু পুরো মফম খুদিংমক্তা হায়দনা মথক্তুদা তোংলগা মালেম অসিগী অকোয়বা অসে জীরি জীরি তোংদুনা হেক্তা পাইরকপসিনা মখোয় মাপল অসিনা সিদি য়াম্না নুংঙাইরবা জাৎনিনা। মালেমগী তলাপ পামেল কয়ানা ফজনা হৌরিবা লৈরাং কয়ানা নিংথিনা শাৎলিবা লাইজা ঈশিং অসিনা পুমলং লংনা লৈরিবা লোইবি চীংশাং অসিনা মতুপ-মতুপ কয়া

ফজনা লৈরিবা চীংদুম কয়ানা মতুম-মতুম লৈরিবা, তাইবং অসিনা লাপ্পা-লাপ্পা মাগী-মাগী কাংলুপ-কাংলুপ চাক্তরিবা, অদুগা শা কযাসু চবুন-চবুন চাক্তরিবা, উচেক কয়ানা গুরুপ-গুরুপ পাইবিবা, হৈবাং কয়ানা নিংথিনা পাল্লে লৈরাং কয়ানা ফজনা শাৎলিবা নুংঙাইরেহে মসি মঙাইরে। লাইজা ঈপালসিনা কয়াদা ফজরিবনো জীরি জীরি হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা পাইবকইদো। পাইরকপা ব্রাংলেন অদুদগীদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা হেক য়েংঙকপা মতমদা শা ময়াম অমনা পলোন খাদুনা লৈবেদো। এ! শলাই মাপলগী পারি মাপল; তাকপীযুদো শাইওন মীবেন লাংওনবা। তো লৈপানপুং অসিগী অকোযবদা কোইশন্দুনা লৈরিবা শা ময়াম অমা জীব মযাম কোইশল্লিবসে উববরা? উরে ঐখোয়। অদুনা পরপ-পরপ চংবা য়াদ্রে ঈপাক অসিগী ব্রাংমদা ঐখোয লৈখিসি। লৈরগা ঈপাক অসি লাল্লগা মখোয় অসে লোয়না য়াইবি লৌগদবনি। লৌরে হায়রগা ঐখোয় লৈপানপুংদা ঐখোয চংগদবনি নৎত্রবদি য়ারোই। ঈপাক ব্রাংমসিদা ঐখোয় অঙানবগী মতমসু লোইশল্লক্কদৌরবনিনা মসিদা য়াইরেকপা তারে হাযদনা নুংশিৎতগী কুমথরে। চৎলো-চৎলো নুংশিৎ, ঈব্রাই, ঈনিল, খোঞ্জেল, খোন্থাং অরাপ্পদা লৈজরুরো হায়দনা চৎখরে। মালেম লৈপনপুংগী পাক্লবা ঈপাক অদুগী ব্রাংমদা শাইওন মীরেন লাংওনবা শলাই মাপলগী পারি মাপল খোংদোইরকপা মতমদা লানশনবা য়াদদুনা লৈরে। মালেমগী লৈপানপুং অদুদি শা ময়াম জীব ময়াম অমনা মরোল-মরোল কোয়দুনা য়াইবি মীরেন চাইগদবগী লৈরিবা তাইবংদো কোইশন্দুনা লৈখ্রবনি। মদু করম তৌরগা য়াইবি লৌগদগে শাইওনবা মপু। শলাই মাপলগী পারি মাপল অদুগা পাক্লবা ঈশিং ঈপাক অদুগী ব্রাংমদা ব্রারি পাওশান্নদুনা লৈখরেদো।

তাংকক অমা লোয়রে শলাই মাপলদা কুম্বগী।

## "শাইওনবনা লৈপানপুংদা শাগা য়াইবি চাইনবগী তাংকক অমা হৌরে"

শাইওনবনা — উম হৌজিক শলাই মাপলগী পারি। তাকপীয়ুদো শাইওনবা মপুনা মালেম লৈপানপুং অসিদি শারম পুবা মপুসু মনুংদুদা লৈ, শা জীব ময়াম অমসু লৈরেদো অদুগা শলাই তরাতরেৎকী



ঈনৌরেনবী তরাতরেৎসু লাংওনবা মপুবু নিংদুনা লৈখিবনি। মথংদা শলাই মাপলগী শাকোকলেন ওইবা খোংলোয় কয়া অমসু মনুংদুদা লৈ। অদুগী অকোইবা মপান্দা মরোল-মরোল শা ময়াম অমা, লিল ময়াম অমা, উচেক ময়াম অমা, তিল ময়াম অমা, ঙা ময়াম অমনা মরোল-

মরোল কোয়দুনা লৈরিবা শলাই মাপলগী খোংলোয় খুদিংমক ইনৌরেম্বী তরাতরেৎসু শারম পুবা শাকোকলেন পুম্নমকসু য়াইবি লৌগদবগী মখোয়না কোয়দুনা লৈখরে করম তৌগনিসিদি। শলাই মাপলগী পারি ঐখোয় মাপলদি করিসু খংজবা নৎতেদো মপু। অদুদি করি উপাই লৈবি। মদুবু ঙমননবদি মখোয়দা কোলোয় যাৱা ঈরি তমগদবগী মরম অদুদি করম্না খনগনি। শাইওন মীরেন লাংওনবনা নখোয় মাপল মফমসিদা লৈরো ঐ অমুক্তং মখোয় খংঙব্রা হায়বদো য়েংগে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা য়াৱা কোলোয় কাংবদুদা হোয়-হোই ঐখোয় মফম অসিদা লেংদনা লৈরম্মগে হায়দনা শাইওনবনা মীৎলাং অদো শৎ লাওনা পাংলগা মালেম লৈপানপুং তান্না জীরি জীরি অমুক্তং য়েংঙকপবু মনুং অদুদা লৈরিবা শাইওনববু নিংজরিবা ইনৌরেম্বী তবাতবেৎসু মখোযনা কোয়শনলক্লিবদো খংদরেদো। শারম পুবা মপূ খংলে, শারম খুদিংমকসু উপাাই লৈত্রে। মখোয়গী শক্তিগী ৱাংমদা লৈবে। অঙক অঙকপগী শক্তি লৈরবা জীব ময়াম অমা য়াইবি লৌগদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি শঙাংলেনবা মপুনা শিন্থারকপনি। লোয়না মরোল-মরোল লোন্নদুনা লৈখরে। করম তৌরগা য়াইবি লৌগদগে হায়দুনা পাইমনুংদা খন্দুনা লৈখ্রবনি। শা খুদিংমক্তুনা শলাই মাপলগী তাইবং ওইবশিংদি করিমত্তা খংঙমদরে। অদুদি সিদি করম্না ৱারি পৌশনগনি পাইমনুংদা খন্দুনা শাইওনবা মপুনা তন্না অমুক হল্লক্লগা শলাই মাপলগী পারি-। তাকপীয়ু মপু। শারম পুবা মপুদি খংলে, জীব খুদিংমক খংঙে। মখোয় ইনৌরেম্বী তরাতরেৎতি খংদ্রে। তাইবং খুদিংমক অমফাওবা খংদে লোয়নমক মখোয়দি হৱা ও মোমোন নোক্তুনা লোয়না লৈরে। এ সিদি করম্না ৱারি পৌশান্নগনি। উম উপাই লৈত্রে ফরে অদুদি শাইওনবনা ঐ কোলোয় চীঙ্গোইরগে। য়েংঙু অঙানবগী মতম অসিদা থোক্লিবা অঙানবগী মীৎলাং ওইবসিনা নুমিৎকী মশক ওইরেদো। নুমিৎকী মশক ওইবসিনা অশাবগী মঙাল শক্তি মঙোন্দা য়াওবনি। উম। অদুগা অশাবগী শক্তি অসে নখোয় পুবা ঙল্লোই। অদুদি ফরে নুংশিৎ য়াম্না কন্না শিৎপা নুংশিৎ অমদি, ঈংনা

শিৎপা নুংশিৎ, অমদি তপ্লা শিৎপা নুংশিৎ, ঈনিল ঈৰাই শাহুম অসিদা তোংবা ঙম্বা কনানো? নখোয় মাপলদগী কনা য়াওগে? কনামৎতা লৈতে। অদুদি ঈশিংগী ঈনিল কারিবা মফম-মফম খুদিংমক্তা তোংবা ঙম্বা কনা য়াওবগে? কনামৎতা ঙম্লোই। ফরে অদুদি নখোয় ঙম্লরোইদবনিনা ঐ অমুক্তং নখোয়গী নমাংদা হায়রিবশিং অদো ঐ পুথোক্নুনা নখোয়দা উহনগে। নখোয় ঙমগদ্রা ঙমলোয়দ্রা মুন্না য়েংঙুকো। হোই-হোই হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা ইহান হানবদা হেক্তা ঈনিল অসে মরোল মরোল কাখৎলকপসিনা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা অঙকপা ওইনা কাই। অদুগী মথক্তা শাহুম অসিনা উরু উরু...হেক্তা মালেম অসে শিনবা থুংঙি। অদুদগী ঈনিলসু ঈৰাই হেক্তা ঈপোম নাইনা ৰাই ৰাই হেক্তা চৎলকপসিনা অহুম অসিনা মালেম লৈশাদগী অঙকপগী মশক ওইনা কারেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা মখুৎ অসিনা উরু উরু লৈনা খোৎলগা অঙকপগী মশক্তা কাহনলিদো। শিমসু অমুক উহল্লি, মখোয়দা লেংদনা উহল্লি। অদুগা মৈ কৌবা মাগী মঙালসে পুমঙাল ঙাল্লগা ঙরং-ঙরং-ঙরং হায়বসিগী খোনজেলসিনা লাপ্লা তাহল্লি। অশাবগী মনিল অসে অঙকপগী মশক ওইনা বং বং ৰং কাখৎলকপসিদা ঙশাইগী মনিল অদো অশাবসিনা ফুগৎলকপসিনা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা মালেম অসে থুংনা চৎলি। ও; মথংদা নুংশিৎ অসিনা য়াম্না তপ্লা শিৎপা নুংশিৎ মফম খুদিংমক্তা লৈশল্লগা উরু উরু শিৎপা নুংশিৎ অমা হুউ হুউ হুউ...শিৎপা নুংশিৎ অমা মফম খুদিংমক্কী লেংলি-লেংলি তৌবা নুংশিৎ অমা য়াম্না য়াংনা শিৎপা নুংশিৎ নোম-নোম লাওবা নুংশিৎ অমা হায়রিবা অহুম অসে পুথোক্লগা চপ চানা থম্মী। ও; শাইওন মীরেন লাংওনবনা শলাই মাপল তারব্রা উরব্রা য়েংঙু। উজরে তুবানবা নহাক ঙমগদব্রা অমুক্তা য়েংঙু। উম ঙমগনি। য়েংঙু নখোয মাপল অসিগী মনুংদা কনানা মফম অসিদা চংবা ঙম্বগে হায়বদো অমুক্তং য়েংঙু। তুপানবনা পরপ-পরপ পবপ পরপ চংশিল্লুবা মতমদা শৎ লাওনা লংথোরকই। মসিদি ঐদি ঙমদে। উম অদুদি মথংদা অমুক নুংশেম্বা

লৈশা শলাইপুবা নুংশেম্বগী মপারি শকখানা অমুক শৎ লাওনা চংশনবদা চপ চানা লেপ্লে। শকখা পারি নহাক্লা লেপ্লবনিনা য়াংনা কন্না শিৎপ, তপ্না শিৎপা নুংশিৎ শিৎপা ঈনিল ওইনা লাকপা নুংশিৎ অসিগী লৈরিবা মফম অসে মসিদা নং চংঙু। চংখরে। উম, মথং অসিদা অমুক তাইবং পুবগী মপারি লোইশা নং অমুক চংঙো। শৎ লাওনা চংশল্লকপদা শৎ লাওনা লংথোরকই চংবা ঙমদ্রে। নং অমা অমুক লৈরো তাইপুংবা শখাই শলাইরেন শিদবগী মপারি লাংখোং নং অমুক চংঙো। হেক চংবা মতমদা হেক্তা থক লংথোরকপসিনা উপ্রাং উপতুনা তাই। ও, নংসু ঙমদ্রবনিনা ফরে। মথংদা শিন্থপুং জীব শাখা ঈরেন শিদবগী খোংলোয় ওইবা শখাং নহাক অমুক চংঙু হেক হায়বদা শখাংনা শৎ লাওনা চংশল্লকপদা জবা জরা জরা চিংশল্লগা উরুরুরু লৈরগা লংঙকপবু হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা লাইজা ঈশিংদা জোম লাওনা তাই। ও নংসু ঙমদ্রবনিনা ফবে। অদুগা মখাদা নুংপুরেন খোঙ্গুম শলাইরেন শিদবগী উতাই নং অমুক চংঙু। উতাই অসিনা তপ্না জীরি জীরি শৎ লাওনা চংশিনববু চপ হেক্তা লেপ্পী। ও; উতাই নহাক্লা লেপ্পা ঙম্লবনিনা য়াম্না তপ্না কাবা ঈনিল, য়াম্না থাবা, মফম খুদিংমক্তা মরোল-মরোল তাইবং জীবনদি উদ্রবা শাহুমনি, ঈৱাইনি। মফম খুদিংমক্তা লৈদুনা উরু উরু লৈদুনা জীব খুদিংমকসু লৈশাদসু হেক্তা লৈরিবা খুদিংমক্তা কাবা মনিল অদো শাহুমনি। হায়রিবা মখোয় অহুমদুদা নং লেপ্লো নংনা চংখরো। চংখরো। মথং অমুক পুংলেন শলাইরেন লুলাং নং অমুক চংঙু হায়বা মতমদা চংবা ঙমদ্রে। মথংদা খোংশাবা শলাইগী তোংখা নহাক চংঙু হায়বা মতমদা হেক্তা উরু উরু...লৈরগা লংঙকপসি॰া বুপ হেক্তা তাই। চংবা ঙমদ্রে। ও, নংসু চংবা ঙমদ্রেদনা। উম। নুংশাখোং শলাইগী শাইখোং নং অমুক চংঙু। শাইখাং অসিনা শৎলাওনা চংশিনবদা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা ঙরং-ঙরং...কাদুনা হেক্তা ঙাকশং ঙাংদুনা লৈরিবা মৈহুমদা ফৎ লাওনা চংঙি চপলাওনা লেপ্পী। ও অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে শাইখাং নহাক্লা মৈ অদুগী ঈনিল অদুদা অঙকপা মাগী অশাবগী শাহুমদুদা লৈরো অদুগা উতাই নহাক্লা ঈনিলদা লৈরো।

মথংদা শকখা নহাক্লা নুংশিৎতা লৈরো। কোরৌ অতিয়াগী নোংদোনথক্তা শকখা নহাক্লা কাখৎলো। ঐদি করম্না কাগনি? নংগী ঈনিল নুংশিৎ অদো মদুদা নং অদুম লেপ্লো। নুংশিৎ অদুনা পুরিবা মফম অদুদা অদুম চৎকদবনি। নংনা চৎনিংবা মফমদা চৎপা য়াগনি। লৈপানপুং মপা-ফাওবা চৎকদবনি অদুবু হৌজিক্তি চৎপা য়াদ্রবনি। চুম্না কাখৎলু মথক্তা চৎলো। শাইওনবা ঐনা হায়রপ য়েংবা মতমদা ঈনিল শাহুম নুংশিৎ অদো উরুরুরু লৈনা পুখৎলগা মফম খুদিংমক্তা লৈরিবা তাইবংগী শ্বরদা অচং অথোক তৌগদবনি লৈদুনা লৈরো অদুগা নহাক্লা ঈশিংগী ঈনিল পুম্নমকসিদা লৈয়ূ। অঙকপগী মশক ওইনা ঈনিল অসে শুকৱাৎ ৱাৎতনা কাহনগদবনি। কোরৌদা লৈরিবা নহাক্লা নুংশিৎ অসে অঙকপগী মশক ওইনা অদুমমক নংনা পুরগা চৎকদবনি। অদুগা মৈগী অশাবগী মঙালদা লৈরিবা নহাক্লা অনিমক অদো চিংশিন্নগদবনি। তাইবংগী শমু হকচাংগী মনুং অসিদা অশাবা অমদি নুংশিৎ ঈনিল য়াওবনি। নুংশিৎ নংনা ঐগী নুংদা পুনশিল্লু নুংগী অশাবা মনিল, অইংবা মনিল অনি অসি তিলশন্নহল্লি। তিলশল্লগা অদুদি করম তৌগনি। হৌজিক য়াৱা কোলোয় অসে পৌশান্নরসি। ঐনা ঙাংবসি নখোয় তাব্রা য়েংঙু হায়দনা শলাই মাপল অসিগী মনুংদা শলাই অহুম অসিনা হায়রিবা অমনা ঈনিলদা লৈরে অমনা মৈদা লৈরে, অমনা নুংশিৎতা লৈরে। অদুগা শলাই তরুক অমনা লৈহৌরে। নখোয় তুমিন্না অদুম লৈখোকো। উম লৈজগে মপু। হে অতিয়া কোরৌথক্তা লৈরিবা শকখা নহাক তাবরা? উম তাকপীয়ুদো শাইওনবা মপু। ও; সিমা য়াগদৌরি অদুগা ঈনিলদা লৈরিবা উতাইদি তাব্রা? ঐ তাইদো মপু। অদুগা অঙানবগী মঙাল মৈগী অশাবা অনিগী ময়াইদা লৈরিবা শাইখাং নংদি তাব্রা? তাইদো শাইওনবা মপু। এ অদুদি ফরে খরা খরা শুম লাপথোক্লো। অসুম জীরি জীরি জীরি...অসুম লাপথোকখরেদো হেক্তা য়াম্না লাপখরে। য়েংঙু মালেম লৈপানপুংগী মপা অদুদা লৈরো। নখোয় অহুম লোয়নমক চৎখরো চৎলো হায়দনা অশাবা মৈগী মনিল অশাবদুদা নুংশিৎতুনা লৈশাথক্তা ঈনিল ওইনা পাইদুনা

চৎখরে। অদুগা নুংশিৎতা য়াওরিবা মহাক্লা নুংশিৎতা ফমদেং ঈরি তমদুনা মহাক্লা অতিয়া কোরৌথক্তা নুংশিৎতা তোংদুনা পাইখরে। অশাবা মৈগী ঈনিল শাহুমদা লৈবা মহাক্লা মালেমথক্তা অহুম অসে জীরি জীরি জীরি জীরি পাইদুনা চৎখরেদো। চৎখ্রবা মতুং অদুদা লৈরিবা তাইবং শলাই মাপল অদো অদুগী মনাক অদুদা নখোয় মালেম অসিদা লৈরিবা ঈনিল মহাক্কী মনাক্তা লেপকদবনি অদুগা মৈ নংসু লেপকদবনি। মানা শ্বর হোনদোক হোনজিন তৌরিবদো অদুদা নখোয় য়াওহনগদবনি। অদুগা য়াৱা অদো ঐনা কাংঙক্কদৌরিবনি। ও; অদুদি ফরে চৎলো। জীরি জীরিজীরি জীরি অসুম চৎখিবা অসিনা মালেম লৈপানপুং য়ৌরক্লে শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোলোয় য়াৱা কাংঙকপা মতমদা উম য়ৌরে কোলোয় ঈরি তম্মকএ। শাইওনবনা মীৎলাং শাংখৈবা মতমদা চপ চানা য়ৌরে। উম অদুদি ঙশাই হায়বদো শলাই মাপল অসিগী মনাক্তা ঈনিল ঐনা লৈয়ু হায়বনি অদুগা অশাবা মৈ নহাকসু মনাক অদুদা লৈয়ু হায়বনি। নুংশিৎ নহাকসু মপা অদুদা লৈয়ু হায়বনি চপ চানা লেপ্লে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা উম নুংশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা। হিঃ শাইওন মীরেন লাংওনবা নৎত্রা? উম। ঐনা হায়রিবা কোলোয় য়াৱা অসে তাও তাকপীযুদো শাইওনবা। য়েংঙু তাও নখোয় তরুক ঐনা ঙাংনবিবসে তাওকো। তাগে। লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা হৌজিক মালেম লৈপানপুং অদো শারম খুদিংমক মরোল লোন্দুনা নখোয়বু য়াইবি লৌগদবগী কোইশিনখরেদো। অদুনা নখোয় য়াম্না চেকশিন্না মখোয়বু শমু ময়োক্লনবা শেম শাদুনা লৈগদবনি। হিঃ ও, অদুদি ঐখোয়দি খংদবনি। হৌজিক নখোয় শেম শারো। লোয়না কোইশিনখ্রবনি। তারব্রা তারে অদুদি অমুক্তা হায়বিরকখো। উম, নুংশেম পুবা লৈশা পুবা শলাইগী শকখা তাকপীয়ুদো। নংনা লৈরিবা মপা খুদিংমক লেংদনা অদুমমক অতিয়াদা লৈগদবনি। নংগী মঙাল শক্তি পুম্নমক অদুনা মালেম লৈশাদা কাপথরক্কদবনি। লৈশাথক্তগী ঈনিল নংনা মালেম কোরৌ য়ৌনবা কাগদবনি মৈ অমদি মঙালগী অশাবগী মনিল ওইরিবা নহাক্লা

হায়রিবা অনি অদুগা মখোয় অহুম তিলগদবনি। তাইবংনা লৈরিবা মফমদা লোয়নমক চংগদবনি। তাইবংনা হোন্দোক হোনজিন তৌরিবা শ্বর অদুগা পুনগদবনিকো। উম। নুংশেম পুবা শলাইরেন শিদবা মপু; তাকপীয়ু শাইওনবা মপু। হৌজিক মালেম লৈপানপুং অদো মরোল-মরোল মশিং থিঙমদনা শঙাংলেনবনা য়াইবি লৌ হায়দনা ইনৌরেশ্বী নখোয শলাই তরাতরেৎসু শারম পুবা মপুসু খুদিংমকসু য়াইবি লৌ হায়দনা-জীব শারম খুদিংমক্লা মালেম লৈপানপুং অদো খুরক হাংদনা মবোল মরোল কোইখ্রবনি। মখোয়দা যাইবি তেমশিংননবগী শেম শাগদবনিকো। অদুসু শিন্থা কাংজগেদো মপু। মথংদা তাইবং পুবা শলাইরেন শিদবা মপু — তাকপীয়ু। মালেম লৈপানপুং অদো লোয়না কোইশিন্দুনা থমখ্রবনি। করম তৌরগা মদুবু যাইবি লৌগদগে হাযবদো নংগী শলাই খুদিংমক্তা শিন্থা পীরো। পীজরগে মপু। তাইপুংবা শখাইরেন শিদবা তাবরা তাইদো মপু। নখোয় হৌজিক চেনগদবা মফম লৈত্রবনি জীব খুদিংমক্লা মরোল-মরোল কোয়দুনা কোরৌ অতিয়া ফাওবদা কোযদুনা লৈখ্রবনি খংলব্রা? নখোয় করম তৌরগা য়াইবি মীরেন চাইনগদগে হায়বদুগী খোংলেপ অদো শেম-শারো। মীকুপ নাহুম শিংনা লৈগদবনিকো। শিন্থা অদো পাংথোকচগেদো মপু। অদুগা শিন্থাপুং জীব শখাইরেন শিদবা তাকপীয়ুদো শাইওনবা মপু। হৌজিক চেনগদবগী মফম লৈত্রবনি অদুমমক য়াইবি মাংনরগদবনি। নংগী-নংগী খুৎশু খুৎলাই থাংলেন পুম্নমক লোয়না শেম শাদুনা লৈনরো মাইকৈ-মাইকৈ খুদিংমক্তা নংগী লানলোই খুদিংমক শেম শাদুনা ঙাকননবা হোৎনরো। শিন্থা অদুমক পাংথোকচরগেদো মপু। নুংপুরেনবা শলাইরেন শিদবা তাবরা তাকপীয়ু শাইওনবা মপু। হৌজিক মালেম লৈপানপুং অসে মরোল মশিং থিঙমদনা কোয়শন্দুনা লৈখ্রবনি। ঐখোয় শলাই মাপলগী পারি মাপলদুগা ঐগদি পাক্লবা ঈশিং অসিগী পাক্লবা ব্রাংমসিদা লানশিল্লকপা য়াদদুনা লেপ্তুনা লৈরবনি। অদুগা কোলোয় পৌশান্নরিবসিমক্তি নুংশেম পুবগী মপারি শকখাবা মানা নুংশিৎতা তোংদুনা কোরৌ নোংদোনথক্তা লৈখ্রবনি

অদুগা উতাইনা ঈনিল্লক্তা লৈরবনি। অদুগা শাকোকলেন নখোয়না ৱারি পৌশানিংবা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐঙোন্দা লৈরবসু অদুমমক য়াৱা অদো কাংঙকউ ঐগা নখোয়গা ৱারি পৌশান্নবগীদমক্তা ঈনিল্লক্তা, শাহুমদা, নুংশিৎতা অশাবগী মঙালদা মখোয় শলাই অহুম অদুবু ঐনা থল্লিবনি। য়াৱা অদুম কাংঙক্লদবনিদো। উম শিন্থা অদো পাংজরককেদো মপু। উপুংবা পুমলেন শলাইবেন শিদবা হৌজিক মালেম অসে লোয়নমক শারম খুদিংমক্লা তাইবং খুদিংমক য়াইবি লুরেন লৌন্নবগী মরোল-মরোল কোইদুনা লৈখ্রবনি মীকুপ নাহুম শিংনা লৈগদবনিকো। শিন্থদো পাংথোকচগে। ৱাংলেন খুদিংমক্তি খংদদুনা লাকপনিনে মপু। মপুনা কদাইদা য়াৱা কোলোয় কাংঙকলিসিবু করম্বা মফম জগাদনো। ঐনা কাংঙকলিবসিদি মালেম লৈপানপুংগী পাক্লাবা ঈশিংগী ঈপাক্কী ৱাংমদুদা ঐ লৈরে ঐ লানশল্লকপা য়াদদুনা লৈরবনি হায়দনা ৱারি পৌশান্নবগী শলাই মাপলদগী শলাই অহুম উতাই অমদি শাকখা অমদি শাইখাং মখোয় অহুম ঈৱাইলক্তা ঈনিল্লক্তা নুংশিৎতা অঙানবগী মৈশালক্তা মখোয় অহুম ঐনা তিলহন্দুনা থল্লিবনি ৱারি পৌশান্নবা। ৱারি পৌশানিংঙবসু অদুম ঐগা পৌশান্নগদবনি। উম কাওজরোইদো মপু। খোংশাবা শলাইরেন শিদবা হৌজিক্তি নংগী খোংলোয় খুদিংমক মীৎকুপ নাহুমশিংনা লৈগদবনি। তাইবং মরোল-মরোল মশিং থিঙমদনা কোয়শন্দুনা লৈখ্রবনি কাওগনু যাম্না চেকশিন্না লৈয়ুকো। উম শিন্থাদো পাংথোকচগেদো মপু। তুংখনবা নুংশাখোং শলাইরেন শিদবা-তাকপীয়ু শাইওনবা মপু। হৌজিক্তি মালেম অসিগী অরোইবা তাংকক য়ৌরবনি। মসিদা তাইবংনা করিগুম্বা ঙমহৌদ্রবদি মপোক লাংওন খুদিংমক্তা তাইবং অমুক মালেম অসিদা লাক্লরোইদবনি খংলব্রা? খংজরেদো মপু। মায়থিবা খনবা য়াদেকো। অমুক্তং মালেম অসে তাইবং ঐখোয়না মায় পাক্তবা য়াদবনি হায়বগী খোংফম অদুদা লেপ্লগা য়াইবি মীরেন চাইনগদবনিকো কাওগনুকো। মদুমক শাইওন মীরেন লাংওনবগী শিন্থানি শমু পাঙ্গল হাপ্পীয়ু। নখোয় লোয়নমক লানলোই খোংলোয় ঈরি তমদুনা মাইকৈ-

মাইকৈদ্দা নখোয়গী লানলেং খুদিংমক শিনতোকউ। হৌজিক শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐ ঈপাক অসে লাল্লকনবা তৌরগে। নখোয় শিন্থা অদো কাংলোকো। কাংলে হায়রবা মতুংদা ঐঙোন্দা অমুক হায়রকউ। উম তাকচরককেদো মপু। য়েংঙু হৌজিক্তি নখোয় তরুক্কা ঐগনি লৈথক লৈখা য়েংঙু ঐগা তরেৎনি। অমুক পাল্লবা ঈপাক অসি করম্না লানগনি করম তৌগনি। হৌজিক্তি অৱাবদি ঈপাক অসি লানবা মতমদা মখোয়না অমুক উখ্রবদি ঐখোয় শোইদনা য়াইবি লৌখিগনি। করম তৌগনি শাইওন মীরেন লাংওনবা। তাইবং ওইবা ঐখোয়দি করিসু খংজদবনিদো মপু নহাক্লা শিন্থা অদো পীবিগদবনি। উম ঐনা শিন্থা পীগদৌরিদো অদুবু করম তৌগদগে শনবদা অৱাবা ওইরে। উম মপুগী শিন্থা অদো ঙাইহাক্তা ঙাইখিসি। ঐখোয় মফম অসিদা ঙাইহাক্তং ফম্লগা ঙাইসি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শলাই তরুক অদুগা পাল্লবা ঈশিং অদুগী ঈপাক্কী ৱাংমদা ফমদুনা লৈবে। ফমদুনা লৈবা মতমদা অসুম তুমিন্না লৈবদু-শাইওনবনা করিনোনে কোলোয় মপাও অমৎতা তাকলক্তেদা লোইশেন্বা মপু শলাইরেন শিদবনা য়াৱা কাংঙক্লে নখোয় তাওকো। উম তারসি লোইশেন্বা শলাইরেন শিদবনা-শারম পুবা মপু। তাকপীযুদো লোইশেন্বা মপু। য়েংঙু মালেম লৈপানপুং অসিগী অকোইবসিদা শারম শাকোকলেন কয়া অমনা লোইনমক মবোল মশিং থিঙমদনা কোইশনখ্রবনি। ঐখোয় হৌজিক করি উপাই লৈবি। শারম পুম্নমক্কী মপুনি অমুক্তংদি শক্তি অদো অমুক্তং উৎথোক্কুনা য়েংঙদনা। উম লোইশেন্বা মপু ঐদি শাইওন মপুনা মরোল মশিং থিঙমদনা মাগী শক্তি অদুনা কোয়দুনা ফাদুনা থমখরে ঐ উপাই লৈত্রে ঙাংঙিবা হাযবসে মঙাইরে। ইস করিনো অদুদি নংগী শারম খুদিংমক অসিদি কমদৌবা? শারম খুদিংমকসু লোয়না মাগী শক্তিনা কোইশন্দুনা ফাজন্দুনা থমখরে উপাই লৈত্রে। অদুগা অতৈ শা ময়াম অমা লাক্লিবসিদি অসিগী শা খুদিংমক অসিনা মখোয় শঙাংলেনবা মালেমগী মপু ওইবদুনা মখোয়দা কোলোয় পাওজেল তমদুনা মফম অসিদা কোইশিল্লক্লিবনি। অদু ওইরবদি মখোয় অসে ফৎতবা শা ওইরে।

মানি মখোয় অসে য়াইবি লৌহৌদ্রবদি ঐখোয় লোয়না তুম্নগদবনি। নুংপান শলাইরেন শিদবা তাবিয়ুদো মালেমগী লৈপানপুংগী মতাই ইরম্লেন অসিদা লৈরিবা শাকোকলেন ময়াম অমা, জীব ময়াম অমা লৈরিবসিনা ঐখোয়গী লৈরিবসিগী খোংলোয় খুদিংমকসি য়েংলগা শঙাংলেনবগী মফমদা পাওদম্বনি হায়দনা শারম পুবনা তাক্লে। মসি লোয়নমক ফাদুনা য়াইবি লৌদবা য়াদে। লানলোং ঈরেল তম্লসি কোলোয় কাংঙকপদুনা তাইবং খুদিংমক্লা লৈপানপুংগী মতাইরোমদা চৎলো লোইনমক কোইশল্লু হায়দনা মাগী খোংলোয় অদুনা তুমিন্না মালেম লৈপানপুংগী অকোইবগী ঈরম ঈপাল অদুদা তুমিন্না পরপ-পরপ পাকথরগা কুমথরগা লাইজা ঈশিংগী ঈপাল অদুদা লেপ্তুনা জীরি জীরি জীরি অসুম লোয়না মথং-মথং কোইশল্লেদো। অদুগা তাইপুংবা শখাইরেন শিদবনা তাইবংপুবা ঐগী খোংলোয় খুদিংমক মালেমগী ঈপাল ঈতাইদা কোইখিবসি মশিং খরা ব্রাৎকদবা মাল্লি। নংগী খোংলোয়না অমুক্কা কোইশল্লু হায়দনা মালেমগী ঈপানলোই লাইজা ঈপাল অদুদা মাগী খোংলোয অসিনা অমুক্কা মরোল অসি কোইশল্লকপদগীদি শিং নান্না কোইশল্লেদো লৈপানপুংগী লৈরিবা তাইবং অমদি ইনৌরেন্বী শারম জীব খুদিংমক অদুগী খোংলোয় অদুবু য়েংলগা শঙাংলেনবগী মফমদা পাওদল্লিবা শারম কয়া, তিল্লম কয়া ঙারম কযা, উচেকলম, লিলম কয়াদো লোয়না কোইশন্দুনা থমখবেদো। শিন্থাপুং জীব শখাইরেন শিদবনা হায়বিবা মখোয়সি লোয়না ফাগদবনি কোলোয় হায়দুনা হেক্তা জীরি জীরি জীরি... চেনশিল্লগা পুল্লপ ওইনা মখোয় শারম ঙারম অঙকপগী মশক ওইবসে লোয়না ফাদুনা মালেম লৈপানপুংদা উরি কয়ানা পুন্দুনা মখোয়বু থল্লেদো। নুংপান পুবা শলাইরেন শিদবা ঐগী খোংলোয় খুদিংমক্লা মালেমগী লৈপানপুংগী অকোইবদা লোইনমক শারম খুদিংমক্লা শমু ময়োক্লনবা খোংলোয় ঈরি তম্মকলেদো। মথং উতুংবা শলাইরেন শিদবগী খোংলোয় খুদিংমকসু মালেমগী লৈপানপুংগী অকোইবদা খোঙ্গুম ঈরেন তম্লো। শারমলেন খুদিংমক্কা য়াইবি লুরেন চাইননবা কোলোয় ঈরি খোঙ্গুমলক্লেদো। মথং-

মথং লৈপানপুংগী শারম খুদিংমক মরোল-মরোল কোইরক্লিবা অদুগী ময়োক্লবগী মাইকৈ অদুদা লেপ্লক্লেকো। খোংশাবা শলাইরেন শিদবা ঐগী খোংলোয়সু লোয়নমক লৈপানপুংগী ঈপাললোমদা শারম জীব খুদিংমক্লা কোইশল্লক্লিবদুদা মাইকৈ অদোমদা পনলোন ঈরি লোন্দুনা লানচা ঈরি তম্মো। লানলুম ঈরি তমদুনা মীৎলাংশিংনা খোংফম হোংদনা লোয়না লৈনখরেদো। তুংখনবা শলাইরেন শিদবা ঐগী লানলোই খুদিংমক্লা অতিয়া কোরৌ নোংদোন ঈরি তম্বদা লাক্লিবা মখোয়গী চেংলৌ উচেককোক ঈরি তম্বনা লানশা খোংলোয় তম্মকলেদো। য়াইবি লুরেন চাইননবগী শিন্থা খোংলোয় তমদুনা শিনবা থুংনা লৈরো হায়দুনা মালেম লৈপানপুং অসে মরোল-মরোল মথং-মথং লোয়না মাগী-মাগী লানলোই খুদিংমক শিন্থারক্লেদো। উম। লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবা নহাক্লা তাকপীয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই শকোকলেন শলাই মাপলনা লৈপানপুং অসিদা ঈরম ঈকোন তম্লক্লিবা শাকোকলেন খুদিংমক্লা লানশারক্লিবা খুদিংমক শমু ময়োক্লনবগী শেম শাবা লোইজরেদো মপু। ও অদু ওইরবদি খোংফম অমা হোংবা য়াদে। ৱাশক শরি চিনকনগদবনি। শাইওনবা মপু চেৎনা থাগোনগদবনি লাক্লিবা খোংলোয় অসিনা তাইবং ঐখোয়গীসু অরোইবনি; শা মখোয়গীসু অরোইবগী তাংকক ওইরবনি। অরোইবগী তাংকক অসিদা অঙম্বা অদুনা মালেমগী মপু ওইহৌরগদবনি কাওগনু। হে শলাই মাপলমক নখোয় থম্মোয় হোংবা য়াদে, ৱাখল হোংবা য়াদে। শারম খুদিংমক্লা শমু মায় পাকপা য়াদে; জীব খুদিংমক্লা শমু মায় পাকপা য়াদে; তাইবং ঐখোয়না শমু মায় পাক্কদবনি। অদুনা য়াম্না শিংনা লানলোই খুদিংমকপু লৈ হায়বা খংহনগনু। লৈশাদা হোৎ হোৎতুনা কোকখক্তমক মীৎলাংখক্তমক পাংথোক্লগা মখোয়গী লানলোই লাক্লিবা শারোই লাক্লিবা খুদিংমক অদুনা মশক খংহনবা য়াদবনি। লাইজা ঈপালগী মনুংদা লৈগদবনি; নাপী পীরাংগী মখাদা লৈগদবনি; লৈশাদা হোগাইরগা লৈশা মনুংদা লৈগদবনি; মপানগী অহাংবদা অমৎতা লৈবা য়াদেকো। মখোয়না লোয়না লৈত্রে

হায়না খনহনগদবনি অদুগা অরাক অরাকপদো য়াইবি লুরেন চাইগদবনি নৎত্রবদি লেপ্পগা শমু মায়োক্লরবদি ঙম্লরোইদবনি। মখোয়না মশিং থিঙমদনা হেনখ্রবনিদো। শলাই অমদি তম্বা অমগা মখোয় চাম্মগা পান্নবদা মখোয়দি লোয়বা নাইরয়োইদবনি মরোল-মরোল লৈখ্রবনি। অমুক্কসু মখোয়গী মালেম লৈকোয়পুংদদি শঙাংলেনবা অথৌবনা মরোল কয়াসু থারক্কদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি। মালেম লৈপানপুংগী খোংলোয় অসিনা চাইনপুং অসে মসিনা মালেমগী অবোইবগী পাংকক ওইরবনি। মালেম লৈপানপুং হায়রিবা মফম অসে শাগীসু অরোইবগী যাইহিপ তানগদৌরিবনি। তাইবংগীসু অরোইবা যাইহিপ তানগদৌরিবনি। মখোয় থম্মোয় চেংকদবনিকো। শলাই মাপল মখোয় তাবো হে তুংবননা নুংশখোং শলাইরেন শিদবা ব্রাখল হোংবা যাদেকো অদুগা খোংশাবা খোংলম শলাইরেন শিদবা থম্মোয় পীকপা য়াদে। উতুংনা পুংদেন শলাইরেন শিদবা ব্রাখল অব্রা অনা খনবা যাদেকো। নুংপানপুবা শলাইরেন শিদবা নুংশিবগী ঈচেল চেল্লকপা যাদে তাংকক অদু য়ৌরক্লবদি শিন্থাপুং জীব শলাইরেন শিদবা মাং অমদি ভুং অরোইবগী খোংলেপ অদো হোংবা য়াদেকো ঐগী অদু খক্তনি উগদবা তাইপুংবা শখাইরেন শিদবা লেপখিবা খোংফম অদুদগী অমুক হোংগে হায়বা খল্লগনু। অরোইবগী মতমনি তাইবংপুবা শলাইরেন শিদবা শা জীব খুদিংমকপু অমুক্তংদি তাইবং ঐখোয়না শমু মায়থিবা পীরগা ঐখোয়না মপু ওইগদবনি হায়বা ব্রাখল অদো অমুক হনতোক্লকপা য়াদেকো। নুংশেমপুবা মপু পাইমা পুক্লিং হোংবা য়াদেকো শাইওন মীরেন লাংওনবনা হায়রবসু কাওবা য়াদে হননা য়াদে চাম্মা শিরবসু লেপ্পা য়াদে। নুংশেমপুবা শলাইরেন শিদবা খোংফম হোংবা য়াদে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা তাইবংগীদমক্তা য়াম্না চাওনা ঙাননা লেপ্লি। তাইবং ঐখোয়না শমু মায় পাক্কনি হায়বা ব্রাখল অদো অদুমক খল্লদুনা ময়োক্লগদবনি অমুক হনতোকপা য়াদবনি তারব্রা? তাজরেদো হে শাইওনবা মপু। শলাই মাপল ঐখোয়গী শাকোকলেন মাপল নংনা লাপ্পা তামনা লৈখ্রবা শাইওনবা মপুবু থম্মোয়নুং অসিদা

মীরেন অদুবু লাৎচরগা শিন্থা অসে পাংথোকচরগেদো হে মপু। পাংলো শিন্থা পাংবা হৌরো। শিন্থা পাংবা হৌরকপদা মপু ঐখোয়গী লৈপানপুং অসিদা লৈরিবা তাইবং খুদিংমক ঐখোয় শলাই খুদিংমক্কী খোংলোয় অসিবু তুমিন্না য়েংলগা পাওদমলম্বা শারম কয়া তিল্লম কয়া ঙারম কয়া উচেকলম কয়াদি শলাই ঐখোয়না ফাদুনা মফম অসিদা থমজরি। মসিবু করম তৌজৌ হায়বনো মপু। উম মখোয় অদো নানথোকখিবা য়ারোই করিগুম্বা নানথোকখ্রবদি শমু মায়থিরগদবনি অমুক মালেম অদুদা মখোয় থল্লগনু হেক কাংঙকপদুদা লোইশেম্বা শলাইবেন শিদবা, নুংখাইরেন শলাইরেন শিদবনা তাও মালেম লৈপানপুংদা অরোইবগী তাংকক ওইন্নবগী পাওদল্লিবা শারম জীব খুদিংমক্কী লুরেন য়াইবি চাইরো হেক কাংঙকপা মতমদ্দা লৈরিবা খোংলোয়শিং অদুনা খুৎশু থাংলেন শৎতুনা লুরেন য়াইবি শৎ-শৎ হেক্তা ককথরকপনিমা। মদুদগী চেনথরকপা ঈঙাং অসিনা লাইজা ঈপাল অদুনা জোরো জোরো হেক্তা তারকপনি। অকোইবদুদা লানশিং ভমদুনা লাক্লিবা শঙাংলেনবগী লানলোই অদুনা উরেদো। হি ঐখোয়গী শারমলেন য়াইবি লৌব্রা তাইবংনা। হায়বদুদি কনানা ওইরিবনো হায়বদা মালেমগী লৈপানপুংলোমদগী চেন্থরক্লিবা ঈ অদো উচেক শিন্থাবা, শারম শিন্থাবা, লিল্লম শিন্থাবা, তিল্লম শিন্থাবা, জীব ঙারম শিন্থাবা, জীব মখোয়শিং অসিনা কোলোয় মপাও তম্বনি। শঙাংলেনবগী শাকোকলেনশিং অদুদা ঐখোয়গী শরোই খোংলোয় পাও পুরকপশিং অদো মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবা মখোয় শলাই শাকোকলেন মাপলগী লানলোই কাদুনা য়াইবি লুরেন চাইখরে। শঙাংলেনবনা অচৎচা লাকচৈদা লানশিংলিবা তাইবং হা হা হা শলাই মাপলগী খোংলোয় খুদিংমক নখোয় তাও হৌজিক্তি শঙাংলেনবনা মালেমগী মপু ওইরিবা ঐগী লানলোই খোংলোয় শারম খুদিংমক্না মরোল-মরোল কোয়দুনা থমখ্রবনি। নখোয়না য়াইবি লৌরিবা শারম খুদিংমক অদুদি হুম হুম হুম (নোকপা) ঐগী শরোই অমৎত নৎতেদো। হি অদুদি কনাগী শরোইনো? তাও শারম পুবা মপুগী শরোই খোংলোয় ওইবশিং অদুনি তাইবং

নখোয়না পংবদগী নখোয়গী লৈপানপুং অদুদা শকোকলেন শলাইরেন নখোয়না য়াৱা কোলোয় পৌশানবা শাইওন মীরেন লাংওনবনা নখোয়বু শিল্লম শিন তাক্লিবা খুদিংমক শারমপুবা মপুগী শরোইশিং অদুনা লোয়না খংলগা শাইওনবনা মহাক্না তাক্লিবা খুদিংমক অদো শঙাংলেনবা মপু ঐঙোন্দা তন্নবনিনে হা হা হা হা হা অদুগা হৌজিক্তি নখোয়না খংঙক্লবা মতুংদদি নখোয় হিংফম লৈত্রবনি। মখোয়গী লুরেন য়াইবি চাইখিবদুনা নখোয়গীদি ফরবনি ঐগীদা থোরক্লগসু মখোয় শোইদনা য়াইবি চাইরগদবনি। অদুবু হায়রিবা শারম, তিল্লম খুদিংমক্কুনা নখোয়না লুনা তৌজবদুগা মখোয়না লাক্লিবা খোংলোয় অদুগা মখোয়না অরোনবা লাকপদুনা মখোয় অদো য়াইবি মাংজখিবনি। শঙাংলেনবা ঐবুদি মখোয়না তাকপীরন্নবনিনা ঐদি খ্বাইদগী লমজিং মৈরা লাংবগুম্বনিনে হা হা হা হাহা ....হৌজিক্তি য়েংঙু শারম পুবগী শারোই খুদিংমক কদাইদা লিৎতুনা চেনগদৌরি অদুগা শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী কদাইদা লিৎতুনা চেনগনি। মথংদা য়েংঙু নখোয় শলাই মাপলগী খোংলোয় খুদিংমক্না শাইওন মীরেন লাংওনবনা নখোয়বু য়াইবি মাংননবগীদমক্তা থৌশিন্দুনা নখোয়দা লানলোং ঈরি তল্লো হায়দনা শিনতাক ঈরি তল্লিবদো মহাক্কী য়াইবি মাংগনি কিদুনা মফমদুদগী চেনখ্রবনি। নখোয় তাইবং নখোয়না অপংবা থৌনা ওইনা মফম অদুদা লৈহৌরিবনিনে। শঙাংলেনবা মপু ঐনা হায়বা য়াৱা অদো নখোয়না ইল্লবদি নখোয়বু য়াইবি কনবিগনি য়াৱা শেংনা পাউখুমমু হা হা হা...শঙাংলেনবসু কোলোয় চিঙ্গোইরক্লে। শলাই মপাল অসিনা অচৎচা মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা তাও নহাক্কী অরোইবগী তাংকক ওইরবনি। মালেমগী লৈপানপুং অসিদা তাইবং ঐখোয়গী লুরেন অসে কেনখিবরা? শঙাংলেনবা নখোয়গী শাগী লুরেন্না কেনখিবরা অমদি অরোইবগী তাংকক লাক্লগদবনি। অমুক খোংফম হনখ্ররোই। শঙাংলেনবা মালেমগী মপু ওইবা নহাক্কী লানলোই খুদিংমক্না শলাই মাপলবু লুরেন চাইখ্রবসু অদমমক চাইখ্রসনু। ঐখোয় শলাই মাপলগী লুরেন চাইবা ঙম্বা থোক্লবদি

মালেম অসিগী মপু তাইবং ঐখোয়না ওইগনি। মতম অদুদা শঙাংলেনবা নংগী শরোই খুদিংমকসু করম্বা খোংলোয়দা লাকপগে হায়বদো খংঙু হা হা হা হা হা...শলাই মাপলগী শাকোকলেন য়াব্বা কমজাও হুনগনু ঙকসু ব্বাংনা থেক্কৎকনু। তাও নখোয় শলাই তরাতরেৎনি। শলাই নিপাল অমদি ঐনা য়াব্বা কাংবদগী মাগী-মগী শলাইদা লোয়না কুমথ্রবনি। মখোয় অমফাওবা য়াইবি মাংলরোইদবনি। মপা-মচা মমা-মচা মাগী শমান্নবা খুদিংমকসু কাইনররোইদবনি। নখোয়গীদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা লৌনম চিরোন তৌদুনা নখোয়গী লৈহৌরিবা শলাইশিং অদুসু মানা থেম্বা চৎলিবনি। নখোয় লোয়না কাইনগদৌরবনি। লৈপানপুংদা লৈরিবা নখোয় শলাইগী শাকোকলেন ওইবা পারি ইমোম পুম্নমকক্কা লৈহৌরিবা। নখোয়না শলাইদুদা অমুক হল্লরোইদবনি। শকোকলেন শঙাংলেনবা ঐবু মায়থিবা পীগদবা মালেমসিদা অমুক লৈত্রবনি। মালেম অসিবু শেমলল্লিবা মপু অদুনা মালেম অসিগী মপুদি শানা মপু ওইগদবনি হায়দুনা তল্লবনি। শা ঐখোয়না মালেম অসিগী মপু ওইরকপসে লাংওন মপোক মশিং থিঙমদ্রবনি। তাও মালেম অসিদা শমু শকোকলেনবনা মপোক লাংওন মশিং থিঙমদনা মালেমগী মপু ওইরম্লবনি। মথংদা শাঙৌরেনবা অথৌবনা মালেম অসিগী মপু মশিং থিঙমদনা ওইরম্লবনি। অদুগী মথংদা শঙাংলেনবা অথৌবা ঐনা মালেম অসিগী মপু ওইরিবনি। তাইবং খুদিংমক্কা শমু মায়থিবা পীগদবগী কয়ারক হন্না হোৎনক্লবসু শমুরেনবগী পাল্লকপগী মতমদসু মায়থিবা পীবা ঙমদ্রবনি। অদুগী মথংদা শাঙৌরেনবসু মায়থিবা পীবা ঙমদ্রবনি। অদুগুম্লবা মালেমগী অথৌবা অকনবা শাঙৌরেনবা অদুনা শমুরেনববু য়াইবি লৌরগা মালেমগী মপু ওইখিবনি। অদুগুম্লবা অথৌবা শমুরেনববু য়াইবি লৌবা ঙম্বা শঙৌরেনবদুবু অমুক শঙাংলেনবা ঐনা য়াইবি লৌরগা মালেম অসিগী মপু ওইরক্লিবসিদা তাইবং অমৎতনা ফাওবা মালেম অসিদা খোংদবা য়াহল্লোইদবগী মরমনি অদুনা নখোয় শাইওন মীরেন লাংওনবনা লৌনম য়াব্বা কোলোয় কাংদুনা হরাওনা লৈজরিবা তাইবং নখোয়বু মালেম

লৈপানপুংদা লোয়না পোরক্লগা শঙাংলেনবা ঐগী খয়াৎতা তাহনবদুমক্তি ঐনা পেন্দবনিনে। ঐনা তাইবং নখোয়বু নুংশিবদগী কোলোয় অসে কাংবনিনে। উম। হে শঙাংলেনবা অদুমনা য়াৱা কমজাও হুনগনু শাইওন মীরেন লাংওনবা মালেম অসিগী মপুনি। হা হা হা হা...শঙাংলেনবা ঐনা নোক্তবা ঙমদে অদুক শোল্লবা তাইবং নহাক্লা মালেম অসিগী মপু করম্না ওইগদৌরিবনো? নহাক্লা অকনবা ওইরবদি থোরক্লোদনা করিগী লোৎলিবনো পাক্লবা ঈশিং অসিগী ঈপাক্কী ৱাংমদনি অদুসু নথন্তা লৈব ঙমদনা নখোয় শলাই মাপলগী পারি মাপলগা মাগা লোয়নরগা লৈবিবনি। ওন্থোক্লা শোনখ্রবা কিখ্রবনি। ঐগী কোলোয়সে চুল্লবনিনে খংঙু। শঙাংলেনবা মপু চুল্লবসু লাল্লবসু হৌজিক্তি নংগী শরোই খুদিংমক্কা য়াইবি লুরেন চাইনগদবগী শেম শাবা লোইরে। ও অদুদি নখোয় শিবা হায়বসি করিগুম্বামৎতা খন্দ্রবগী ৱানিনে। উম ঐখোয় শিবা হাযবসে খন্দ্রে। নখোয়গী নচা পারি নমোম পুম্নমক কাইনবগীসু করিমৎতা খন্দ্রে ঐখোয় কাইনবা খন্দ্রে। ইস! কয়াদা থৌনা লৈরবনোনে হা হা হা হা...হে শাকোক শমুরেনবা শরাংবা তাকপীয়ুদো শঙাংলেনবা মপু তাইবংশিং অদো কন্না অৱা হুইদোই লাংবদি পীবিরনুহে মখোয় যাৱা কাংবদি ওন্থোক্লা নুংঙাইখ্রবনিনে। লাকচৈদা শঙাংলেনবা মালেমগী মপু ওই হায়দুনা অসুম্না য়াৱা কনজাও হুন্না ঙাংগনু নহাক্তি মালেমগী লৈকোইপুং ফম্বাললেন কয়াগী মথক্তা ফংদেংদুনা লৈবনি। অদুদি মালেমগী মপু ওইবা ঐনা হায়বদবু নখোয়না ঐগী চিনথক্তা হন্না-হন্না খুল্লিবদুবু নখোয়গী ৱাখল অদো তাইবং ওইবগী ৱাখলনি। অদুম্না খনগনু ঐনা হায়বসে ইল্লু। হৌজিক্তি মালেমগী মফম-মফম খুদিংমক্তা জীব শা খুদিংমক্লা লোযনা মরোল-মরোল কোয়দুনা লৈখ্রবসিদা শাইওন মীরেন লাংওনবা অদুনা থৌশিন্দুনা লৌনম্বা ৱাহে কয়ানা চাওরবা শঙাংলেনবা ঐবু মালেমগী মপু ওইবা ঐবু য়াইবি মীরেন চাইরগা মালেম অসিগী মপু তাইবংনা ওইহনগনি হায়রিবদো লৌনম্বা ৱাহেনি। নখোয়গী য়াইবি মাংহল্লগা মহাক্লা মালেম অসিগী অকনবা শক্কদৌরিবনি। মপু ওইগদবগী খনবগী ৱানি নখোয়না

অদুক পংলিবগী মরম করিগীনো? হুম, হায়রিবসিবু চুন্নিব্রনে সিবো তাকপীয়ু লোইশেন্বা মপু য়াব্রা অসিবু...। নুংশেন্বা মপু-হোয়নে। য়াব্রা অসিবু তাইপুংবা শঙাংলেনবগী য়াব্রা অসিবু...। উম, শিন্থাপুং; তাকপীয়ু। শঙাংলেনবনা কাংলিবা য়াব্রা অসিবু চুন্নিব্রনে? নুংপান পুবা মপু য়াব্রা অসিবু...। উম উপুংবা তারিবা কোলোয় অসিবু উম খোংশাবা শাইওন মীরেন লাংওনবনা লাক্লিবা খোংলোয় অসিগা য়াম্না ওন্নেদা। উম, তুংখনবনা কাংলিবা য়াব্রা অসিগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কাংলিবা য়াব্রা অসিগদি য়াম্না থিনা ওন্নবা ওইদা, করম তৌগদগে ঐখোয়বু। উম শঙাংলেনবা য়াব্রা অসিবু শলাই মাপলনা খল্লক্লিবা ব্রাখল অসি নখোয় তরুক তারব্রা? তারে শাইওনবা শঙাংলেনবনা নমদনা মখোয়গী পুকচেল অসে হোংহনলকত্রনে মপু। উম, ঐ অমুক কোলোয কাংগে। শলাই মাপলগী শকোকলেন মাপল এঃ শাইওন মীরেন লাংওনবগী কোলোয কাংঙকএ শলাই মাপলগী শকোকলেন মাপল করিগী ব্রাখল হোংলিবনো ঐনা কাংলিবা শিন্থা খুদিংমক কাওথোকখ্রগা লৌনম্বা শঙাংলেনবা অথৌবগী য়াব্রা কোলোয় অদো নখোয়না খল্লিবা মরম করিগীনো? মালেমগী লৈকোইপুং লৈয়োন ফম্বালগী মথক্তা ফমদেংদুনা মহাক্না লৈরগা তাইবং খুদিংমক অসিগী য়াইবি লৌরগা অদুমমক মালেমগী মপু ওইগে হায়দুনা মাগী শরি শিংকক্লবা অদুবু শরি অদুবু শোইদনবগীদমক্তা কাংলিবা য়াব্রানি। শা জীব পুম্নমক মাগী খোংলোয় ঙাক্তনি। চুম্মী মালেম অসিগী লৈরিবা জীব খুদিংমক অসে মহাক্কী খোংলোয় ঙাক্তনি। লম্বেল অমদা শারমপুবা মপু অমনা চৎকদবনি হায়বা মতমদা জীব শা খুদিংমক্না খোংফম অমা লান্না থাংগে হায়বা য়াব্রাদো অচুম্বনি। শলাই নিপাল অমনা ঐখোয়দি লানশিংনবা ঙম্লরোই হায়দুনা খোংদোইখিবদুনা মরম ওইদুনা তাইবং ঐখোয়গী পুকচেল তিন্নদবা লিংজেল মান্নদবা ব্রাখল তোঙান-তোঙাল্লে হায়বদুনা শঙাংলেনবগী মফমদা মাইথিরবনি। চৎখ্রিবা শলাই নিপাল অদো খক লেম্না থাবা য়ারোই। মখোয়ননি ঐখোয়দা মাইথিবা পীরম্লিবদো। উম ফৈ শলাই

নিপান নখোয়সু কদাইদা লিৎতুনা চেনগনি মতম খরগী খোংলোয় মতুংদা শঙাংলেনবগী খোংলোয় শোইদনমক্কী মখোয় নিপান অদো ওইরক্কগদবনি। মদু ওইদ্রিঙৈগী মমাং ৱাংলেন অসিদা শঙাংলেনবগী য়াইবি মীরেন চাইনবা হোৎনগদবনি করিগুম্বা মহাক্না নখোয়দা অদুগুম্বা ওইদবা ময়াম অমা মীনম্বা ময়াম অমা ঙাংলিবদো মখোয় শলাই নিপানদুগী মফমদা হেক ঙাংখিবা মতমদা তাইবং ঐখোয়দা মখোয় নিপান অদুনা ওনশল্লক্তুনা লানচাইনরগদবনি য়াইবি লৌনরগদবনি। ঐখোয় মশেল য়াইবি লৌনহল্লগা মঙোনলোমদা শমু মাযোক্লবদা মাই থিননবগী মরম শিনবা হৌরক্লবনি। নখোয শকোকলেন মাপল খোংফম হোংবা য়াদে হায়রগা করিগীনো নখোনা পাইমা পিকথরক্লিবা পাইমা ৱাখল পিকথরক্কনু। শাইওনবা ঐ শোইদনমক্কী মফম অদুদা লাক্কনি। মহাক্কী শারোই খুদিংমক তুম্না য়াইবি লৌগদবনি। শঙাংলেনবগী য়াৱা কোলোয় মপাওবু চৎলম্বা শারম খুদিংমক্তি য়াইবি লৌখ্রবা নৎত্রা? লৌজবেদো মপু। অদু লৌখিবদুগী মতুংদা নখোয অমুক মহাক্কী শারোই পাওজেল ওইন্নবগীদমক্তা কোলোয় অদু কাংঙক্লিবনি। লৌনম্বনি মহাক্কী মফমদা য়েংঙু তাইবং কয়া অমা মাগী মালেম লৈকোইপুং ঈবম, ঈকোন ঈরিনুংদা শারোৎতুনা তাইবং ময়াম অমা ফাদুনা মহাক্না মীনাইদগীসু হেন্না ৱানা শিজিন্নরিবা তাইবং অদুগী ঈ থক্তুনা মহাক্না হৌজিক মালেম লৈকোইপুংগী মপু ওইরিবনি। তাইবং ময়াম অমা মশিং থিঙমদনা মানা ফাদুনা শিজিন্নদুনা লৈবিবনি। শা অমৎতা তাইবংনা ফাবগা শিজিন্নবা লৈরব্রা? অদুখক নখোয় কাওরোইদবনি, মাইথিবা য়াদে মাইপাক্কদবনি। তাইবং অমখক হিংহৌরবসু ঐখোযনা মাইপাক্তবা য়াদে হায়বগী ৱাখল অদো হোংদনা লেপকদবনি। অদুসু মখোয়না য়াইবি লৌখ্রবসু তাইবংনা মাই পাক্তবা য়াদে হায়বগী ৱাখল অদুখক য়াৱা কাংঙল্লগা য়াইবি থৱায় থাগদবনি। ও অদুদি ঐখোয় শলাই মাপল শরি চিনকক্লরসে। উম চিনকক্ল গদবনি। তুংখনবা, খোংশাবা, উতুংবা, নুংপানপুবা, শিম্থাপুং তাইবং পুবা, তাইপুংবা নুংশেম পুবা, লোইশেমপুবা, ঐখোয় শলাই শকোক

মাপল ঐখোয়গী খুৎ অসে পুন্না পাইশিনজরেদো। ঐখোয়গী ব্রাখল অমুক চোইথোকচররোই। শঙাংলেনবগী য়াইবি মীরেন চাইবা ঙমদ্রবসু মালেম লৈপানপুং অসিদা অদুমমক ঐখোয়গী য়াইবী চাইখ্রসনু। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুনা শাখি ওইবিয়ুদো। ও, চুল্লে অদু ওইরবদি নখোয়গী লাল্লোং খুদিংমক শিল্লো। তাও ঐখোয়গী শলাই মাপলগী খোংলোয় লানলোই খুদিংমক মালেম লৈপানপুংগী ঈপাল অসিগী অকোইবসিদা। লৈশাদা হোৎতুনা ঐখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক লৈগদবনি। পীরাং নাপীগী মরুমদা লোৎতুনা লৈগদবনি। তলাপ পামেলগী উরুমগী মনুংদা লোৎতুনা লৈগদবনি। লাইজা ঈপান্দা লোৎতুনা লৈগদবনি। লাক্লিবা লাল্লোংদুদা লৈবা মতমদা লাক্লিবা শঙাংলেনবগী শারোই ওইরিবা ঙারোই ওইরিবা তিললোই ওইরিবা লিললোই ওইরিবা, উচেকলোই ওইরিবা খুদিংমক তুম্না য়াইবি মথং-মথং লৌগদবনি তারব্রা? তাজরেদো শিন্থা খুদিংমক পাংবা লোইজরেদা। উম অদুদি শকোকলেন নখোয় মাপল নংগী নংগী শিন্থা পাংলব্রা? পাংজরেদো। উম শারম পুবা মপু ঐদি শাইওন মীরেন লাংওনগী শক্তিনা কোইশন্দুনা থনল্লে উপাই লৈত্রে হায়রক্লে। মখোয় শাগী খোংলোয় অসে পুকচেল য়াম্না ফৎলমদে। শঙাংলেনবগী মফমদা পাওজেল ঈরি তমদুনা ঐখোয় লোয়নমক অব্রাফমদা তারিবনি। মখোয় নিপাল অদুসু শঙাংলেনবনা মদুগী য়াব্রা অদো কাংঙকপদগী পাইমা পুকচেল হোংদুনা খোংলোয় ঈরি তমদুনা চৎখ্রিবনিনে। ও; শঙাংলেনবা খ্বাইদগী ফৎতবা মপু ওইরল্লে। শঙাংলেনবা নংগী খোংলোয়দুদি তুম্না য়াইবি চাইরমগনি। মালেমগী লৈপানপুং অসিদা তাইবং অমদি শারম খুদিংমক্কী য়াইবি চাইনফমগী পুং ওইদুনা লৈহৌরসনু। য়াব্রা চিনকক্লদুনা শলাই মাপলগী শাকোক মাপল অসে লানলোং হিরিন তমদুনা লানলুমদুনা লৈখরেদো। উম শাইওনবা মপুনা শিয়ৌরবদি পাইমা ব্রাখল খজিক্তংদি চাওবা তারেদনা। উম, শখাবা। তাকপীয়ুদো মপু। উতাই; তাকপীয়ুদো মপু শাইখাং তাকপীয়ুদো মপু। য়েংঙু মালেম লৈপানপুংগী মফম অদুদা অমুক

লৈরুরগনু। কদাইদা অমুক চৎকদবনো মপু। মালেম লৈকোইপুং হায়দনা লৈবনি। অদুগী মফম শঙাংলেনবগী মফম অদুদা তাইবং ঐখোয়গী ময়াম অমা মানা শরাক তম্বা অমদি ফাদুনা থম্বা তাইবং ময়াম অমা লৈবনি। তাইবং ময়াম অদুগী লৈবা মফমদুদা অমুক চৎলো। মখোয়না ঙাংনরিবা পুন্নমক অদুবু ঐ অমুক্তং তাগে। ও, ননাই চৎচরগে। উরু উরু উরুরু...জীং জীরি জীরি...লাকই। জীরি জীরি লাকপসিনা শখানা-উম উতাই য়ৌরেদো। শাইখাং য়ৌরব্রা? য়ৌরে অদুদি তাইবং মখোয়গী মরক্তা লেপ্লো। মখোয়না হোন্দোক হোনজিন তৌরিবা শ্বর অদুদা চংশল্লু। চংশল্লে। মখোয়না ঙাইনরিবদো ও উম ঐখোয় অসে শঙাংলেনবা মপুনা ঐখোয়বু ফাদুনা থল্লিবনি। এ, এ তারো তারো হে শলাই তরুকমক। উম লাংখোং শখাং লুলাং, তোংখা তুবান তারো; তাবরব্রা? উম সিগী য়াব্রা ঙাংঙক্লিবসিনা শঙাংলেনবনা তাইবংবু ফাদুনা মালেম লৈকোয়পুংদা মাগী শারোই খুদিংমক্না ফাদুনা থমখিবা শলাই তরাতরেৎকী তাইবং পারি ইমোমশিং কয়াম ব্রাবগে হায়বদুগী য়াব্রা অদো শাইওনবা মপু ঐনা নখোয়দা তাহল্লিবনি। এ, অদুদি তাগে। নখোয় তরুক মুন্না তাওকো উম, তাইবং ওইবা ঐখোয় অসে অমুক ঐখোয়গী শলাই তরাতরেৎ লৈহৌরিবা শলাইশিং অদুনা শঙাংলেনবা মপুবু মাইথিবা পীরগা মালেমগী মপু তাইবংনা ওইগনি হায়বদুদি ঙল্লরোই। য়েংঙু ঐখোয় অসে শঙাংলেনবা মপু মহাক্না শরাক তম্লিংবা মতমদা তাপ হেক্তা ফারগা শরাক তম্মে। অদুগা ঈশিং কয়া মখোয়গী চিন্দমনবা ময়াম অমা হোনহন্দুনা ঐখোয়বু শিজিন্নরিবা অব্রাবদা কয়া শিজিন্নরিবা চিঞ্জাক্তি অমফাওবা চিন্দমহন্দনা চৎপা ঙমদবা কয়া অমনা উপ্রাংনা শিৎতুনা লৈরে চাবা ফংদবা কয়া অমনা অরাম খৌরাংবা পোক্তুনা লৈরে। মখোয়না ঈশিং পোরকএ য়াদা হৈবী। হেক হৈগে তৌরকান্দা মখোয়গী চৈনা অদুনা ঐখোয়বু অব্রাবা চৈথেং পীবিদুনা থিনা-থিনা ফুবিদুনা থল্লেদো। ঐখোয়বু মফম অসিদা কয়াম কুইনা খাংখিগদর্গে?। ঐখোয় পুন্না ঐখোয় চিন্দমলগুমসি অদুমক কংদুনা শিরসি। মফম অসিদা ঐখোয় তাইবংশিং

অদুনা শা ময়াম অসিবু মাইথিবা পীরগা ঐখোয়বু শলাই তরাতরেৎতুনা লৌথোকপীরগা ঐখোয়বু তাইবংলক্তা তিলগনি হায়বদুদি তিল্লরোই। উম তিল্লরোই। ঐখোয়সে করম হায়না তৌগনি। ঐখোয়না লৈশা হৃৎপসিসু লোয়বা খল্বা নাইদ্রে। সিসু হৃৎপা ঙম্বগী উপাই লৈতে। করিগুম্বা মখোয়না হেক খংখিবা মতমদা ঐখোয়বু লোয়না তুম্মা য়াইবি লৌগদৌরিবনি। মখোয়গী মীনাই ওইনা ঐখোয়সু লৈরবনিনা ঐখোয়সে মখোয়দা তশেংনা নখোয়গী খোংলোয় ওইরগে হায়রুরসিরা নৎত্রগনা করম তৌশিগে। উম, মদু হেক্তা হায়রগা য়েংলসি। ফরে অদুদি শরাংবা শকোকলেনবা মপু; করিনো। তাইবং ঐখোয় অসে নখোয়গী নখুৎ চন্দুনা ফাবসে কুমজা মশিং য়াম্লে ঐখোয়না নখোয়গী শিন্থা পুদুনা নখোয়না চাগদবা চিঞ্জাক খুদিংমক ঐখোয়না শেমদুনা নখোয়বু পীজরি অদুবু কুমজা মশিং য়াম্লে ঐখোয়গী তাইবংশিং অদুনা মফম অসিদা লাক্কুনা ঐখোয়বু অমুক লৌথোকপীরবগী পাংকক অদুদি লাক্কদবা মান্দে। ঈ; অদুদি লাক্লরোই খল্লুরগনু তাইবং অমুক লাক্লরোই অদু নখোয়না করি হায়নিংঙি? ঐখোয়না হায়নিংবদি শঙাংলেনবা মপুগী মফমদা ঐখোয় অসি নখোয় শা ময়ামগী খোংলোয়দা ঐখোয় তিল্লগে। তাইবংগী লম্বেল খুদিংমক ঐখোয় তাক্লগে নখোয়গী মরক্তা ঐখোয় তিল্লগা ঐখোয়সু চাবসে ইনিং তম্মা পীজরো। হরাও তয়াম্বা অমুক্তদি ঐখোয়বু থাদোকপীয়ুগবা। ঐখোয়গী খুৎ অসে পুন্দুনা থম্মকপসে কুমজা মশিং য়াম্লেদো। মফম অসিদা য়েংঙু চাদবনা উপ্রাং শিৎলিবা কংদুনা শিবনা কয়া, অনাবা অয়েকপনা কয়া, অৱা হুইদোই লাংবনা কয়া, চৎপা ঙমদবনা কয়া; য়ামখ্রবা তাইবং ঐখোয়সে অশিবগী মরক্তা অচংবা লৈরে। অচংবগী মরক্তা অশিবা লৈরেনে। ঐখোয়বু ওস্থোক্লা ৱানা হিংলেদকো। হে শরাংবা মপু অমুক্তদি শঙাংলেনবা মপুগী মফমদা কোলোয় তম্বীয়ুগবা। উম, উম ঐ তমগে হায়দুনা পরপ-পরপ লাক্লে। শরাংবা মপুনা শঙাংলেনবগী য়েৎকী পাম্বোম ওইরিবা শাথৌলাংবা ভৌরাংবসিগী মফমদা চংঙকই। শাথৌবা করি হায়নিংঙি শরাংবা। তাইবং ময়াম অমা ফাদুনা

থল্লিবদো- উম মদু ঐনা মখোয়বু নুংতি নুমিৎ খুদিংগী ঙাকশেন্দুনা লৈরিবনি। তাইবংশিংদুনা হায়রে অশিবগী মরক্তা অচংবা লৈরে অচংবগী মরক্তা অশিবা লৈরে। চাদবনা শিরে অৱা হুইদোই য়াম্না লাংঙে খাংবদা ৱারে অদুনা তাইবংনা মখোয়বু লৌরদুনা তাইবংলক্তা তিলগদবসু লৈত্রে। শা ঐখোয়গী মরক্তা তিঞ্জরগে হায়রক্লে। তাইবংনা শাগা লানশিংনরকপা মতমদা তাইবংগী লমলেন খুদিংমক মখোয়না তাক্লগে মখোয়বু মালেম লৈকোইপুংগী অকোইবসিদা থাদোকপীয়ু। অদুগা শারম নখোযগী মরক্তা য়াওজরগে য়াৱা কোলোয় ঙাংঙকইনে। এ; অদুদি ফৈনা। উম কাংগে শাকুলাংবা। হে মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা অথৌবগী মফমদা ননাই শাকুলাংবনা কোলোয় য়াৱা কাংজরিদো। করি হায়নিংঙি? শাকুলাংবা অথৌবা ঐখোয়না ফাদুনা থল্লিববা তাইবংশিং অদো মখোয় অশিবা তাইবং অদুসু ঐখোয়না লৌথোকপীদ্রবা, শিরিবা তাইবং মদুগী মরক্তা অচংবা মখোয়সু অদুম লৈরবা; অচংবদুগী মরক্তা অশিবদুসু অদুম লৈরবা; চাদবনসু শিগদৌরবা, থক্তবনসু শিগদৌরবা ময়াম অমা য়াওরে। মখোয় য়াম্না ৱারে। মখোয়গী পুল্লিবা মখুৎ অদো থাদোকপীরো অদুগা শা ঐখোয়গী খোংলোয় য়াওরগে। তাইবংদা লানশিংনরকপা মতমদা মখোয়না মকোক চিংলগা তাইবংগী লমলেন খুদিংমক তাক্লগে হায়রেনে। ও; অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে। হা হা হা শঙাংলেনবা ঐ অসে অদুমমক মপুসি ওইখিগদৌরনে। হুম হুম হুম কৌরকউ তাইবং মখোয়গী খরা লুচিংবা ওইবদো কৌরকউ। উম শরাংবা মপুনা পরপ-পরপ লাক্লে তারব্রা তাইবং নখোয়-। তাকপীয়ু নখোয়গী লুচিংবা তাইবং য়াওরব্রা? য়াওরে। অদুদি লাকও করি তাকপীগদবনো? মপুগী মফমদা চৎশি। লুচিংবা তাইবং খোংলোয় অসে পরপ-পরপ লাকএ। উম পুজরক্লেদো শাথৌবা। লাকও-লাকও ঐনা চংশি লাকও। শাথৌবা তাইবং লমজিং ঈরি তম্বদো পুজরক্লে। উম শিরা? মান্নি। তাইবং ওইবা; তাকপীয়ুদো শাথৌরেনবা। করি হায়নিংবনো তাইবং নখোয়না ঐঙোন্দা তাইবং ঐখোয়না শঙাংলেনবগী অথৌবগী মফমদা হায়নিংবদি-ঐখোয়বু তাইবং শলাই

তরাতরেৎতগী ফাদুনা পুবিরক্লেদো। ঐখোয়গী ইচা ইশু অমদি শমান্নবা পুম্নমক লোয়না শলাইরেন অদুদা শিরিব্রা চংলিব্রা হায়বসু খংদ্রে। ঐখোয়সি শারোই ময়াম অমনা ফাদুনা পোরক্লগা মালেম নৈশাগী ইনুং অসিদা থল্লকপসে কুমওন মশিং য়াল্লে কুমজা মশিং থিঙমদ্রে। ঐখোয়গী খুৎ অসিদা পুন্দুনা থম্বীবসিনা ঐখোয়গা লৈমিন্নরিসিনা চাদবনা য়াইবি থব্রায় মাংবা য়াওরে। চাদবনা উপ্রাংনা উপ্তুনা লৈবা য়াওরে। অব্রা হুইদোই লাংবা ময়াম অদুগী মরক অদুদা চাদবনা য়াইবি মাংবা অশিবা অদো ঐখোয়গী মরক্তা অদুম লৈরে লৌথোকপীদ্রে। অচংবসু অশিবগা লৈমিন্নরে, অশিবসু অচংবগা লৈমিন্নরে ঐখোয় য়াম্না ব্বারে। হে শঙাংলেনবা অথৌবা ঐখোয়গী কুমজা মশিং নাইদনা পুল্লক্লবা খুৎ অসে থাদোকপীরো। নখোয়গী শাগী মরক্তা ঐখোয় তিলজরগে তাইবংলক্তা তিল্লরোই। অদুগা তাইবংগা শাথেংনরকপা হুইয়েন লানশিংনরকপা মতমদা তাইবংগী লম্বেল চৎকদবা মফম খুদিংমক ঐখোয়না লানকোক ওইদুনা তাকচরগেদো অথৌবা। ও অদুদি য়াম্না ফরে চৎলো-চৎলো ঐনা কোলোয় শিন্থারক্লগে। শিন্থারকপা মতমদু ইঙাইদুনা লৈরুরোকো হায়রক্লে। অমুক তন্না লাক্লেদো শরাংবসিনা হৌজিক্তি তাইবং নখোয়সু অব্রা হুইদোই লাংবদি কোক্লগনিদা। উম শঙাংলেনবগী কোলোয় য়াব্রা শোইদনা লাক্লগনি। শঙাংলেনবা অথৌবা অসিনা-তাও শরাংবা। তাকপীয়ুদো হে অথৌবা। তাইবংগী মখুৎ পুল্লিবশিং অদো লোয়না থাদোকও মখোয়সু ঐখোয়গী লাল্লোইদা য়াওরগদবনি থাদোক্লব্রা? থাদোকচরেদো অথৌবা। নখোয় অনি শারোই খুদিংমক নখোয়না মরোল-মরোল নাইনা ঙাক্কদবনি। তাইবংগী মখুৎ খুদিংমক থাদোক্লবনি। শারোই খুদিংমকসিনা মরোল-মরোল নাইনা ঙাক্কুনা মনুং অদুদা লৈরে। তাইবং অশিবা ময়াম অদুনা মফম অমদা পৈশিল্লে পুল্লপ থম্মে। অদুগা অব্রা হুইদোই লাংবা খুদিংমক মফম অমদা তোঙান-তোঙান্না থমগদবনি। শাকোকপসিগা শঙাংলেনবসিগা অনিসি ব্বারি পাওশান্নরিবসিদা শঙাংলেনবা মপুনা হায়রে। শাথৌবা তাকপীয়ুদো মপু। হৌজিক্তি য়েংঙু

মালেম লৈপানপুং অসিদা তাইবং শলাই তরাতরেৎকী চনুরা ওইবি মখোয় তরাতরেৎকী চনুরা ওইবি মখোয় তরাতরেৎনা মালেমগী লৈকোইং ফম্বা অসিবু তাইবংনা পালহনবিয়ু হায়দনা নিংখ্রবনিদো। ঐখোয় শাসু নিংদবা য়াদবনি। মালেমবু শেম্বীবা মপু অদুনা জীবগী মশিং শাকোকলেন্দো শুনা নিংবা অদুগা অরেপ্পা জীবগী শাকোকলেন্দা শুনা নিংবা শানা নিংবা ঙম্লে শানা মালেমগী মপু ওইগদবনি। অদুগা তাইবংনা নিংবা ঙম্লে তাইবংনা মালেমগী মপু ওইগদবনি হায়খ্রবনি ঐমক তাহৌরবনি। অদুনা তাইবংগীদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা থৌশিন্দুনা মালেম লৈপানপুংদা ইনৌরেম্বী মখোয় তরাতরেৎনা নিংখ্রবনি। লোইদাম কুইরবনি নিংখিবা ঐখোয়গীদি শা ওইবনিনা মদুবু নিংগদবা মরম অরেপ্পা জীবসে কয়ানো অদুগা অচৎপা জীবনা কয়ানো খংদবনা হৌজিক নিংদ্রিবনি ঐখোয় মাই শোইদনা থিগদৌরিবনি। মাইথিবা য়াদবনি মালেম লৈপানপুং অসিদা শারোই লাল্লোই উচেকলোই ময়াম অমনা হায়রিবা ইনৌরেম্বী মখোয় তরাতরেৎতো ফাদুনা পোরক্কদবনি। শলাই মাপলসু ফাদুনা পোরক্কদবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবসু ফাদুনা পোরক্কদবনি হায়দুনা মালেম লৈপানপুং অদো মরোল-মরোল কোইখ্রবনি উম মদুমকসু উজরেদো মপু। কোইখ্রবা মতুংদা অৱাবা ওইরিবদি শাইওন মীরেন লাংওনবদো তাইবংলেন্দা নানথোক্কুনা চৎখ্রে। পাক্লব্রা ঈপাক অসিগী ৱাংমদা লৈখ্রে। মসিদি শারম ঐখোয়না লানবা ঙম্বা নৎতে। অদো মহাক্লা ৱাংমদা লৈখ্রিবদুনা ঐখোয়গী অৱাবা ওইরিবা অদুনা মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবা মখোয়সু হৌজিক ফাওবদা লানশিংনদ্রি। লানশিংনদ্রিবগী মরম অদুনা করিগীনো হায়বদা শলাই মাপল লৈহৌরি। শলাই নিপান অমদি মখোয়গী মালেমগী শলাই চাক্তাফমদা চৎখ্রবনি। অদুসু ঐনা ওন্না তৈনবা য়াৱা কাংবদগী মখোয়না পাইমনুংদা থাজদুনা মখোয় শলাইদো য়ানদদুনা চৎখ্রবনি। মখোয় মাপল লৈহৌরিবদুদি, ঐনা হায়বা য়াৱা তাখিদ্রে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা হায়বা য়াৱা তাদুনা মখোয় হৌজিক লোয়না লানলোং শিনখ্রবনি লানলোং শিল্লিবসে করম্না শিনবগে হায়বদা লৈশানুংদা মখোয়গী লানলোং

লৈরিবনি নাপী মরুমদা লৈববনি উগী মরুমদা লৈরগনি লোয়না শারোই ঐখোয়না য়দুবু চংশনবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈগদৌরিবনি। মখোয়গী পল অদো শাইওন মীরেন লাংওনবগী শক্তিনা কোইশিন্দুনা থমখিবনি। অদুনা লানশিংনবা ঙমদ্রিবনি। অদুনা শক্তি অদো লৌথোক্লবগী শাইওন মীরেন লাংওনববু ফাদবা য়ান্দবনি। মহাক ফাননবগী মরমদি করম্না ফাগদগে হায়বদা ঘ্রৌজিক ঐখোয়না ফাদুনা থল্লিবা তাইবং অদো মখুৎ থাদোক্লেদনা থাদোক্লে। তাইবং অদুনা লানকোক লানশিং ওইহল্লগা শারম শাকোক ময়াম অমা অমুক শাইওন মীরেন লাংওনবনা লৈরিবা চাক্তারিবা লমদম ঈপাক অদুগী ব্রাংমা অদুদা লাল্লগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লোইনরিবা শলাই মখোয় মাপললনি। মখোয় মাপল অদো অহুম অমদি কদাইদা চৎখ্রবনো থিবা ফংদ্রে। তরুক অমদি মাগা লোয়নরিবনি। মদো পুন্না ফারগা পোরক্কদবদো ঐখোয়না লান্দারবদি পোরকপা ঙল্লরোই ফাদুনা পোরক্লিবা তাইবংশিং মসি ঐখোয়না থাদোকপীরক্লে হায়বগী শিন্থাদুমা তাইবংদা ঐখোয়না খংহনবা তারে। অদুগী মরক্তুদা শারোই শক্তি লৈরবা নুংলোন লৈশা লৈরোলনুংদগী উনুং ঈরি ঈরোল-নুংদগী মঙাল ঈবি ঈরোলনুংদগী অমম্বগী ঈরোলনুংদগী অঙানবগী ঈরোলনুংদগী, মৈগী ঈরোলনুংদগী নুংশিৎকী ঈরোলনুংদগী, লৈরিবা শক্তি লৈরিবা শা অমদি তিল, লিল, জীব অদুগা ঙা মখোয়দো ঐখোয়না থোঙ হাংদোক্লগা তাইবংনা উঙাম অদো য়ানহল্লগা উরিনা লিপক্লদুনা মদুনা মশিং নাইদনা শেল্লগা তোংলগা হায়রিবা শক্তি লৈরবা মখোয়শিং অসিগা লোয়নরগা চৎকদবনি। তাইবংশিং অদুনা তাইবংদা তারিবা শলাই মাপল অদুগী মফম-মফমশিং অদুদা লোয়নমক তুম্না য়াইবি লৌগদবনি শক্তি লৈরবা জীব মখোয় অদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লম্বা তৌনহনগদবনি। নমদুনা ফাদুনা পোরক্লগা লৈরিবা মখোয়গী শলাই খুদিংমক লোইনমক তুম্না য়াইবি চাইগদবনি। মদু চাইবা লোয়বা মতুংদা মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবা শলাই মাপলগী শারোই খুদিংমকসু পুন্না ফারগা ঐখোয়গী শিন্থা অসে পুহনগদবনি। অদুগা থাদোক্তুনা পুরিবা তাইবং মখোয়সু হন্না অমুক

য়াইবি লৌগদবনি। মখোয়না ঐখোয়গী মরম খংখ্রবনিনা মখোয় থনস্বা য়াদেকো। তারব্রা শরাংপুবা মপু; তাজরেদো শাথৌরেস্বা নংসু তারব্রা? তারে। চৎলো শিস্থা অদো পাংঙুরো চৎলো চৎলো হায়দনা য়াব্রা কোলোয় কাংঙক্লে। শারমপুবসিনা নুংঙাইহ্রেদা হৌজিক্তি ব্রাংলেন খরদবু তুমখিগে হায়দনা খৈনা তুমখুন ত প্লৈঙে অসিদা তাইবংশিং অদুনা মখোয়না পুল্লিবা মখুৎতুনা হোৎলিবা মফমদু জীরি জীরি জীরি কন্না হুৎলি হুৎতুনা লৈখিসনু। তারব্রা শলাই তরুক্কী পারি নখোয? তারে। সিনি শঙাংলেনবনা শিল্লিবা লাল্লোং খুদিংমক অসে কয়াদা ফৎতনা মানা মালেমগী মফম খুদিংমক্তা শিনবা থুংনা শিনবনো নেংঙুনে। ও; অদো শঙাংলেনবা হায়রিবা মহাক অসে অশুক শিংলিবা অদুগা ঐখোয়না সিদা লোয়না খংলিবগী মরম অসিনা করিগীনো? উম তাইবং ঐখোয়না তৌরিবগী মরম পুম্নমক খংলিবসে খংগদবনি। করম্না খংগদবনো? শঙাংলেনবা হাযবসি মালেম অসিগী খ্বাইদগী অকনবা অথৌবনি। মঙোন্দা অমম্বগী শক্তি, অঙানবগী শক্তি, নুংশিৎকী শক্তি, মৈগী শক্তি, ঈশিংগী শক্তি হায়রিবা শক্তিশিং অসে মঙোনদা য়াওবনি। মঙালগী শক্তি য়াওবদুনা মালেমদা তৌরিবা খুদিংমক মঙোন্দা উবনি মঙোন্দা য়াওদ্রিবা শক্তিদি ঈনিল হায়বা ঐনা সিদা পুথোকপদো শাহুম হায়বা, খোঞ্জেল, খোন্থাং হায়রিবা মসিগী শক্তি নুমিৎকী শক্তি, থব্রানমিচাক্কী শক্তি, থাগী শক্তিসিমদি মঙোন্দা য়াওদবনি। হায়রিবা মৈগী শক্তি, ঈশিংগী শক্তি, নুংশিৎকী শক্তি, অমম্বগী শক্তি, অঙানবগী শক্তি মঙাসিমদি মঙোন্দা য়াওবনিনা লোয়না খংবনিদো। মহাক্কীসি কয়াম কনবগে হায়বদা মৈগী শক্তি কামথোক্লগনা মালেমসে চাক্কদৌরিবনি। ঈশিংগী শক্তি কামথোক্লগনা মালেমসে ঈশিং ওন্নগদৌবিবনি। নুংশিৎকী শক্তি কামথোরক্লগা মালেমসে প্রলোয় তৌদৌবিবনি। অদুগা অমম্বগী শক্তি কামথোরক্লগনা মালেমসে মমগদৌরিবনি। অঙানবগী শক্তি কামথোরক্লগা মালেমসে পুকঙান ঙানগদৌরিবনি। অদুনা চীংঙু মাগী লাইগী মপোক ওইবা শানা লাইওইবগী মপোক অদো হৌজিক্লি শানা

মালেম অসিবু পানবা মত-, ওইবসিগী কোলোয় অসিনা শলাইরেন শিদবগী মতম ওইবনে। শলাইরেন শিদবগী মপোক মতমসি নোইশল্লক্লবদূদা মালেমদা অরেপ্পা জীব, অচৎপা জীবসিগী মপোক শাকোকলেন লোয়না লৈ হায়বা উরিগীসু মপোক লৈ। মখোয়গী পলেম পন্থৌ, উগীসু পলেম পন্থৌ লৈরি; ঙাগীসু লৈরি; শাগীসু লৈরি; হৈগীসু লৈরি; লৈগীসু লৈরি; নাপীগীসু লৈরি; নুঙগীসু লৈরি; তিলগীসু লৈরি; লিলগীসু লৈরি; উচেক্কীস্য লৈরি; জীবগীসু লোয়না লৈদো। মদুনি মানা লৈশা নুংলোন ঈরিদগী থোং হাংলগা উঙামদা তোংদুনা লাক্লগা ঐগা য়াইবি চাইনহনগনি হায়রিবদো মখোয় অদুদি ঙা হায়বসিনা ঈশিং মনুংদা হেক্তা লৈখিবা মতমদা হৌজিক্কী মকোক অদুদিকো অঙকপগী মশক ওইবনি। নখোয় উখিরোই য়াম্না থৌনা লৈবনি। উম অদুদি ঐখোয় করম হায়না তৌগনি! হৌজিক ঐখোয় য়াম্না লুরবনি। তাইবং ঐখোয়দি য়ামদবানে। লৈপানপুংদা লৈরিবদুসু মখোয়না কোইশিন্দুনা থমখরে করিসু উপাই লৈত্রে। মখোয়না অমুক ঐখোয়গী ফাদুনা পুখিবা তাইবং অদুনা লোয়নরগা অমুক শলাই মাপললোমদা অমুক লানশিং হুইরেন তম্মক্কদবগী মরম ওইরে। মসি ঐখোয়না মায়োক্লবা তাই। নখোয় তরুক্কা ঐগা ঐখোয় তরেৎনা মদো লোয়নমক ফারগা য়াইবি লৌগদবনি নৎত্রবদি শোইদনা তাইবং ঐখোয় পুন্না মাংলগদবনি। ও; অদুদি করম তৌবা তাই। তাইবং খরদি তুমিন্না লানথোকহন্দ্রবদি য়াররোই হায়দনা শাইওনবনা ঈরি কাংঙকলেদো। ঙশাইগী মখোয় অহুম শকখা, উতাই অমদি শাইখা নখোয় অহুম তাব্রা? হৌজিক্কী কোলোয় য়াব্রা খুদিংমক্তো নখোয় তারম্লগনিনে। তারে। অদুদি লৈরিবা তাইবং অকনবদুদা ঐ য়াব্রা পৌশান্নরক্কে অমুক্তং তাহল্লু। মখোয়না হোল্লিবা শ্বার অদুদা চংশনখ্রে। শকখা চংখ্রে। ঈনিলদা, উতাই চংখ্রে, শাইখাং চংখরেদো। তাইবং ওইবা নখোয় তাও; মালেমগী লৈকোইপুংগী ৱাংমদা পাক্লবা ঈপাক অদুগী মফমদা লৈরিবনি নখোয়গী শলাই তরুক্কী পারিদো শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগা লোয়ননা লৈরিবনি। শাইওনবা ঐননি নখোয়দা য়াব্রা

কোলোয় কাংঙক্লিবসে তাইবংগী লমজিংবা নঙোন্দনি ঐনা কাংলিবসে। মফম অদুদা নখোয়বু ফাদুনা থল্লিবা অদো চহী কুমজা মশিং য়াল্লবনি কুমওন মশিং য়াল্লবনি। হৌজিক্কী শঙাংলেনবনা হায়দুনা নখোয়দা শিন্থা পীরক্লিবদো নখোয় থাজবা য়াদে হোৎ।গদবনি। হোয় হায়দনা য়ারগা মখোয়গী য়াওরক্লিবা লানলোই খুদিংমক অদো ঐনা লাইজা ঈপান অদুদা ঙাইদুনা লৈরমগনি। মদুদা ঐখোয়গা মখোযগা য়াইবি চাইনগদবনি। মতম অদুদা ঐনা হায়বদো তাইবং শলাইরেন মখোয়দা খংহনগনি। করম্না খংহনগদগে হায়বদা শাইওনবা ঐবু লৈরে খংগদবদি মীরেন ওইনা অরংবা, অঙাংবা, অমুবা, অশংবা, ঙাঙান্নবগী মচু মঙা অসিনা পুল্লগা মীরেনগুম্না উগনি। উরবদি মদু ঐ লৈরে হায়বদো খংগদবনি। মদুগা য়াইবি চাইনরকপা মতমদা নখোয়গা লাকমিন্নরিবা শা খুদিংমক অদো ওনশল্লগা য়াইবি লৌগদবনি। অমনা য়েংঙো মালেমগী লৈকোইপুং অদো মখোয়না লোয়না কোইশন্দুনা থমখ্রবনি উপাই লৈত্রবনি। নখোয়না হুৎলিবা লৈশা অদো ঙমননবা হুৎলু; হুৎলগা নখোয় তাইবং মশিং থিঙমদনা লৈরবনিদনা। লৈরিবা তাইবংশিং অদো অথৌবা মপাঙ্গল কল্লবা তাইবং খরা অমদি মরোমদোম থোকহল্লক্লগা তুমিন্না ঐগী ইনাক য়ৌননবা লাক্কদবনি। ঈপাক অসে নখোয় লানবা ঙল্লোই। ঐনা নখোয়বু ঙাইরমগদৌরিবদি মালেম লৈকোইপুংগী ঈপানখোং ঈরি তম্বা অঙৌবা উ, অঙাংবা উ, অমুবা উ অহুম পুন্না হৌরিবা মফম অদুদা উঙাম উ তোংদুনা নখোয়বু ঐনা ঙাইদুনা লৈরমগনি। হৌজিক্কী অঙৌবা মঙাল, অমুবা মঙাল, অশংবা মঙাল, ঙাঙান্নবা মঙাল, অঙাংবা মঙাল, মঙাল মঙা অসিনা পীদিক পীদিক ঙাল্লগা লাইজা ঈশিং অদুদা হেক লৈরম্বা তারগদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু হেক্তা হায়রক্লো। ঐ হেক্তা থোরক্লগনি শোইবা য়াদেকো। শলাই তরাতরেৎ অদুনাসু ঙাইদুনা লৈরমগনি নখোয় য়ৌননবা চেল্লক্কদবনিকো য়াব্রা কোলেয় পাওশরকলেদো। ও; অদুদি শাইওনবা মপু ঐখোয় শিন্থা পাংথোকচরগে মপু। নখোয়গী মনুংদা লৈরিবা পুরিবা শরাং শাবুবা অদো নখোয়গী লৈশা

অদুনা নল্লগা মাবু য়াইবি লৌরগা ফুমদুনা থনমগদবনি। মহাকপু য়াইবি লৌরগা অশিবদো উহল্লম্লবদি নখোয় লোয়না তান্নরক্লগা য়াইবি লৌরগনি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অদো উহনবা য়াদে। জীব, শা খুদিংমক তুম্না হাৎতোকলমগদবনি। অদুগা নখোয় লোয়না চেল্লক্কদবনি, চেল্লকলো। ঙমহৌদ্রবদি শোইদনা য়াইবি মাংলগদবনি। অদুনা নখোয় ঙমন্নবদি হোৎনরক্কদবনি। নখোয়না চেনবা ঙমহৌদ্রবদি মখোয়গী লাল্লোই ওইনা লাকপা তারগদি শোইদনা ঈপাক ঈয়াইদুদা য়াইবি মাংমিন্নবগনি। ঐখোয় মালেম লৈকোইপুংগী উরেন উপানগী মপা অদুদা ঐখোয় লাক্লগা ঈপাক অসে লানথোরক্লগে। মফম উ অঙাংবা, উ অঙৌবা, উ অমুবদুগী মনাক অদুদা ঙাইদুনা লৈরম্লগে নখোয় থোবক্লোকো। নখোয় অয়ুক নুংথিন্না তুমদুনা লৈরো অদুগা অমম্বগী মতম লাক্লবা অদুদা অঙকপগী মশক ওইনা হুৎকদবনি ফাওরক্কদবা মফম অদো অঙাংবা উ, অঙৌবা উ, অমুবা উ অদুগী মনাক্তা ফাওগদবনি। হেক ফাওদোবকপা মতমদা ঐবু নখোয়না কৌরক্কদবনি কাওগনুকো। কৌরকত্রবদি ঐ থোরকপা য়ারোইকো নখোয শিন্থা অদো কাওরগনু কোলোয় শিন্থা ঈরেন তমদুনা শাইওনবনা যাৰা কোলোয় কাংঙকলেদো। মথং অমুক মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবা শাকোকলেন মাপলমক-তাকপীয়ুদো শাইওনবা নখোয় হৌজিক যাৰা অমৎতা কোলোয় চিঙ্গোইদনা তুমিন্না লানলুমদনা লোয়নমক লৈরো। মখোয়সু তুমিন্না লানলুমদনা লৈগদবনি হেক লানচোইরকপা মতমদা মখোয়না শমু মাই পাকখ্রগদবনি। মখোয়দি লোয়বা নাইররোইদবনি। শোমদগী মালেম লৈকোইপুংগী মফমদা তাইবং পুম্নমক ফাদুনা থমখিবদো ঐ অমত্তং লৌথোক্লগা মখোয়গী লৈরিবা মফমশিং অদো তাইবং অদুদা হংলগা মালেম লৈকোইপুং অসে লানচা ঈরেন তম্নবা থৌশিল্লাং অদো ঐ শিনখিগে। নখোয়গী শলাই তরুক অদো ঐগা খোংলোয় ওইরিবনি। নখোয় তুমিন্না লানলুমদনা লৈয়ুকো হায়দনা তুমিন্না মালেম লৈপানপুং অদুদা লানলুমদনা লৈনখরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়

হৌজিক করম তৌবা তাই হায়দনা খল্লি। মালেম লৈকোইপুংগী মনুংদা ফাদুনা থল্লিবা তাইবংশিং অদুনা হেক্তা প্রলোইগী মশক্তা মখোয় মখুৎ অদুনা হেক্তা লৈশা অদো জীরি জীরি জীরি হোৎপা মখোয়গী থাংলেন অদুবু শারম পুবশিংনা লোয়না ফারগা পৈরগা থম্বদো তুমিন্না চৎলগা মদুবু তুমিন্না লৌরে। লৈরল্লিবা শাদো লুরেন থবৎ ককথৎলগা লৈশাদা ফুমজিল্লি লৈরম লৈরম্বা জীবদো লোয়না হাৎতোক্লগা লৈশানুংদা ফুন্নগা হেক্তা খুৎশু থাংলেন অদুনা জীরি জীরি জীরি হেক্তা তৌখাইরগা ফাওননবা হোৎনরকই। শোমদনা শাইওনবনা শলাই তরুক্কী মখোয় পারি তরুক অদো করম করম্বা মমিংনো হায়বদা তোংশাবা, লুলাং, শখাং, লংখোং, তুবান, লোইশা মখোয় তরুক অসিগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা হৌজিক্তি ঐখোয় উঙাম শেমননবা হায়দনা খুৎশু থাংলেনসু য়াওদবা। এ শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঐগী য়াওই হায়দনা চাওরবা উ অদো শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা মখুৎ অদুনা হেক্তা পাইরগা শৎ হেক্তা ফুককাইরগা মশা অদো মখুৎনা শৎ শৎ থুদেক্লগা জোম জোম থাদৈদো চাওর-চাওরবা উ অসে হেক্তা মশিং নাইদনা উরি অসে শরা শরা শরা ফুক্লগা হেক্তা উরি অদুনা লোয়না পুনশল্লেদো। ইস শাইওনবা মপু করিনো য়াম কল্লি পাঙ্গল অসিদি হায়নিংঙাই লৈতেনা চাওরবা উ অসিবু হেক্তা অঙকপগী মশক্তা ফুক্কাইরগা উঙাম শাবসি ফাওবদি কীকো। য়ে; ঐনানিনে নখোয় তাইবংগী মতেং পীদুনা মালেম অসে তাইবংনা পানদবা য়াদে হায়দনা লমজিংলিবসে ঐননি। ঐনা শমু পাঙ্গল কনদ্রবদি করম্না লমজিংগদগেনে। হোয়নে অদুগা পাঙ্গল অদো ঐখোয়দসু হাপ্পীয়ু। ও; হাপকনিনে হায়দনা লৈরিবনিনে। উঙাম অমমম থৌনগদবনি। উম করিগুম্বা মখোয়না য়াইবি চাইখ্রবদি মদু শোইগনি। উম অদুদি অনি অনি তোংনরসি চাওনা শেল্লসি হায়দুনা মশিং নাইদনা উরি অসিনা মথং-মথং পুল্লগা চাওনা শেল্লেদো। হৌজিক্তি নখোয় শক্তি হাপ্পীয়ু হায়বা নৎত্রা? উম শাইওনবনা তুবানবা নহাক্না অমম্বগী শক্তি হাপ্লগে। শৎ হেক্তা হাপচিনখরেদো। উম অদুগা মথংদা লোইশা নংনা ঙাঙান্নবা শক্তি

হাপ্পীরগে। হাপচিন খরেদো। মথংদা লংখোং নহাক্লা অশংবা শক্তি হাপ্লগে, হাপখরে। মথংদা শখাং নহাক্লা নুংশিংকী শক্তি হাপ্পীরদো। লুলাং নহাক্লা ঈশিংগী শক্তি হাপ্লেদো। তোংখা নংনা মৈগী শক্তি হাপ্লবনে। তোংখা নংনা উঙাম অসে লুপফনবা য়াদে। নুংশিৎ নংনা মখোয়না হুম্মকইদো ঙাক্কদৌবনি। অমম্বা নংনা মমশল্লকইবদো ঙালহনগদবনি। অঙানবা নংনা অমম্বদো মমহনগদবনি। অদুনা ঐখোয় অসে নংগী-নংগী শক্তি শিন্থা অদো পুলহনগদবনি। হৌজিক্তি উঙাম অসি শেম্বা লোযরবনিনা হোল্লসি হাযদনা জীরি জীরি...জর জর হোনজল্লকই। শোমদসু লৈশা অদো জীরি জীরি...হেক্তা হোল্লকপনিদো। শা শাইওন মীরেন লাংওনবা থেংলবা অহিংগী তাংলৌ অসিদদি করম্মা উগনি? অঙানবা নংগী শক্তি অদো তৌরোদনা। অমম্বদা ঙালহল্লোদনা। উম, কোনৌ নোংদোনথক্তা য়েংখৎলগা হে অমম্ববু ঙাল্লিবা থা নংগী নঙান অদুনা কমদৌবা? মালেম অসে ঙাল্লু হায়রকপা মতমসিদা অঙানবদুগী মীলাং অদুনা শৎ লাওনা যেংঙকপদা পুকঙান ঙাল্লো। ও অদুনিদনা হাযদনা জীরি জীরি জীরি হেক্তা হোল্লকপসিনা মখুৎ অদুনা নৌরেল ওইদুনা জোম জোম...জীরি জীরি জীরি...হেক্তা অঙকপগী মশক্তা অঙকপনি। নোংঙানবা য়াদবনিনা অহিং তাংলৌ থেংজল্লকপা মতমসিদা জীরি জীরি জীরি হেক্তা হোনজল্লকপসিনা ঙসাইগী মালেম লৈকোইপুংগী ইরম উপান অদুগী অঙাংবা উ, অঙৌবা উ, অমুবা উ, অশংবা উ, ঙাঙান্নবা উ হৌরিবদুগী মনাক অদো খিৎতং লাপ্তক্লা উঙাম অদো উরি অদুনা পুন্দুনা য়েৎতুনা থম্মী। মখোয়গী মীরেন অদো অমম্বা নংনা খুমজল্লু হায়দনা খুমজলহল্লগা তুমিন্না ঙাইদুনা লৈবেদো। শোমদনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হাযখিবা লৈকোইপুংগী মনুং অকোইবা মনুংদা লৈরিবা তাইবং খুদিংমক্তুনা জীরি জীরি...হেক্তা হোৎপসিনা হেক্তা হোৎপসিনা উচিন নাচিন্না ফাওগদৌরবনিদো। মতম ৱাংলেন অদুদা ইনুংবা মাগী ঙাল্লক্কদৌরবগী তাংকক য়ৌশিল্লক্কদবা মতম অসিদা শাবুবা শাথৌবসিনা হেক য়েংঙকপা মতমসিদা মালেম খুদিংমক অসে লোয়নমক

লৈপাক্তা মনুংদা ওরো-ওরো হেক্ত হোদুনা লৈরম্বদুদা করি তাইবং নখোয়না করিনো তৌরিবদুদি নখোয় নহানমখে লৌনম ৱাহে ওইবরা হায়দুনা শাথৌবা শাবুবসিনা মখোয়না ফন-চোংশল্লকঅগা তাইবংসে হেক্ত তাপ-তাপ হেক্তা হেক্তা লাকঅগা য়াইবি হেক্তা লৌরকপনিমা। মশিং নাইদনা য়াইবি লৌরকলেদো। তাইবংশিং অসিনা মাগী লুরেন অদো থাংশাং অদুনা ফৎ হেক্তা ককথৎলগা মালেম লৈশাদা ফুম্মীদো। ফুমখিবদুদা তাইবংনা পংঙিবসু তারিবা ঈ অদুদি খোংজল্লমদ্রবনিদো ফুমজ দুনা থনম্মী। অদুগা জীরি জীরি হেক্তা চেনথোকনরকপসিনা মালেমগী লৈকোইপুংগী ঈরম-ঈপান অদুদগী থোক্লকঅবনি! মতম অসিদা শারেন শা খুদিংমক অসিনা তাইবং খুদিংমক লৈতরে হায়দনা হেক্তা গুদুং গুদুং হেক্তা তান্নরকপদু মখুন অদো ফুমজনহৌবা নংহৌদবনিদো। জীরি জীরি হেক্তা তানশল্লকপদুদা শানাসু হেক্তা তানশল্লকপদুনা তাইবংনসু হেক্তা চেল্লকপদুদা খুৎশু থাঙলেন অদুনা শৎ শৎ ককথৎলদুনা মনুং অদুদা য়াইবি লুরেন চাইনরকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা শিরেদো। শাসু শিরে, লিলসু শিরে তিলসু শিরে, উচেকসু শিরে অঙকপগী মশক্তা শিনরেদো। তাইবংসু অঙকপগী মশক্তা মফম অদুদা শিনরেদো। শিনরকপদুদগীদি মপান্দা থোক্লককইবা তাইবংশিং অদুনা শাইওন মীরেন লাংওনববু কৌরক্ত্রবদি থোক্লককপা য়ারোই হায়বদু কাওদুনা শুককৌ কৌরক্তবদগীদি হেক্তা শা ময়ামদুনা গুরুং গুরুং তকশল্লকপদগীদি লোয়না য়াইবি মাংবা তারেদো। শাবুবা শাকোকলেনবনা তাইবং শাদুনা-শাইওন মীরেন লাংওনবা ননাই ঐখোয় থোকচরকএ হেক হায়বা মতমদা হেক্তা শাইওনবনা ভুং হেক্তা কাখৎলগা মখোয় তরুক অদুগা মখোয় লাকইবা শারম খুদিংমক্তো তাপ-তাপ হেক্তা ফারগা য়াইবি চাইনরকপসে ঈপাক অদো ঈঙাং পাক্তক্লরে। অশোকপা তাইবং খুদিংমক অদুনা উঙাম অদুদা শৎ শৎ শৎ হেক্তা হাপচল্লকই। জীরি জীরি জীরি হেক্তা হাপচল্লকপসিনা তাইবং খুদিংমক অদুনা লোয়ফাৎত্রিঙৈগী ৱাংলেন অদুদা শারম খুদিংমক ঙম্না খোমলেন মীকপ থোকলক্লে য়াইবি লুরেন চাইনগদৌবগী

খোংশাল্লকপসিনা মথং-মথং মরোল-মরোল হেক্তা হুপথরক্লেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা উরবরা হে অমম্বা পুবা মপু? উজরে। অঙানবা পুবা লোইশা নং উরবরা? উরেদো। লাংখোং শংবান্নবা মঙান পুবানং উরবরা? উরেদো। শাখাং ঈনিল পুবা নং উরবরা? উরে। ঈশিং পুবা নহাক উরবরা? উরে নংগী-নংগী শক্তিশিং অদো পুথোক্লবা শেম শারো। তাইবং খুদিংমক তারবরা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা লৈরিবা মাইকৈ অসিদা নখোয়না তোংগদবা উঙাম অদো লৈরবনি। শোমতম্না চেল্লক্লো। হৌজিক্তি নখোয় অঙম্বী অরোইবি থাদনা চেল্লক্লো ঙমদবনা লাইজা ঈশিংদা চোংথৌ। মালেম লৈকোইপুংদা লৈরিবা শারম, ঙারম তিল্লম, লিল্লম, উচেকলম জীবলম খুদিংমক্লা লোয়না খোমলেন মীকপ থোক্কুনা লাক্লে লানচা ঈরেন তম্মক্লেদো হেক কোলোয় কাংঙকপগা শোমদনা শরাংবা শাথৌবা করি তৌরে। তাইবং খুদিংমক লোয়না নানথোক্কুনা চেনখরেদো। কদোমদা নানথোকখ্রিবা? লৈশা লৈরোন হুৎতুনা লোয়না চেনখরে। অদুদি শঙাংলেনবা মপুদা কোলোয় পাওদম্মু। শাথৌরেনবা ঐনা শঙাংলেনবা মপুগী মফমদা কোলোয় পাওদমজরিদো। করি হায়নিংঙি হায়য়ু। ঐখোয়না মাংলমচৎতা শলাই খুদিংমক্তা লানচা ঈরেন তম্লগা ফাদুনা পুরক্লিবা তাইবং খুদিংমক অদো ঙম্না লোয়না লৈশা হুৎতুনা নানথোকখরে। ঐখোয়গী শাথৌবা শরাংবা উচেক কোকলম, লিলবুবা, জীব পুবা, তিল্লম পুম্নমক তুম্ন য়াইবি লৌরম্মগা চৎখরে। ঈঃ অদুদি য়াম্না থৌনা লৈনা; মখোয়না থোক্কদবা মফম অদুদি খংদবরা? মখোয়না থোক্কদবা মাইকৈ অদোমদা লৈরিবা ঐখোয়গী শারম লানলোই খুদিংমক ঙম্না খোংদারুরো শিন্থারম্মী। উম অদুদি ঐ অমুক্তং মীৎলাং শাংখৈরকপা মতমদদি হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা অঙকপগী মশক্তা য়াইবি চাইনরেদো। উম ফনা ফজনা য়াইবি চাইনরে। অদুবু য়েংবা ফনা নুংঙাইরি ঐগী শাকোকলেন ঙারম শারম পুম্নমক্লা শমু মাই পাক্লে। করিবু তৌগনোদা মখোয় কয়ামবু য়ামগনি হায়বগে অদুমক অহিংবা খরা পুজরকঅনি হিংদ্রগনা লোয়না য়াইবি

লৌরেদনা অদুম শিজখ্রসনু। অদুদি ননাই শাথৌববু খোঙ্গুমদবা য়ারগদরা? এ করিগীনোদা অসিগুম্বা মচা-মশু তাইবং খরখক্কীদমক্তা শাথৌবা অকনবদু করম্না খোংদোইগদগে। মালেম লৈপানপুংগী লানথেংনগদবা লানলোই ইরি তম্বা অসুক চাওরবা অরোইবা তাংকক অসি ফাওবদা খোংগুমদরিঙৈগী মতম অসিদা অসিগুম্বা মচা-মশুসিদদি করিগী খোঙ্গুমগনি নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোকউ হায়দনা শঙাংলেনবনা শারোই খুদিংমক ঙারোই, লিললোই, তিললোই, জীব লোই উচেকলোই খুদিংমক ঙম্না তাইবংনা শমু মাই পাকহনবা য়াদে ঙম্না লোয়না য়াইবি চাইগদবনি শিন্থা কোলোয় কাংঙকএদো মপু। হেক্তা শাকোকলেন পুম্নমক্না ঙরং ঙরং...ঙংদুনা হেক্তা য়াইবি লুরেন চাইরকপসিনা তাইবং অসে খাইবোক চন্না য়াইবি চাইরক্লেদো। ও, সিগী ব্রাংলেনসি য়ৌরকপদদি, অমম্বগী মঙাল শক্তি হাপ্পা তুবান শেম শারো; অদুগা অঙানবগী মঙাল হাপ্পা লোইশা নংগী শক্তি অদুবু শেম শারো। মথংদা লাংখোং উরি, উপান, অশংবগী শক্তি হাপ্পা নংগী শেম শারো শাখাং ঈনিলগী শক্তি হাপ্পা নং শেম শারো। লুলাং মীৎলাং নুংশিৎকী শক্তি হাপ্পা নং শেম শারো তোংখাং ঈশিংগী শক্তি হাপ্পা নং শেম শারো। শারবরা? ননাই ঐখোয় তরুক শিন্থা কাংজরেদো মপু। ঈশিংগী শক্তি ওইবা নংনা তাইবং খুদিংমক্না ঈশিংদা চোংথদুনা য়াইবি হিংনবা হোৎনরিবসে নহাক উরেন উঙামসে তান্না লোয়না ঈরৈসিনা পুশল্লক্কদৌবনি চৎলু শিন্থা কোলোয় কাংঙকএদো। চৎলো ঈশিংগী শক্তি হাপ্লিবা তোংখা নহাক্না ঈশিংদা কুমথরগা মাগী ঈরৈ খুদিংমক্কুনা তাইবং খুদিংমকসে তাপ-তাপ হেক্তা কোল্লগা উরু উরু...লৈরগা উঙামদা শর শর হেক্তা লংখৎলক্কদবনি। তাইবং খুদিংমক্কসু য়াইবি লুরেন হেক্তা চোপ-চোপ হেক্তা ককথৎলকপসিদা অঙকপগী মশক্তা লাইজা ঈপাক অদো অঙাংবা ঈ ওইনা চেল্লক্লবনি। শখাং নংনা ঈনিল অদো অঙকপগী মশক ওইনা কারবরা? কারে। লুলাং নংগী নুংশিৎ অদুনা অঙকপগী মশক্তা শিৎলু। হেক্তা উরু উরু...লৈদুনা হেক্তা হুমদুনা শিৎকৎলকপসিনা অঙকপগী

মশক ওইরেদো। শারোই ঙারোই পুম্নমকসে য়াম্না লাপ্না অমনা অমা পুথোকখি অঙকপগী মশক ওইরে। উম, লাংখোং তাবরা? শিন্থা অদো পীনবিয়ু। মপু নংগী উরোই লানলোই খুদিংমক লোয়নমক মখোয়বু চিংশন-চিংশন্দুনা মখোয়বু য়াইবি লৌ হায়বদা মখোয় শারোই পুম্নমক অদো লাংখোংনা চিংশন-চিংশন্দুনা য়াইবি লৌরক্লেদো। অমম্বা নংগী খোংলোয় অদুনা পুম্নমক মমশনখরেদো। অঙানবা নংনা মল্লিবা অদো মদুগী মঙাল অদুনা লাইজা ঈরোলনুংদা মঙাল অদো তাহল্লু। ঈরোলনুংদা লৈখরিবা তাইবং জীব খুদিংমকপু মঙাল অদুনা লৈরিবা মফম অসিদা উহল্লু হায়দুনা অঙানবসিনা শর হেক্তা উহল্লকপা মদুদগীদি জীরি জীরি...হেক্তা তকখৎনরকপসিনা উঙাম অদু পীকথল্লি। অশিবা কয়া, অহিংবা কয়া মালেমগী লৈকোইপুংগী ঈপান অদুদা য়াইবি লুরেন চাইনবা অহানবা ওইনা জীব তাইবং খুদিংমক্তো শরুক অহুমগী মনুংদা অনি অমদি য়াইবি মাংহৌরেদো। শরুক অমদি উঙামদা হাপকৎতুনা খোংদোইরক্লো। হৌজিক্তি নখোয় মঙা নংগী-নংগী শক্তি খুদিংমক্তো নুংদা থমখরো ঈঙানদ্রিঙৈদা ঈপাক অসে লানদবা য়াদে। নখোয় লোয়না উঙামদা কাখৎলকও হেক হায়বদা শৎ-শৎ হেক্তা কাখৎলকই। উঙাম অসে হোল্লু হায়বদনা জীরি জীরি জীরি...শর শর হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা হোনখরে ঈয়াই য়ৌরক্লবা ৱাংলেন অদুদা শঙাংলেনবা শাথৌরেনবনা অচৎচা লাকচৈদা তাইবং শাইওন মীরেন লাংওনবা নংনা শক্তি মঙাল শিজিন্নদুনা ঐগী খয়াৎ ঈরি তমবদগী তাইবং পুম্নমকপু পুদুনা চৎখরবা অদুবু ঐগী শারোই খুদিংমকপু তুম্না য়াইবি লৌরম্মবা খংগনি ফৈ। লাকচখ্রেদা শাইওন মীরেন লাংওনবা থিনা তৌরম্লেদকো।

মালেম লৈকোইপুং লৈয়োন ফম্বাল মথক্তা ফল্লিবা শঙাংলেনবা ঐবু লৈকোইপুংদগী ঐনা শরাক ঈরেন তমদনা থল্লিবা তাইবংবু ফাদুনা থল্লিবা তাইবংবু লৈশা লৈরোলনুংদা হুৎতুনমক পুখিবদুমক্তি হে শাইওন মীরেন লাংওনবা নংগী শরৌলাং অদুমক্তি তমজনিংঙাই ওইকো।

মদুমক্তি ঐগা শারোই খুদিংমক্লদি ঙম্লরোই। অদুমক্লা নংনা শমুমাই পাকপা ঙম্লিবনি। নৎতে নংনা অদুগুম্না শুমুমাই পাকখ্রবসু হৌজিক নহাক্কা খোংলোয় ওইবা শলাই তরাতরেৎকী চনুরা ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অমদি তাইবং খোংলোয় খুদিংমক অদুগা নংগা খোংলোয ওইরিবা শারম পুবা মপু মাগী শারোই খুদিংমক্তি মালেম লৈপানপুংদা ঐগী শারম খুদিংমক্লা কোইশন্দুনা থম্লে। ফানিংবা মতমদা ফারগদবনি হা, হা, হা, হা, হা, হা, অসিমদি শাইওন মীরেন লাংওনবা নংনা পংহৌরমাল্লে। নংনামপান্দা লৈহৌরবনিনা করিসু তৌবা ঙম্লরোই। হৌজিক্তি নংগুম্না শক্তি লৈরবা মঙাল লৈরবা তিলকোক, লিল্কোক, শাকোক, উচেককোক, জীবকোক, ঙাকোকলেন ঐনা থোংলোন ঈরি ঈরোলনুংদগী হাংগনি। অমখকসু নংনা শয়েং ঙান্নবা ঙম্লবোইদবা মায়োক্লবা ঙম্লরোইদবা মশিং খংদনা থোরক্কদৌরবনি হা, হা, হা, হা,। ঙমজখো মাই পাকচখো নহাক্লা নিংজরিবা অদুমকসূ থুংজখো। শাইওন মীরেন লাংওনবা অদুমক্লা তাইবং অদুদা অকনবা শকচরোদো। শাথৌবনা-শঙাংলেনবা অথৌবা মপু-। করি হায়নিংঙি...? তাকপীরিবা য়াব্রা অদুবু...। ও খংদ্রিব্রা? উম। হৌজিক্তি ঐখোয়না মাই থিহৌরে শারম খুদিংমক ঙম্না য়াইবি মাংহৌরে; তিল্লম খুদিংমকসু লোয়না য়াইবি মাংহৌরে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা নমদুনা ঙমদুনা মাগী তাইবং খুদিংমকপু পুদুনা চৎখ্রে। অদুবু অযাম্বদি য়াইবি লুরেন কেলহৌরবনি। য়েংঙু পাক্লবা ঈপাক অসিদা তাইবংগী অঙাংবা ঈ শাগী অঙাংবা ঈনিলগী জীবগী, তিলগী অঙাংবা ঈ অসিনা চেল্লিবা ঈশিং অসে মসিনা তোঙান-তোঙান্না চেন্নরিবসে নুংশিদ্রা? উম, ব্রাংলেন অমফাও তাইবংগা শাগা নুংশিনবা হায়বদো অমুক লৈররোইদৌবনি শাথৌবা। তিলগা তাইবংগা নুংশিনবা লৈররোইদৌবনি। শাগা তিলগসু নুংশিনবা লৈররোই; তাইবংগা শাসু নুংশিনা লৈররোই। লিলগা তাইবংগা জিবগসু নুংশিনবা লৈররোই উচেক্কা তাইবংগা শাগা পুম্নমক্কসু নুংশিনবা লৈরোই। শাগা জীবগা নুংশিনবা লৈরোই।

লৈরিবা জীবগা তাইবংগা নুংশিনবা লৈররোই তু অমখক্তা ওইনা চেল্লিবা ঈশিং অসিগী মরক অসিদা চেল্লিবা ঈশিং অসে তোঙান-তোঙান্না চৎনরিবসে অসিমক্লা মালেম অসিগী লাংওন-লাংওন মপোক খুদিংমক্তসু জীব অমগা-অমগা নুংশিনবা হায়বদো অমুক লৈরগনুকো হায়দনা শঙাংলেনবা মপুনা শিন্থা পীরক্লে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঈস ওন্থোকপনি হে শঙাংলেনবা মপু নহাক্লা শমুমাই থিরবা তুংদা অদুম্না জীব খুদিংমক নুংশিনদবগী কোলোয় পীবা অদুদি নহাক্কী নশামক্তা নংগী নখোং অদুবু নশানা পুনশিনজবনি নহাক্লা জীব খুদিংমকপু ফাজিন্দুনা নংগী খোংলোয় ওইরিবদো নংগী য়াব্রাদুমক্লা জীবশিং অদো নংগী নফমদগী লোয়না নানথোক্তনা চৎশ্রগদবনি। নহাক শোইদনা শমু মাইথিরগদবনি তারেদনা নখোয় শলাই তরুকসু। তারে। তাইবং নখোয় তারব্রা? তাজরেদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয় হৌজিক ঈপাক ঈয়াই য়ৌরক্লে। হোল্লক্লিবসে কন্না হোল্লসি হাযদনা জীরি জীরি জীরি হোল্লক্লে। মবুক ফৎতবা শঙাংলেনবা অসিনা মাগী শক্তি মঙাল তৌরগা ঐখোয়বু অমুক ফাখিগদবগী মরম ওইরক্কনি। হে অমম্বা শক্তি পুরিবা নহাক্লা নংগী অমম্বদুদা পুম্নমক খনজল্লু। লোয়না খনজনখরে। ঈনিল নংনসু খনজল্লু অদুগা নুংশিৎ নংনসু হুমদুনা পুগদবনি হায়না ঈনিল অমদি অমম্বা অদুগা শাহুম অসিনা উরুরুরু...লৈদনা হুম্মকপসিদা শুকউমক উবা ফংদ্রে। ব্রাংলেন মতমদুদা হায়দা হায়গুম্না শঙাংলেনবা শাথৌবা তাকপীয়ুদো মপু। হৌজিক শাইওন মীরেন লাংওনবা ঈপাক ঈরেল য়ৌখ্রবনি হোনখিবা উঙাম অদো উ অদো তাইবংনা য়ানবা ঙম্বনিনা মখোয়দি তোংলগা হেক্তা লাল্লক্লে মসিমদি ঐখোয়না ঙমদবা ওইরে খিৎতং উপাইসি ব্রারে। অদুবু ঐহাক্লা পুল্লপ পুন্না ঐনা ফাগে য়েংঙুকো হায়দনা শঙাংলেনবগী মমিৎ অনি অসিদগী অমুবগী শক্তি, অঙাংবগী শক্তি অসে জীরি জীরি হেক্তা কাপ্পক্লগা য়েংঙকপসিদা অমম্বা পুরিবা নহাক্লা নহাক্কী শক্তি মরোল-মরোল কোইশল্লো। মরোল মশিং খংদনা

কোইশল্লু হায়দনা জীরি জীরি জীরি হেক্তা কোইশল্লে। শঙাংলেনবা য়েংঙক্লেদো। নমদনা ফাগদৌরিবনি। হে ঈনিল নংসু কাখৎলকউ। নুংশিৎ নংসু হুমজিল্লকউ। ঈনিলগা নুংশিৎকনা উরু উরুরুরুরু লৈনা হুমজল্লকইদো। ও, শাইওন মীরেন লাংওনবা নংগী শারোই তরুক অদুসু শক্তি হাপ্লবা লম্বা চাইহে। হা, হা, হা, হা, খংগনি হৌজিক নহাক কদাইদা চেনগনি মাগী শক্তি অদুনা জরা জরা কোইশল্লকইদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা-ও শঙাংলেনবা নংগা ঐগা মায়োক্নবা তানজা খজিক্তং ব্রাৎলি হায়দনা ঙাইবনি। অদুবু হংলিবা অদুগী পাউখুম অদুগী য়াব্রাদি পীদবা য়াদ্রে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী কাপ্পক্লিবা শক্তি অদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মাগী শক্তিদু অমম্বদুনা শর খুমজনখিবদগীদি, অচৎচা হে শাইওন মীরেন লাংওনবা নংনা ঐগী শক্তি খুমজনখ্রবা; ও ঐনা নংগা শয়েং থেকনগদবা পাম্বোম ঙান্নগদবা, য়াইবি চাইনগদবা মতম ব্রাৎলে হায়রক্লবা। হা, হা, হা, হা, মদুসু কাইদে। মতম অদো ঙাইখিগে। অদুমদি নং মাই পাকচরো পুথোকখ্রবনি শাথৌবা। উম করিসু কাইদেদা পুজখিশনুদা মাগী শলাই নিপান্দুনা অমুক মরাইনা হায়বি লৌজরক্লনি। হে শারম ঈরিলপুবা তাও হৌজিক্তি চিন্দম ঈরেন তমন্নবা শারম ঈরি তম্ববু পুরক্লেদনা। পোরক্লগা উহে অদো চিন্দম্লগা য়াতা ঈরেন তমখরেদো শঙাংলেনবা শাথৌবনা ঙাকশেন্দুনা লৈখরে। শাথৌবনা লানশোক্লরিবা অঙৌবা উ হৌবা অঙাংবা উ অমম্বা উ হৌরিবা মফম অদো লোয়না ঙম্না পনথিংদুনা মাগী শারোই খুদিংমক্লা মরোল-মরোল হন্না অমুক ঙাক্লুনা লৈখরে। শাইওন মীরেন লাংওনবা লাইজা ঈপাক অদুগী ব্রাংমা অদো য়ৌরক্লেদো। ঈপাক্লুগী মপান্দা উঙাম ঈরি অদুবু উরেন উচুক য়ৈদুনা উরিদুনা পুল্লগা লোয়না থনম্লগা কুমথরক্লেদো। তাইবং নখোয় ব্রারম্লগনি ঙৈহাক মফম অসিদা পোখা ঈরেল তম্লসি পোখরেদো তাইবং পারি ইমোম পুম্নমক তারব্রা তাকপীয়ুদো মপু। নখোয় শঙাংলেনবগী মফমদা কুমওন কুমজা মশিং খংদনা অব্রা হুইদোই

লাংদনা লৈরুরবনি। করি করিদি তৌরকই? উম মখোয়না ঐখোয়দা লাক্লবসে করিগুম্বা অমৎতা পীজদে। থাবুম ৱাংলেন ঈরি তম্বা কুমজা অমগী মনুংদা কোরৌ নুমিৎ শিংগুম খরখক্তমক চিন্দম্বনি অদুগা নুমিৎ শিংগুম মশিং য়াম্না কান্না-কান্ননা ঐখোয়বু অৱাবা পী। অদুগা চারাম চদৎনদুনা চাদদুনা য়াইবি থৱায় থাদুনা তাইবং কয়ামসু শিহৌরবনিদো। ও; অদুগা ঐখোয়বু মখোয়না শরাক তম্বসু মশিং নাইদনা য়াইবি থৱায় লৌদুনা শেৎ-শেৎতুনা চৎখ্রবনি। মখোয়গী থক্লনবা ঈশিং ঐখোয়দা হোনহল্লিদো। অদুগা মখোয়গী মশা মেৎহল্লি মতু নানথোকহল্লিদো। চানবা হৈরাং পুম্নমকসে লোয়নমক হেকহল্লগা চিন্দমহল্লি। হেক লোয়বা মতমদা খুৎ অসে হেক্তা পুল্লগা মফম অদুদা থম্বনিদো। মখোয়না ঙাকশেন্দুনা খজিক্তং য়াৱা কাংঙরগা মখোয়গী শা অদুনা কাওবগা থিনবগা উরি অদুনা ফুবিবগা চৈবিবগা অঙকপগী মশক ওইনা লাক্লরিবনিদো য়েংঙু লৈরিবা দাক ময়াম অসে। ও: য়াম্না ৱানা লৈবোইনা অদুদি ঐখোয় মফম অসি য়ৌরক্লবনিনা শলাই তরুক নখোয়সু হৌজিক্তি ঈরেন উহৈ হেক্তুনা লেমলৈ ঙাবু ফাদুনা চিন্দম ঈরি তম্ননবা তৌরসি হায়দনা শলাই তরুক অসিগা লেমলৈ ঙাবু ফাদুনা উরেন উহৈ কয়া হেক্তুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শলাই তরুক অদুগা তাইবং ময়াম অদুগা ঈপাক অদুগী ৱাংমা অদুদা চাক্তা ঈরেন তমদুনা লৈরে। লৈরবা কোরৌ ৱাংলেন খরগী মতুংদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হাই। মালেমগী লৈপানপুং অদুদা শলাই মাপলগী খোংলোয় খুদিংমক অদুগা শারম পুবা মপু শারম খোংলোয় খুদিংমকসু শঙাংলেনবগী শারোই খুদিংমক্লা লোয়না পনলোন মশিং নাইদনা কোইদুনা লৈখ্রবনি। অদুগা লাইজা ঈরোলনুং ঈরি ঈরোলনুং লৈশা নুংলোন ঈবিদগী শক্তি লৈরবা জীব ময়াম অমসু থোংলোন কয়া হাংদোক্তুনা তাইবং পুম্নমক তুম্না য়াইবি লৌরগনি। য়াৱা কোলোয় কাংখ্রবনিদো ঐখোয় হৌজিক করম্না তৌগনি করি উপাই লৈরি হায়রক্লে। শলাই তরুক অদুগী পাবি তরুক অদুগা লাক্লিবা তাইবং

খুদিংমক অদুগা য়াব্রা চিন্দমনদুনা ঐখোয় পুন্নমক অমুক মোংবা ঈরানয়াইদা হল্লরোই। হন্না অমুক্কা লানশিং ঈরেল তমনবগী ঐখোয় খোংলোয় ঈরি তম্নবা য়াব্রা কোলোয় তন্বীয়ুদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা শাইওনবনা মালেম লৈপানপুং লোমদা মীৎলাং শাংখৈদুনা চৎকদবগী খোংলোয় লানশিং অদুবু য়েংদুনা লৈখরেদো। ব্রাংলেন অদুদা উতাই ঈনিল পুবা পারি। উম তাকপীয়ুদো মপু। মথংদা নুংশিৎ পুবা শাখা; তাকপীয়ুদো মপু। মথংদা শৈখাং অঙানবা পুবা মপু; তাকপীয়ু। নখোয় খোংফম হোংবা য়াদে লেপ্পা য়াদে মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবা জীবশিংদো তাইবং অদুগা ঐগা ব্রারি পৌশান্নগদবনি। হৌজিক্তি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা শঙাংলেনবনা মাগী মফমদা তাইবং খুদিংমক ফাদুনা থল্লিবদো লোয়না লৌথোরক্লবনি খরমখৈদি শিহৌরেদো লাইজা ঈপাল মনুংদসু হৌজিক্তি ঐখোয় পুন্নমক ঈপাকসিগী ব্রাংমদা শলাই তরুক্কা ঐগা পুন্না লৈরিবসে অমুক্তং মীৎলাং শাংখৈয়ুদনা। য়াম্না নুংঙাইরে হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই শিন্থাসু লেপ্তনা কাংজগে। উম ব্রাংলেন খুদিংমক্তা নখোয় অহুমনা শঙাংলেনবনা শিল্লক্লিবা লাল্লোং মাগী খোংলোয় খুদিংমক্লা চৎলিবা মফম খুদিংমক শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐঙোন্দা অদুমক কোলোয় পাওদম্মক্কদবনিকো। তমজরক্কেদো হে মপু। উম খোংলোয় তরুক মখোয় সিদসু পাওদম্মক্কদবনিকো। তমজরক্কেদো মপু য়েংঙু খোংলোয় নখোয় পুন্নমক শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা থল্লিবা মখোয় অহুম অসে নুংশিৎকী মরক্তা, ঈনিলগী মরক্তা, অঙানবা মৈগী মরক্তা থল্লিবা অসিনা তাইবংগী নুংদা শ্বর হোনজিনবদা চংলগা কোলোয় য়াব্রা অদো তারিবনি। অদুগা নখোয় অহুমনা তৌগদবসিনা মখোয়গী লাল্লোই অমদি খুদিংমক্তসু চংলগা ঐঙোন্দা তাহনগদবনি। শঙাংলেনবগী নুংদসু চংলগা তাহনগদবনিকো। খুদিংমক শিন্থা অদো কাংজগেদো মপু। মপুনা শিন্থা পাঙ্গল হাপনবিয়ু। উম য়াব্রা কোলোয় পৌশানদুনা ঈপাক অদুগী মপান অদুদা উঙাম অদু থল্লগা করম্নবু খোংদা

ঈরেল তমগদবনো হায়না লৌথোরক্লিবা তাইবং লাল্লোই খুদিংমক মখোয় শলাই তরুক অদুগী পারি তরুক অদুগা শাইওন মীবেন লাংওনবগা ৱারি পৌশানদুনা অমুক মালেম লৈপানপুংদা অমুক লানশিং ঈরেন তমগদবগী কোলোয় ৱারি পৌশানদুনা লৈখরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা মালেম লৈকোইপুংদা খোঙ্গুম ঈরেল তমগদবগী তাংকক অমা হৌরে। মমাংদা লৈরিবসিনা লাংওনবা মপুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা ওইনা খোঙ্গুম্মকপদা শাইওন মীরেন লাংওনবগী খোংলোয়গী তাংকক অমা মতাং অসি লোয়রে।

## “শাইওন মীরেন লাংওনবগা মতম কুইনা ফারুবা তাইবংগা লাইজা ঈপাল ময়াদা ব্রারি পাওশান্নবা তাংকক অমা হৌরে”

মতম কুইনা শঙাংলেনবনা তাইবং পারি ইমোম পুন্নমকপু ফাদুনা ওৎ-নৈবিদুনা থমখিবা তাইবং শলাই কয়াগী তাইবং পারি ইমোম কয়াবু



শাইওন মীরেন লাংওনবনা মালেম লৈশাবু হোগাইরগা পোরক্লবা অব্রা হুইদোম লাংলুরবা অমুক তাইবং কয়াদুবু তাইবংলক্তা তিল্লগনি হায়বা পাইমনুংদা খনদনা লৈখ্রবা তাইবংশিং অদো পুদুনা উঙাম ঈরিথক্তা

তোংদুনা লাইজা ঈপাক লালক্লবা ঈপান্দুগী ব্রাংমা য়ৌরক্লবা অদুদা উঙাম অদুবু লাইজা ঈপালগী ময়া অদুদা উচুকনা য়েদুনা উরিনা পুন্দুনা থনম্বা শলাই তরুক্কী তম্বা পারি অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শঙাংলেনবনা ফাদুনা থম্মুবা তাইবং পারি ইমোমশিং অদুগা লোয়না কুমথরক্লগা লাইজা ঈপাল মনাক অদুদা কোরৌ অমম্বগী মতম য়ৌশল্লক্কুনা অহিং তাংলৌ অথেংবা অদুগী ব্রাংলেন অদুদদি কুইনা ফাদুনা থম্লুরবা চরাম চদৎনরবা অৱা হুইদোই লাংলবা তাইবং ব্রাখল ফাওবদা কাওরক্কদৌরবশিং অদুবু শাইওন মীরেন লাংওনবনা শলাই তরুক্কী পারিশিং অদুগা হৈরাং অমুনবা হেক্কুনা মখোয়বু চিন্দমহল্লে। ব্রাংলেন অদুগী অমম্বদো লোয়দুনা অঙানবগী মতম লাক্লবা মতমদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা তম্বা ওইরবা পারি চৎলো শোল্লবা মখোয়গী শমু হকচাং অসে খরা খজিক্তং ওইরবসু কন্ননবা লাইজা ঈপান্দা কুমদুনা লেমলৈঙা ফাগে হায়ব্রা? নৎত্রে হায়রগনা উমংলক্তগী য়ারৌ শা ফাগে হায়ব্রা, য়ারৌ উচেক ফাগে হায়ব্রা অমদি ফারুরো। অদুগা মখোয়শিং অসে চিন্দমহন্দ্রবদি য়াম্না অৱা হুইদোই লাংলগনি য়াব্রা কাংঙকপা মতমদা শলাই তরুক্কী তম্বা পারি অদুনা পরপ-পরপ লাক্লগা লেমলৈঙা ফাবা অমা; য়ারৌ শা তানবা খরা অমা, অদুগা য়ারৌ উচেক তানবা খরা অমা, অদুবু মখোয়-মখোয়না খরা-খরা ফারক্তুনা পুদুনা লাক্লে। শাইওন মীরেন লাংওবা মপু পুজরক্লে। অদুদি মখোয় তাইবংশিং অসে মচেৎ অমমমদা ওইরবসু চিন্দমহল্লু হায়রকই। মখোয় অদুনা শা উচেক্কী মতু-মরাংদো ফজনা ফোইদৎপীদুনা ঙাগীনা মকু-মরাংদো ফজনা লৌথোকপীরগা মচেৎ-মচেৎ লুরেন থাংনা ককঅগা লোয়না য়েনবীরে চিন্দমহল্লেদো। মখোয়গী শাম্মা পাঙ্গল অদুবু খরা কনখৎহন্নবগী হৈরাং অমা পীজৈ, য়ারৌ শা তান্দুনা পীজৈ। অসুম্না মফম লাইজা ঈপাল অদুদা লৈরকপসি কোরৌ মশিং য়াম্লক্লে। মখোয় অশোকপা ময়াম অমসু তলাপ পামেলগী উগী মখোম কয়া উরিগী মখোম কয়া উনাগী মহি কয়া, শুমদুনা তৈহন্দুনা মখোয়বু অশোকপা অনাবা

পুন্নমক অদুবু ফননবা হোৎনবিবা মতুংদগীদি ফরক্লেদো। কোরৌ মশিং য়ান্নক্লবনিনা ফরে শাম্মা পাঙ্গল কল্লক্লেদো। ৱাংলেন কোরৌ অদো য়ৌরক্লবদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোরৌ ৱাংলেনসিদি তাইবং ওইবা নখোয় পুন্নমক্লা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগা শলাই তরুক্কী পারি তম্বশিং অসিগা য়াৱা কোলোয় পৌশানরসিকো ঙসিদি। তাকপীয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুনা। নখোয় পুন্না য়াৱা কোলোয় তারো। কোরৌ ৱাংলেন অসিদি নখোয়সু অৱা হুইদোই লাংবা কোক্লে; অয়ো হেদো চল্লম্বা খুদিংমকসু ফরক্লেদনা। ফরক্লবনিনা মালেম অসিদা তাইবং ঐখোয়না চাক্তারিবসে মপুং ফারক-ফারক্লবা মতমদা য়ারৌ শা খুদিংমক অসিনা মালেমগী মপু ওইবনিনা য়াইবি থৱায়বু লৌবিবনি ফাবু ফাবিবনে নৈবু নৈবিবনে অৱা হুইদোই লাংবা কয়াসিনা তাইবং ওইবা ঐখোয় অসে ইনিং তম্না লৈবা ফংদ্রেদো। চুম্মী শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাইবং ঐখোয়সি ইনিং তম্না লৈবা ফংদ্রে। ইনিং তম্না লৈবা ফংদ্রবা তাইবং নখোয়সে শঙাংলেনবা মালেমগী মপু ওইবনা ওৎ-নৈবিদুনা ফাদুনা থম্লুরবা নখোয় ঙাক্তনি। ·অদুবু কুমওন মশিং খংদনা কুমজা মশিং থিঙমদনা নখোয় অৱা হুইদোই লাংদুনা লৈরুরবনিদো। চুম্মী ঐখোয় অৱা হুইদোই লাংদুনা লৈরুরে। অদুবু হৌজিক্তি ঐনা নখোয় মফম অসিদা পুদুনা লাক্লে। মফম অদুদগী নানথোক্তুনা লাক্লবা নৎত্র? মান্নি। অদুবু নিংঙমদবদি শাইওন মীরেন লংওনবা মপু করিগী নিঙমদ্রিবনো? শলাই কয়াগী পারি ইমোম কয়াদি য়াইবি মীরেন মাংহৌরেদো। চাদবনা কয়া থক্তবনা কয়া ফারিবা মফম অদুদা য়াইবি মাংবা অদুগা শারম কয়ানসু শরাক তম্বীবা ঐখোয়সে মালেমসিদা লৈহৈদ্রবা, উহৈদ্রবা, তৌহৈদ্রবা কয়া মখোয়না তৌবিবসে ঐখোয় নিংশিংলুরগদি ঐখোয় হিংবা পামদে, পেন্দে মখোয় শানি ঐখোয়না তাইবংনি অদুবু য়াম্না ওৎ-নৈবা মরম অদুনা ঐখোয় অসে হিংবা পামদে তাইবংলক্তবু অসুম্না তিলগদ্রা হায়বদো ৱাংলেন মীকুপ অমফাওবা খল্লুদে। তাইবং মশেন্না ওৎ-নৈবনা অমা অদুগা শানা তাইবংদা ওৎ-নৈবনা অসিদি য়াম্না পেন্দবা ওইরে। উথক্তা

কয়া ঐখোয়বু য়ানবিদুনা য়াইবি থবায় লৌবিবা অদুগা মখোয়না ঐখোয়বু খোংনেৎনবা কয়া; লাইজা ঈপালনুংদা নমদুনা হাৎপনা কয়া; লৈশানুংদা ফুমদুনা হাৎপনা কয়া; মখোয়না ঐখোয়বু শেগাই-শেগাইদুনা য়াইবি লৌবনা কয়া ওন্থোক্না পেনখিদ্রবা। তাইবং ওইনা পোকপা মপোক অসিদা মীৎনা ফাওবা য়েংবা ঙমদ্রবা অদুগুম্নবা মপোক-মপোক কয়াদসু লাক্লরোইদবগী অৱাবগী লম্বেল য়েংহৈদ্রবা থৌদোক কয়া অদো ঐখোয়দা তৌবিরক্লবনি, ওৎ-নৈবিরক্লবনি। অদুবু খাংঙমদ্রবা তাইবং কয়াদি অদুমমক পুন্সি লোমখ্রবনিদো। শাঃ ওন মীরেন লাংওনবা মপুনা তাইবং ওইবা ঐখোয়গীদমক্তা নুংশি হায়দুনা ঐখোয়বু হায়রিবা ৱাফমদুদগী লৈশা লৈরোলনুংদা হুৎলগা মালেম অসিদা নানথোরক্লবা হোৎনগদবনি হায়দনা কোলোয চিঙ্গোইবিরম্বদো অদুদগী ঐখোয় অসে খোমলেন মীকপ অমা থোরক্লে। খোমলেন মীকপ থোরকপা হায়বদি পাইমনুং অসিদা কোরৌ ৱাংলেন অদুদগী তোঙানবা ৱাখল অমা লাকইদো। লাকপদগী ঐখোয় অহিং-অথেংবা খুদিংমক মীৎলাং অসে ৱাংলেন অমফাওবা উইশিন্দনা ঐখোয়না লৈশা অদো হোৎলকপনি। অদুগা অমুক ঐখোয়গী খুৎশু থাংলেন অদো ফংদবনিনা খুৎ অসিনদি কয়াম কন্নদি হোৎপা ঙমগদগেনে। অদুবু শাইওন মীরেন লাংওনবনা মখোয়বু য়াইবি লৌ। য়াইবি লৌবা মতমদা মখোয়গী ঈ অদো তাহনগনু হায়দনা তাকপীরক্কনা লৈশানুংদা ফম্মু হায়দনা তাকপীরকপদুনা লৈশানুংদা ফুম্মী। ঐখোয়গী খুৎশু থাংলেন অদো মখোয়না থম্বা মফম অদুদগী লৌরগা হোগাইরগা ঐখোয়বু নমদনা চেনথোক্লনবা তাকপীরকপা ঐখোয় অমুক সুমুক চেনথোরক্লগা য়াইবি অসে মাংঙগদবনি। মাংঙগদবা মফম অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শলাই তরুক্কী তম্বা পারি ওইবশিং অসিগা ঙাইবিরম্বদগী শাথেংনবা শমু মায়োক্লবা মতমদা মখোয়না ঐখোয়বু হাৎপা য়াবা হাৎহৌরে ঐখোযনসু মখোয়বু পেন্না-পেন্না লুরেন ককপদো মদু ফাওবা পেনদ্রিবনি। নোংমগী মচেৎ-মচেৎ-শেৎলগা ককলগা মখোয়বু চারবা ফাওবদা লাংওন মপোক কয়াদা পেল্লরোইদবনিনে হে মপু। অদু

ফাওবগী থম্মোয় চেল্লবনি। ঐখোয়সে মোংবা ইরানয়াইদা করম্নবু তাইবংদা তিল্লগদগে। অসুম্না শা কৌবা মখোয়না নৈহৎপীরবা ঐখোয়বু তাইবং কনানা ঐখোয়বু শমননিংখিগনি। ঐখোয়বু ব্বারি শাননিংখিগনি। তুকৎচনরগদবা তাইবংনা ঐখোয় অসে উদ্রবগী খংদ্রবনি। খংদ্রবগী উদ্রবনিদো হে মপু ঐখোয় অসে য়াইবি থব্বায় লৌবিয়ুগবা ঐখোয় তাইবংদা করম্না তিলগদগেনে ঐখোয় অসিবু তাইবং ওইরিব্রনে? নৎতে-নৎতে তাইবং পারি ইমোম নখোয়না খল্লিবদো লাল্লে মালেম অসিদা অমনা শিস্থা পীরস্বদুগী অমনা অমুক শিস্থা অদো মাইথিবা পীরগা মানা লাক্লিবা শিস্থা অদুনা মাই পাক্লনবা হোৎনবা হায়বসে অব্বাবা কয়া কাইনবা কয়া, কপ্পা কয়া মীকপ মীরাওখোন কয়া নংলবা মতুংদা শমু মাই পাক্লকদবনি। অদুম্না খনগনু ঐখোয়সু হৌজিক য়েংঙু মালেম লৈপানপুংদা ঐখোয়গী শলাই তরাতরেৎ (১৭) লৈবসিদগী শলাই নিপাল অমদি ঐখোয়গী শিস্থা অসে য়াওররোই। শা কয়ানা অদুমমক পানগেসু পানজরসনু ঐখোয়দি শমু মায়োক্লবা য়াওররোই হায়দনা চৎখ্রবনি। এঃ অশেংব্রনে মপু? চৎখ্রবনি মখোয় নিপাল অমা চৎপ্রবনি। মখোয় নিপাল অদুগী কাংলুপ্তো লোয়না চৎখ্রবনি লৈহৌরিবা শলাইদি তারো শলাই মাপল লৈহৌরিবনি। মালেম লৈপানপুং অদুদা শলাই মাপল লৈহৌরিবদুগী শলাই অদো মুন্না তাও। লোইশেম্বা নুংখাই শলাইরেন শিদবগী কাংলুপ লৈহৌরিদো অদুগা নুংশেম পুবা মপু লৈশা পুরেনবা শলাইগী কাংলুপ লৈহৌরিবদো অদুগা তাইবংপুবা, নুংপানপুবা শখাইরেন শিদবা লৈহৌরি। অদুগা তাইপুংবা শখাইরেন শিদবা মাগী কাংলুপ অদো লৈহৌরি। শিস্থাপুং জীব শখাইরেন শিদবসু লৈহৌরি। নুংপুরেনবা পুবা, লৈশাবুবা মপু মাগী শলাইসু লৈহৌরি। অদুগা উপুংবা পুংলেন শলাইরেন শিদবা লৈহৌরিদো। খোংশা খোংলোয় শলাইরেন শিদবসু লৈহৌরি। তুংখনবা নুংশাখোং শলাইরেন্ন শিদবা লৈহৌরি। য়েংঙু মথংদা চৎখ্রবা লৈহৌরিবা শলাইরেন অদুগী কোলোয় তাক্লেদো। য়াওবা ঙল্লরোই হায়বগী শলাইশিং অদুগী কোলোয় মীং শলাইশিং অদুনা নুংপানপুবা

তাইবং শখাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। লৈশাপুবা উরান শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। মথংদা পোংপুবা পুংফাই শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। নুংশেম্বা তিল্লম শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি।

মথংদা লাংপুবা ঙারম শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। মথংদা লোইপুবা লিল্লম পুবা শলাইরেন শিদবা চৎখ্রবনি। কুমপুবা কুমশা শলাইরেন শিদবসু চৎখ্রবনি। মখোয় শলাইরেন নিপাল অসে চৎখ্রবনি। ও অদুদি মখোয় শলাই নিপালমক্লা চৎখ্রিবা মতম অদুনা কাগীনো শলাই নিপাল অদুনা চৎখ্রিবা মরম অদুনা শঙাংলেনবা অথৌবগী লৌনম ব্রাহে অদুনা চৎখ্রিবনি। করম্না মাগী লৌনম ব্রাহেদা চংখ্রিবনো শঙাংলেনবগা মখোয়গা করম্না ব্রারি পৌশানখিবনো তাকপীয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। য়েংঙু অমুক্তং তাদুনা য়েংঙু ঐনা শাকোকলেন শাঙৌরেনবা হায়বা শা অমা ঐগা লোয়নরকখি। মহাক পুকচেল য়াম্না তিংবা শাঙৌরেনবনি। ঐনা মাপু লোইনবগী মরমদি করিগীনো হায়বদা মালেম অসিগী তাইবংপানবা অসিদা অঙকপগী শক্তি লৈরবা শাগী লৈফম অহানবদা; অনিশুবদা অঙকপা শক্তি লৈরবা উচেক শাকোকলেনবগী লৈফম, মথং অহুমশুবদা অঙকপা ওইববা লিলগী মফম; মথংদা মরিশুবদা তিলগী তিলকোকলেনগী লৈফম; মঙাশুবদা শক্তি লৈবা জীবগী মকোক লৈফম, তরুকশুবদা লেমলৈঙাগী শক্তি লৈরবা জীব অদুনা লৈবা মফম তরুক অদো খংন্নবগীদমক্তা ঐনা শাঙৌ শাকোকলেনববু ঐনা মাগী য়ান্নবগী খোংলোয় চৎলগা ঐগী খোংচৎ অসিবু মখোয় শাগী মীচং চংঙি হায়বা খনহল্লগা ঐগা মাগা লাকমিন্নবনি। ঐগা মাগা লাকমিন্নরবা ব্রাংলেন মতুং অদুদা ঐনা ঙারম শলাই মখোয়না লান্দানবগীদমক্তা পাক্লবা ঈপাক্তু থিংবা মতমদা ঐনা মখোয়না ফুকপা ঙমদ্রবা নুং ময়াম অমা ফুকপীরম্মী। উ ময়াম অমা ফুকপীরম্মী। অদুগা ফুকপীরম্লগা পন থিংবদুসু খরা য়াওবিরম্মী। অদুগা অমুক করম তৌগে হায়বদা শারম পুবা মপুসিনা ঐবু য়াম্না থাজবা ঐনাসু থাজবদুদা ঐখোয় অনি হায়রিবা মফমসি কদাই-

কদাইদা লৈবগে হায়বদো ঐনা মঙোন্দা তাকহল্লি ; মানা লোয়না তাকই। মালেমসিদা লৈরিবা শা খুদিংমকসিদি খ্বাইদগী পংলবা করিসু উপাই লৈজদবা শানি। হৌজিক্কী শাকোকলেন হায়রিবসিদি তাইবংদৌনা মখোঙ অনি পাল্লগা চৎলি। মখোঙ খুমাং ওইগদবদুনা তেল্লপ তৌরগা ঐখোয়গী খুৎশাগুম্বনি। অদুগা মকোক্তু শাগী মকোক্কা চপ মান্ননা পানবা অদুগুম্বা শানি। উচেকসু লৈরিবা উচেকসিগা হায়রিবা মফমদুদা লৈবা উচেক্কুগা তোঙাল্লি। লিলসু তাইবংদা লৈরিবসিগা মফম অদুদা লৈরিবা লিলশিং অদুগা মান্নদে। তিলসু মান্নদে, জীবশিংসু মান্নদে, ঙাসু মান্নদে মদুনা অমা থোবকপা মতমদা মালেমদা লৈরিবা শা উচেক জীবদি লোয়না তুম্না হাৎপা ঙম্বা অদুগুম্বা শক্তি য়াম্না লৈবা জীব শা ঙাক্তনি। মদুবু শঙাংলেনবনা খংলগা মখোয়গী শিম্থা পুহল্লি। মালেম লৈকোইপুং অসিদা মরোল কয়া ঙাকপগে করম্বা শানা কদাইদা লৈবগে করম্বা জীবনা কদাইদা লৈবগে হায়বদো ঐনা মঙোন্দগী খংননবা হোংনবনি। লোয়নমক খংলবা মতুংদা ঐগা মাগসে য়াম্না নুংশিননা লাকমিন্নে। মালেমগী লৈপানপুং য়ৌরবা মতম অদুদা তাইবংগী শলাই তরাতরেৎ অসি পুকচেন য়াম্না মান্ননা লাকপনি। অদুবু শারমচৎকী পাইমা ব্বাখল অদো শাঙৌরেম্বদুনা খল্লি। খল্লকপদগী মাগী শারম ময়াম অমা শঙাংলনবগী শারোইশিং অদুগা য়াব্বা কোলোয় পৌশানরম্বা ওইবজাৎনি। মদুগী মাগী শারম মালেম লৈপানপুংদা লৈরিবশিং অদুনা ঐখোয়না লৈপানপুংদুদা তৌরিবা শিম্থা খুদিংমক্তো লোয়না য়াব্বা কোলোয় পাওদমদুনা শঙাংলেনবগী শারোইশিং অদুনা য়াব্বা পাও লৌবা ওইরম্লে। অদুগী পাওদো লৌবদুদা শলাইরেন শিদবা তরাতরেৎসিদা শঙাংলেনবনা লৌনম ব্বাহে কয়া শঙাংলেনবনা পৌথাং লাকপা য়াব্বা কোলোয় চিন্দম্বা শারম কয়ানা চিন্দম্মকপা অওইবনা মখোয় শলাই তরাতরেৎসিগী মনুংদগী নিপান অমদি ঐখোয় য়াওবা ঙম্লরোই হায়দুনা হায়রকপনি। অদুবু শাগা শম্মু মাইয়োক্নদুনা য়াইবি মীরেন থব্বাইদি মাংনদ্রিবগী মতমনি। করিগুম্বা অমত্তা য়াইবি চাইনদ্রিবা মতম অদুদা য়াওবা ঙম্লরোই হায়রকই। ঐনা তাইবংগী খোংলোয়

খুদিংমক য়াইবি মাংননবা শিল্লে হায়দুনা ঐঙোম্দা লৌনম্বগী ৱাহৈ অদুনা য়াৱা কাংওল্লগা মখোয় নিপান অদো চৎখ্রবনি। অদুবু উপাই লৈতে ঐনা মখোয়বু খাম্বগী পাঙ্গল লৈখিদে অদুম চৎলো। হায়দনা চৎখ্রে। শলাই মাপন অমদি ৱাশক শিংকক্লরগা লৈরেদো। লৈপানপুং অদুদা ঐনা উম শাঙৌরেম্বা মহাক অদো মাগী কোলোয় মীং শারমপুবা মপু হায়দনা কোলোয় মীংথোল্লে। ঐবুসু অহানবদা মানা শাঙৌ শাকোকলেনবা ওইরম্বা মতমদা তোইপুংবা হায়বা কোলোয় মীংথোল্লে। কোরৌ ৱাংলেন অদুদগী শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী অশেংবা কোলোয় অদো খংহনলবগী মতুংদদি শলাই নিপান অদুনা ৱারি অসুম পৌশানরকপনা মখোয় অদো মতম অদুদা মালেম লৈপানপুং অদুদা লৈররোই হায়দনা য়াওররোই হায়দুনা চৎখ্রবনি। অদুনা মখোয় চৎখ্রিবা শলাই নিপান অদুনা শোইদনমক্কী শলাই মাপন তাইবং অসিদা শোইদনা অরানবগী লম্বেলদা লানশিংনরকপা য়াবগী মরম লৈ অদুগী শঙাংলেনবগী শরৌলাংদা মখোয় থুরবনি। শঙাংলেনবগী শারৌ লাংদা থুরবা তাইবং মখোয়না তাইবং ঐখোয় মশেন অমুক য়াইবি চাইনহল্লগা অসুম্মক মালেম অসিদা তাইবং হায়বসে মশিং য়ামদনবগী শমুমাই থিন্নবগী শঙাংলেনবগী শারৌলাং অদুদা মখোয় শলাই নিপান থুদুনা চৎখ্রবনি। অদুনা হৌজিক ঐখোয় করি উপাই লৈরি। য়েংঙু নখোয় অমুক্তং মুন্না তাও মালেম লৈপানপুং অদুদা শলাই মাপনগী খোংলোয় খুদিংমক লোয়নমক মফম অদুদা মালেম লৈকোইপুংদা লৈরিবা শঙাংলেনবগী খোংলোয় লানলোই খুদিংমক্কা য়াইবি মীরেন চাইনগদবগী খোংফম লেপ্পুনা লৈখ্রবনি। অদুগা অমনা শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী নুজা ওইবি তরাতরেৎ অমা শাইওন মীরেন লাংওনববু নিংলগা মালেমগী মপু ওইরক্লনবগী শমুমাই পাকন্নবগীদমক্তা নিংদুনা লৈখ্রবনি। নিংদুনা লৈখ্রবা শলাই তরাতরেৎকী ইরেনৌরেম্বী তরাতরেৎ অদো ফাদুনা পোরকউ হায়দনা শঙাংলেনবনা শা খুদিংমক্তা য়াৱা কাংখিবদুগী মরমদুনা মখোয় ফাবা লাক্লবনি। মালেম লৈপানপুং মরোল মশিং নাইদনা শঙাংলেনবগী শা খুদিংমক্লা কোইশন্দুনা লৈখ্রবনি।

মতুংদা শলাই মাপনদুগী খোংলোয় খুদিংমকসু কোইশন্দুনা লৈখ্রবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐসু হিংনা ফাদুনা পোরক্কদবনি হায়দুনা অথৌবা শা কয়া জীব কয়ানা ঐবু কোইথি থিরিবনি। ঐ লোৎতুনা চেল্লবনি। করিগুম্বা ঐবু ফাখিবা থোক্লবদি তাইবং নখোয়দি লাংওন মপোক-মপোক খুদিংমক্তা অদুম মালেম অসিদা খোংদাবদি লাইরদনা তাইবং অমফাওবা হিংনা লৈররোইদবনি। মালেম অসিগী মপু শানা অদুম্মক মালেমগী মপু ওইদুনা লৈহৌরগনি। ঐনা করিগুম্বা মাইথিদুনা শঙাংলেনবনা ফাখিবা থোক্লবদি অদুদি করম তৌবা তাই মপু? হৌজিক ঐখোয় পাক্লবা ঈপাক অসিগী ব্রাংমদা ঐখোয় লৈরবনি। সিগী ব্রাংবদনি অমুক লৈরিবা। শঙাংলেনবগী শারোই খুদিংমক্লা কোইশন্দুনা লৈখ্রিবা মালেমগী লৈপানপুং হায়বদো অদুগী অব্রাবদুবু থেংনগদ্রা? অদুগা শোমদগী শলাই নিপান অদুনা শলাই মাপন অদুদা লানশিংনরকপা য়াইবি মীরেন চাইনগদবগী মরম অদুবু থেংনগদ্রা ঐখোয় হৌজিক অমফাওবা থেংনবা ঙমদ্রিঙৈগী মরক অসিদা তাইবং মশেন নুংশিনদবগী অব্রাবা অমা য়াইবি থব্রায় লৌনগদবগী অমা শাগা ঐখোয়গা থেংনগদবগী য়াইবি থব্রায় লৌনগদবগী অমা; মসিসু করম্না থেংনগদগে হায়বদো নখোয় অমুক্তং খল্লুদনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই ওইবা অপংবা ঙাক্তনি তাইবং ঐখোয়দি। করম্নবু শিন্থা পাংগদগে? অদুবু পাংজদ্রবা তাইবং ঙাক্তনি। করিগুম্বা মঙাল অমগী ব্রাখল করিগুম্বা লমজিংগদবগী ব্রাখল অমা খংজদ্রবনিদো। ননাই ঐখোয়দি খংলম্লবদি ঙসি ঐখোয় তাইবং মাইথিরমগদ্রনে? থিরমলোই শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোলোয় তাকপীয়ু তাইবং ওইবা ঐখোয়না অদুম্মক শিন্থাদো পাংথোকচগেনে মপু। উম, য়েংঙু অদুগী মরক অদুদা নখোয় কুমজা মশিং খংদনা কুমওন মশিং খংদনা নখোয়গী শলাইবু নৈহৎপীদুনা নখোয়বু ফাদুনা মখোয়গী শাগী মফম অদুদা পুদুনা শরাক তল্লিবনিদো? অদুনা নখোয়না তাইবংদা হিনিংদ্রে হায়বদো নৎত্রা? হৌজিক চৎখ্রিবা শলাই নিপান অদুগী খোংলোয়গী তাইবংসু লোয়না য়াওরিবনি। অদুগা লৈহৌরিবা শলাই মাপনগী খোংলোয়সু য়াওরিবনিদো

অদুদি হৌজিক করমদি তৌগনি? উম করম তৌবা হায়ববু হায়ফম খংদ্রেনে মপু। ফরে অদুদি ঐ য়াব্রা কাংলগে নখোয় তারো। তাকপীয়ু নখোয় মোংবা নরানয়াই নরমদমদদি খোংদোইনিংঙমগনিদো। করি ব্রানোনে মপু অদুদি নুংশিরবা ইচা, নুংশিরবা ইপুরোই, অদুগা নুংশিরবা তালোই, নুংশিরবা ইশু ময়াম অমনা পন্থৌ লাক্লদ্রা কৈদৌঙে লাক্লনি ঙাইরমগনি। পলেম অদুবু লাকখিগদ্রা ঙাইরমগনি। অদুগা ঐগী ইচা অদুনা পলেম পন্থৌ ঙাইবতা নত্তনা পলেম মমা ওইবদুনা মচা ওইবদুবু লাকখিগদ্রা ঙাইরমগনি। পন্থৌ ওইবদুনা মচা মপারিদুবু লাকখিগদ্রা মমোম অদুবু লাকখিগদ্র হায়দনা চাবা থকপা চাংদবমখৈ ঙাইদুনা য়েংদুনা লৈরমগনিদো মপু। অদুগা শিহৌরিবা মখোয়দুদি অমুক হল্লক্লরোইদো। লাক্লিবা ঐখোয় অসিসু লাপ্লবা তাইবং ইরমদম অদুদা করম্না য়ৌগদগেনে মপু। উম ফরে অদুদি ঐখোয় শিংদবা য়াদে; ঐখোয় পংবা য়াদে; ঐখোয় থৌনা লৈতবা য়াদে; ঐখোয় অখাং কন্দবা য়াদে; অদুগা ব্রাই হায়বা য়াদে। ঐখোয় চাদবসু তমগদবনি ব্রাদবসু তমগদবনি; অখাং কনবসু তমগদবনি হায়দোক্তবসু তমগদবনি অদুগা তাইবং মশেন্দা শাওদবা ঙম্বসু তমগদবনি। চপ চানা মাগী অব্রাবা দন্দি পীবা ঙম্বগী শক্তি অদুসু তমগদবনিকো। অদুনা য়েংঙু শলাই তরুক্কী পারি নখোয় তরুক তাও। তুংখাবা, শাইখাং তাব্রা? লুলাং তাব্রা? তাজেদো মপু। অদুগা শখাং তাব্রা? তাজরেদো মপু। লাংখোং তাব্রা? তাজরেদো মপু। উম, লোইশা তাব্রা? তাজরেদো মপু। উম তুবানবা তাব্রা? তাজরে। নখোয় তরুক অসিননে ঐখোয়না শঙাংলেনবগী মফমদগী লৌথোক্তুনা ব্রানা খাংলুরবা মখোয় পুম্নমক অসে নখোয়না উঙাম অসিদা তোংলগা চৎলো। উম। অদো ঐখোয় তরুকসি লোয়না চৎখ্রবদি শাইওন মীরেন লাংওনবদি? ইথন্তা লৈহৌগদব্রা? ঐ ইথন্তা লৈহৌরগে নখোয় নুংঙাইতব্রনে? ঐখোয়দি নুংঙাইতেদো মপু ইথন্তা লৈহৌবসিদি পামদে। করিগীনো পামদ্রিবদি? ফরে অদুদি লোইশাগা ঐখোয় অনি লৈহৌরগে নখোয় মঙা চৎলো। ফরে অদুদি ঐখোয় মঙা চৎলগে। নখোয় চাওরবা

উগী উঙাম অসিদা তোংদুনা মাগী মাগী শলাইগী পারি ইমোম য়াওরকপা খুদিংমক্কুনা শলাই অদুদা য়ৌন্নবা খোংদোইমিন্নরম্মো। মথং মথং খোংদোইমিন্নরম্বা লোয়রবা মতুংদা নখোয় মঙাদি অমুক হল্লকখোকো ঐগী ইনাক অসিদা লোইশাগা ঐখোয় অনি মফম অসিদা লৈহৌরগে। শলাই অহুম অমদি শকখা, উতাই, শখাং মখোয় অহুমদি ঐখোয়না লানচা লানলোং অসে লোয়ম্রিফাওবদি তাইবংদা থোরক্করোই। ঈবাই, ঈনিলদা, খোম্থাংদা, খোঞ্জেলদা, মঙালদা, মখোয় লৈখিবনি। কনানা করি তৌরিবগে কনানা খোংলোয় কদাইদা চৎলিবগে হায়বদো য়েংন্নবগীদমক্তা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা মখোয়বু ঈনিল কয়াগী মরক্তা, অঙানবা কয়াগী মরক্তা শখাংনা অঙানবগী মরক্তা লৈখিবনি। উতাইনা ঈনিলগী মরক্তা লৈখিবনি। শখানা নুংশিৎকী মরক্তা লৈখিবনি। হায়রিবা মখোয় অহুমদুনা শঙাংলেনবনা শিল্লিবা খোংলোয় খুদিংমক লোয়না খংগদৌরিবনি। খংলগা ঐঙোন্দা য়াব্রা অদো পাওতাকলক্কদৌরিবনি। অদুগা ঐখোয়না খোংলোয় ঈরি তমগদৌরিবনি। ওঃ অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে। লোইশাগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা মফম অসিদা চাক্তামিন্নদুনা লৈমিন্নরম্মু। ঐখোয় য়াম্না খোংলোয় থুনা খোংলোয়জরক্কেদো। হে মপু শাইওন মীরেন লাংওনবা য়াব্রা অমগা তাকপীয়ুদো। ঐখোয়না লানলোইশিং ফারুবশিংসি মাগী মাগী শলাইদা তিল্লুরবা মতুংদা মখোয়দি অমুক মফম অসিদা খোংদোইরকখিগদব্রা? উম খোংদোইরক্কদবনি মফম অসিদা পাক চাওরবা মফম কয়াদা ঐখোয়না লানচা ঈরেন তমদুনা শা খুদিংমকপু মাইথিবা পীননবা হোৎনগদবনি। ওঃ অদুদি নখোয়না লানকোক ঈরেন ওইদুনা নংগী নংগী শলাইশিং অদুদগী খোংলোয় ময়াম অমগা লোয়ননা অমুক লাক্কদবনি। ঐখোয়না পাক্লবা ঈপাক অসিগী মপানলোমদগী শারম কয়াবু য়াইবি লৌননবা লানলোই খোংলোয় চংগদবনি। মনুং অদুদা লৈরিবা শলাই মাপন অদুনা মখোয়গা অমুক লাম্থেংনগদবনি। অদুগদা শম্মুমাই পাক্কদবনি কাওরগনু তপথরগনু চৎলো। অদুদি ঐখোয় মমাংদা লাকমিন্নরিবা পারি-ইমোমশিং

অসিগা খোংলোয় ঈরি তল্লগেকো। উম খোংলোয় ঈরি তমখ্রেদো। উঙাম অদো তোংদুনা মখোয় অদো শাইওন মীরেন লাংওনবা ব্রাংলেন মীকুপ খুদিংগী লমজিং লমতাকপীয়ুকো হে মপু হায়দনা চিংনা চিংনা য়েংদুনা অদুম চৎখ্রেদো। মতুংদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা - হে তাইবং ওইবা নখোয়সে য়াম্নদি ব্রারবা ওইরেদো অরানবদি নত্তেকো নখোয়না হায়রিবদো। ফৎত্রবা শা কয়া অদুনা শরাক তম্বদা তাইবংদা করম্না তিলগদগে হায়বদো য়াম্নদি চুম্বা ওইরে। অদুবু তাইবংগী থব্রায়দি লৈরিবনিনা করম্নদি মাংগনি শরাক তল্লিবা শা খুদিংমক য়াইবি তুম্ন চাইগদবনি পাইমনুংদা লেপ্পা লৈতনা খনবা ওইরোকো। পারি ইমোম নখোয়গী থম্মোয়দুমক্লা খল্লকপদুনা নখোয়গী শমু মাই পাকপা ওইরো শিন্থা কোলোয় থম্মোয়নুংদা খন্না-খন্না শাইওন মীরেন লাংওনবা অদুম লৈহৌরেদো তাংকক অমা লোয়রে।

## “লৈপানপুংদা লৈরিবা সলাই মাপলগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা ব্রারি পৌশানবগী তাংকক অমা হৌরে”

লোইশা তাকপীয়ুদো মপু। ঐখোয় অনি মফম অসিদা পোৎথারসি মখোয় লাক্লিবা কোরৌ অদু ফাওবদি ঙাইংগদৌরিবনিনে পাক্লা লাক্কদবা নত্তে লোইশা। শলাই মাপন্দা নত্তনা শলাই খুদিংমক্কী য়াওরিবা পারি



ইমোম অসে লোয়না থিল্লুগদৌরিবনি। উম। অদো ঙৈহাক ঐখোয় অনি উহৈ কয়া হেক্লগা য়ারৌ শাসে ফারসি ফারগা ঐখোয় অনি ফজনা পৈশিল্লগা চিন্দমননবা হোৎনরসি নৎত্রা? খরসু নুংঙাইথোক্কদবনিদা

লোইশা। উম চৎসি লাও শাইওন মীরেন লাংওনবগা লোইশাগা অনি অসে লাক্লগা অহানবদা য়ারৌ শা হান্না তাল্লসিনে। উম, হেক্তা লোইশাগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শোংলবা উমং অদুদা হেক্তা জীরি জীরি... উরু রু রু রু... লৈদনা হেক্তো শাসি থিগৎলকপবু ফজরবা শা মতুগা শিৎ-শিৎ নানবা শাসি লৈরে তু অমত্তং নং ফাদুনা য়েংঙুদনা হায়দনা লোইশাসিনা শৎ হেক্তা লংলগা নুংজাও অদুনা পোক হেক্ত থোম্মকপনিমা। লংবদা হেক্ত পাল্লি। এঃ পাল্লে তাপ ফারগা চিংঙগা হেক্তা লাকই। অদুদি সিমা ফারবনিনা য়াম্না নুংঙাইরে। অদো উচেক অচৌবা উ মতোন্দা তোংঙিবসে ঐ অমুক তৌগে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা নুংজাও অমা তাপ হেক্তা পাইরগা শৎ হেক্তা পোপ থোম্বদা তারকই সিমসু চিংঙোদো। য়াম্না ফরবনি হায়দনা জোরো-জোরো চিংঙগা লাকই। থম্মসে মফম অসিদা থম্মে অদুগা লাইজা ঈরোলনুংদা কুম্লগা ঙা অমুক ফাসি হায়দনা জোম হেক্তা চোংথরগা চাওরবা ঙাদো অমমুক পাই পীকই অমমুক পাই পীকই অমমুক পাই পীকই খ্বাইদগী অচৌবদো মখুৎ অনিনা পাইরগা চিংখৎলগা খুৎতুম অদুনা তোক-তোক থোম্লগা হাৎতোকই সিমসু থম্লসিনা নৎত্রা? অস য়াম্না পেন্না চারদবনি হাওনা চারসি। উহৈ ময়াম হেক্লসি হায়দনা উহৈ ময়াম হেক্লগা উনা ময়াম অমদা য়োমদুনা পোরকই। মসি ওইরবদি ঐখোয় অনিগী অরাম খৌরাংবদি খরদি কোক্লনি। অদুনা উশা ময়াম থুদেক্লসি অদুগা ঐখোয় অনি লিক্লা তারক্তনবা ঈশিংগী ঈরিক তারক্তনবা খনজল্লসি। লোয়না ফজনা খনজল্লগা লোইশা অদো গোরো-গোরো হোগাইরগা লৈশা মনুংদা নাপী ময়াম অমা বদৎ-বদৎ-বদৎ লোয়না হেক্তা ফোইদৎলগা থম্মী। মনুং অদুদা মখোয় অনি অসে চারা তুম্মা চারা তুম্মা অদুম লৈ। অদুম লৈবসিনা শোমদনা উরেন উপান উতুং অদুগী উঙাম অদুদা তোংদুনা মখোয় ময়াম অদো জীরি জীরি জীরি জীরি ঈশিং অদুদা হোম্থরকই য়ৌবা খন্বা নাইদে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা-উম; মখোয়সু উঙাম হোন্দুনা

চৎখরে। লোইশা, ঐখোয় অনিসু মফম অসিদা মখোয় লাকপা ঙাইগদৌরি। ঐখোয় অনিনা খনগদৌরিবসে য়েংঙু তাইবং শলাই নিপান অদুনা ঐখোয়না শোমদা মালেম লৈপানপুংদা শা হাৎপা লান চাবা চৎলিঙৈদা মখোয় নিপান্না অমুক শলাই মাপল অসিদা অমুক লোয়না অমুক ফাদুনা ওৎ নৈদুনা য়াইবি লৌরম্লবদি ঐখোয়না অশোমদা কাংলিবা শিন্থাদো কান্নদেনে লোইশা। অদুদি করম তৌগনি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। মখোয়গী শাকোক-লেনশিং অদো মদুনা হায়বা মখোয় লোয়না ইনলমগনি; অতৈদুনা য়ারগসু শাকোকলেনশিং অদুনা য়াদবদগী মখোয় অদো চৎখ্রিমান্নে। অদুদি শাকোকশিং অদো;। উম ফৎতে উপাই লৈতবনি। উম অদুবু লোইশা ঐনা খল্লিবদি ঐখোয় অনি মখোয়না হল্লক্তিঙৈসিদা নাকন অমরোমদা চৎলগা মখোয় শলাই নিপন্দুগী অথৌবশিং অদো লোয়না ফাদুনা পোরক্লগা মফমসিদা পুল্লগা থনমসিরা? অদু ওইরবদি মখোয় করিসু তৌররোই। এ! অদুসু চুম্মী ফরে অদুদি কোরৌ ব্রাংলেনসিগী থেংলবা অহিংসিমদি ইরেনজনা তুমথোক্লসি। ইনুং ঙাল্লগা হেক্তা ঐখোয় অনি চৎলসি। অদুগা অথৌবশিং লোয়না ফারসি মখোয়না হৌরবনিনা ঐখোয়সু হৌবা তারবনিনে। উম হৌবা তারবনি। ফরে অদুদি তুমলসি হায়দনা লোইশা অসে ফজনা তুমখরেদো। হেক তুমলক্লবা ব্রাংলেন অদুদা নুংশিৎতা লৈরিবা, মৈদা লৈরিবা মখোয় অহুম অদুনা উতাই অমদি শাইখাং অমদি শকখা অহুম অসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করি তৌরে হৌজিক শঙাংলেনবা মপুনা মহাক্কী মালেমগী লৈকোইপুং অসে লোয়নমক পনলোন খুদিংমক থিংজনখরে। লৈশানা লোয়না থিংজিনখরে য়াম্না ব্রারনি খোংলোয় ঈরি তমদুনা মখোয়দা লানচাইবা অসে ও মফমদি খংলিব্রা খংঙি অদুদি, অদুম খংজনখো অদুগা লৈপানপুংগী অকোইবদা লৈরিবা তাইবং শলাই মাপল অদুগা শঙাংলেনবগী শারোই শাকোকলেনবা অঙকপগী মশক্তা য়াইবি লৌনরে য়াম্না য়াইবি চাইনরে। শলাই মাপলগীসু ফনা য়াম্না য়াইবি মাংলে। অদুগা শারম তিল্লম জীব ময়ামগীসু অঙকপগী মশক ওইনা য়াইবি মাংনরে

করম্নদি য়াইবি লৌনে। মখোয়সি তুমিন তুমিন্না লুমনরগা থেংন-থেংনবদো অঙম-অঙম্বা য়াইবি লৌনবনি। ও: অদুগা শারম পুবা মপুন্দি মপুনা থনমলিবা শক্তি অদুদগী নানথোকপা ঙমদ্রে। মহাক মফম অদুদা ফ্রিং ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা শাইওন মীরেন লাংওনববু কৌদুনা লৈরে। মাগী শা খুদিংমক্তা ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা কৌদুনা লৈরে। এ: লৈজসনু য়াম্না ফরবনি মাগী শারৌ লাংদগীনি লোয়নমক শোইরিবা ময়াম অদো মহাক য়াইবি লৌবদি য়াদে। উম অদো কোলোয় ঈরি তমগদবগী মরমদি। অদুদি করম তৌগনি? অমুক্তং শলাই মাপল অদুগী শাকোকলেন অদুনা অমুক্তং কোলোয় য়াৱা পৌশানবা য়ারোইদব্রা? উম য়াগনি। অদুদি, তুংখনবা নুংশাখোং শলাই, আ নুংশেমপুবা, লৈশা পুবা শলাই শাকোকলেনদো অমুক্তং য়াৱা পৌশানবা কোলোয় ঈরি তমলো। পরপ-পরপ চংশিনখরে নুংশেমপুবা মপু। এ: শাইওন মীরেন লাংওনা তাকপীয়ুদো। উম নুংশেম পুবা মপু হৌজিক্তি মালেম লৈপানপুংদা করম্না খোংলোয় তম্লে? ইসঃ শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু অঙকপা ওইরে মালেম লৈপানপুং অসে শাগা তাইবংগা য়াইবি চাইনপুং ওইরেদো। শাগীসু জীব পুম্নমক্কীসু মখোয়গী অশিবা হকচাংনা হেক্তা খোং চৎফম লৈত্রে। অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবা পীরমলিবা শিন্থাদুমক ঐখোয়না পাংথোকচরে। নুংশেম্বা মপু অমদি লোইশেম্বা ঐখোয় অনিনা কোইনা-কোইনা চৎতুনা লমজিংলে। ঐগী শলাই নুংশেম্বা শলাইদা য়াম কন্না য়াম্না চুম্বা লমবেলদা শমুমাই পাকনা শিন্থা কাংলে। ঐখোয়গী তাইবং অমা য়াইবি মাংবা মতমদা মখোয়গী জীব মশিং খংদনা য়াইবি মাংলিবনি। অদুনা ঐখোয় খোংফম হোংবা লৈজদে। শাইওন মীরেন লাংওনববু মপু ঐখোয় শালাই মাপল শিন্থা মপুং ফানা পাংথোকচরে পাইমা নুংনাংবিগনু মপু। তাইবং ঐখোয়না শমুমাই পাক্লনবগীদমক্তা লমজিং লমতাকপীরকউকো মপু। ননাই ঐখোয় শলাই মাপল খোংফম হোংজদে য়াইবি থৱায় থারবসু মালেমগী লৈপানপুং অসিদা অদুমমক ঐখোয় তুম্না য়াইবি থৱায় থাজখ্রগে খোংফম হোংবিগনু

হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। হৌজিক্তি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মফম কদাইদা লৈবগে? উম য়াম্না নুংঙাইবা কোলোয় মপাও অমা তমগে অদুবু তাইবং নখোয় লানলোই খুদিংমক্তা থম্মোয় চাওখৎনবগীদমক্তা য়াব্রা অসে নংনা তুমিন-তুমিন্না কাংগদবনিকো লৈশা। নুংশেম পুবা মপু করম্বা য়াব্রা কোলোয় ওইরিবনো মপু? য়াম্না কুইরবা কুমওন মশিং খংদ্রবা কুমজা মশিং থিঙমদনা শঙাংলেনবগী শারোই খুদিংমক লানলোইনা ফাদুনা শলাই তরাতরেৎকী তাইবংবু পুদুনা মখোয়না লৈমাইথক্তা শরাক তমদুনা ওৎ-নৈদুনা মখোয়গী শারং মনুং অদুদা লৈশানুং ঈরি মফম অদুদা থমদুনা লৈরিবা তাইবংশিং অদো কোরৌ ব্রাংলেন খরগী মমাংদা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগা শলাই মাপলগী তম্বা পারি মাপল অদুগা খোংলোয় ঈরি তমদুনা লৌথোকলে। এ! করম্না লৌথোকপনো মপু? মখোয়না লৈরিবা মফম অদুগী লৈশা অদো ঐনা কোলোয় য়াব্রা পৌশানরগা খোৎকাইহল্লগা মফমদুদা লৈরিবা শারোই খুদিংমক য়াইবি লৌনবগী শারৌদো ঐনা শিনদুনা লোয়না চেনথোরকলে। চেনথোরকলিবা মফমদি অঙৌবা উ, অঙাংবা উ, অমুবা উগী মফম অদুদা শরি চিনককনদুনা য়াব্রা কোলোয় কাংনরগা মফম অদুদা উঙাম ঈরি তোংদুনা ঐখোয়না ঙাইরগা মফম অদুদা মখোয়না থোরকপা মতমদা শঙাংলেনবগী মালেম লৈকোইপুংগী শারোই কয়াদুগা ঐখোয়গা অকনবা লানথেংনৈ। অঙম্বা য়াইবি চাইনৈ। য়াইবি চাইনবদুদা মহাক্কী শারোই ঙারোই উচেক পুম্নমক তুম্না য়াইবি অয়াম্বনা মাংলেদো। অদুগা ঐগী তাইবং ওইবা শলাই তরাতরেৎকী তাইবং অদুসু শিবা য়াবা খরদি শিহৌরে। অদুবু লোয়না হিংবদি ঙমদ্রে অদুগা খরমখৈদি হিংদুনা উঙাম অদুদা তোংদুনা ঐনা পোরক্লগা পাক্লবা ঈপাক্কী ব্রাংমদা লৈরবনিদো। এ: অদুদি শমুমাই পাকলেদো মপু য়াম্না নুংঙাইরে। মদুমক্লা ঐখোয়গী থম্মোয় অসে থৌনা লিংজেন অমদি হাপকৎলগনি মপু। কাওবা লৈররোই শাইওন মীরেন লাংওনববু তাইবং শলাই মাপলনা ব্রাংলেন খুদিংমক্তা কাওজরোই। অদো মপু খোংফম হোংবিগনু মপু অদুগা মখোয় অদুদি

করি তৌরে মপু? শলাই অহুম অমদি অঙানবা নুংশিৎ ঈনিল অহুমদা থমখরে। অহানবদা নুংশাখোং শলাইগী পারি ওইবা শাখাং অঙানবগী মৈগী মফমদা ব্বারি পৌশাননবা থমখ্রবনি। অনিশুবদা লৈশাপুবা মপুগী পারি উতাইনা ঈনিলদা থমখ্রবনি। অহুমশুবদা নুংশেমপুবা লৈশাপুবা মপুগী পারি শকখানা নুংশিৎতা থমখ্রবনি। অদুনা ব্বারি পৌশানরিবনি। ঐখোয় অনিনা ব্বারি পোশানরিবসে মখোয়না অঙানবা অমদি অমম্বা নুংশিৎতা য়াওদুনা কোলোয় ঈরি তমলবনি। য়াম্না নুংঙাইরে মপু ঐখোয় শমুমাই পাকপা হৌরবনি তাইবং মখোয়বু ঐখোয়না করম্বা মতমদা মখোয়বু লৌথোক্লগা তাইবংলক্তা তিলহনগদগে হায়বদো লাংওন মপোক-মপোক্তা ঙল্লরোইদবনি মপু। মপুনা শিন্থা পীবিদুনা লমজিংবিদুনা শমুমাই পাকলেদো মপু। য়াম্না নুংঙাইরে উজনিংখ্রেদা তাইবংশিং অদো মপু উম উগনি শোইদনা লানলোং অদো মপুং ফানা পাংথোকনবা হোৎনৌ। শাইওন মীরেন লাংওনবদি ওইদবদি ঙাংলোই অশেংবদুখক্তনি ঙাংলিবা। অদুগা মখোয় লৌথোকরকলিবা তাইবং পারি ইমোম অদুনা মাগী-মাগী য়েক শলাই অদুদা লৈহৌরিবা পল্হৌ-পলেম, পারি-ইমোম, অদুবু উনিংঙি হায়দনা কোলোয় চিঙ্গোইরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা মখোয়বু থাখিবদি করম্না থাখিবগে কোলোয় ঈরি তম্বদা তোংখা অমদি লুলাং অমদি শখাং অমদি লাংখোং অমদি তুবান নখোয় তরুক অদো ঐগা লৈহৌরিবদি লোইশাগা ঐগা লৈহৌরে মখোয় মঙা অমা মখোয়গা খোংলোয় তমখরে। নুংপান শলাইরেন শিদবগী পারি ওইবা লোইশাগা ঐখোয় অনি মফম অদুদা হৌজিক লৈরি। মখোয় মঙা অমনা শলাইশিং অদুবু উঙাম তোংদুনা মাগী-মাগী শলাইশিং অদুদা পারি ইমোম ময়াম অমগা ব্বারি পৌশানহল্লু। উনরবা মতুংদা ফাদুনা থমলুরবা মখোয় অশাওবনা থুমহৎলবা মখোয়দি লমবেল খংলবা অদুনা লানকোক্কী লানশিং ওইরগা মখোয়গা লানগী খোংবু শেমলগা উঙাম তোংদুনা লানশিংনবা লানলোই ওইনা লাকলো হায়রগা ঐগী ইফমসিদা লোয়না থুংঙগদবনি। শলাই মাপলমক্কী থুংঙগদবনি। অদুগী মতুংদা মালেম

লৈপানপুংদা কোইশিন্দুনা থমখ্রিবা শারোই খুদিংমক অদুনা শলাই মাপল মখোয়না য়াইবি লৌন্নবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না পাক্লবা ঈপাক অসি লাল্লকলগা মখোয়বু য়াইবি লুরেন চাইগদবনি। অনিনা চপশিন লকলবদি মখোয় মাইথিরেদনা। নুংশেমপুবা মপু হা হা হা হা নুংঙাইরে শাইওন মীরেন লাংওনবা শোইদনমক্কী তাইবংনা মাইপাক্লগনি। হুম হুম হুম হা হা হা হা শাইওন মীরেন লাংওনবা ওস্থোক্লা পাইমা শিংখ্রেদা। ননাই শলাই মাপল খোংফম অমা হোংদনা কোলোয় য়াব্রা চিঙ্গোইজগে অদুগা লাংওন ঈরি তম্বসু খোংফম হোংদনা কোলোয় লানলোই তমজগেদো মপু লেপ্পা লৈতনা মপু খোংলোয় তম্বীরকউকো। উম তমলক্লগে; নখোয়সু পাইমা হোংবা য়াদেকো। হোংজরোই মপু। উম কোলোয় পাওশানরে নুংঙাইরে হৌজিক্তি নুংঙাইরে। মখোয় উঙাম তোংদুনা চৎখিবদুনা কদাই য়ৌরবজাৎনো ঐসু ঙাইহাক তুমথরগে। তুমথরবা মতুং ব্রাংলেন অদুদনা অমুক লৈপানপুংদা লৈরিবা নুংশেমপুবা মপুনা-লোইশেম্বা; করিনো? য়াম্না নুংঙাইবা কোলোয় অমা লৈরে ঐখোয় শলাই শাকোক পুনশিন্দবা য়াদ্রে। অদুদি পুনশিল্লসি লোইশেম্বসু য়ৌবিরকলে, তাইবং পুবা মপু খোংদোইবিরকলে উম, তাইপুংবসু খোংদোইবিরকলে। শিস্থা পুবসু খোংদোইবিরকলে; নুংপানপুবা মপুসু খোংদোইবিরকলে; উপুংবসু খোংদোইবিরকলে; খোংশাবসু খোংদোইবিরকলে; তুংখনবসু খোংদো ইবিরকলে; নুংপুরেনবসু খোংদোইবিরকলে; ঐখোয় শলাই মাপল অসে য়াব্রা পৌশানদবা য়াদ্রে। করি লৈরে? নুংশেম্বা মপু ঐনা শারম খুদিংমক্কী শিস্থা লাকপা মতমদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোলোয় মপাও পীরকলে। করি হায়না পীরকলে অমুক্তা তম্মো মহাক কদাইদা লৈ হায়। মহাক হৌজিক মালেমগী পাক্লবা ঈপাক অসিগী ব্রাংমগী মপান্দা লৈরে। লোইশাবগা মফম অদুদা লৈরে হায়দনা কোলোয় কাংঙকলে। অতৈদুনা করম তৌরবা ব্রারি অদো লিরক্লগে তরো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঐখোয়গী পারি তম্ব শলাই মাপলগী পারি মাপল অদো অহুম অমদি অমম্বা, অঙানবা, নুংশিৎ, ঈনিল শাহুমদা

ঐখোয়গা ৱারি পৌশান্নবগী লমবেল ঈরি তিংদুনা লৈখ্রে হায়রকলে মখোয়দি। উতাই লৈখরে, শাইখাং লৈখরে অদুগা শকখাসু লৈখরে। অদুগা মখোয় তরুক অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা শারৌ ঈরি লমবেল শিন্দুনা শঙাংলেনবনা ফাদুনা থমলিবা ঐখোয়গী তাইবং শলাই তরাতরেৎকী পারি ইমোম খুদিংমক অদুবু লৌথোকলে। লৈশানুংদা হৎতুনা লৌথোক্লগা শঙাংলেনবগী শরোই লানকোক খুদিংমক য়াইবি অয়াম্বা তুবান্না লৌরগা মখোয় ফাদুনা পুখিবা তাইবং অদুবু নমদুনা মুন্দুনা পুরক্লগা ইপাক অদুগী ৱাংমা অদো উঙাম তোংদুনা লাল্লগা ঈপাক অদুগী ৱাংমদুদা লৈরে হায়দনা কোলোয় পৌশারকএ। অদুদি য়াম্না নুংঙাইরেদনা। অদুদি শমুমাই পাকলেনা শিরবসু পেল্লে হা হা হা হা করি থোকই নখৌ পোংনা পোংনা নোকপগা তাইবং ঐখোয়বু নংনা শরাক তমখিবদো হৌজিক্তি করি থোকই। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু, ঐখোয়গী থৱায়নি। করি হায়রকই? অদুদগীদি মখদি ঐখোয় শলাই মাপল শাকোকলেন খোংফম হোংবা য়াদে পাইমা পুকচেল হোংবা য়াদে চপ চানা খোংলেপলগা শাকোকলেন পুম্নমকপু য়াইবি মীরেন চাইনগদবনি। কোলোয় কাংঙগে। মদুমক্তি ঐখোয়সু খোংফম হোংবা লৈতে। উম অদুগা লৌথোকলিবা মখোয় অদো ঈপাক অদুগী মপান অদুদা মখোয় অশোকপশিং অদুবু নিংথিনা শিন্থা কোলোয় কাংদুনা উরান কয়াগী মখোম কযা তৈদুনা উনা কয়াগী মহি কয়া তৈদুনা ফহল্লবা মতুংদা শাম্মা পাঙ্গল কল্লবা মতুংদা লোইশাগা মখোয় অনি মফম অদুদা লৈহৌরে। মখোয় মঙা অমগা হায়রিবা মখোয় অদুগা উঙাম তোংদুনা মাগী-মাগী শলাইদা অমুক পারি ইমোম পলেম পম্থৌ উনহল্লুরো হায়দনা খোংদোইহনখরে কোলোয় কাংঙকলেদো য়াম্না নুংঙাইরেনা। শলাই মাপল মখোয়না অমুক লমলেন লমবেল খংলবনিনা লানকোক্কী শারৌ শাকোক ওইরগা লানকোক শলাইরেন শিদবা শাকোক ওইদুনা লানলোইশিংদুনা উঙাম তোংদুনা লানফা ঈরেন তমদনা লাঞ্চদবনি কোলোয় য়াৱা কাংখরে হায়রে। অদুগা হায়রিবা মাগী মনাক অদুদা

থুংঙরগা অমুক ঈপাক অসিগী ৱাংমদা উঙাম তোংদুনা লাল্লকলগা পানদগী শারম খুদিংমক তিল্লম খুদিংমক য়াইবি লুরেন চাইগনি লানশিংনরক্কনি ঐখোয়না মনুংসিদগী লানশিংনরকও নুংপান অনিসে হেক্তা তকশিন্দুনা য়াইবি মীরেন লৌরসি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোলোয় কাংঙকলেনে। অদুদি য়াম্না নুংঙাইরেনা হা হা হা হা শাইওন মীরেন লাংওনবা নহাক্তি খোংলোয় লানলোই অসিদি কয়াদা নিংথিনা শোইবা লৈতনা কাংঙকলেদকো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ওন্থোক্লা শিংখ্রবা তাইবং ওইরেদকো। উম অদুদি ঐখোয় হৌজিক খোংফম হোংবা য়াদে লেপতনা মখোয়গী মীরেন চাইগদবনি। অদুদি নহাক্তি করি হায়খি? ঐখোয়সু হৌজিক মখোয়গী শারম শাকোক তিলকোকলেন অসিগী লুরেন অসিনা খোংফম হোংবা য়াদনা শিরবা মখোয়গী মশিং খংদনা শিবা মতমদা ঐখোয়গী লানলোই অমখক শিবনি হায়বদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হৱাওনা নোকলকই। মদুগী হৱাওবদুদা ঐগী থম্মোয় অসিসু খংচাও চাওখৎলবনি। উম, অদুদি ঐখোয় অনৌবা খোংলোয় অমমুক শেমদবা য়াদে। লোইশেন্বা তারেদনা নুংশেম পুবা অনিনা অনৌবা খোংলোয় অদো মখোয়না খংদনবা খোংলোয় অমা শিল্লক্কদবনি শলাই ঐখোয় মাপল খোংফম হোংবা য়াদে হায়দনা শলাই মাপল অসে অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়না লৌনরগা জীব শা ময়াম অদুগা য়াইবি মীরেন চাইনবা হৌখরে। অসুম্না অঙকপগী মশক ওইনা মালেম লৈপানপুং অসিদা ঈঙাং পাক্তক্লরিবা ঈমু পামফেন্নরিবা মতাং ওইবনিদো অদুবু শাদি মশিং য়াম্বনিনা জীব মশিং য়াম্বনিনা তাইবংদি খোংফম অমা শোইবদা তুম্না য়াইবি মাংগদৌরিবনি। অদুনা য়াম্না অৱাবগী মশক ওইদুনা তাইবং খুদিংমক অসে থৱায় অসে থক-থক নিকপমখৈ লানথেংনরিবনিদো। ৱাংলেন অসিগী মতুং অসিদা মখোয়সু লানথেংনখিসনু শাইওন মীরেন লাংওনবসু খৈনা তুমখুন তানখিসনু।

সলাই মাপলগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা ৱারি শাবা তাংকক অমা লোইরে।

## “শঙাংলেনবনা ফাদুনা থম্মুবা তাইবংশিংনা মাগী-মাগী শলাইদা হল্লকপা”

উঙাম তোংদুনা শলাই খুদিংমক্তা চৎখ্রিবা মখোয় অদো হৌজিক্তি ব্রাইথুংঙরেদো। উম ব্রাইথুংঙদুনা মাগী-মাগী শলাই অদুদা ব্রাইথুংঙবা ব্রাংলেন অদুদা শখাবগী মফমদা ব্রাইথুংঙে। অদুগা তুবানগী মফমদসু ব্রাইথুংঙেদো। তুবানগী মফমদা ব্রাইথুংবা মতমদা লৈরমলিবা পন্থৌ পলেম, পারি ইমোমদুনা কয়াদা হরাওনা কোন্দুনা হরাওনা নোকলিবা অরাকপদুনা হরাওনা নোকলি, লাক্তবদুনা মীৎলু পীরাংনা ইরোইদুনা মালেম অদুদা পীরাং অদুনা পোপ-পোপ তাদুনা লৈরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবগী কোলোয়গী মতুং ইন্না তুবানবা অসুম্না কোলোয় চিঙ্গোইরেদো। তুবানবা নহাক মফম অসিদা লৈহৌরো নংনা লোই শেন্বা নুংখাই শলাইগী শলাইরেনসিগী নংনা শাকোকলেন ওইদুনা লাল্লোং ঈরি তমদুনা নংগী খোংলোয় ময়াম অমা উঙাম ঈরি তোংদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফমদা উঙাম থৌগৎলকলোদো। অদুদি ঐখোয় অমুক খোংদোইরগেদো। উম নং লৈহৌবা য়ারোই। এ! ঐ লৈহৌদ্রবদি করম তৌগনি। অদুদি নহাক্কা শখাবগী শলাইগী খোংলোয় অসিসু নংগা খোংলোয় শেমদুনা লাকপা তারেদনা। উম ঐগা লাক্লগে তুবানবা ঐনা শকখাবা শলাই অসিগী খোংলোয়সু শেমদুনা লাকলগে। অদুদি লৈহৌরোকো। লৈহৌরেদো। মখোয় মরি অসি অমুক লাকলেদো। লৈশাবগী মফমদা লাক্লে তাইবং পারি ইমোমশিং অদুনা কুইনা মাংখ্রবা তাইবংশিং অদো লাকপদুদা তাপ-তাপ হেক্তা কোন্নদুনা কপমিন্নবনা কয়া;

অদুগা হরাওমিন্নবনা কয়া, পারি য়াওরক্তবা পলেম য়াওরক্তবা, পম্থৌ য়াওরক্তবদুনা মমাই লুকথরগা মমিৎতগী পীরাং জোরো-জোরো তারগা ঐগী পম্থৌদি য়াওরক্রবরা? উম নংগী পম্থৌ অদো করম্না য়াওরক্তে হায়না য়াৱা কোলোয় চিঙ্গোইগদগে য়াৱা অসে কাংবা ঙমদ্রেদো হায়দনা পুকমেন পাওমেন্নবসে মীৎলু পীরাং ইরোইরগা পুকমেন পাওমেন্নবা কয়া, নোকমিন্নরগা পুকমেন পাওমেন্নবা কয়া, মালেম তাইবংগী খোংলোয়নি পারি ইমোম পুম্নমক পম্থৌ হল্লক্তে ৱারৌগনু। পলেম লাক্তে ৱারৌরগনু। পারি লাক্তে ৱারৌরগনু; ইমোম লাক্তে ৱারৌরগনু। মালেম অসিদা শানা মপু ওইগী মপোক ওইবনিনা ঐখোয়না মখোয়বু কীদুনা অদুম চেল্লবদি ঐখোয় অসে মালেম অসিদা অমুক চাক্তাবা ঙম্লরোইদবনি অদুনা মখোয়না শরাক তমদুনা শিবসু শিবা য়াইবি মীরেন চাইনরগা শিবসু শিবা ঐখোয় হনবা য়াদে। হল্লোই ঐখোয় খুদিংমক হল্লোই হন্না অমুক্কসু য়াইবি লৌন্নবগী হায়দুনা শেম শাখরে। অদুনি-অদুনি হোংবা লৈরোইদবনি হায়দনা তাইবংপুবা শখাইরেন লোইশাবগী শলাই অদুসু খোঙ্গুম ঈরেন তমলেদো। অদুগা লানখোং নহাক্না মখোয়গীসু লমজিং লমতাকলক্কদবনি। উম উম লাংখোং; তাকপীয়ুদো। লোইশাবগী শলাই নখোয়সু অদুগা তাইবংপুবগী শলাই নখোয়সু তারো। উম ঐখোয়দি লমজিং লম্বেল অদো খংদে। ঈ: নখোয়সু উঙাম ঈরি শেমদুনা নখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক শেমশাগদবনি। অদুগা লাংখোং ঐগা লমলেন ঈরি তমদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মনাক্তা উঙাম তোংদুনা তন্না চৎকদবনি। ও; অদুদি ঐখোয়সু খোংলোয় খুদিংমক পুকমেন পাওমেন্নরগে। পুকমেন পাওমেন্নহৌরেদো। লাংখোংগী মফম য়ৌরক্লে লাংখোং পারি লাক্লে হায়দুনা পম্থৌ কয়ানা, পারি কয়ানা হরাওনা চেনথোক্তুনা কোল্লিদো। পম্থৌ য়াওরক্তবনা ঐগী পম্থৌদি লাক্রবরা? নংগী পম্থৌ লাকএ হেক হায়বা মতমদা মপারি ওইবদুনা মমিৎতগী পীরাং অদো লেপ্পা লৈতনা চেন্থরকই। পীরাং অদুবু কনামক্না কংহনগদগে হায়বদুদি কনাসু লৈত্রবনি অদুগা পারি য়াওরক্রবরা হায়বদুনা পারি

য়াওরক্রবা পল্লৌ, পালেম অদুগী কাইনবগী অৱাবগী পীরাং অদুসু শিন্থদবা নৎতে। মদু পুম্নমক অদো লানখোংনা খল্লুরগনু। হৌজিক্তি ঐখোয় খরা লাক্লিবা অসে য়াম্না লাইবক অফবা ওইরবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবগী শারৌলাং পাঙ্গল নৎত্রবদি লাকলরোইদবনি। তমথিরবা শাশিং অদুগী মখুৎতগী নানথোরক্লিবসে ঐখোয় ফরবনি। মখোয় য়াইবি হন্না লৌন্নবা ঐখোয় খোংলোয় ঈরি তমগদবনি। মদুমক ঐখোয় ৱাশকচরবনি হে লাংখোং লমজিং লমতাকলোদো। উম লাংখোংনা মখোয় শলাই অনি অদো লমজিংলক্লেদো। অমুক মখা লাকপনা শিন্থাপুং জীব শখাইরেনগী শখাংবগী মফমদা লাক্লেদো। পারি শখাংবদি য়াওরক্রবরা? উম মহাক্তি য়াওরক্রেদো। পারি শখাংবা য়াওরক্রবনিনা মাদি কদাইদা লৈহৌরে? মহাক মপুগী শিন্থা নুংশিৎকী মফমদা লৈখি। ও; অদুদি পারি ইমোম কয়াদি য়ৌরক্লব্রা? য়ৌরক্লেদো। পারি ইমোমদি মশিং ৱাৎলেদনা। পারি ইমোমদু য়াইবি লুরেন চাইনবদা শমুমাই থিহৌরেদো। কপলোই করিগী কপকনি পীরাং অমসু শিন্থরোই শিরবসু মপুগী শিন্থনি। মপুগী শিন্থা অদুমক্লা তাইবং ঐখোয়না শা মখোয়বু মাইথিবা পীবা ঙমদ্রবসু মপুগী শিন্থা অদুগীদমক্তা অদুমমক থৱায় থারগদবনি ঐখোয়। মখাদি করি হায়রকই? শাইওন মীরেন লাংওনবনা লানপু খুৎপু শেমদুনা উঙাম তোংদুনা মাগী মনাক্তা লাক্নদবনি কোলোয় চিঙ্গোইরকই। মহাক্তি কদাইদা লৈহৌই। পাক্লবা ঈপাক অসিগী ৱাংমগী ঈপান্দা লৈহৌই উম, অদুদি কনাগা খোংলোয় তমগনি? উতাইগা খোংলোয় তমগদবনি। উতাই নহাক্লা লমজিংগদবনি। এ; লমজিংগে শেমলল্লো ঐ খোংদোইরগে। অদুদি তন্না অমুক খোংদোইরগে। লৈশাপুবা মপুগী মফমদা উতাইগা লোয়ননা থিলহনলেদো। উতাইনা তাইবং ঈরি তমদুনা মফম অসিদদি খোংলোয় ঈরি তম্মকইবনি। উম শখাং নহাক্লা খোংলোয় ঈরি তমগদবনি অদুনা নুংপানপুবা মপুগী পারি ইমোম পুম্নমক লোয়না য়ৌরক্লেদো। য়ৌরক্লবনিনা হবাও মোমোন নোক্তুনা শিন্থা কোলোয় কাংঙেদো তাইবং পুম্নমক্তি অৱা হুইদোই লাংবা য়াওদব্রা? অস: করিনোনে মালেমগী

*লাইজা ঈরোনুং অসে ঈঙাং পাকতক্লরিবনি ঈমু পামফেন্নরিবনি।* অঙাংবা *ঈ ওইনা অঙৌবা ঈশিং অসে অঙাংবগী ঈখেং ওইনা চেললিবনিদো।* অদুদি হৌজিক ঐখোয় করম তৌবা তাই? ঐখোয় লানপু খুৎপু শেমগদবনি উঙাম ঈরি তোংদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফমদা খোংলোয়গদবনি। চীঞ্জাক ঈরি তমনবা শেমগদবনি কোলোয় শিঙ্থারেদো উপুংবা পুংলেন শলাইদা অমুক থুংঙরে। লুলাং লাক্লব্রা? ঐ লাকচরেদো। পারিনা লাকপসে নুংঙাইরেদা উম করম তৌরে? হৌজিক ঐখোয় শমুমাই পাক্লবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবনা লমজিংদুনা মালেম লৈকোইপুংদা ফাদুনা থমখিবা তাইবং খুদিংমক লোয়না লৌথোক্কুনা লাক্লবনি। এঃ নুংঙাইরেদনা সিদি তাপ-তাপ কোনবিদুনা নুংশিনা ৱারি পৌশানরেদো। অদুগা পারি মশিং শুদরে; ইমোম মশিং শুদরে ৱারৌরগনু। ঐখোয়না অঙম্বগী শক্তিদা পুদুনা লাক্লবনি য়াম্না নুংঙাইরে। মখাদি করি তাবা তাই। মখাদি হন্না অমুক লানলোই ঈরি তমগদবনি উঙাম ঈরি শেমদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফম তান্না চৎকদৌরিবনি। ও; অদুদি ফরে শেমলসি। অদুদি লুলাং নংসু লৈহৌরোকো। উম তোংখা খোংশা শলাইসু য়ৌরক্লে; তোংখা পারি হৌরক্লব্রা য়ৌরক্লে। ঐ য়ৌরক্লবনিনা হৌজিক্তি পারি ইমোম ফাখিবদো পুরক্লবনি মশিং ৱাৎত্রে। য়াম্না নুংঙাইরে হায়দুনা হরাও মোমোন নোকমিন্নদুনা। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা কোলোয় চিঙ্গোইরকপরা? ঐখোয়গী লানপু খুৎপু শেমদুনা উঙাম ঈরি তোংদুনা লাইজা ঈপান্দা ইকারক্লে হায়রগা লাইজা ঈপাল মনাক্তা মাগী মনাক তান্না লাক্কদবনি চিঙ্গোইরকইদো। অদুদি শেম শানবা তৌসি। উম ঐ তুংখনবা নুংশাখোং শলাইদা খোংদোইরুখিগে। তুংখনবগী শলাইরেন নুংশাখোং শলাইদা লাক্লে। এঃ পারি ইমোম পুম্নমক য়ৌরক্লেদনা। উম য়ৌরক্লে হৌজিক্তি ঐখোয় মালেম লৈকোইপুংদগী লাক্লবনি য়াম্না নুংঙাইরে ঐখোয় অদুমনা লাক্কনি হায়বদুদি খল্লুদ্রবনিনে। উম ঐখোয় অসে য়াম্না অৱা হুইদোই লাংঙুরবদগী তুংখাবা খোংলোয় ঈরেন তম্মক্কুনা শাইওন মীরেন

লাংওনবগা খোংদোইরক্কুনা ঐখোয় অসে নমদুনা লৌথোক্কুনা য়াইবি চাইনদুনা লাকপনি য়াম্না নুংঙাইরে অদুদি। তোংখাবা; তাকপীয়ুদো পম্থৌ অদুদি হৈরাং চিন্দমগদ্রা লৈরাং চিনমেন্নগদ্রা? লোয়নমক চিন্দমগদবনি হায়দনা শলাই মাপলগী তাইবং পারি ইমোমগা শলাই নিপানগী পারি ইমোমগা লোয়ননা পম্থৌ পলেম পুম্নমকসু শলাই তরাতরেৎমক্কী পারি ইমোম পনথৌশিং অসিগা পুন্না হরাও মোমোন নোকমিন্নদুনা হৈরাং চিন্দম লৈরাং চিনমেন্না শারম ঈরি চিন্দম ঈরেন তমদুনা নুংঙাইনা চহি কুমজা মশিং খংদনা চাক্তা ঈরেন তমদুনা মখোয়গী লানলোই খুৎপু শেমদুনা লৈরেদো। লোয়রক্কবা মতম অসে য়াম্না শাংলবা মতম ওইবনি। অদো মখোয়সু হরাও মোমোন নোকমিন্নদুনা লৈখিসনু।

মতাং অসিদা শলাই মাপল খোঙ্গুমবগী তাংকক অমা লোয়রে।

## ‘‘শাইওন মীরেন লাংওনবনা শলাই নিপান ফাবগী তাংকক অমা হৌরে’’

শাইওন মীরেন লাংওনবনা অহিং তাংলৌ অথেংবদা পাইমনুংদা ৱাখল তৌরবা মতুংদা ইনুংবা মাসু ঙাল্লকলেদো। উম; লোইশা। তাকপীয়ুদো মপু। ঐখোয় অনি হৌজিক করি তৌবা তাই। ঐখোয়



অনি মখোয় ঙাইবসি কুমওন ফনা মকুইরেদা। উম। ফরে অদুদি ঐখোয় অনি চৎলসি। মখোয় শলাইশিংসু লাক্লগা লৈজরম্নি চৎলসি। কদাই চৎকদৌরিবনো? শলাই নিপান চৎখ্রিবদো মদুগী অথৌবা শাকোকলেনদো

ঐখোয় অনি ফাদবা য়াদে মখোয় ফাগদবনিকো। শলাই মাপলশিং অসিদা শোইদনমক্কী লানশিংনরক্কনি নমদনা ফাদুনা পোরক্কদবনি। অদুদতা মখোয় খংগনি। ও: ফরে অদুদি ফাবা য়াদ্রেদনা য়াইবি লৌগদবনি চৎলসি লাও হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লোইশাগা অনিসে নংগী খুৎশু থাংলেনদো পাইখৎলু। উম; ফরে অদুদি পাইখৎলগে। উম ফরে, লোইশা নহাক শক্তি মঙাল অঙানবনিকো নঙোন্দা পীরিবদো। মানি করি তৌজৌ হায়বনো? এ! ঙানহলক্কখিনু চৎশি লাও হায়দুনা ঈশিং কয়াসে জোম-জোম লাল্লে। লোইশা ঐখোয় অনিসে খোংনা শুম চৎপা তারব্রা? হুম ঐখোয় অনি খোংনা চৎপদি ঙমলোই। করম তৌরে? ঙাইখো তুমিন্না উপাল কয়াগী মরকসিদা চৎসি চাওরবা শাসে লমজেন য়াংগদবা শাসে ফাসি হায়দনা চাওরবা উ অদুগী মরুমদা শাইওন মীরেন লাংওনবা, লোইশা অনিসে তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ। শা ময়ামসে গুরুং-গুরুং গুরুং অসুম মথং-মথং চেন্নরকপসিনা খ্বাইদগী ইকোন কোনবদা শা অঙৌবা ফজ-ফজরবা মমৈ জুম-জুম লাওবা মনাম শাংবা নোই-নোই লাওবা শা অসে ফজনা মথন্তা লৈহৌরে। অদুগা লাপ্না চৎখ্রবা শশিং অদো হায়ফেৎ য়েংলগা হেক্তা মখোঙ মরি অসে পুন্ন-পুন্না হেক্তা থাংদুনা খৌশারগা চেল্লকপসিদি য়াংঙিহে। লোইশা তাকপীয়ু মপু মসিগী শাসে ফাদবা য়াদে। করম্না ফাগনি। হে, তান্নগদবনি হায়দনা লোইশগা শাইওন মীরেন লাংওনবগা চৎলসি হায়দনা হেক্তা জীরি-জীরি জীরি...হায়দনা হেক্তা তান্নরকপসি-তান্নরকপসি তান্নরকপসি শা অসিসু চাওরবা উ কয়াসি ফন-ফন হেক্তা চোংই। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিসিসু চাওরবা-চাওরবা উ সে ফন-ফন হেক্তা চোংদুনা হেক্তা তান্নরকপসিদা চাওরবা শা অঙৌবদো লাইজা ঈপান্দা জম হেক্তা চোংথবদুদা মখোঙ অনিনা ফন হেক্তা চোংথরগা কিৎ হেক্তা নমমগা ফারেদো মখোঙ অনি-অনি পাইরগা থাংঙগা লাকই। চাওরবা উরি অসে তাপ-তাপ হেক্তা ফোইরগা পুল্লগা থম্মী। ও: সিমা ফারে হে লোইশা। উম অদুগা অমগা অমুক ফাখিসি হায়দনা অমুক চৎলেদো। অমুক চৎলগা মখোয় আনিনা

তান্নবা হৌরুরবনিনা অমফাওবা লৈরমদরে। পরপ-পরপ চৎলগা কোইথি থিরগা অমদা অমুক চৎলে অমদা অমুক চৎলে ফংদরে। ফরে লাকও ফংদ্রসনু হায়দনা হল্লকলগা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনি অসিনা তোংবা তমসি হায়দনা ঐখোয় অনিনা শা অচৌবা অসি তাপ পাইদুনা করম্না তমগনি? লোইশা ঐ হান্না তমগে নহাক শা অসে পাইয়ু। হুম ঐদি ঙমলোই অদুদি ঐ পাইরগে তোংবা তম্মু হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা উরি অসে পাইরগা হেক থাদোকপদুদা শা অদুনা জীরি জীরি জীরি কোইচিং হেক চিংঙিদো। লোইশানা মখোঙ অনিনা য়ানবগা ঙম্বা নৎতে অসুম শা অদুনা জীরি জীরি জীরি চিংঙগা-চিংঙগা চৎপসিনা মসিদি উপাই লৈররোই। লোইশা চাওরবা উপাল অসিগী মখোঙ অসে উরিসিনা শৎ হেক্তা য়েৎশল্লগা পুন্দুনা হেক্তা থম্মে। উম চিংবা ঙমদ্রে। লোইশা নংনা হান্না চোংখৎলো হায়বা মতমদা ফন হেক্তা চোংখললি। ফন হেক্তা শাদুনা চোংখৎলগা বুপ হেক্তা তাই। নং অমুক তারব্রা? উম ঐ অমুক চোংখৎকে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা শা অদুগী শমু নঙ্গ দুদা ফন হেক্তা চোংখৎলি। শা অসিনা ফ্রিং-ফ্রিং ফ্রিং হেক্তা চোংদুনা মমৈ থেকৎলগা চোংবা মতমদদি লৈশা অদুদা বুপ হেক্তা তাই। তাবদুদা শমুনম অদো নারদুনা অনি অসিনা অয়েয়া অয়েয়া য়া হায়দনা ফনা কুইনা অদুম লৈরে। মদুদগী অমুকসু অমুক লোইশা নং অমুক চোংখৎলু। লোইশাসিনা মমৈদু তাপ হেক্তা পাইরগা শৎ হেক্তা চোংখৎলগা ফন-ফন ফন-ফন হেক্তা চোংঙকপদুদা লাক্তনা লংঙকপদুদা উ অদুদা বুপ লাওনা থোমজিনবদুদি লেংবদি য়াদ্রে। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐ শা তোংজররোই। করিগীনো? মানা লংঙকপদা ঐগী শমু য়াংলেন নম অসে উদা থেংজন্দুনা ঐ লেংবা য়াদ্রে। ওঃ অদু ওইরবদি ঐ অমুক তৌগে নং অমুক য়েংঙুকো খরা-খরদি য়েংঙগা তৌকো। ঐ তৌগে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা চাওরবা শা অসিগী মমৈ অসে তাপ হেক্তা য়াল্লগা উরুরু...লৈবসি অদুম য়াল্লগা মখোঙ অসে লৈপাকসিদা নেৎশল্লগা উরু রুরু...লৈরগা য়াল্লকপসিদা লৈবাক অসি বুং বুং হেক্তা

নিংখাইবনি। ফৎ লাওনা নমলন্নগা চোংখৎলগা চাওরবা খুৎচাও অদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবদুনা করিগী নং লমহেনবা য়াব্রা হায়দনা নময়াং অদুদা পুপ-পুপ লাওনা থোম্মকপদুদা শা অসে নামনখিদুনা অসুম তেথরকইদো। অসুম তেথরকপসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা শাসে ফন-ফন চোংবদো ফাথবা ঙমদ্রে। লোইশা; তাকপীয়ু শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। উরিদো থাদোকউ য়াগদ্রনে মপু? য়ানি থাদোকউ। উরিদো থাদোকপদগীদি নুংশিৎকী মমাং থাদনা চেনবগুম হেক্তা খৌশদনা জীরি জীরি জীরি...চেনবসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হেক্তা তপ নপ্পগা হেক্তা মখোঙ অসিনা পোপ-পোপ হেক্তা কাওদুনা শা অসে শুকলেপ লেপফন্দবমখৈ অদুম থৌদুনা কোইবসিদা হেক্তা ফন-ফন চোংদুনা জীরি জীরি জীরি জীরি থৌগৎলকপসি তলাপ পামেনগসি ফন-ফন হেক্তা চোংদুনা তুরেনকাসি জোম-জোম চোংদুনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইদুনা থৌগৎলকলেদো। লোইশা অসিসু ইস তোংবদি নুংঙাইগদবা মাল্লিদা হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবা অসিনা শা অসে হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা অঙানবগী মতম য়ৌরকপদগীনা লোয়বা ফাওবা থৌরকপসিদা শা অসে পুমতে তেখরেদো। শক্তিসু অঙকপগী মশক ওইনা হৈরে। লোইশা নং অমুক তোংঙগা য়েংঙু হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা ফন হেক্তা চোংথরক্লেদো। হে শা কৌবা নং শাওগনুনে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা নঙোন্দা ফুবসু নৎতে নহাক ঐখোয়গী অব্রাবসে নহাক মতেং খরা পাংঙু হায়বনে শাওরিরো? শিৎশিৎ নানথোকপদনা নাপীগদো ফোইবিদনা পীজৈ। অদুদদি শা অদো য়াম্না তেরে। মানা হাযবা লোয়না ইল্লে। লোইশানা অমুক তোংলে করিম তৌদে। লোইশাসু ফন-ফন চোংদুনা থৌবদো করিম তৌদ্রে। ওঃ সিদি লোইশা অমগা ফারসি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবগা লোইশাগা অনিসে শাদুগী মরম অমা খংবদগী শা অদো তোংলগাসুম পরপ-পরপ লাকই। মখোয় অনি তোংসনবদুদদি চৎপদা ব্রাই। উম, লৈরে হে লোইশা সিগী শাসে পুল্লগা থমসি হায়দনা পুল্লগা চাওরবা শা

অদো করম্বা ফাসিগে? এঃ অসিসু অঙাংবা ফাসি হায়দনা চাওরবা শা অঙাংবদো মখোয় অনিনা হেক্তা উরি অদুনা শাংলবা উরি অদুনা শৎ লাওনা হেক্তা য়েৎশনবদুদা তান্নবদা ফংহৌদ্রে। এ কোইতান হেক্তা তান্নদুনা হেক্তা উরু রু রু... লৈদনা তান্নরকপসিনা নাপী মরক্তা জোম, জোম, জোম জোম ফন ফন ফন ফন হেক্তা অঙকপগী মশক্তা তান্নরকইদো। চাওরবা শা অদো নাপী মরক্তা মখোঙ অদো কানবদুদা বোম হেক তুবদুদা মখোয় অনিনা ফন চোংশন্দুনা শৎ হেক্তা নমদুনা উরিদুনা পুল্লগা জোরো জোরো জোরো হেক্তা চিংবনিমা। লাইজা ঈশিং অসিদা হেক্তা জোরো জোরো চিংথরগা লোইশা নং উরিসে পাইয়ু। ঈশিংদা পংচিংদা চিংঙু মা চেনবা ঙল্লরোইদবনি। ঐ তোংগে হায়দনা ফন হেক্তা চোংখৎলগা ঈশিং অদুদা মখোঙ অদুনা পুপ পুপ পুপ কাওদুনা মখুৎ অদুনা ফুদুনা শাসি থৌগৎলকপবু শা অসে মনপ মতিন খংদনা জ্ঞানমেন তাদনা অৱাবা ওইরেদো। হেক্তা অঙকপগী মশক ওইবদুদা শা অসে পুংতে তেরে। লোইশা নং অমুক থৌগৎক্লউ হায়দনা কংফান্দা শৎ হেক্তা থৌগলক্লগা হেক্তা কংফান য়ৌরকপদদি মপাঙ্গল কনখৎলক্লবনিনা হেক্তা চাওরবা তলাপ পামেল অদো চোংহন্দনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইদনা জীরি জীরি জীরি অমম্বা লৈতে, অঙানবা লৈতে অঙকপগী মশক্তা থৌগৎলকপসিনা অঙকপা ওইনা শিংঙে। উম য়ারে। ঐখোয় অনিগী অমমম ফারবদি অতৈ ফাগুমসি। অদুদি শা অঙাংবসিনা লোইশা নংনা তোংঙো। অঙৌবসিনা ঐনা তোংগে অদুগা থৌরসি ঙাইখোদা হৈরাং লৈরাং খরদি চাখিসিদনা। উম হৈরাং চিন্দমলগা লৈরাং চিনমেনলে ফজনা ঙাইহাক পোখারগা লোইশা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোই অনি থৌরগা মখোয়বু ফা-ফাদনা পোরক্কদবনিকো। উম অদুদি থৌরসি হায়দনা শা অদো শাইওন মীরেন লাংওনবনা অঙৌবসিদা ফন হেক্তা চোংখৎলি। লোইশানা অঙাংবসিদা ফন হেক্তা চোংখৎলগা কদাক কদাক কদাক কুদুক কুদুক হায়দনা হেক্তা থৌগৎলকপসিনা থৌগৎলকপসিনা তপ্পা অমুক চৎহল্লি। হেক্তা অঙকপগী মশক্তা য়াংনা

অমুক থৌগৎলকপসিনা জীরি জীরি জীরি জীরি অঙকপগী মশক ওইনা থৌগৎলকপসি য়ৌবা খল্বা নাইদে। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিসিনা থৌগৎলকপসিনা ইহান হানবদা কনাগী মফমদা য়ৌবগে হায়বদা উম নুংপানপুবা তাইবং শখাইবা শলাইরেন অসিগী মফমদা য়ৌরে। হেক য়ৌবা মতম অসিদা শলাইশিং অদুগী ইনৌরেম্বী লৈশাশিংদা চনলিবি ময়াম অমা লাইজা ঈপান লাংদুনা লৈরম্মী। লোইশানা ইসঃ য়াম্না ফজ-ফজরবা ইনৌরেম্বী ময়াম অমা লৈরেনা। খিৎতুমিন লৈয়ু ঐখোয় খংহনবা য়াবা নৎতে হায়দনা তুমিন্না শা অদো চাওরবা উ অদুগী নাপীরক অদুদা নখোয় অনিসিদা লৈয়ুকো ঐখোয় লাক্তিফাওবা লৈগদবনি ঐখোয় লাক্লকান্দা চৎকদবনি হায়দনা ফজনা হায়রগা থনম্লে। পুল্ল-পুল্লগা থনম্মী। ৰাংলেন অদুদগীদি মখোয় অনিসিনা পরপ-পরপ পাকথদনা তুমিন্না লাকই। মখোয়গী য়াম্না চাওরবা কুমহেগুম্বা অমা তৌবা কোরৌ নুমিৎ অপুনবগী চীঞ্জাক চিন্দমগদবা কোরৌ নুমিৎ ওইবা নুংপানপুবা মপু অসে হেক্তা তাইবং পারি ইমোমশিং অদুনা ফন-ফন চোংদুনা হরাও মোমোন নোক্লুনা অঙকপগী মশক ওইনা লৈরম্মীদো। লৈরম্বদুদা নুংপাপুবা মপু অসে তাইবংশিং অদো করি হায়বগে হায়বসু তাও, হে তাইবং ওইবা নখোয় পুম্নমক তাও হৌজিক্তি মালেম অসে তাইবং ঐখোয়না ঐখোয়গী পাঞ্জরদবনি। শানা শাগী পাল্লগদবা মতম ওইরবনি। তারো তাইবং ঐখোয়না পাঞ্জগদবসি ঐখোয় শলাই নিপানখক্তংনি শলাইদি তরাতরেৎ লৈ হায়দনা তাকলেদনা উম শলাই মাপল অমদি তাইবং মালেম অসিদা লাক্লরোই। করিগীনো? মখোয়দি শানা অদুম য়াইবি লৌখ্রগনি। মালেম লৈপানপুংদা মখোয় লোয়না লৈহৌরবনি লোয়না শিরমলগনি লৈরম্লরোই অদুনা মখোয়গী চাক্তাহৌরিবা শলাইশিং অদো ঐখোয়না লোয়না লৌশনগদবনি। মখোয়না ঐখোয়গী অৱাবা ওইগদ্বা পুম্নমক মখোয়না শিচ্ছা পুহনগদবনি। এঃ য়াই অদুদি থিল্লবনিনে। অদুদি মপু নুংপানপুবা মপু উম নুংশেমপুবা শলাই অসে অদা লৈপানপুংদা য়াম্না থৌনা ফনা অকিবগী শাকোকলেন ওইদুনা লৈহৌরবনি। অদুবু হল্লকলরোই মখোয়গী

শলাই অদো ঐখোয় লোয়না লৌশনগদবনি। লৌশিল্লগা লমলেন অদুসু ঐখোয়গী ওইগদবনি। উম অদুদি ঐখোয়গী শলাই অসি মপুং ফারেদনা। পাকশনবা ওইরেদনা। অদুমনা মথং-মথং লোয়না লৌশনগদবনি। পুন্না ওইরবদি মালেম অসিগী তাইবংগী মপু অদো নুংপানপুবা মপু ঐনা ওইরগদবনি। ঐনা শাগীনা শানা ওইজসনু ঐখোয়গীসু ঐনা অদুম ওইরগা লোয়রে হায়দনা হায়রিঙৈগী ৱাংলেন অসিদা মহাক্কী খোংলোয় খুদিংমক অদুনা য়াই, য়াই, য়াই হায়দনা কোলোয় কাংঙিঙৈগী ৱাংলেন মরক অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবা অদুগা লোইশা অনি অসিনা তপ্না তুমিন্না চংঙকই। তুমিন্না চংঙগা মখোয়গী মী শাদুনা লৈ। নুংপান পুবা মপু অসিনা হৌজিক্তি ঐখোয় উমং অসিদা য়ারৌ শা তানবা চৎশি ঐখোয় পুম্নমকসু চৎকদবনি। য়ারৌ শা তানবা চৎলি। অদু ওইরবদি নংগী-নংগী য়ারৌ শা তান্নবা শেম শারো হায়দনা হায়রকপদগীদি লোয়না শেম শানরে। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনি অসে উই। অদু ওইরবদি য়াম্না ফরে লাকও। লাংখোংগী মরুমদা লোৎতুনা লৈরে। লোৎতুনা লৈবা ৱাংলেনদগীদি নুংপানপুবা মপু মাগী খোংলোয় খুদিংমক উমং কয়াগী মরক্তা য়ারৌ শা তানবা লাকই। হো হৈ, হো হৈ, হো...হৈ, নুংপানপুবা মপু করি তৌরগে? খোংলোয় খুদিংমক কোরৌ ঙসিদি য়ারৌশা অমফাওবা থেংনখিদ্রে করম তৌবনো হায়বদো খংদরেনে। ঐগা অথৌবা নখোয়গা পুন্না খোংলোয় চৎকদবনি নখোয় তম্বা অথৌবা শাকোকলেন ওইবা শলাই অসিগী কোকলেন ওইবা নখোয় মঙাসু লাক্লো হায়দনা মখোয় মঙা অসে অসুম্না পরপ পরপ উমং অদুদ খুৎশু থাংলেন পাইদুনা লাল্লুমদুনা জীরি জীরি জীরি হেক্তা লাকপনিমা লোইশা নংদি শমু পাঙ্গল শোনবনি ঐ তৌগেকো। এঃ ঐসু তাপ হেক্তা য়াইবি চাইনরগা তুমিন্না লৈগে উম ঐ তৌগেসে। শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা উম; নুংপানপুবা মপু কোরৌ ঙসিদি য়াইবি চাইনবা তারে। শঙাংলেনবগী শারৌলাংদগী লোইশাবগী শলাইবু লোইচনশল্লগা নখোয়না মখোয়বু ফাদুনা লোইপোৎ ঈরি তমহনগদবনি কোলোয় কাংবা শিনৎত্রা?

হি লোইশাবা নংদি মফম অসিদদি নংদি করম্না? উম ঐ মফম অসিদা নহাকপু ফাবা লাক্লিবনি। অচৎচা করিসু লৈত্রবা শাইওন মীরেন লাংওনবা করিগীদমক্তনো মফম অসিদা হন্না-হন্না শলাই নখোয়বু মাইথিবা পীগদৌরিবদি। হাই খোংলোয়শা, খুৎশু থাংলেন শৎলু। শৎ হেক্তা শৎলকপদুদা লোইশাবনা শাইওন মীরেন লাংওনবদুগী মমাংদা শৎ লেপ্লগা নুংপানপুবা মপু শাইওন মীরেন লাংওনবগা শয়েং পামবোম ঙান্নবদি মতিক চামনদে ঐগা লম্বা তৌসি। এ! ও; য়াম্না থৌনা লৈবগী ৱানি। মান্নি হায়দনা খোংলোয় মঙা অদো লোইশাবসিনা শৎ হেক্তা হায়জল্লগা দং দং দং হেক্তা কাওরকপনিমা। শাইওন মীরেন লাংওনবনা নুংপানপুবগী চাওরবা শমু হকচাংগী থবাক অদুদা খোংজাও অদুনা বুক লাওনা অমুক্তং কাওথরকপবু ঈ থোরোক থোরোক থোরোক ওথরকপনিমা। করি থোকই। লৌনম ৱাহৈনা মালেম তাইবং পুম্নমকপু মাংননবা শিনবা নুংপানপুবা মপু হৌজিক্তি নহাক করি থোকই। চাওরবা খোংজাও অদুনা শমু হকচাং অদুদা খোংপাক অদুনা হেক্তা গ্রী গ্রী গ্রী নৈখাইরকপদুদদি হেক্তা অশিবগুম তাবনি। মখোয় মঙা অদুসু শাইওন মীরেন লাংওনবনা অমুক অমুক কাওরকপদা অশিবগুম্না লোয়না তারে। লোইশা তাকপীয়ু শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মসিদি করম তৌগনি। উম মসিদি উ য়াল্লসি। উ অসে শৎ শৎ হেক্তা য়াল্লগা পুনশল্লগা মদুদা পুল্লগা হাপচিল্লগা উরিনা করক করক করক হেক্তা লাকশিনলগা চাওরবা শা অদুগী মথক অদুদা ফন হেক্তা চোংখৎলগা মখুৎ অদুনা উরি কিরিবদু পাইরগা জোরো জোরো চিংলগা হেক্তা অঙকপগী মশক্তা লাকই। জোরো জোরো চিংলগা পরপ-পরপ লাকপা জীরি জীরি জীরি থৌরকপসিনা অঙকপগী মশক ওইনা থৌরকই। মখোয় অনিনা লৈরিবা লাইজা ঈপাল অদুগী মনাক অদুদা তলাপ পামেল অদুদা হৌগৎলো হায়দনা লোয়না হৌগৎহল্লগা অমুমুক চাওরবা খুৎচাও অদুনা বুপ বুপ থোম্বদদি জ্ঞান পোপ তাই। মখুৎ অনিদো করক-করক পুনশিল্লগা তলাপ পামেলগী মখোঙ অদুদা মখোয় মঙা-তরুক অদো লোয়না পুন্দুনা থম্মী।

নখোয়না চীঞ্জাক চিন্দমলমদাইদা অমমম থাদোকপীগনি। মখোয় তরুক অমা লৈরোকো হায়দনা থনম্মী। অমুক ঐখোয় লাক্লিফাওবদা তুমিন্না লৈরমগদবনি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিসে পরপ-পরপ চৎখরে। পরপ পরপ চৎপ্রগা কদাইদা অমুক থুংঙুরে হায়বদা লৈশাপুবা উরান শলাইদা থুংঙরে। লৈশাপুবা উরান শলাইগীসু হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা অকনবা ঙাক্তা থৌনা ফবশিং অসে য়াম্না লৈরমমে। ও শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনি অসিনা পরপ-পরপ চংশিল্লকপা মতমদা ইনৌরেম্বী কয়া লৈরাং হেক্কুনা লৈরম্মী। তাইবং পানবদা খোঙ্গুমলিবা চীংঙু মাগী মপোক ওইরিবি চীংঙু মাগী শাইওন ওইরিবি ইনৌরেম্বী য়েংবদা পাইমা পুক্লিং অসে হুরে মীৎফম হোংবা য়াদেনে। হে ইনৌরেম্বী কোলোয়বু করি কৌবগে করম্বা শলাইদা খোংদাবিবনো হেক হায়রকপদুদা ইনৌরেম্বীসিনা-হি, করিনো উরান শলাইসিদা খোংদা ঈরি তমলক্লিবা অসিনা কদাইদগীনো? ঐখোয় উরান শলাইগী তম্বদি নৎচদে নুংশেমপুবা মপু শলাইগী তম্বনি ব্বারৌবিগনু ইনৌরেম্বী নুংশিদুনা হায়বনি পামদুনা কোলোয় পাওদম্বনিদো ব্বারৌবিগনুনে হেক হায়রকপদুদা ও ইতারোই তাকপীয়ুদো তু লাক্লিবা তম্বা অসি কোলোয় মপাও তাবদদি পুক্লিং হুইদো। অদুগা চেংলৌ শকসু য়েংবদা হেনলি মীৎফম হোংবা য়াদেদো। তম্বা মখোয় অসে অতোপ্পা শলাইগী নুংশেম্বা পুবগী পরিনি হায়রে অদো তম্বা অনি অসে য়েংবদদি চেংলৌ হেল্লি করম্না পাওখুম পীগনি। করি হায়রিবনো ইতারোই হেক উবদা নুংশিবনদি অহানবা ওইরে অপাম্বদুনা অকোনবদা লৈরে হায়ফম খংদনা লেপফম খংদেদা উপাই লৈতে করিবু হায়গদবনো হায়দনা অসুম্না হায়রকই। করি হায়না খুমগনি অদুদি? শুম্না খুল্লসি লৈশা পুবা উরান শলাইরেনগী ইনৌরেম্বী ঐখোয়সু তম্বদু উবদা হায়ফম খংদে য়েংফম খংদে পাইমা পীবুক অসে ইরাং লাংনা লৈরাং মাসু লৈশাৎ তমলম্বদগী হেন্না অমুক লৈকা ফন্না লৈশা তমমকইবসিনা করিগীনো হেক্তা হংঙসিনে। উম ও, য়েংবদা পাইমা হুরবা ইনৌরেম্বা শলাইশা মফমসু

খংজদে কোলোয়সু খংদেদো। অদুবু হেক উরুবা ৱাংলেন অদুদা শমু হকচাং পুম্নমকসে লৈফম চাফম খংদবা হায়ফম তৌফম খংদবা ওইরে। হেকচরিবা লৈরাং অসিসু পোমশাৎনরম্বী মহাকসু শকাইরকলেদো। লৈরাং লৈনম নমলমদবসু লৈকা ফন্না শাৎকাইরক্লবনিনা লৈনম অদুসু লৈপান অমদগী উপাল অমা ৱাংমা লান্না নমমকপসিবু করিগীনো হেক হায়রকপদুদা-লোইশা করিনো মোইনা হায়রিসিবু? উম ঐ খুমগে। ও ইনৌরেম্বী অদুদি নুংশিবা তম্বা মহাক্লা খোংদোইরকপা উজবা ফংদ্রবা মহাক অদো মংলান ওইনা উজঃম্বদগী তাইবং ওইনা লেপ্পরবদুদা হরাওবনা মপান নাইদবদুনা নুংশিবনা লমখৈ খাইদবদুনা ওইগনি। ও, ইস ঙাংবা খুম্বদি য়াম্না হৈরিবা জাৎনিনে অমুক্তসু থেংনদ্রিবা অমুক্তসু থেংনদ্রিবা অমুক্তসু য়াৱা কাংদ্রিবনিনা হৈরমগনি নিংশিংবা অদুনা অদুম হায়বনি। অদুবু হৌজিকপু করি তৌসি হায়বনো হায়বগী কোলোয় য়াৱাদি য়াম্না থওইদবা অমদি শলাই অমনা শলাই অমদা য়াৱা কাংবা মতমদা য়াৱা চিনবু হেল্লি খনবিগনু। ঐখোয়দি কোরৌ মশিং য়াম্মে হৈরাং চিন্দমদবা কোরৌ মশিং য়াম্মে লেমলৈ ঙারম চিন্দমদবসু। অদুনা অৱা হুইদোই লাংবা য়াৱা অদুনা খাংঙমদ্রবদুনা ইনৌরেনবী হেক উবা মতমদা খাংফম খংদনা হেক্তা পংহাইদা হায়রিবনি। অদুদি উরান শলাই শিদবগী কোলোয়সিবু করি কৌবিবগে? লৈশা পুবা কোলোয় কৌই। থৌনা লৈবা মপুনি। ও অদুদি য়াম্না ফৈনা করিগুম্বা লৈশাপুবা মপুবু উখ্রবদি য়াইবি চাইরগনি। ঙবা য়াদবনি মহাক্কী শলাই অসিদা লৈরিবা ইনৌরেম্বী অসিগা অতোপ্পা ভম্ব অমগা ৱারি হেক পৌশানরম্বদা ৱাংলেন অদুদা য়াইবি মীরেন চাইরগা মালেম লৈশা লৈরোন চনবনি। ইস; ওম্বোক্লা কীজরেদা ইনৌরেম্বী অদুদি করম তৌগনি? কোরৌ ঙসিগীদি খোংদোইবিরো ইনুং ঙাল্লবা মতমদা অমুক উন্নরসি। হোয়-হোয় অমুক উন্নরসি কোলোয় কাংঙেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা-লোইশা করম তৌগনি? অদুদি উম হান্না ইনৌরেম্বীসে উন্নরবনিনা ঙসিগীসে অসুম হল্লসি। হনবা হায়রিসি কদাই তান্না চৎকদৌরিবনো ঐখোয় অনিদি

ঐখোয় অনিগা পুল্লিবা শাদুগী মনাক্তুদা লৈবা তারেদনা। হোয়-হোয় ইনৌরেপ্নী অমুক খোংদোইজরগে। খোংদোইবিরোদো হায়রগা পরপ-পরপ খোংদোইরকই। শাদুগী মনাক্তা তুমিন্না ফল্লগা ঐখোয় অনিবু অসুম তুমিন্না ফমগদবরনে; হুম ঐখোয় কুইনা পনথবদি য়ারোই ফাদবা য়াদবনি। ফরে অদুদি অঙানবগী মতম লোইরক্লবা অহিং অথেংবগী মতম থৌরক্লবা মতমদা হেক্তা ফারসিদনা। উম ফারে অদুদি ঐখোয় অনি খৈনা তুমখুন তাল্লসি। তুমদুনা নুংঙাইনা লৈথোকলসি। লৈথোকখিবদগীদি ইনুং ঙাল্লকলে। ইনুং ঙাল্লগা লৈশাপুবা মপুনা উরান শলাইগী ঐখোয় পুন্নমক কোরৌ ঙসিদি মালেমগী লাইজা ইরোলনুংদা কুমদুনা মপুং ফাবা লেমলৈ ঙাবু ফাদুনা শলাই ঐখোয়গী চিন্দম ইরেন তমগদবা কোরৌনিকো, উম অদুদি অহানবদা লৈশাপুবা মপু ঐনা লাইজা ঈপান্দা কুমদুনা লেমলৈ ঙাবু ফান্নবা শিন্থা কোলোয় কাংগদবনি। অদুগী মতুংদগীদি নখোয়না ফাগদবনিকো উম মদুদি য়াম্না নুংঙাইরে হায়দনা কোলোয় অদু কাংলে হায়রগা ইনুংবা ঙাল্লকলবনিনা লৈশা পুবা মপু অসিনা লাইজা ঈপান ময়াই অদুদা পরপ-পরপ কুমথরগা য়েংঙকো। ঐনা লাইজা ঈপান অসিগী মনুং অসিদা চুপ লাওনা লুপথ্রবা মতম অসিদা শোইদনমক্কী ঐনা ঙাবু ফারগা পুখৎলক্কদবনি। অদুগী মতুং ইন্না নখোয়সু ফাগদবনি। উম অদুদি হৌজিক শেম শারসি। হেক শেম শারকপসিদা; লোইশা তাকপীয়ুদো। নহাক অসিদা ফমম্মু ঐ মানা লাইজা ঈপাল কুল্লিঙৈসিদা অমুক্তুং খুদোং চাবা লৌবা য়াব্রা য়েংগে হায়দনা শাইওন মীবেন লাংওনবসিনা লাইজা ঈরোলনুংদা ফন হেক্তা চোংথরগা মনুং অদুদা লৈরে। লৈশা পুবা মপু অসিনা উরান শলাই শিদবা ঐনা কোরৌ ঙসিদি লাইজা ঈপান অসিদা কুম্মক্লে হায়রগা লাইজা লেমলৈ ইনুং ঈরিদা চাক্তারিবা লেমলৈ ঙাবু ফাগদবা মসিবু ঐগী শলাই অসিদা মপুং ফারবা লেমলৈ ঙা অদুনা শারেন ঈরি তম্বা তারে হায়দনা হেক্তা পরপ-পরপ কুমলক্লগা জম লাওনা চোংথরকপদা শাইওন মীরেন লাংওনবা অসিনা মাগী লুরেনদো তাপ হেক্তা পাইরগা ঈশিং মনুং অসিদা জীরি জীরি জীরি

চিংঙগা হেক্তা লাপ্না পুরগা ঈপান অদুদা ফাওগৎলুরেদো। ফাওগৎলগা হেক্তা কাওবগা থিনবগা কাওবগা থিনবগা ফৎ-ফৎ হেক্তা কাওরগা থিল্লকপদা হেক্তা ঈ ওবমখৈ ফুরেদো মখুৎ অসে পুনশল্লু হায়দনা করক করক হেক্তা পুনশিল্লগা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা ঐ য়াব্রা কোলোয় কাংগেকো হায়দনা পরপ-পরপ চৎখ্রগা-তাও লৈশা পুবা উরান শলাইগী থৌনা লৈবা লৈশা পুবা অদো শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা ফাদুনা পুরবনি। করিগীদমক্তনো হায়বদা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐবু লৌনম্বনি হায়দনা তাইবং খুদিংমক য়াইবি মাংহন্নবা লল্লোং শিল্লে হায়দনা মালেম লৈপানপুংদা মীনম্বগী য়াব্রা কোলোয় চিন্দমলম্বগীদমক্তা মহাকপু ঐনা ফাদুনা পুরবনি। উরান শলাই নখোয়না মহাক্কী য়াইবি কননিংলবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী খোংলোয় ওইগদবা ইনৌরেম্বা চাম্মা ইনৌরেম্বী চাম্মা-চাম্মনা খুৎজিং ওইদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী ইফমদা পীরক্লবদি লৈশা পুবা মপু উরান শলাইরেন শিদবা মপুবু অমুক নখোয়গী নফমদা শিন্নগনি নৎত্রবদি মহাকপু য়াইবি লৌরগনি হেক হায়রম্লগা শাইওন মীরেন লাংওনবা শ্বর হেক্তা মাংখরে পরপ-পরপ হল্লক্লগা লোইশা অমুক খোংলোয় ঈরি তল্লসে হায়দনা শারেন শাবুক মথক্তা শৎ হেক্তা হাপকৎলগা মখোঙ মখুৎ পুনশিনলগা জীরি জীরি জীরি জীরি থৌগৎলকইদো। জীরি জীরি জীরি থৌগৎলকপদা ঙশাইগী পুল্লগা থল্লিবা তলাপ পামেন অমদুদা অমুকসু হেক্তা করক-করক লাক্লুনা পুল্লগা থম্মী। খোংপাক হুদ্না থোক-থোক হেক্তা কাওবনি মীনম্বা য়াব্রা কাংদুনা শমুমাই থিনম্বা হোৎনরেদো হায়দনা অশাওবগা লোয়ননা ফজনা চৈথেং পীরেদো। অমুক হন্দুনা য়েংবদা নুংপান পুবা শলাই মপু মদুবু হল্লক্লে হায়দনা কোইথি থিদুনা অঙকপগী মশক ওইনা থিগৎলকলেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা থেংনরেদো। করিগীনো তাইবং নখোয়না শুকনা মমলবা উমং অসিদা নখোয়না কোইথি থিরিবদি করিগীনো? ঐখোয়গী শলাইরেন শিদবা নুংপানপুবা তাইবং শখাইবা অদো হল্লকখিদ্রে অদুনা মহাকপু য়ারৌ শা তানবদগী হল্লক্লে। কদাইদা লৈরিবনো

থিরিবনি। হা হা হা হা হা নুংপানপুবা তাইবং শখাইরেন শিদবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা মাগী থৌনা ফরবা খোংলোয়শিং অদুগা পুন্না কাদুনা পুরে। অদুনা মাগী থৱায়বু হিংনিংলবদি ঐনা মহাকপু নখোয়গী শলাইদা তেকপা কাইবা য়াওদনা থিল্লক্তরিফাওবদি নখোয়গী শলাই অদুনা তাইবং শলাই অমগী মফমদা খোঙ্গুম ঈরেন তন্বা য়াদে। করিগুম্বা খোঙ্গুম্বা তারবদি নখোয়গী শাকোকলেন শলাই অদো য়াইবি লৌরগদবনি অদুগী ঐনা পুরক্ত্রিফাওবদি নখোয় ঙাইদুনা লৈগদবনি। ও অদুগা ঐখোয়গী শাকোকলেন শলাই নুংপানপুবা শলাইবু ফাবিরিবনা করম্বা তাইবং জীব ওইবনো? উম শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা ফাদুনা পুখি হায়দুনা নখোয়গী শলাই অদুদা ফজনা য়াৱা কোলোয় পাওদম্মু। অশেংবদো খংনিংলবদি লাংওনবা মপুগী মফমদা হৈরাং-লৈরাং তমদুনা থৌনি পরৈ চেৎতুনা য়াৱা কোলোয় পাওহংজৌ। অদুগা কোলোয় শিন্থা অদো তাকলকপরা অদুক য়েংঙু। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু শিন্থা অদুমক ননাই ঐখোয়না কাংজরগে। অদুবু ঐখোয়গী শাকোকলেন শলাই অদুদি য়াইবি মীরেনদি মাংহনবিগনুকো। হুম, হুম, হুম, হা, হা, হা, মাংহল্লোইদা। উম অদুদি ঐ তন্না অমুক খোংদোইরগে হায়দুনা খোংদোই ঈরি তমখরেদো। লোইশা; তাকপীয়ুদো মপু। পোংপুবা পুংফাই শলাই শিদবা অমুক ফাগদবনি লাও শা অদো পুরকউ। শা অদুদা ফন হেক্তা চোংখৎলগা জীরি জীরি জীরি... হেক্তা থৌরকপা জর জর...ফন ফন চোংদুনা থৌদরকপসিনা হৌজিক্তি লাইজা ঈপান অসে লানবদি শা অসিনা ঙল্লরোইসিগী ৱাংমসিদা শা অসে পুনদুনা থনমমসি হায়দুনা শা অসে চাওরবা উরি অদুনা ফজনা পুন্দুনা থনমমে নখোয় অনি ঈপাক অসে লাল্লসি হায়দনা ঈপাক অদো করম্না লানগনি মসিদি উপাই লৈতেনো হায়দুনা করম্না লানগদগে হায়দুনা ঈশিংদা লৈরিবা চাওরবা জীবসি কনা ওইবগে হায়বসি শুম য়েংবা মতমদা চাওরা-চাওরবা ঈশিং মনুংদা শাগী মশক ওইরবা জীব ময়াম অমা লৈ। মদুগী জীব অদো অমা হেক্তা ফারসি হায়দুনা ঈশিং নুংলোন লৈশা অসে তাপ হেক্তা ফারগা মনঙ্গলদুদা ফন

হেক্তা চোংখৎলগা শাইওন মীরেন লাংওনবা লৈশা অনিসে হেক্তা ঈশিং মনুংদা জীরি, জীরি, জীরি, হেক্তা লাল্লকপসিনা-লাল্লকপসিনা ঈশিং ঈয়াই য়ৌবসিদা উরু-উরু লৈদো। শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা চাওরবা খুৎচাও অসিনা পোপ লাওনা থোম্বদুদা ঈশিং মনুংদা চুপ হেক্তা লুপশল্লি। লৈশানা-শিবা তারে। হে শিরোই। ই! ফোং অমুক ফাওগৎলি অমুক চুপ-লুপথৈ অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা চাওরবা খুৎ অসিনা লাইজা ঈরিনুংদা লৈরিবা লৈশা ঈরি তম্বা জীব অদো খুৎচাও অদুনা পোপ পোপ থোমদুনা য়াইবি লৌরেদো। চৎলো নহাক অদুম্না মপু ঐনা খোংদোইরকপা মতমদা অদুম্না লৌনম্বা মীনম্বা ওইরবদি নংগী নচা নশু পুম্নমক তুম্না মাংবা শিবা ওইরো শিম্থা পীরকপদা লোয়ননা হাৎতোকঅগা থনমমেদো। লোইশাদি লানবা ঙমদবনিনা শেগাদা তাপ হেক্তা পাইশল্লগা ফন হেক্তা চোংবদুদা ঈপাক অদুগী ব্রাংমদা অমুক তারেদো। হেক তাবদুগী খরা হেক্তা চৎলগা পোংপুবা পুংফাই শলাইগী লমদম য়ৌরে পোংবুবা পুংফাই শলাই অসিদদি লোৎপা য়াদরে। ঐখোয় অনি পরপ-পরপ হেক্তা চংশল্লসি হায়দুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা অসিগা লোইশা অসিগা পোংপুবা শলাইগী পারি ইমোম অসে পোপ পোপ হেক্তা কাওবনি। হেক্তা কাওবগা থিনবগা অঙকপগী মশক ওইনা ফুগাইরকপনিদো। অঙম অঙম্বা লৈরম-লৈরম্বা হেক্তা ফুগাইরকপসিনা পরপ-পরপ হেক্তা চংশল্লকপনিমা। থৌনা ফরবা মাগী খোংলোয় ময়াম অমা লৈরমগনি। মসিনদি ওইবা য়ারোই হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিনা খুৎশু থাংলেন অদো শর হেক্তা শৎলগা থাং অদো শর শর শৎ হেক্তা য়াংখাইরে। অঙকপগী মশক্তা য়াইবি লুরেন হেক্তা চাইনরগা অঙকপগী মশক ওইনা হাৎতোকএদো। হাৎতোক্লবা মতুংদা পোংপুবা পুংফাই শলাই থেংনরে। ঙাইখো থৌনা ফরবা পোংপুবা পুংফাই শলাই হৌজিক্তি শমুমাই থিংনিংদ্রবা য়াইবি লুরেন কেন্নিংদ্রবদি শাইওন মীরেন লাংওনবগী মাংদা চৎলু। করিগীনো? লৈপানপুং অদুদা মীনম্বগী য়াব্রা কোলোয় চীঙ্গোইনরগা ঐবু মাইথিবা পীবগা চপ মান্ননা

য়াব্বা কোলোয় কাংলম্লগা লানকুম্বা খোংলোয় তম্লগা ঙল্লোই হায়দনা হনখিবগী মরমদি করিগীনো হায়রগা শৎ হেক্তা নৈশল্লগা চাওরবা খোংজাও অদুনা পোপ-পোপ হেক্তা কাওধরকপা পুংফাই শলাই পোংপুবসে হেক্তা কাংদুম ওনবগুম ওনবা পোপ-পোপ হেক্তা কাওরকপসিনা লোইশা নং অমুক্তং কাওদুনা য়েংঙুদনা হায়বদা লোইশানা অমুক তং-দং লাওনা কাওরদু পল্লুরগা হনতোকলকপসিদা নিংথেঙননা নুঙদা য়ৈশনববু উম শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী ইত্তিক নৎতে। ও অদুদি ফম্মু হায়দনা মাগী মনাইলোই খুদিংমকসে অঙকপগী মশক্তা পোপ- পোপ হেক্তা ফুগাইরগা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা পোংপুবগী শগল অসে তাপ হেক্তা পাইরগা গরা-গরা চিংখাইরকপসিদা পোদ্রোপ পোদ্রোপ হেক্তা চিংথোকপনিমা। সেঃ লোইশা উরি অদুনা পুনশল্লু মখুৎ অদো পুনশল্লগা চৎহল্লু হায়দুনা ফাদুনা পুরকএদো। মসিদি করম তৌগনি হায়বদা লাইজা ঈপান অদো উরি অদুনা পাইরগা লোইশা নহাক উরি অসিনা য়েৎপীরগে হায়রগা মখুৎনা থক হেক্তা য়েৎশল্লি। পোংপুবা পুল্লিবা উরি অদো পাইরগা জীরি জীরি...হেক্তা ঈরোইরগা লাকপনিমা; মখোয় অনিদি করিসু তৌদে। পোংপুবদি ঈশিংদা হেক্তা মবুক অদো পীকথন্না থকচনদনা অশিবগা চপ মান্নরে। অশিবগুম্বনি ঈপাক মপান অদো হেক য়ৌবা কানসিদা লোইশাসে শৎ হেক্তা লংখৎখ্রগা পোপ হেক্তা তাই। হৌগৎলু; হৌগৎলে; শে উরি অসে পাইয়ু চিংখৎলু হায়রগা জরা-জরা...চিংখৎলগা নৈরাই মপান হেক য়ৌবা মতমদদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করিনো শিদি শিরবা মাল্লিনে। এ শিবা নৎতে মবুক অদুদা খোংপাক অদুনা নেৎলু হায়দুনা মবুক অদুদা খোংপাক অদুনা গীৎ লাওনা নেৎথরকপা মতমদা ঈশিং অদো জোরো জোরো হেক্তা ওথরকপা; অমুকসু নেৎথৌ অমুকসু গীৎ লাওনা নেৎথবদা ঈশিং অদো থোরোক-থোরোক ওথোকগা; হৌগৎলু অদুম্না শিশন্নবা য়ারোই হায়দুনা খুৎপাক অদুনা পোপ লাওনা থাবা মতমদা মমিৎ অদো খংশিং শিংই। শা মথক্তা হাপকৎলু হেক্তা হাপকৎলগা জরা জরা গদাক গদাক নুংশিৎকী মমাং

থাদুনা থৌগৎলকপদুদা ঙশাইগী পুল্লিবশিংদুগী মনাক অদুদা অমুকসু চাওরবা তলাপ পামেলগী মখোঙ অদুদা পুল্লগা থম্মী। তো লৌনম্বা ওইবা পোংপুবা পুংফাই শলাই শিদবা লৈশাপুবা, নুংপানপুবা হৌজিক নখোয় অহুম নমিৎতো মুন্ন-মুন্না য়েংনৌ। খুৎপাক অদুনা পাক পাক থাবদুদা ঈদো থোরোক-থোরোক ওই। করিগুম্বা অমৎতা হৌজিক পীজবা য়াদরে ব্রাৎলি লোয়না ফাদুনা পুরক্কদৌরিবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা, লোইশা অনি অসিনা মথং-মথং ফারকএ। অমুক লাকও হায়দুনা শা অদো তোংদুনা জীরি জীরি...থৌধরকপা অমুকসু থৌগৎপা হনতকমুকনা করোমদনো মপু? লাকতা লাও অদুম তুমিন্না লৈয়ু ঐনা খোংলোয় ঈরি তল্লিবদো অদুম ইন্নগদৌবনি। অসুম্না জীরি জীরি লাকপনা হৌজিক্তি নুংশেম্বা তিল্লম শলাই শিদবগী মফমদা য়ৌরবনি খংঙবরা? উম মসিদি করম তৌগনি শেংনা অদুম হায়গদবনি। পরপ-পরপ চংশল্লকইদো। কনা ওইরবনো খোঙ্গুম ঈরেন তম্বীরকইবা? উম ঐখোয় তাইবংনি তাইবং ওইবা ঐখোয় অনিনা লাক্লিবসে নুংশেমপুবা তিল্লম শলাই শিদবা উন্নবা লাক্লিবনি। নুংশেমপুবা তিল্লম শলাই শিদবদি উন্নবা য়ারোই। করিগীনো তাইবং মীনা তাইবংমী উন্নবা য়াদবগী মরমদি করিগীনো? মহাক্তি শলাই শিদবা ওইবনি। তিল্লম শলাইরেন শিদবা ওইদ্রিবদি উন্নবা য়াদে। অদু ওইরবদি উন্নদবা য়াদরে। অদুদি নহাক য়াম্না থৌনা লৈবা মল্লি। শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা মাগী শক্তি চপ চানা তৌরগা মাগী খুৎপাক অদুনা পোক লাওনা থারগা মখোঙ অদুনা অমুক তঙ কাওখিববু ফনা য়াম্না লাপনা পুপ লাওনা তাখরে অঙকপনি। অদুমনা গোরোং গোরোং লৈরম্বসে পোপ-পোপ লাওনা কৌখাইরগা জীরি জীরি...হেক্তা চংশল্লকসিদা নুংশেম্বা মপুনা-ঈ! করিনো শাইওন মীরেন লাংওনবা লাক্লিবসিদি করম হায়না তৌবাজাৎনো? নুংশেমপুবা তিল্লম শলাইরেন শিদবা; তাকপীয়ুদো! শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুনা। হৌজিক্তি শাইওন মীরেনগী মফমদা খোংদোইরসি ননাই তিল্লম শলাই ঐদি খোংদোইজবা ঙমজরোই। করিগীনো খোংদোইবা

ঙমলোইদৌরিবদি? য়াৱা অদো হন্না অমুক চিংককনবা য়ারোই। শাইওন মীরেন লাংওনবনা য়াৱা হন্না চিংককনগুমসি। য়াৱা কমজাও হুনগনু নুংশেন্বা য়াইবি মাংদুনা তোক্কনি। উম শাইওন মীরেন লাংওনবা থৌনদি ফনা লৈবনি অদুবু মানা হায়বমক্তি চৎখিরোই নুংশেন্ববু শমু মাইথিবা পীগদবা তাইবংদদি মরু হুল্লখিদ্রি মালেমদা। ও; অদুদি মরু অদো ঐনা পীবা তারে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা শৎ হেক্তা লৈশল্লকঅগা মহাক্না লৈরিবা লৈশা নুংশা পুম্নমক ফুকঅগা হেক্তা লংঙকপদা মালেম লৈশাদা বুপ হেক্তা তাবদুদা নুংশেন্বা মপু শল্লগা তারে। পরপ-পরপ চংশল্লকঅগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা চাওরবা খোংজাও খোংপাক অদুনা পোপ লাওনা নেৎথরকপদদি শরু অদো লোয়না পোরোক পোরোক তেকথরকই কেনবদি নৎতে। অদুদগীদি হন্না অমুক্কসু লংখৎলগা কাওবা, অমুক্কসু লংখৎলগা কাওবা, অমুক চিংখৎলগা কাওবা...। লোইশা তাকপীয়ু মপু; মখুৎ পুনশল্লু মখুৎ পুনশল্লগা শাকোক শমুনমদা হাপকৎলু হায়বদা শাগী শমুনমদা হাপকৎলগা পরপ-পরপ হেক্তা থৌগৎলকইদো। থৌগৎলকঅগা মখোয়না পুন্দুনা থম্মীবা তলাপ পামেল অদুগী মনাক অদুদা তুসিদা নখোয় শলাই অহুম অমসু লৈরেদনা নংসু মফম অসিদা লৈগদবনি। করক-করক লাক্কুনা পুন্দুনা নুংশেন্বা তিল্লম শলাই অদো থম্মী। লৈহৌরো মখোয় মরি অমসু ৱাৎলি হায়রম্লগা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিসি পরপ-পরপ লাকই অমুকসু লাংপুবসু ঙারম শলাইসু পরপ-পরপ হেক্তা লাক্লগা চাওরবা উজাও অসে পোপ হেক্তা থুদেকঅগা লাইজা ঈপান্দা শর হেক্তা লাংথরগা অনি অসে তোংঙগা মখুৎ অসিনা জীরি জীরি... হোল্লগা লাকঅগা লৈরাই মপান্দুদা উঙামদু উচুক থোক হেক্তা য়ুংশল্লগা পরপ-পরপ কাখৎলকঅগা লাংপুবসে লুশমদুদা তাপ হেক্তা পাইরগা লংঙকপনিমা। মদুদা লৈরিবা তাইবংশিং অদো পোদোপ-পোদোপ ফুগাইদুনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা থুগাইরকপনি। লোইশবা; তাকপীয়ু মপু। উরিদুদা মখুৎ পুনশল্লগা মখুৎ অদুনা উরি অদো পাইরগা জোরো-

জোরো... চিংঙগা পুরকপনিমা। উঙামদুগী মনাক্তুদা শৎ হেক্তা থাংকৎলগা উঙামদুগা পান্নবা পুনশল্লু। চাওরবা খুৎ অদুনা খুৎতুম অদুনা তোক-তোক শুগাইরকপদুদি ঙারম শলাইরেন শিদবা অশিবগুম্বনি। ঈশিং ঈপাক অদো জর-জর... হেক্তা হোল্লগা লানথোকঅগা উরিদো পাইরগা চিংখৎলগা দোম থাধে। তু, ফারকপা নখোয়গী শলাই নিপান অদো মশিং শুগদৌরিবনি। মহাকসু তলাপ পামেন অসিদা পুল্লগা থমগদৌরিবনি করক-করক লাকশিন্দুনা পুন্দুনা থমমে নং অমসু লৈহৌখো থনমমে। লোইশা অমুক চৎসি হায়দনা পরপ-পরপ লাকই। লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবগী মফমদা লাকপসিদি সিসু পাক্লবা ঈপাক অসিসু লানদবা য়ারোই হায়দনা উঙাম অদো শৎ হেক্তা ইনথোকঅগা ফৎ চোংখৎলগা মখুৎ অনিদুনা হেক্তা হোল্লগা অসুম লাকপসে অসুম লাল্লকপসিনা ঈপাক ঈয়াই য়ৌরকপদুদা লোইশানা হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করিনো ঐখোয় অনিনা ফরকইবসে ফনায়াম্নদি য়াম্মকএদো। উম য়াম্মবনি ঐখোয় অনিনা ফারিবসি। অদো কয়াম ৱাৎলিবগে? এ অহুম ৱাৎলি ফাগদৌরিবা। অদুদি সিগী ৱাংমদা লৈরবরা? লৈরবনি। ঈপাক অসিগী মপান য়ৌরবনিনা উঙামসি য়েশল্লগা থম্মসি। থোক হেক্তা য়েশল্লগা থম্মী। মদুদগীদি ফন চোংখৎলগা পরপ-পরপ হেক্তা লাকপনিমা। লাংপুবা নোংদোন শলাই অসে মাগী শলাইশিং অদুগা হৈরাং চীন্দম্বা লৈরাং চীনমেন্নবা শিন্থা কাংদুনা শারম চীন্দম ঈরেন তমদুনা লৈরম্মী। লৈফাবা নোংদোন লাইরেন শিদবা; ঈ: শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু, লোইশা অনিনা লাকপসিদি করিগীনো শাইওনবা মপুনা লাকপদি তাকপীয়ুদো। উম তাও লৈফাবা নোংদোন শলাই নংগী খোংলোয়শিং অদো লোয়না কৌথোকলকউ। খোংলোয়শিংদো শিৎ নান্না কৌথোকলকই। লৈপানপুং অদুদা লানলোই খোংলোয় ওইবা ঙম্মরোই হায়দুনা চৎখিবা নৎতরা। ঐখোয়দি খোংলোয় ওইবা ঙম্মরোই হায়বা নৎতে লৈফাবা মপুনা চৎসি হায়দুনা চৎপনি। ঈঃ মহাক্না চৎসি হায়না চৎলবদি নখোয় অৱাবা দন্দি

ফংবা তাই হায়দনা লোইশা উরান উপান উতেক অদুনা থুগাইয়ু হায়বদা পোক হেক্তা থেকঅগা পোপ-পোপ থোম্মকপসিনা মদুদা লাকমিন্নবা খোংলোয় খুদিংমক্তি অথৌবা ওইবশিং অদো শিং নান্না ফুগাইরেদো। চৎলসি লৈফাবা নোংদোন লাইরেন শিদবা অদোম্না ঐগী শলাইগী ইফমদা লাক্লগা থৌনা ফবগী লিংজেন অদো ফুদোকপীগনু। লৈফাবা নোংদোন শলাই হায়বসিসু ব্রাংলেন অমগী কোরৌ কয়াগী মপোক্তি তাইবং জীব অমনা শমুমাইথিবা পীদরিবনি। ও, অদুদি মাইথিবা পীবা তারে হায়দনা চাওরবা উরি অদো থুপচল্লগা পোপ শেৎ-শেৎ হেক্তা কনধরকপবু থরো-থরো ওন্দুনা খাংঙি। চাওরবা উরি অদুনা পংফুদা হেক্তা অঙকপগী মশক্তা ফুরকপা; ফু ফুদুনা পুনশল্লগা উঙাম অদুগী মনাক অদুদা হেক য়ৌবদা উঙামদুনা উরিদুনা করক-করক লাক্তুনা পুনশল্লগা থমখরে। শাইওনবনা-তাও তাও লৈহৌরিবা খোংলোয় শলাই নখোয়না মহাক্কী খোংগুন লিরককে হায়রবদি ঐনা চৎলিবা মফম অসিদা লাক্কদবনিকো। অদুগা ব্রারি পৌশান্নগদবনি হাইদুনা হায়রমমগা ফাদুনা পুরগা লাক্লে। ঈপাক অদো লানবা লোয়দনা পুল্লিবা লৈফাবা নোংদোন শলাইদো উতেক্তুনা উদুদা...পোপ পোপ লাওনা থোম্মী। য়ৌরক্লগা পুন্দুনা থম্মী। শিদা লৈয়ু; নখোয় তাইবংদগী খ্বাইদগী ফৎতবা জীব ঙাক্তনি। নখোয় করিগুম্বা অমৎতা পীজবা য়াদে পীজদনা হাৎকদবনি হায়দুনা অদুম থম্মী। লৈহৌরো হায়রগা থনমলে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা লোইশা লাও হনতক্তি অনি পুন্না ফাগদবনি। ফাগদবা শলাইদি লিললম পুবা মপু অদুগা কুমপুবা কুমশা শলাই শিদবা অসে মখোয় অনি পুল্লপ পুন্না ফাগদবনি হায়দুনা পরপ-পরপ...হেক্তা লাক্লগা লোইপুবগী মনাক্তা পরপ-পরপ চংঙকঅগা মাগী খোংলোয় খুদিংমক অসে লোয়নমক উরি অদুনা করক-করক হেক্তা লাকশল্লগা পুনশল্লগা লোয়না ফুধবনি। ফুধরগা লোয়না থরো-থরো ওন্দুনা লৈরিঙৈদুদা লোইবুবসে তাপ ফারগা মখুৎ অসে পুল্লগা পোপ-পোপ ফুধরগা শাঙৌরেনবগী শমুনমদা শৎ হেক্তা হাপকৎলে। ঐবু কয়াইদা পুগদৌরিবনো? য়াব্রা অমা ফাওবা কাংবা

য়ারোই হায়দুনা মচিন অদুদা পোপ লাওনা থোমজল্লি অদুগা অমুক কুমপুবা শলাইগী মফম তান্না কদক-কদক থৌগৎলকঅগা য়ৌরকএদো। কুমপুবা শলাইরেন শিদবা; তাকপীয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা। লাও ঐগী ইফমদা খোংদোইরসি লাও। ঐ খোংদোইবা ঙম্নরোই। ঙমদা ঙম্মরোইদরা? ঙম্মরোই শুকঙম ঙম্মরোইদ্রা? ঙম্মরোই। অদুদি চৈরাক ফংবা তাই। পীবিয়ু চৈরাক অদুসু অদুমক লৌজগে। ও থৌনদি ফনা ফৈদনা হায়দনা লোইশা উরিদো পুরকউ মখুৎ অদো করক-করক পুনশল্লগা নংদি ফুরোই হায়রগা মখুৎ অদুনা উরি অদো পাইরগা ফন হেক্তা চোংখৎলগা জর জর...হেক্তা চিংঙকপনিমা হেক্তা ঈহিং নাহিং শাবনি। গোরো-গোরো...হেক্তা অঙকপগী মশক্তা চিংবদা শোরো শোরো চিংদুনা পুরগা লাকএ। মফম অদু হেক য়ৌবদা পুনশল্লে। তাও হৌজিক্তি কুমপুবা শলাই নংসু নংনা তৌবা শিন্থা অদুনা হৌজিক্তি ফংলেদনা। লোইপুবা শলাই নংসু ফংলেদনা; লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবা নংসু ফংলেদনা; লাংপুবা ঙারম শলাই নংসু ফংলেদনা; অদুগা নুংশেম পুবা তিল্লম শলাইসু ফংলেদনা পোংপুবা পুংফাই শলাইসু ফংলেদনা লৈশা পুবা উরান শলাইসু ফংলেদনা নুংপানপুবা তাইবং শখাইরেনসু ফংলবনিনা নখোয় শলাই নিপান অসিনা করিগীনো মালেম লৈপানপুং অদুদা তাইবং নখোয়গীদমক্তনে হায়দুনা ঐনা মতেং পীদুনা তাইবং নখোয়না মপু ওইনা পান্ননবনে হায়দুনা শিন্থা পীরগা নখোয় শলাই নিপান অসে য়াওবা ঙম্মরোই হায়দুনা মোংবা নরানয়াইদা চৎথ্রগা শলাই মাপন অদুগী মথক্তা নখোয়না লানশিংনরগা য়াইবি থব্বায় লৌরগা নখোয়গী শিন্থা পীগনি খল্লুবগী মরমদি করিগীনো হায়য়ু। ননাই ঐখোয়দি খনজদে। করিগী খনদবা হায়য়ু হায়দনা উরি অদুনা পোপ-পোপ হেক্তা ফুথরকই। তুমিন লৈয়ু য়াব্বা অমাফওবা কংবা য়ারোই। কনানা কোলোয় চিঙ্গোইবদগীনো নখোয়না শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐবু মাইথিবা পীরম্মগা চৎখিবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাইবং ঐখোয়দি পাঙ্গল শোনবনি জীব কনাদা তেমশিংনবা পামজদে। অদুনা ঐখোয় লানশিং অদো য়াওজরোই

হায়বনি। লোইশা ফুথৌ হায়দুনা লোইশা অসিনা পংফুদা ফুরকপনে হেক য়াৱা শোইরকপদা উরি অথুপপা অসিনা মঙারক-মঙারক কনগদবনি হায়দনা কোলোয় অসি কাংঙগা মথং-মথং মশিং থিদুনা কল্লকপদা; ও ঐখোয় শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐখোয় লানশিংনবা লানলোই অদো য়াওজরগে। ঐখোয়না পংবদগী তৌবনি। উম মদু য়ারোই হৌজিক নখোয় খন্নরমখো। নখোয় নিপান। ঐখোয় অনি লাইজা ঈপান্দা কুমদুনা লেমলৈ ঙা ফারুখিগে হায়দনা চৎখরে। চৎখিঙৈসিদা মখোয় নিপান অসি ঐখোয় মঙোন্দা মীনমদরবদি য়াররোই লানশিংনবা য়াওরগে হায়রগা মাগী লানলোই খুদিংমকসে তুম্না হাৎননবা শঙাংলেনবগী শারম অসিগা শারৌ শিন্নরসি। অদু নৎত্রবদি ঐখোয় মাংবা তারে। ঐখোয় লানলোই য়াওরগে হেক্তা হায়রসিকো উম তু লোইশা মখোয়না ঙাংনরিবসে তারবরা? তারে। অদু মখোয়সে হাৎতোকঅসিরা? হুম হাৎপদি য়াদে মথন্তা শিহনগদবনি হায়রগা পরপ-পরপ লাকই। ঐখোয় অনিনা লেমলৈ ঙা ফাদ্রিঙৈদা নখোয় করি ঙাংনৈ? করিসু ঙাংনদে। অদুদি নখোয় খন্নরবরা? ঐখোয়দি লানলোই খোংলোয় অসিদা য়াওবা হায়না লেপনরে হেক হায়বদুদা-লোইশা, মঙারক-মঙারক কনধৌ হায়দনা হেক্তা মঙারক মঙারক কনধরকপনি। অমুক হায়য়ু য়াওবা ঙম্মরোই হায়য়ু। ঐখোয় য়াওবা ঙম্মবোই। অমুকসু মঙারক কনধৌ। মঙারক-মঙারক কনধৈ। করিনোনে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু য়াওবা ঙমগনি হায়বসু ফুই ঙম্মরোই হায়বসিসু কনধৌ হায়না কনথৈ করিনো নখোয়না শাকোকলেন শঙাংলেনবগী শরোই খুদিংমক্কা মান্নরগা ঐগী খোংলোয় খুদিংমকপু তুম্না য়াইবি লৌগনি। হৌজিক হায়খিবদো নখোয় করিগীনো? ঈ অদুদি ঐখোয়না পংবদগী হায়খিবনি পংলবদি শিংননবা ফুবা তারে। লোইশা মঙারক-মঙারক কনধৌ হায়না মঙারক কনধরকপসিদদি দাকফম ঙাক্তা ঙাইরে। অদু পংবগীনি অদুনা নখোয় হৌজিক করিগুম্বা অমফাওবা পীজবা য়াদরি য়াৱা কোলোয় চুমদ্রিফাওবদি পীজখিরোই। নংগী-নংগী শলাইশিং অদুনা খুৎলাম তোয়না কৌদুনা খোম্থাং য়ৈনা কৌদুনা লোয়না

লাকলেদো ঈঃ লোইশসিদ্রি মফম অসিদা থম্বা য়াররোই অদো পুরসি অদুদি করাইদা পুগনি? মফম অসে উশানা লোয়না কুপশল্লসি হায়দুনা লোয়না কুপশল্লে। খরা লাপ্পা মফম অসিদা লৈশা অসে লোয়না হোগাইসে হায়দুনা জীরি জীরি...হোগাইরে। অদুগা তলাপ পামেলগী মকু অসে হেক্তা খুৎ অসিনা ফুক্কাইরগে হায়দুনা থোক হেক্তা ফুক্কাইরে। অদুগা ঙাইগী মখোয় নিপান অদো লোয়না পুদুনা লাক্লে লোইশা চৎলু হায়দুনা লোইশনা মঙকশম লাক-লাক্কুনা ইল্লগা লৈরিবা লৈশা মনুংসিদা লাক-লাক লংশনখ্রগা মদুগী কোমদুগী থোংলোন অদো শৎ হেক্তা থিংজল্লগা ফুমদুনা থমখরে। শ্বরদি হোনবা য়ান্নবা মসিমদি হুৎলসিকো। হায়না হুৎলি। মখোয়না চাননবগী উহৈ ময়াম অসে অহোবদুদা জোরো-জোরো হেক্তা হৈথৈ হৈজল্লগা থমখরে। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনি অসে তলাপ পামেল মখোঙ অদুদা খরা হনতোকঅগা মফম অদুদা লৈ। মখোয়-মখোয়গী শলাইরেনশিং অদুনা-শাইওন মীরেন লাংওনা নৎতরনে? শুকখুম খুমদে। শাইওন মীরেন লাংওনবা নৎতবরনে? খুমদে। কনা ওইরবনো ঐবু কৌববু? শাইওন মীরেন লাংওনববু থিবা লাকচরিবনি। করিগীনো তোল্লবা তাইবং ঐবু থিরকইববু। নৎতে-নৎতে হে মপু ননাই শলাই নিপান ঐখোয়গী শাকোকলেন নিপান ফাবিখিবদো থাদোকপীযু। ননাই শাকোকলেনদি করিসু খংজবা নৎতে তাইবং অপংবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুদি লাংওনবগী মপুনি। তাইবং খুদিংমক শিন্থা পীরিবনি মপু। উম। ঐদি লাংওনবগী মপোক নৎতেনা য়াম্না শোনবা তাইবংনি। তাইবং অমগী মফম অমদা য়াব্রা অমাফাওবা কাংজবা ঙমদবা ঐনি ঐনা করিবু তৌবা ঙমগদগেনে। হে পারি ইমোম নখোয়বু-। নৎতে-নৎতে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়গী শাকোকলেন ফাবিখিবদো থাদোকপীযু। তুমিন লৈয়ু নখোয়গী শাকোকলেন করম্না ফাগনি লানলোই অদুক য়াম্না লৈরবা অদুক য়াম্না শক্তি লৈবদো অদুবু ঐনা করম্না ফাগনি। অদুগা নখোয়না হেক্তা ঐঙোন্দা ফাখরে হায়দুনা হায়রিবগী মরমদি করিগীনো?

তুমিন লৈয়ু অদুম্না য়াৱা কোলোয় চিঙ্গোইগনু চৎলো মফম অসিদা লাকপা য়ারোই। তৌবিগনু শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু লাংওনবা মপুগী শক্তি খংজরবনি। শাইওনবা মপুগী শক্তি খাংজরবনি। ননাই ঐখোয়দি তাইবং ওইবনি করিসু খংজবা নৎতে। হে মপু ঐখোয়গী শাকোকলেন পুম্নমকপু থাদোকপীয়ু। উম হা হা হা হে তাইবং ওইবা ৱারবা মতমদুদা অচুম্বদু খংবরা? নুংঙাইরবা মতমদা অরানবগী খোংলোয় ওইবরা? করিগী হৌজিক নখোয়বু লাকচবা খুদুম চল্লবা মতমদুদনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু হেক্তা মহাইবা অদুগা য়াৱা কমজাও হুন্দুনা মোমোন মীনোক তমলবা মতমদুদনা শাইওন মীরেন লাংওনববু তাইবংগী মপু ওইবা করিসু লৈতনা খনবদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবসু ঙমদে। অদুনা তাও নখোয় শলাই নিপান অসে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা কাংলিবা ঐগী খোংলোয়দা হান্নগী লানলোই খোংলোয় য়াওবদো নৎতবা খোংদোই মশিং থিঙমদনা লাক্কদবনি। পরিসু লাক্কদবনি ইমোমসু মশিং লাক্কদবনি। অদুনা মশিং হায়বা লৈতে পারি ইমোম পুম্নমক অঙকপগী মশক ওইনা লাক্কদবনি। লাক্লগা ঐগী খোংলোয় অসিদা লানশিং ইরেন তমগদবনি। অদুগী লানলোই অদো হল্লকলবা মতমদা থাদোক্কদবনি। ও অদু ওইরবদি শিন্থাদুমক কাংজরগে। তাও নখোয় শলাই নিপানগী খোংলোয় লানলোই অসে কাংলুপ নিপান থোক্লা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফমদা শিন্থা অসে কাংলসি। অদুগা শাকোক শলাই অসিবু থাদোক্কনি হায়রক্লেদো। অদুদগীদি শলাই নিপান অসিগী খোংলোয়শিং অসিনা হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা উঙাম ঈরি তোংদুনা ৱাইথুংঙরে। নুংঙাইরেদনা লোইগা। উম শলাই নিপান অসিগী খোংলোয় অসিদি য়াম্মী অদুগা নখোয় পুম্না লৈয়ু পরেং পরেং লেপ্লু হান্নগী খোংলোয় অদো য়াওবরা য়েংগে। য়াওজদেনে মপু হান্নগী খোংলোয় য়াওরম্মবদি ৱাংলেন ঈরিক অসিদা য়াইবি লুরেন চাইগদবনি নখোয় ময়ামগী মমাংদা। হান্নগী খোংলোয় অদুদি মপুক য়াম্না ফৎতবা খোংলোয় ওইবনি অদুনা মখোয়বু ফাদুনা থমগদবনি য়াইবি লুরেন চাইগদবনি। উম অদুমকসু শিন্থা অদুমক কাংবনা

মতিক চারবনি। ৱাখল ্নপুবা তাইবং খুদিংমক্লা য়াৱা কাংবা শারন খুদিংমক্লা য়াৱা কাংবা তারিবা খুদিংমক ফারগদরা? খনবা মখোয়দি শিজখিবনা হেন্না ফরবনি মপু। উম হৌজিক্তি নখোয় শলাই নিপানগী খোংলোয় খুদিংমকপু লোয়না শুরবরা? শুজরেদো মপু। শলাই নিপানগী খোংলোয় শুরবনিনা হৌজিক নখোয় হান্নগী খোংলোয় য়াওদরেকো। য়াওদরে। অদু ওইরবদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু পুকমেন পাওমেন্নরগা কোলোয় কাংগে তাওকো। তাগেদো মপু। য়েংঙু শলাই তরগাতরেৎ চাক্তাদুনা লৈ হায়বসে তাও। শলাই তরাগাতরেৎ অসি শঙাংলেনবনা খুদিংমক য়াইবি লুরেন লৌ হায়না য়াৱা কোলোয় কাংঙি হায়বসিসু তাবরা? তাজদে মপু। ও অদুগা অমুকসু মালেম তাইবং অসিদা অমৎতা চাক্তাদুনা লৈবা য়ারোই। হায়বসি তাবরা? তাই। শলাই তরাগাতরেৎতগী মখোয়না লানশিংনরগা তাইবং ময়াম অমা ফাদুনা পুরকসি হায়বদু খংবরা? মদুসু খংজেদো। অদো নখোয়গী শাকোকলেন ওইরিবা নিপান অসিনা ফাদুনা পুখিবা শলাইশিং অদো লৌথোকপা ঙমদ্রবা নৎতরা? ঙমদরে মপু ঐনা মখোয় শলাই তরুক অদো ঐগা লোয়ননা মখোয় অদুবু লৌথোক্নুনা নখোয়গী শলাইদা শিন্নখ্রবা নৎতরো? শিন্নরে। অদুগী শলাই শাকোক ঐনদি লমজিং ঈরেন তস্মক্লিবা অদুদি? ঙাইখো-ঙাইখো নংগী কোলোয়দদি করি কৌই ঐগী কোলোয়দদি নুংখাবা কৌইদো। ও নুংপানপুবা শলাইগী ঈরি তম্বা নুংখাবা নহাক্লা? উম। নহাক শারম শকোকলেল শঙাংলেনবনা ফাবদা য়াওইদো মপু। মবম খুদিংমক ঐ খংজৈ। ও সিনা অহানবা শলাইগী ওইরে। অদুগা অনিশুবদা লৈশাপুরন উরান শলাইগী পারি ঈরি তম্বা অদুদি য়াওবরা? লৈশাপুবা উরান শলাইগীদি মাগী চদা নৌদাবদি য়াওদে অদুগা মাগী খোংলোয় ঈরি তম্বদুগী ফাদুনা পুখিবা তাইবং পারি ইমোম ওইবা অদুদি য়াওরি লানলোং অসি লমজিং ওইরকপনি। অদুদি লমজিং ওইরক্লিবা পারি মহাক্কী কোলোয়দি করি কৌই? পারি মহাক্কী কোলোয়দি উখাংবা কৌইদো। ও উখাংবা কৌবরা? ফরে ফরে। অদুগা মথংদা পুংফাই

শলাইরেন শিদবগী খোংলোয় লানলোই অসিনা কনানা লমজিং ঈরেন তম্বা ওইরকই। পুংফাই শলাইগী লমজিং ঈরেন তম্মকপদি ননাই ওইবা নপারি ঐনা লমজিংজরকপনিদো। নংগী কোলোয়দি করি কৌই? পুংখাইবা কৌজেদো মপু। ও পুংখাইবা কৌবদি থৌনা ফরমগদবা মাল্লিদা। এ মপুনা ফংথা থাগৎপীরে ননাই ঐবু মথং অমুক লাক্লিবনা নুংশেম্বা তিল্লম শলাইরেন শিদবগী কাঙলুপকী খোংলোয় লানলোই অসিনা কনানা লমজিংবা ওই। ননাই নপারি ঐনা লমজিংবনি লানলোই ঈরি তমদুনা, শরোই খুদিংমক্লা ফাদুনা ঐবু মখোয়গী শরাক তম্মুবনি ঐগী শমু হকচাংদা তারিবা মখোয়গী য়াখুনসিনি। ও অদুদি নহাক থম্মোয় য়াম্না শোক্লা পাইমা পুকনিংদা ৱারৌরমগনিদো। শকোকলেন খুদিংমকসু মদু তমবদা মপান নাইররোইদো। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু নংগী কোলেয়না করি কৌবা তিলসুপ পুবা কৌজেদো মপু। ও ফরে-ফরে মথং লাক্লিবনা লাংপুবা ঙারম শলাইরেন শিদবগী খোংলোয় লানলোইসিনা কনানা খোংলোয় ওইবনো। ননাই নপরি ঐনা ওইজবনিদো। নুংলোন লাকপা কোলোয় কৌইদো। নপরি ঐগীদি নুংলোন লাকপা য়াম্না নুংঙাই শমু পাঙ্গল কল্লমগনিবো। ঈঃ মপুনা পংথা থাগৎপীবনিদো ননাইদি কনজবা নৎতেদে মপু। মথং অমুক লাক্লিবনা লৈফাবা নোংদোন শলাই শিদবগী খোংলোয়সিনা কনানা অমুক ওইবা। লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবগী খোংলোয়দি পনারি ঐনা খোংলোয় অসিগী লমজিংবা ওইজবনি। কোলোয়দি করি কৌবা? নুংনাং লৈশাপুবা কৌজেদো। নুংনাং লৈশাপুবা য়াম্না ফজেনা কোলোয় মীংলেন অসে। মথং অমুক লাক্লিবনা লোইপুবা লিলপুবা শলাই শিদবগীদি কনান খোংলোয় ওইবনো। ননাই নপারি পাংজদ্রবা ঐনা ওইবনি। ইস য়েংবদদি চুং ফিরানদি চাইহে মগুনদি লৈগদবা মাল্লি শক্তি লৈগদবসু মাল্লি। উম কোলোয়দি করি কৌই? ঐগী কোলোয় অসি য়াংলৌ ফাবা কৌজেদো। য়াংলৌফাবা কোলোয়সিদি য়াম্নদি ফজেকো। মথং লাক্লিবনা কুমপুবা কুমশা শলাইগী খোংলোয় লানলোই অসিদি কনানা খোংলোয়

ঈরি তম্মকপগে? ননাই নপারি ঐনা লানলোই অসিগী খোংলোয় ওইজরকপনিদো। পারিদি য়াম্না থম্মোয় ঈরিসু য়াম্না চুমগদবা মাল্লি পারি। পারিগী কোলোয়দি করি কৌই? ঐগী কোলোয়দি শিলংশাবা কোলোয় কৌই। শিলংশাবা কোলোয় হায়বসিবু কনানা থোনবি? ঐগী পম্বৌ পলেমনা থোনবি। হুম শিলংশাবা কোলোয় অসিদি য়ারোই কোলোয় অমসু কৌজরি। করি কৌই? লৈপুবা কোলোয় অমসু কৌজরি। করি কৌই? লৈপুবা কোলোয়সু কৌজে। লৈপুবা? হোয়নে অদু কৌরবদি ফৈদনা লৈপুবা। ও হৌজিক্তি তরো। নুংখাবা তাকপীয়ুদো মপু। উখাংবা; তাকপীয়ুদো। কোংখাবা; তাকপীয়ুদো মপু। তিনশুপপুবা। মপু; তাকপীয়ুদো। নুংলোন লাকপা মপু তাকপীয়ুদো। নুংনাং লৈশাপুবা মপু তাকপীয়ুদো। য়াংলৌফাবা মপু; তাকপীয়ু। লৈপুবা; তাকপীয়ুদো। নখোয় লানলোই খোংলোয় নিপান অসি ঐগা কোরৌ কুমজা খরদি লানশিং ঈরেন তমদুনা পুংলোই ঈরি তমগদবনিকো। অদুগা মালেমদা হন্না মপু ওইরিবসে অমুক্তং মাইথিবা পীরগা তাইবংনা মালেম অসিগী মপু ওইদুনা তাইবং পানবা হাযবা কোলোয় মীংথোন অদো ওইদবা যাদবনি। শলাইরেন শিদবগী কোলোয় শিন্থারকপসিদা শানা লাইগী মপোক ওইদুনা পানখিবনি। হৌজিক্তি শাগী য়াইবি লুরেন অসি তাইবং ঐখোয়না চাইবগা মালেম অসিগী লৈকোইপুং অসিগী ফম্বান অসি তাইবং ঐখোয়না ফমদেংদুনা মালেমগী মপু ওইগদৌবনি। য়াব্রা শরি অসি অমুক হন্না ঈরি পরৈ হনবা য়াদেকো। মদুমক শাইওন মীরেন লাংওনবগী শিন্থাদুমক পাংথোকচরগে হায়দুনা হায়রিবা লাইজা ঈপান অসিগী মনাক অসিদা শলাইরেন নিপান অসিগী শাকোকলেনদি লোয়না ফাজন্দুনা থম্মগা মাগী খোংলোয় খুদিংমক অদুনা হন্না অমুক লানলোং ঈরি ইতম্মকলেদো। লোইশা, তাকপীয়ু মপু। হৌজিক্তি লোইশা লানলোং অসি শমু মাই পাক্কদবা মাল্লবরা? শাইওন মীরেন লাংওনবগী খোংলোয় অসিদি তাইবং ওইবা ঐখোয়না খংবা ঙম্বা নৎতে। খোংকাপ অমা করি ওইবনো খংদে। অদুগা মীৎলাং অমনা করি ওইরিবনো হায়বসু খংদে;

খোংলোয় অমনা করি ওইরক্কদবনো হায়বসু খংদেদো অঙকপনি শাইওন মীরেন লাংওনবগী কোলোয় অসিদি। অদুদি মখোয় শলাই নিপান অসে ফরবনিনা করি অমৎতা তৌররোই। মসিমা নাখৈ অমা শেংলে ঐখোয় অনি হৌজিক্তি ঙৈহাক পোথারসিদনা। উম পোৎথারসি। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিসি পোৎথাদুনা লৈখরে।

শলাই নিপান ফাবগী তাংকক অমা লোয়রে।

# “তাংকক অমা হৌরে
# শলাই মাপলনা লানশিংনবা লাকপগী
# তাংকক অমা হৌরে”

শোমদা শলাই মাপল অসিগী খোংলোয় চৎখিবদুসু মথং-মথং খোংলোয় ঈরেন তম্মকলেদো। তুবানবনা ঐগী নুংখাই শলাই খুদিংমকসি শেম শাবা লোয়রবরা? লোইরেদো। অদুদি...নংগী-নংগী চিনলাং চিনদম ঈবেন তমগদবা খুদিংমকপু অমৎতা ৱাৎতনা হাপচল্লু অদুগা খুৎশু থাংলেন খুদিংমকসু ঙম্না অৱাৎপা লৈতনা হাপচললোকো কোলোয় শিন্থা ঈবেন তমদুনা ঈবি ইতম্মকএদো। মাগী-মাগী তালোয় লৈবনা তালোয়গা পুকমেন পাওমেন্নরেদো। পারি লৈবনা পারিগা পুকমেন পাওমেন্নরেদো। ইমোম লৈবনা ইমোমগা পুকমেন পাওমেন্নরে। পারি ইমোম লৈতবনা অদুমক মাগী লৈরিবা শমান্নবশিং অদুগা পুকমেন পাওমেন্নরেদো। হৌজিক্তি পুকমেন পাওমেন্নবা লোয়রবরা? লোয়রে। লৈহৌরিবশিং অদুনা শমু মকোক থাংকৎতুনা হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু চৎখিবা ঐখোয়গী খোংলোয় অসে মশিং ৱাৎহনবিগনু শমুমাই পাকহনবিয়ুদো। অহানবগী খোংলোয়খিবদুসু লাক্তরিবনি খোংলোয় অসিদা হন্না অমুক্কা খোংলোয় চৎখিবে ঐখোয়গী শলাই অসিদা অৱা হুইদোই লাংবা য়াওহনবিনুকো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা মপু হায়দুনা থৌনি পরৈ চৎপগা লোয়ননা লোইশেন্বা নুংখাই শলাই খুদিংমক তুবানবনা চাওরবা উঙাম মথক অদুদা তোংদুনা লাকলেদো। মতুংদা

নুংশেমপুবা শলাইগী মফমদা অমুক খোঙ্গুম ঈরেন তম্মকলেদো। পাক্লবা ঈপাক অদুগী ময়াই অদুদা অহিং হায়বা লৈতে, নুংথিন হায়বা লৈতে, অঙানবা হায়বা লৈতে, অমম্বা হায়বা লৈতনা, অসুম উঙাম অদো তাওদুনা হোনদুনা লাকইদো। খোংলোয় খুদিংমক্তুনা তুবানবা মপু তাকপীয়ুদো ঐখোয় তাইবং অসিবু অসুম অসুম শাগী খয়াৎতা তাদুনা অদুম তোকলগদবরনে। খংদেদা ফনয়াম্না কন্নসু হোৎনবনি অদুবু শাশিং অসিনা মশিং য়াম্না য়ামবনিনা উপাই লৈতবনি। মখোয়দি জীব অসি য়াম্না য়াম্বা মখোয় পুলপ পুনখিবনি। লিলসু, উচেকসু, তিলসু, জীবসু পুন্নমক য়াওবনিদো ঐখোয় তাইবংদি তাইবং ঐখোয় মশেন ফাওবদা হৌজিক পুকচেন খোইজেন তিন্নদবা; লিংজেন মান্নদবসিনা মখোয়না য়াম্না লাইনা ঐখোয়বু খুদুম চনবা ঙম্বনি। হৌজিকসু ঐখোয় শলাই তরাতরেৎ অসে শলাই নিপান অমা তোঙান তাথ্রবনি। শলাই নিপান অমদুনা ঐখোয়না শোমদা লানলোং খোংলোয় তম্লিথৈদা ঐখোয়গী য়েকশলাইশিং অসিবু লোয়না খুদুম চল্লম্বরা হায়বসু খংবা নৎতেদো। তুবানবা মদুসু খনদবা য়াদবগী মরম ওই। মখোয় নিপান অদো কবম্বা ব্রাখল ওইবজাৎনো করম্না তৌবজাৎনো হায়দুনা মখোয়সে মুরুম-মুরুম ঙাংনদুনা লাকইদো। ঐগী ইচা নুংশিবদো ঐ য়াইবি থব্রায থাখ্রবদি অমুক উন্নবা ফংলরোইকো। য়াইবি থব্রায় থাখ্রবদি করাইদগী ফংঙদগে। ও অদো য়াইবি থব্রায় থগনি হায়দুনা শিন্থা অসি পাংদ্রবদি ঐখোয তাইবং অসে শানা অদুমক য়াইবি লৌগদবগী অদুম লৈরবনি শিগদবগী শিরগদবা। তুং চৎলে শিরগদবা, য়েৎলোমদা চৎলে শিরগদবা, ওইরোমদা চৎলে শিরগদবা, ঈশিংদা শিরগদবা ঐখোয়সে লৈরবনি। মসি ঐখোয়গী ইথৌ খরদি পাংথোকঅম্বা তাই। ঙম্মী ফরে ঙমদরে ফরে ইথৌদো পাংথোকঅম্মগা য়াইবি থব্রায় থরাসু থসি হায়বনি। শাইওন মীরেন লাংওনবনা হায়রিবসে য়াম্নদি চুম্বজাৎনিনে। য়াম্না চুম্মী। অদো চুম্বদুনা ঐখোয়না খোংলোয় ঈরি তম্মকলিবনি। অদো ঐখোইসি শক্তি লৈতবদি নৎতেকো। ঐখোয়সে অমুক তাইবংদা তিল্লরোইদবনে মানা নমদনা

লৈশানুংদা হোৎলগা থোক্লক্কদবনে হায়দুনা কোলোয় কাংঙকখিবদুদগী ঐখোয়সে তাইবংলক্তা তিল্লগা অমুকসু অমুক লানলোই ময়াম অমগা লমজিংদুনা ঐখোয় হন্না অমুক লাক্লিবনি। উম লাক্লিবনি ব্বারি শানা-শানা হৌজিক্তি নুংশেমপুবা শলাইরেন শিদবগী মফম য়ৌরে অমুক্তং কাখৎলগা মখোয়গী খোংলোয়শিং অদো লোয়রবরা হায়বদো ঐ য়েংগেকো। উম য়েংলো। নুংশেমপুবা শলাইরেন শিদবা; তাকপীদো। নখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক লোয়রবরা? ঐখোয় লোয়না শেম শাজরে উপান উরি য়ানদুনা উঙাম শেম্বসু লোয়জরে। অদুদি নখোয় খোংলোয় মপুং ফারবরা ঐখোয় মপুং ফাজরে। অদুদি খোংলেংনবা তৌরসি। পন্থৌ নচা ওইবা ঐ অমুক চৎচরুখিগেদো। পারি ওইবা নতু নাম্মাফাওবদা তেক্তবা ওইয়ুকো। শঙাংলেনববু শমু মাইথিবা পীদুনা মালেমগী মপু ওইরকউকো। অসুম্না মাগী মাগী পলেম ওইবদসু পুকমেন পাওমেন্নরম্মী। পলেম ওইবি নচা ওইবা নপারি ঐবু খোংদোইজরুখিগে। নপারি ওইবা ঐখোয় তেকপা কাইবা অশিবা অব্বা অনা তাহনবিগনুকো। হে পলেম ওইবি পারি ওইবা খোংলোয় ঈরি তম্বা লানশিংনরকপা মতমদা শমুমাই পাকলকউকো ইমানা পীরিবা শিন্থা অসিমক ফংদুনা শঙাংলেনবগী য়াইবি লৌবা ঙম্বা ওইরকউকো কোলোয় ঈরি কাংঙকইদো। অসুম্না শমান্নবা কয়া অমসু ব্বারি পাওশানদুনা অমুক খোংলোয় ঈরি তম্মুখিগে। তাইবংনা মালেম অসিবু মপু ওইবা ঙমন্নবগীদমক্তা য়াইবি থব্বায়বু অরোইবা খোংলোয় ওইনা খোংদাজরুখিগেকো। চৎলো হায়দুনা পুকমেন পাওমেন্নবা লোয়দুনা মচিন-মনাও, মপা-মচা, মমা-মচা, অদুগী মাগী শমান্নবা ময়াম অমা পুকমেন পাওমেন্নবা লোয়দুনা উঙাম ঈরেন তোংদুনা খোংলোয় ঈরি তুম্মকলেদো। তুবানবনা হায়রিবা শলাই অনিসিগী খোংলোয় অনি অসি পুদুনা জীরি জীরি...হোংকৎতুনা লাকইদো। পরপ-পরপ লাকই অঙানবসু অদুম হোল্লি অমম্বসু অদুম শুকলেপ লেপ্তুনা অদুমক হোনকৎলকপসিনা হোনকৎখিসনু। মথংদা অমুক লাক্লিবনা লাংখোংবা অসিনা ঐগী শলাই পুম্নমক হৌজিক্তি শিন্থা কাংবা লোয়রবরা? লোয়রে। হৈরাং চিন্দম্মীন্নবা লোয়রে, শারম

চিন্দম্মীন্নবা পুন্নমক লোয়রে। অদুদি পন্থৌসু পুকমেন পাওমেন্নবা লোয়রে। শমান্নবা ইনৌরেম্বা ইনৌরেম্বী পুন্নমকপু পুকমেন পাওমেন্নবা লোয়রে। লোইরবনিনা হৌজিক্তি চৎলসি ঐখোয় অমুক শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঙাইদুনা লৈরম্মনি হায়দুনা লাংখোং অসিনা মাগী খোংলোয় খুদিংমক লোয়না পুদুনা উঙাম উরেন তোংদুনা ঈহোল্লকএদো। অসুম হোল্লকপনা পারি নখোয় পুন্নমক শমান্নবা নখোয় পুন্নমক হৌজিক্তি ঐখোয়না লানলোই খোংলোয়রিবসে মালেম অসিগী ওইবনি। মালেম অসি শানা মপু ওইবসিবু ওইদনবগীদমক্তা মালেম অসিগী মপু ওইন্নবগীদমক্তা খোংদোইবিবসে শমুমাই লৈবা য়াদে। ব্রাখল পাইমা পীবুক হোংবা য়াদেকো। ব্রাখল হেক হোংবা মতমদা মাইথিরগদবনিকো কাওগনু কোলোয় চিঙ্গোইরকই। উম ঐখোয়দি শরি চিনককনরবনি হায়বগা লোয়ননা পরপ-পরপ অসুম্না লাকইদো। হৌজিক্তি তাইবংপুবা, নুংপান পুবগী শলাই অসিদা য়ৌরে মাগী শলাই অসিগা খোংদোইমীন্নগদবনি। নখোয় উঙাম অসিদা তোংদুনা লৈযু লাংখোং ঐহাক খোঙ্গাগেকো হায়দুনা লাংখোং য়ৌরক্লবরা য়ৌরক্লেদো পন্থৌ। অদুদি য়ৌরক্লবনিনা তু মখোয়গীসু লোয়নমক খোংলোয় ঈরি তম্ন বগী লোয়বনিদো। হৌজিক্তি নহাক্না খোংলোয় ঈরি তম্মীন্নরো। উম তম্মীন্নরগে। অদুনা উখাংবা তাকপীয়ুদো পন্থৌ উখাংবা নহাক থম্মোয় শেংগদবনি পাইমা পীবুক হোংবা য়াদেকো। হোংজরোই মপু লানলোইশিং অসিগা কোরৌ ঙরাং ব্রাংলেন্দগী শরেন শা চিন্দম্মীন্নদুনা হৈরাং চিনমেন্নদুনা লোয়নমক য়াব্রা কোলোয় পৌশান্নবা লোয়রবনি। অদুনা নহাক লাকপা ঙাইদুনা লৈরবনি। চৎলো-চৎলো হায়দুনা হরাওনা মোমোন নোক্নুনা লাংখোংগা খোংলোয় ঈরি তমদুনা মখোয় শলাই অনি অসে লাইজা ঈপান অদুদা উঙাম তোংদুনা জীরি জীরি হোনকৎলকই। অমুকসু হোনকৎলকই লাংখোংসু হোনকৎলকই তুবান অনিসে জর জর হোনকৎলকপনা জীরি জীরি অসুম হোনকৎলকপনা মখোয়সু হোনকৎলকখিসনু।

তাংকক অমা লোয়রে।

# তাংকক অমা হৌরে
# শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিনা
# ৱারি শাদুনা ঙাইবা

শাইওন মীরেন লাংওনবনা লোইশা তাকপীযুদো মপু। করিগী মখোয় শলাই মাপন অদো শুকয়ৌ য়ৌরকত্রিসিনা করম তৌবজাৎনো



হৌজিক ফাওবা লাক্তরি। অশোমদা লোয়না শিনবা লোয়রকান্দা চৎপদুনদি করি কান্নগদগে ওন্থোক্লা নিংঙাই মলাইখিদরেদকো। ঐগী অনিংবসে ইথুংমক থুংবা ঙমলোইদৌরিবজাৎলা? ঙাইখো-ঙাইখো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু অমুক্তং ঙাইবিখো মখোয় শোইদনা

*লাক্কনি। করিগীনোনে হৌজিকফাওবা লাক্করিবসিবু অসুক কুইরবা কুমজাসিফাওবা করি তৌরিবজাৎনোনে। উম শাইওন মীরেন লাংওনবা* ঐগী হান্নগী হৌনবিদো অমুক হৌরক্তনা শোইনিসে। অমুক্তা ঙাইবিখো শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু অদুদি ঐ অমুক ঙাইহাক অমুক তুমখিবা তারিবরা। উম ঙৈহাক তুম্বীরো অদুগা মখোয় শোইদনা লাকঅগনি। ও অদুদি তুমথরগে। ঙাইখো ঙাইখো তুমদরিঙৈগী ৱাংলেনসিদা অশোমদা ফাদুনা থল্লিবদো করম তৌরি হায়বদো অমুক্তং য়েংসিদনা। হোয়-হোয় পরপ-পরপ লাকঅগা উম নুংপানপুবা মপু তাকপীয়ু শাইওন মীরেন লাংওনবা কমদৌবিরিবগে? লৈশানুংদা থম্বীরবনিনা কমদৌনি খল্লুরিবা ৱাখল খুদিংমক অমাংবা অরানবা ঙাক্তা ওইরে অদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফমদা ঙাকপীয়ু কনবিয়ু হায়জবা নৎতনা ঐখোয় নিপান্না করিবু হায়বা ঙমগদগেনে। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু নপারি ওইবা ঐখোয় শলাই অসিদি অপংবনি খন্না তাকপীয়ু। মপুদি মালেম অসিগী লাংওন মপোক মথং-মথং ওন্দুনা লাকপনিনা লাক্কদবা মরম খুদিংমক লোয়ন খংবনিনা অমাফাওবা মপুনা শিন্থু কাংবদা শোইদরিবনিনে। ঐখোয়দি খংদবনিনা হেক্তা শোইবনিনে মপু। অদুনা মপুনা কনবিয়ু মপুনা শিন্থা পুন্নমক্তো পীন্নবিয়ুনে। হোয়-হোয় অদুদি লেংদনা অদুম তুমিন্না লৈয়ুকো ঐখোয় লেংদনা অদুম তুমিন্না লৈজগে। সিদি থাদোকপীবা য়ারোইদরা মপু? য়ারোই অদুদি ঐনা লানলোং লোয়দ্রিফাওবা নখোয় থাদোকপা য়াদে। ও ঐখোয় অদুম পুন্দুনা লৈবা তারবা? উম পুল্লগা লৈগদবনি। নহাক, নহাক্না তৌবা শিন্থা অদুনা নশা-নশানা ফংগদৌবনি। নশানা কাংলিবা শিন্থা অদো নশানা ফংগদবনি। ঐনা কাংলিবা শিন্থানা ঐনা ফংগদবনি। মদুদি কনাঅমৎতনা ফংবা য়ারোই। নহাক্না থাজরিবা পাম্বী অদো নহাক্না ওইজগদবনি। ঐনা থাজরিবা পাম্বী অসিনা ঐগী ওইগদৌরিবনি। ঐগীদু নংনা খক ওইবা য়ারোই নংগীদুনা ঐনা ওইবা য়ারোইনে হে নুংপানপুবা মপু নখোয় শলাই মাপল অসে ৱাখল অমা ইৱাৎ ৱাৎলিকো শিন্থা মপুং ফানা পাংথোকউ।

পাইমা পীবুক চুম্না খল্লু লান্না খল্লিবমখৈদি অৱাবা ওইগনি। য়ারে লাক্লে নখোয় লৈরোকো মতম খরা ৱানা খাংবা তারে হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু অমুক্তং নুংশিবিয়ুদো। ঐ নুংশিবা ঙমখিরোই মতম খরদি খাংঙে কোলোয় ঈরি তম্মমগা পরপ-পরপ লাক্লে। লাক্লগা লোইশা, তাকপীয়ু মপু মখোয় অদুবু ইরাক লাক্কেদা। এ অদা মুশুক-মুশুক তৌবা মরি-মরি লাকইবসে নৎতরনে। এ লাকঅমাল্লেহে। ও য়াম্না নুংঙাইরে অদুদি মখোয় লাকঅবদি য়েংলশি হায়দুনা ঈশিং মপান্দুনা পরপ-পরপ হেক্তা চেনথরকঅগা চপ হেক্তা লেপ্পগা য়েংবদুদি কয়াদা ফজখ্রবা নাম্মীবা নুংশিৎ লিরি লিরি হুম্বসিনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী শমু হকচাং অদুবু লিরি-লিরি হুম্মকপা অদুগা মুনা তারবা শমলাং অদুনা লেংবান্দা তাবদুদা নুংশিৎ অদুনা হুম্মকপদুদা জ্বাই জ্বাই লাওনা শম অদুগী থেকনা-থেকনা খোয়না-খোয়না জগোই শাবদো উবদা অঙকপনিদো, লোইশাবদি পুংঙক ঙকঅবনি শাইওন মীরেন লাংওনবগী শারৌলাং অদুদা মঙক থাংকৎতুনা য়েংবদুদা ঈস য়াম্না ফাজেনেকো মপু। উম য়াম্না ফজৈ অঙকপনি য়াম্না ফজৈ। লোইশা করিনোনে নংনা য়াম্না ফজৈ হায়রিদুবু। য়াম্না ফজৈ হায়জবদি মপুনিদা মখোয় শলাই নিপান অদো ফাদুনা থমবদুগী ৱারি পৌশান্নরুরগা পরপ-পরপ লাকঅগা লাইজা ঈপান অসিদা লেপ্পগা মখোয় আদা মমসুপ মমসুপ তৌবা অমা লাক্লিবসে মপুনা হেক ঙক থাংকৎলগা য়েংবদুদা শমলাং অদুনা মাগী নুংশিৎ অদুনা হুম্মকপদুনা চোইনা-চোইনা জ্বাই-জ্বাই তাবা লেংজুম অদুদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবনিনে। ননাইনা উবা মতমদা এ লোইশা য়াম্না মুন্না য়েংঙুনু করিগীনো ঐদি য়াম্না ফজবনি ঐসে য়েংঙ য়েংঙগা অদুম ফজখৎলক্কদবনি। লোয়বা নাইদবা য়েংঙুরিবা মফমদুনা হোংতোকপা য়াদবমখৈ ফজবনি। ঐঙোন্দা ফজবদো য়েংঙিঙৈদা লানলোই তাইবং পুম্নমক্না নঙোন্দা শমু মাইথিবা পীগনি। শুকয়েং য়েংঙোইদৌবনে। ঐঙোন্দদি করাইদা য়েংগদগে। ঐগী মীৎতাখক্তা য়েংগদবনে অতৈ য়েংবা য়াদে অদুমক মীৎতুখক ফজবদুমদি নং খংঙনিদনা। অতৈ হোংদোকনা শুকয়েং য়েংঙুনু অতৈ হোংতোকনা হেক

য়েংলুরবদি মথং য়েংনিংঙক্কদৌরিবনি। মথং-মথং য়েংঙিঙৈদা নংগী খোংলোয় অদো শোইরগদবনি। ও অদুদি য়েংলরোই। উম অদু য়েংগদবগী মহুৎতা তু আদাগী লাক্লিবসে য়েংঙু কনানো য়েংঙুসে। আদা লাক্লিবসি তুবানবগা লাংখোংগনি। লাক্লিবসে মখোয় শলাই মরিনি লাক্লিবসে। ও অদুদি হান্না হেক্তা খংবরা মপু। হেক্তা খংদদি কৈনোনে। কয়াদা ফজনা লাক্লিবনো য়েংঙুসে য়াম্মীহে মখোয় লাক্লিবসিদি উম য়ামখ্র-পোৎনি লাক্লিবসে। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করিনো শোমদসু শলাই নিপান খোংলোয় ময়াম অমা ঙরাং-ঙরং ঙংদনা হেক্তা ঐখোয়না লানলোং তম্বীদুনা অঙকপগী মশক ওইদুনা লৈরে। অদুগা শলাই মাপল অমসু লাকলবদি পীকথল্লনিনে। হেক্তা আ লাইজা ঈপান অসিদি অঙকপগী মশক ওইরবনিনে। উম য়েংবদা অঙকপা ওইগনি অঙকপা ওইবা তাইবং ঐখোয়না মালেম লৈকোইপুং অদো শিনবা থুংনা কোইশল্লগা শারম খুদিংমক মাইথিবা পীগদবনি। খ্বাইদগী লম হেনবনা য়াইবি লৌগদবনি। ঐখোয়না হায়বা শিন্থা ইনবদুনা য়াইবি লৌদনা মহাকপু ফজনা তাকপী তম্বীদুনা তাইবং ঐখোয়গী মরক্তা ঐখোয় অনিনা শা ফারগা তোংলিবদো অদুমাই তৌদনা তোংহনগদবনি অদুনা শিন্থা কোলোয় তৌহনগদবনি য়াম্না অব্রাবসু পীবা য়াদেদো য়াম্না নুংশিননা লৈগদবনি। অদুগা মঙক হেনবা য়াব্রা হেনবা অদুনা লোইশা য়াইবি লৌগদবনি। অদুদিনে ঐনা শেম্মকলিবা লানলোং ময়াম অসে শোইদনা মাই পাক্লগনি মপু।

য়েংঙু অদুদি শোইদনা মাই পাক্লগনি হায়বসি নং খংলেদনা লোইশা। খংলেনে মপু শোইদনা মাই-পাক্লগদবনি য়েংবদা অঙকপা ওইরবনিনে। সিগী লানলোং অসিদবু কনানবু অদুক পংবা শাদুনবু শুমুমাই পাকপা য়াবা নৎতেদা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। উম য়াম্না নুংঙাইরে লোইশা নংগী কোলোয় নপাও তাবদা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু আদা লাক্লিবসে শুম নকশল্লকলেনে। উম ঐ অমুক্তং

কৌগেকো। উম। ও... তুবান; তুবান নংবু তাব্রো? ও... তুবান; তুবান নংবু তাবরো? এ শাইওন মীরেন লাংওনবনা কৌরক্লে। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই য়ৌজরক্লে। লাক্লো-লাক্লো নংবু ঙাইবদা ওন্থোক্লা ৱারবনিনে। হো... লাংখোং তাদেনেকো, হো... লাংখোং ঈঃ শাইওন মীরেন লাংওনবনি। মপু ননাই লাংখোং য়ৌজরকলেদো। লাক্লো লাক্লো ঙাইবদা ৱারবনিনে। ননাই শলাই শিন্থাপুং শলাইগা লোয়ননা লাকচরিদো। তুবান ঐসু লৈশাপুরেনবা শলাইগা লোয়ননা লাকচরে। লাক্লো লাক্লো নখোয়বু ঙাইবদা ৱারবনি লাক্লো। উরেন উঙামদো ফারগা থল্লে। মথং-মথং ফন-ফন চোংনৈ তাপ-তাপ হেক্তা কোননৈ শাইওন মীরেন লাংওনববু পুনেমজেদো। মপুগী শিন্থানিদো ননাই ঐখোয়না পাংথোকচরিবসে য়েংঙু। হেক্তা মখোয়গী শলাইশিংসিনা হ্রাও-হ্রাও পুন্না ফাদুনা থমলুরবা তাইবং মখোয়দো থাদোরকপা উবদুদদি হেক্তা মখোযসে হবাওমনখিদুনা হেক্তা অঙাংদগী অহনফাওবদা হেক্তা লুরেন যাইবি চাইবা চৎলগে। শারম ঈবেন ফংনবা চৎলগে হায়বা ঙাক্তনি। অমফাওবা লৈহৌররোই হায়বা ঙাক্তনি। ঐনা উম মদু য়ারোই হায়দনা ঐনা মখোযগী লানলোই খুদিংমকসে আদালৈহৌগদবা অদুগামফম অসিদা লাক্কদবা-। খল্লিবসিদা মখোয় শলাই নিপাননা অমুক লান্দাশল্লকবদি অৱাবা ওইনি হায়দনা মদুগী পনঙাক্কদবা খোংলোয় শেমদুনা ঐনা থনমলবনি। খুদিংমক লাক্লিবা খোংলোয়সিসু শেম-শাদুনা লাকচরবনিদো তুবান নপারি ওইবনা। ও, য়াম্না নুংঙাইরে লোয়না কাখৎলকউ। তুবানগী শলাইগী ইচিন-ইনাও পুম্নমকসু লোয়না কাখৎলকও। লোইশেম্বগী নুংখাই শলাইরেন শিদবগী ইচিন ইনাওসু লোয়না কাখৎলকউ। লোয়না কাখৎলক্লে। নুংশেমপুবগী ইচিন-ইনাওগী শলাইসু লোয়না কাখৎলকও। অদুগা তিল্লম শলাইগী পারি-ইমোম পুম্নমকসু লোয়না কাখৎলকও। তু-তু শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা নখোয় ময়াম চান্নবনে হায়দনা লেমলৈ ঙাকোক, শারম শাকোক ময়াম অমা হৈরাং লৈরাং ময়াম অমা লোয়না থল্লবনে চৎলো। লাংখোং নংগা তুবান নংগনা

মখোয়গী শিন্থা পীরক্লিবশিংদো লোয়না খোংলোয় ঈরি তমদুনা চিন্দমমিন্নরোকো। অদুগা নখোয় অনিনা খোংলোয় তমলকলিবদি কনা কনানো? ঐখোয়না খোংলোয় তমলকই তুবান ঐনা খোংলোয় তম্মকলিবসিনা নুংশেম্বা লৈশাপুরেম্বা মাগী খোংলোয়দি কনানা ওইরে হায়বদুদি ঐ অমুক্তং হংখিগে মপু। উরান শলাইগীদি কনানা ওইরে? উরান শলাইগীদি উখাংবনা ওইরে মপু। ও উখাংবা ওইরবদি য়াম্না ফরে। উখাংবা তাকপীয়ুদো শাইওন মীরেন লাংওনবা পুনেমজরিদো। ঐনা নখোয়না চিন্দমনবা লোয়না পৈদুনা থনম্লবনি চৎলো। চৎচরগেদো মপু। চৎখরেদো। অদুগা নুংশেম পুবগীদি কনানা ওইরে তুবান। নুংশেমপুবগীদি মপু কনানা ওইগে হায়বদা নুংশেমপুবগীদি নুংখাবনা ওইরেনে মপু। ও...; নুংখাবা তাকপীয়ুদো মপু। চৎলো তুবানগা লোয়ননা চৎলগেনে নখোয়গী হৈরাং পুম্নমক লৈরাং পুম্নমক্তো ঈরি ঈতম ঈরেন তমদুনা নুংখাংগা লোয়ননা ঈরি ঈতমলুরে। নুংখাং ঈরিল তল্লগে। শাকোকলেন শলাই অসিনা কনানা ওইরে হায়বদো ঙসাইগীদুবু নুংশেম্বা হায়বদুগী কোলোয় অদুদি খরা খজিক্তং থৈনবা ওইরমাল্লে। ও তুবান নংগা খোংলোয় ঈরি তমলকপা লৈশাপুরেন শলাইরেন শিদবগীসিনা খাখোংদা মানা লমজিং ঈরেন তম্মী হায়বা নৎত্রা? মানি। অদুদি খাখোংদা লমজিং হুইরেন তম্বা নখোয়না চিন্দমনবা হৈরাং-লৈরাং ঐনা লোয়না শারম পুম্নমক থমলমলবনি। তুবান নংগা খোংলোয় ঈরি তমদুনা শিন্থা কাংদুনা চিন্দম ঈরেন তমলুরোকো। কাংজরগেদো মপু। অদুগা লাংখোং নহাক্কা লৈখোইবা লাংখোং নহাক্কা খোংলোয় ওইরক্লিবা লোইশাবগী খোংলোয়দু কনানা ওইরকই। লৈখোইবনা ওইরকই মপু। এ নুংঙাইরেনে লৈখোইবা লোইশাবা। ঐনসু ঙাইরিবনিনে নং ওইরক্লদি ফরনি খন্দুনা লাক্লিবনি। ঈস শমান্নবা লোইশাবসু লৈরম্মীদনা। উম অদুদি ঐখোয় অনিনা পুন্না লমজিং ঈরেন তমলুগদবনিনে। চৎলো-চৎলো অদুদি নখোয় চৎলমমোকো হায়দনা লোইশাবা মাগী শমান্নবা লৈখোইবা হরাওনা পুকমেন পাওমেন্নরে। লাংখোংদুগা নখোয় অনি

চৎলো হৈরাং চিন্দমলুরো, শারম চিন্দম ঈরেন তমদুনা শিন্থা কাংঙুরোদো। শিন্থা কোলোয় তমমকলেদো। অসুম্না মখোয় শলাই, মরি অদো ৱাইথুংঙদুনা হৈরাং চিন্দম ঈরেন তমদুনা লৈখরে। শলাই মরি অমদি লাক্লি হায়দনা থুংঙদ্রি হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিনা লাইজা ঈপান অদুদা মীৎলাং শাংখৈদুনা য়েংদুনা লৈরিদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা-লোইশা তাকপীয়ুদো মপু। হৌজিকফাওবদা শলাই মরি অসিনা শলাই মঙা অদুনা হৌজিকফাওবা লাক্লিবা অসিনা করি তৌরবজাৎনো মখোয় মরি অমদি লাক্লে। অদো মখোয়সু অৱা হুইদোই লাংবা য়াওরবাজাৎলনে। অদুদি মখোয় অনিসু অমুক্তং শলাই মরি অদো মখোয়না কাংলিবা শিন্থা অদো অমুক্তং য়েংলসিরা। উম য়েংলুরসি লোইশা অমদি শাইওন মীরেন লাংওনবা অনিনা পরপ-পরপ লাকপসিদা তুবান শলাই অমম্বাপুবা অদুগা শকখা শলাই নুংশিৎ পুবা, অঙানবা পুবা, অশংবা পুবা, লানখোং, মখোয় মরি অসিনা হৈরাং চিন্দম লৈরাং চিনমেন্নদুনা লাক্লিবা লানলোই খুদিংমক অদুগা ফমদুনা তুমিন-তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরম্মী। শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশা অনিমক্না পরপ-পরপ লাকপদুদগী য়াৱা অমৎতা কাংদে করি তৌরে নখোয় শলাই মরিদি? শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়দি করিসু তৌদে হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো? উম হৌজিক নখোয়না তৌগদবগী মরম অসি শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা শিন্থা পীগদৌরিবনি। উম হৌজিক মালেমগী লৈ পানপুংদা ঐখোয় পাক্লবা ঈপাক অসে লাল্লগা চৎকদৌরিবনি। চৎলগা করি শিন্থা পাংগদৌরিবনো? মদুদা চৎপা হায়বসি য়ৌবা য়ৌদবদা লৈরিবনি। করি ওইবনো অদুদি? শাগী লানকোক লানলোই জীব লানকোক লানলোই ময়াম অমনা লাইজা ঈপালগী খোংবান্দুদা লোয়না লৈশাদা অদুগা উগী মরুমদা, নাপীগী মরুমদা, নুঙগী মরুমদা লোয়নমক মখোয়না মখোয়গী শিন্থা কাংন্নবগী তাইবং ঐখোয় লাকপা মতমদা য়াইবি লৌন্নবগীদমক্তা শেম শাবা লোইখ্রবনি। ঐখোয়না মদুদা ঈপাক অসিগী ময়াই অসিদা হোন্দুনা

লানগদৌরিবসিগী মরম অসে লাইজা ঈপান মথক্তা অদুম য়াইবি মাংবসু য়ারিবনি। এ অদুদি ঈপাক অসিদি লান্দবমক্তি ইয়ামক য়াদবরা। য়াদে ঈপাক লান্দবা য়াদে। অদুদি ঐখোয় করম তৌগনি। অদুদি লাংওনবা মপুগী শিন্থাদো হেক্তা নিরগা অদুম হেক্তা লাল্লগা লোয়রে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। মদো অমুক্তংদি পাইমা খোইদানা খোইলি লিসি ঈরেন তম্বীরগা তাইবং ওইবা ঐখোয় শলাইদা শিন্থা অদু পীবিয়ু। উম পীগনি। করিগীনো নখোয়না নুংশুক নুংজান্নরিবা নুংশুক নুংজন্নগনু হরাওগদবনি হরাওরবসু অদুমমক মাইথিদবা লৈগনি। নুংঙাইত্রবসু কপলবসু ব্রারবসু মাইথিগদবা লৈরবদি অদুম থিগনি। মাই পাক্কদা লৈরবদি হরাওরবসু নুংঙাইরবসু কপলবসু অদুম পাক্কদবনি। অদুগীদমক্তদি করিসু নুংশা থিরুনুদা। মপু মাগী শিন্থাদো অদুম লাক্কনি। ও অদুদি ঐখোয় হৈরাং অসে চিন্দমলগে। চিন্দমলো-চিন্দমলো ঐখোয় লোইশাবা ঐখোয় অনি ব্রাৎলিবা শলাই মঙা অদো অমুক্তং লাকপ্রা য়েংলুরসি শিন্থা কোলোয় অদো তম্বীরো। লোইশাবা; তাকপীয়ু মপু লাকও চৎশি লাকও হায়দনা পরপ-পরপ কুমমকলগা লাইজা ঈপান মপাল অদুদা লেপ্লগা অদুমমক মাইকৈ-মাইকৈদা য়েংঙকপা মতমদা লাকপা উদ্রে। করম তৌগনি সিদি হায়দুনা অঙানবগী মতমদি লোইশিনখরে অমম্বাগী মতম লাক্লেদো। অমম্বগী মতম লাক্লবসিদদি লোইশাবা চৎলসি। শলাইশিং অদুনা লৈরিবা মফম অদুদা য়াতারসি হায়দুনা শলাইশিংদুনা লৈরিবা মনাক্তা লাক্লে। শলাই নখোয় মরিমক্কী খোংলোয় খুদিংমক নংগী নংগী চিন্দমগদবা খুদিংমক চিন্দমলে। অদুগা অমম্বগী মতম অসিদি য়াতাদুনা খোংবান অসিদা অদুমমক লেপলসিকো। ইনুং ঙাল্লগা ঐখোয়গী তৌগদবা শিন্থা খুদিংমক্তো কাংনবা তৌরসি হায়দনা শিন্থা অদো কাংলবা মতুংদা তাইবং শলাই মরি অদো মাগী-মাগী চিঙাক চিন্দমনরে হায়রগা খোমলেন তুমখুন লোয়না তানখরে। লোইশাবসু খোমলেন তুমখুন তানখরে।

মতাং অসিদা তাংকক অমা লোয়রে।

# তাংকক অমা হৌরে

# শাইওন মীরেন লাংওনবগী



শাইওন মীরেন লাংওনবা হিপ্পা য়াদে শাইওন মীরেন লাংওনবা তপ্পা হৌগৎলগা শলাই নিপান অদো ফাদুনা থল্লিবা শলাই নিপান অদুগী মনাক্তা লাকই। শলাই নিপান নখোয়বু ব্রাখল খজিক্তনা ফাওবদা লাক্ত্রিব্রনে? করিনোনে নখোয়না খল্লিবা ব্রাখল অসিবো নুংপানপুবা মপু লৈশাপুবা মপু, পোংপুবা নুংশেন্বা, লাংপুবা লৈফারা, লোইপুবা কুমপুবা নখোয়বু করিগীনো নখোয় ব্রাখল খজিকফাওবদা খন্দ্রবরনে? ঐখোয় নুংশিৎতৌনা তৌ হায়ব্রা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ঐখোয়না লাম্বদা ফংলরোইদৌবা চৎপা ঙমলরোইদৌবা ঈপাক অদুবু ঐখোয়না করম্না লানগনি? মালেম অসিগী শানা মপু ওইখ্রবদা তাইবং ঐখোয়না করি তৌগনি? তাইবং ঐখোয়

মঙা লৈবদা শাদি মশিং থিঙমদনা লৈখরে। ঐখোয়না হৌজিক করি উপাই লৈগদগে শাদা নৎতে জীব ময়াম অমা মশিং থিঙমদনা লৈখ্রবসিদা তাইবং ঐখোয়না করি অমুক তৌরুখিগদগেনে মপু। নৎতে শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা হায়বদি লৈরিবা তাইবং ঐখোয় খরসে চপ মান্নরে হায়রগা অমুক্তং শা অসিবু মাইথিননবগী মরম অদো অমুক্তা তৌসি হায়ববো নখোয়গী ব্রাখলদা করিগুম্বা শিম্থা অসি লৈতব্রনে? উম ঐখোয় মদু লাম্বা ফংদ্রে। অদুদি নখোয় নখুৎতি লোয়না পুল্লি। নখোঙসু উরিনা পুল্লিবরা পুল্লি অসি পুল্লিবা মরমসিনা করিগীনো? নখোয়দা শঙাংলেনবা শাথৌবনা মীনম্বা ওইদবা অমা ঙাংঙি শলাই মাপনগা নখোয়গী লানশিংন্নবগী মরম শিল্লকপদা মদুদা নখোয় নিপান অসে ঐনা ফাজনদবা য়াদদনা ফাজিল্লিবনি নখোয়বু নুংশিদবদি নৎতে। করিগীনো নখোয়না অদুক য়াম্লা ঐবু ফৎতনা লৌরিবদি ঐদি নখোয় তাইবংগী মপোক নৎতে। নখোয় নিপান মুন্না তাও ঐদি নখোয় তাইবংগী মপোক নৎতে লাংওনবা মপুগী মপোকনি তাইবং হায়বসে চারৌ মৌরৌনরগা চাদা নৌদাবসু য়াবা নৎতে তাইবং চিঞ্জাক চাবসু ঐদি য়াদে। চীংঙু মাগী লাংওন মপোক লাকপনি য়েংজৌ তাইবং নখোয় ময়াম অসে মালেম অসিদা চাক্তবা ঙমদ্রদুনা কোইচেন চেন্দুনা শানা শরাক তমদুনা ঈহিং নাইহিং শাবমখৈ মখোয়গী শরাক তম্বা ইঙাং পাক্তক্লবা ইমু পানফেন্নবা নখোয়না কোইচেন চেন্দুনা লৈশা লৈরোল নুংদা লৈরগা পান্দা থোরক্লুনা লাইজা ঈশিংলিক্লা অমফাওবদা থকপা ফংদ্রবা অদুক ব্রারবদুদা মখোয়গীদমক্তা মতেং ওইননবা লমজিংননবগীদমক্তা ঐবু লাংওনবা মপুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা হায়বা কোলোয় মীংথোন অদো শাইওনলগা তাইবংলকসিদা তিল্লবনি। ঐদি তাইবং নৎতে তাইবংগী চিঞ্জাক চাবসু নৎতে তাইবংগী অপাম নুংশি খংবসু নৎতে ঐদি নখোয়গী লমজিংবনি অদুগা করিগীনো তাইবং নখোয় মশেন্না অদুক নুংশিনদ্রিবা অদুক পাইমা ব্রাখল থেনলিবা করিগীদমক্তনো? মালেম তাইবং পানবা হায়বসে মালেমসে তাইবংনা মপু ওইগদবনি অদুগা শলাইরেন শিদবা হায়বসিনা শানা অহানবগী

মপোক ওইনা পানবগী ৱানি। মহাক অদো মাইথিবা পীদবা ইয়ামক য়াদবনিনে। নখোয় শলাই নিপানবু ৱাখল অমুক্তা খনথৌ নখোয় জ্ঞান তাওনে কৈদৌরবগে?। ঐখোয় মদো লাম্বা ফংবা ঙমদ্রে মপু। ফরে অদু ওইরবদি শলাই মাপল অসে শলাই অমা মখোয়গী খোংলোয় খুদিংমক্তা য়ৌরক্তুনা লৈরিবনি। অদো মখোয়দি মালেম লৈপানপুংদা অমুকসু লৈহৌরিবা লানলোই ময়াম অদো নখোয় খংলেদনা। খংঙে অদুগী মথক্তা মখোয়গী শলাই অদুদা লৈহৌরিবা অদুনা অমুকসুমুক লানলোং লানপুং শিল্লগা অমুকসুমুক লাক্তুনা শলাই মরি থুংঙরবনিদো। শলাই মঙা ৱাংলি। হৌজিক শলাই মঙা অদো কোরৌ অঙানবগী মাগী মতম য়ৌদ্রিঙৈগী মতমদা লাক্তদ্রা খনবনি অদুবু অৱা হুইদোই লাংবা য়াওব্রা হায়দুনা য়েংলিবনি। মখোয় অদো হৌজিকফাওবা লাক্ত্রি। অদুবু থেংলবা অহিংগী মতম য়ৌরকপসিদা মখোয় লাক্লব্রা হায়বদো ঐ অমুক্তং য়েংগেকো হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা হায়ফেৎ মীৎলাং শাংখৈরকপা মতমদা মখুৎতা মৈরা পাইদুনা থেংলবা অহিংগী মতমদা চাওরবা চাওরবা উঙাম কয়া তোংদুনা লাকপদো উবদা কয়াদা নুংশিরবনে। লাও নখোয় শলাই নিপানমক থোরকলো নখোয়না অদুক ৱাখল হন্থরিবদো শলাই মাপল অসিগী শলাই মরি য়ৌরক্তনা লৈরে। হৌজিক শলাই মঙা লাকইবসিনা থেংলবা অহিংগী মতমদা শিবা কিদবমখৈ পাক্লবা ঈশিং অসিদা চাওরবা জীব ময়াম অমা লৈবসিনা য়াইবি লৌগনি হায়বা কিদবমখৈ মখুৎতা মৈরা মুৎশি-মুৎশি পাইদুনা পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক্তা লাক্লিবসে অমুক্তং য়েংঙু হায়দনা শলাই নিপানগী শাকোকলেন নিপানসে কৌথোক্লগা য়েংহললি। শাকোকলেন নিপান অসিনা ঈহে তাইবং অদুক ৱানা লাকচরবা তাইবংনিদো। অদুগা য়াইবি থৱায় থাগদৌরিবনিকো ওন্থোক্লা পেনখিদ্রেদা হে শা কৌবা নহাক্লা মালেমগী মপু অসে ওইরমদ্রবদি তাইবং ঐখোয়সে ঈনিং তম্না লৈজরগদবনিকো। অদুবু নখোয়মক্তা অদুমনা লাক্লগা ঐখোয়না লান অসে য়াওররোই হায়দনা ঐগী শলাইদা হল্লকখিবদুবু অচুম্বা ওইরিব্রা চুমদবা ওইরিব্রা হায়ফম অমা

খংদ্রেনে। শাইওন মীরেন লাংওনবা নখোয়না খল্লিবা ব্রাখলদো অচুম্বা নংতে অমুক্তং খনথৌ পুন্না অপুনবা ওইবদুনা অপুনবা পাঙ্গল লৈগদবনি। অপুনবদুনা অকনবা শক্তি ওইগদবনি। করিনো নখোয়না খল্লিবা ব্রাখল অদো মুশি মুশি লাওরবা মৈরা অসি উবদা শলাই নিপানগী শকোকলেন নিপান অসে মবুকনিং অদো থোক ওনখ্রগা মখোয়মক্না ফাওবা অসুম্না লাক্লবদা ঐখোয়না করিগী চেল্লুখিগদনে। হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপুমক্না শাখি ওইরসনু। কোরৌ ব্রাংলেনদগীদি ঐখোয় মালেম অসিগী লানখোং ঈরি তম্বসি য়াওজরগে য়াম্না নুংঙাইরে মদুদি মথংগী অমুক লাক্কদবা লানলোইদা শেম শারো। নখোয়বু লিপক পুন্দুনা লৈরিবদুদি থাদোকপা য়াখিরোইকো নখোয় অমুক চংলো লৈশানুংদা অমুক চংলো হায়দনা চংহনখরে। অদুগা অমুক লৈশা-লৈরোন অদো লৈরোন চনশল্লম্মী। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু পরপ-পরপ লোইশাবগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা লোইশাবা, লোইশাবা, লোইশা নংবু হৌগৎলোনে। ঈ শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাকপীয়ুদো; ননাইদি করিসু খংজবা নংচদেদো। হে মপু। হৌগৎলো ঐখোয়না ঙাইরিবা শলাই মঙা। অদো লাক্লবা মাল্লি অরাপ্পগী ঈশিংগী ঈপাক ঈয়াইদা মুৎশি-মুৎশি উরিবা মৈরা অসে মখোয় শোইদনা ওইরমগনি। হা! ফুক হৌগৎলেদো। লোইশা পরপ-পরপ থোরকই মখোয় অনি লাইজা ঈপান অদুদা মীৎলাং শাংখৈদুনা খুবাক লাইখন তাদুনা য়েংঙকপা মতমদা ও য়াম্না লাপ্পবা মফমদা খাম্মী মৈরা মুৎশি-মুৎশি লাকইবসে শোইদনা ওইরমগনি হায়দুনা লাইজা ঈপাল অদুদা ঙাইদুনা লৈরে। শোমদদি শলাই মঙা হায়বদি শিন্থাপুং শলাই খোংশাবা, মহাক্না নুংপন পুবা, লৈশা পুবা, শলাই, উতাই শলাইগী শাকোকলেন ঈরি তম্বা অদো অদুবু পুদুনা খোংলোয় ঈরি তমদুনা লাক্লেদো। খোংলোয় ঈরি তমদুনা লাকপা ব্রাংলেন অদুদদি শলাই খোংশাবা শাখোং শলাই অসিনা নুংপানপুবা শলাইগী শখাইবা মহাকপু লমজিং ঈরি তমদুনা পোরক্লেদো। অদুগা শলাইগী লুলাং শলাইনা অমুক তোংখাবা শলাইবু পুদুনা লাক্লেদো। তোংখাবা শলাইগী শাকোকলেন

খোংলোয় ওইবনা নুংথং-নুংথাংনা ওইরেদো। নুংথাংনা ওইরবদুগী মতুং অদুদা অমুক্কসু লুলাং শলাইনা তুংখনবা নুংশাখোং শলাইগী শাইখোং মহাক্লা লুচিংদুনা শলাই মঙা অসে উরান উঙাম মঙাদা জীরি জীরি জীরি জীরি পুদুনা লাকইদো। লাকপা মতমদা শখাং শলাই অসিনা উপুং পুংলেন উরান শলাইগী শখাইবা তাকপীয়ুদো মপু। হৌজিক্তি পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক ময়াই অসিদা উঙাম তোংদুনা লাক্লে। জীব কনা অমা থেংনখিদে। শাইওন মীরেন লাংওনবগী মফম হেক য়ৌগদবদি ঐখোয়গী হংনিংবা ময়াম অমা হংগদবনি মহাক্কী মনাক য়ৌগদৌরবনি করিসু নুংশা থিরুরগনুকো। হোয় কন্না হোনজল্লসি হায়দনা জরা জারা জরা জরা হোনজল্লেদো। লুলাং উপুংবা পুংলেন শলাইগী লুলাংনা অমুক খোংশাবা খোংলোয় শলাইগী নুংথাং; তাকপীয়ুদো মপু হৌজিক্তি মালেম অসিগী লাইজা ঈপাক ময়াই অসিদা হোল্লকপসি ঐখোয় য়াম্না শাংনা হোল্লক্লবনিনা চোকথরবা শমু হকচাংনিদো। অদুবু চোকথবা য়াদে মপুগী শিন্থানি খন্না হোৎনগদবনি। এ চোকথদেদো কন্না হোনকৎশি। জীরি জীরি জীরি হোনকৎলকইদো। লুলাংনা নুংশাখোং শলাইগী শৈখাং; তাকপীয়ুদো মপু ৱাব্রনে? ৱাদেদা মপুগী শিন্থানি। নংগী খোংলোয় খুদিংমক অদো য়াম্না চেকশিল্লু। হৌজিক তিল্লম ঙারম পুম্নমক অসে শঙাংলেনবনা লোয়না শিন্থা পীখিদুনা পুকচেল অমৎতা ফৎত্রবনি। অদুনা মাগী-মগী খুৎশু থাংলেন পুম্নমক উব্রা পুম্নমক্তো শেম শাদুনা লৈগদবনি। হেক মখোয়না থৎতুনা লৈরম্বদা য়াইবি লৌগদবনি। ও অদুগী শিন্থাদুমা কাংজগেদো হায়রগা জীরি জীরি জীরি জীরি জরা জরা জরা... জীরি, জীরি, জীরি, জরা জরা জীরি, জীরি জরা জরা হোনকৎলকপসিদা মালেমগী লাইজা ঈপান্দুগী মনাক্তা খরা খরা শুম শুম নকশিল্লকইদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা লোইশা হৌজিক নকশিল্লকলেদো শলাই মঙাদুনি খংঙিকো। উম খংঙি। অদু ওইরবদি নহাক্লা মখোয়বু লাক্লগা মখোয়না শিন্থা কাংগদবা মফম অদো অমুক্তং য়েংঙুচোদনা। উম হায়দুনা লোইশানা পরপ-পরপ লাক্লগা মখোয়না লৈগদবা মফমশিং অদো

য়েংলে। হেক য়েংবা লোয়রগা পরপ-পরপ অমুক লাকইদো হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু ননাই য়েংজরে করিমৎতা অব্রাৎপা লৈত্রে। মখোয় লাক্লগা য়াতানবা মখোয় চানবা চিন্দমনবা পুন্নমকসু শেম শাবা লোয়রেদো মপু। ও, অদুদি হৌজিক ব্রাংলেন অসিদা শিন্থাপুং জীব শলাইগী শখাং য়ৌজরক্লেদো মপু। ও, অদুদি য়াম্না নুংঙাইরেনা। উম শিন্থা ঈরেন তম্বা লাক্লবনিনা য়াম্না নুংঙাইরে। মথংদা শখাইবা নুংপুরেন শলাইপুবগী শখাইবা অসিনা লানকোক ওইদুনা লাক্লে। মাসু য়ৌজরক্লে য়াম্না নুংঙাইরে। শখাইবা কুমথরক্লো নংগী লানলোই পুন্নমক পুথরক্লো। খোংশাবা নংসু কুমথরকও হায়দনা লোয়না শলাই খোংলোয় খুদিংমক কুমথরক্লে অদুগা মথংদা উপুংবা পুংলেন শলাই, লুলাং নংসু য়ৌরক্লব্রা? য়ৌজরক্লেদো মপু। অদুদি নংগী লানলোই পুন্নমক লোয়না কুমথরক্লো। ঐগী লানলোই পুন্নমক লোয়না লাক্লো হায়দনা কুমথরে অদুগা খাইবা — নংগী শলাইসু লানলোই কুমথরক্লো হায়দনা কুমথরক্লেদো। লৈশা শখাং-শলাইগীসু লানলোই পুন্নমক লোয়না কুমথরক্লো হায়দনা কুমথরগা লোয়না লেপ্তুনা লৈরে। মথংদা শাখোং শলাইগী নুংথাং নহাকসু নংগী খোঙ্গুম ঈরেন তল্লো। নুংথাংসু লানলোই খুদিংমক কুমথরক্লো, লোয়না কুমথরক্লোদো। পুল্লপ লেপ্তুনা লৈরে। অরোইবদা নুংশাখোং শলাইগী শাইখোং নংসু লানলোই খুদিংমক কৌথদুনা কুমথরক্লে। ঐগী লানলোই খুদিংমক লোয়না কুমথরক্লো হায়দনা শাইখোংসু কুমথরক্লে। কয়াদি ফজরবনো। ময়াম অদো পীকথন্না লেপ্লদুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা লোইশাবা ঈস য়াম্না ফজরে। অদুদি শলাই মরি অমসু চাক্তা ঈরেন তমদুনা লৈখ্রবনি কাখৎলো নখোয়গীসু লোয়নমক লৈরবনি।

হৌজিক্তি নখোয়গী য়াতাফমসু লৈরবনিনা হৈরাং চিন্দমমো অদুগা খোংলোয় পুন্নমকসু চিন্দমদুনা পোথারোকো। পোৎথাজরগে নখোয়গী লাংকোকশিং অদো অমুক্তং কৌরকউ। উম শখাং; য়ৌজরক্লেদো। মথংদা লাইখোইবা, য়ৌরক্লব্রা? য়ৌরক্লে মপু। মথংদা লমথাং;

য়ৌজরক্লে মুখাং; য়ৌরক্লে। নোংমুবা য়ৌরক্লবা? য়ৌজরক্লে মপু। নখোয়গী শলাইগী মকোক মঙাসিগী নখোয় মঙানা ওইরেদনা। উম। এ! নখোয় মঙানা ওইরে। অদুদি নংগী-নংগী লানলোই খুদিংমক অদো য়াম্না চেকশিন্না ব্রারি শাগদবনি শমু মাইথিবা য়াবা নৎতে। লানলোং ঈরি ফজনা তাক্কদবনি ফজনা তমগদবনি। ঐখোয় তাইবংনা মাই পাক্তবা য়াদবনি। হেক তাইবংনা মাই থিহৌবদা মালেম অসে তাইবং অমুক লাক্লরোইদবনি। তাইবং হায়বসে চীংখোংদা চীংয়াদা লৈকু লৈরাই ঈরি ঈনুংদা অদুমমক চাক্তাখিবনা য়াইবি লুরেন মাংদনা য়াইবি খোংলোয় লোয়দনা অদুমমক পুন্সি তেন্দুনা লোয়খ্রগদবনিকো। অদুনা নংগী নংগী লানলোইশিং অদো য়াম্না চেকশিন্না কোলোয় য়াব্রা পৌশান্নগদবনিকো থোকখিবা ব্রারি কয়া; হৌখিবা ব্রারি কয়া লাক্কদবা ব্রারি কয়ানা মদুনা মখোয়গী থম্মোয়বু ফাগদবনি। অদুগা মখোয়বু লানলোং অসিদা খোঙ্গুমনবা তৌগদবনি। অদুদি নংগী-নংগী শিন্থা কাংঙুরো হায়দনা শিন্থা কাংবদো লোয়না তুমলেন তুমখুন তানখরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা করম তৌগদবনো হায়দনা অসুমনা শলাই মাপল অদুগী লানলোই মাপল অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মখোয়বু লানলোং ঈরি তম্বগী মরম, অদুগা ঈপাক লান্নবগী মরম, শরি চিনককন্নবগী মরম, ব্রাংলেন খুদিংগী ব্রাখল হোংদনবগী মরম, হায়বা মরম খুদিংমক অসে লোয়নমক শাইওন মীরেন লাংওনবনা শিন্থা পীদুনা লৈরেদো।

মতাং অসিদা তাংকক অমা লোয়রে।

# লৈপানপুংদা শাঙৌরেনবা
# ফাবগী তাংকক অমা হৌরে

শারম পুবা শাঙৌরেনবসিনা-ওম্থোক্লা লাকচখরেদা শাইওন মীবেন লাংওনবা নংনা শক্তি করা লৈ হায়দুনা শারমপুবা ঐবু নংগী শক্তিদুনা



হেক্তা কোইশল্লগা থনম্বা অদুগা ঐনা খোংফম অমা হোংহন্দবা নহাক্লা কদাইদা চৎখিবনো হায়বসু খংহন্দবা তাইবং হায়বসিদি ঐগা তিন্নবা য়াদে। তাইবং হায়বসি ব্রা লোৎলি, খোংচৎ লোৎলি, মীৎযেং লোৎলি, শিন্থা লোৎলি, অদুনা তাইবংসি ঐগা লোয়নবা য়াদে। ঐগা লোযনবা য়াদবনিনা ঐ অসে চেল্লগে হায়বসু মাগী শক্তি অসিনা ফাদুনা থমখরে। ঐগী শা

খুদিংমকপু লোয়না ফাজিল্লি করিনো শাইওন মীরেন লাংওনবা নহাক্লা তৌরিবসিবু? উম ঐসে শক্তি লৈবা শারম পুবা মপুনি হায়বসে কাওরমাল্লে। নহাক্লা শক্তিকাদো কৌরগে হায়না ফন-ফন হেক্তা চোংখৎলকপা শারমপুবা মপুসু লৈশাসে তাপ পাইরগা ফক্কাইদুনা হেক্তা লংথোক্তনা তৌখৎলকপসিদা মাগী শা ময়াম অদুনা শারম পুবা মপু উপাই লৈতে। ঐখোয় পুম্নমক শাইওন মীরেন লাংওনবগী শক্তিনা কোইশন দুনা থনমবনিদো উপাই লৈতবনি। করি উপাই লৈরি হৌজিক্তি মনুং অসিদা তুম্বা নৎতনা, চৎপা নৎতনা, উপাই করিসু লৈতে। ঐগী উপাই লৈতবনিনা শাইওন মীরেন লাংওনবা নংবু কৌবা নৎতনা করিদি উপাই লৈ। য়েংঙু লৈপানপুং অসিদা লৈরিবা তাইবং নংগী শলাই মাপল অসিদি শারম কয়া লান শোক্লরকপা অঙম- অঙম্বা চাইনরকপসিদা য়েংহৈদ্রবা কয়া উরে, উহৈদ্রবা কয়া উরিবসে শিফাওবদা শারমপুবা ঐগী পাঙ্গল অসে লৈতবনিনা অদুম য়েংদুনা লৈরেদো। শা কয়া অমনা তাইবংগী য়াইবি লৌরে তাইবংনসু শা কয়াগী, জীব কয়াগী য়াইবি লৌরেদো। মালেম লৈশা অসে পুবদা ব্বারক্লমালে। পুবদা ব্বারকপদুনা অতোংবদগী অকুৎপদুদা বোং-বোং নিংখাইরকপদুনা অশিবা শমু হকচাং কয়ামসু নললে। য়েংহৈদরে কয়াম ব্বাৎলিবগে নংনা লাক্কদবসে; ঐবু ফারিবসে কয়াম ব্বাৎলিবগেনে নংনা লৌথোকপীগদবা? অমুক্তা লৌথোকপীয়ুগবা কৈদৌবগে। মরম খুদিংমক ঐখোয়না তাক্লগে য়েংঙু। ব্বাংলেন অদুদা শারম পুবা মপু অসিনা মুরুম-মরুম শোন্দুনা লৈ অমনা অমুক মনুং অদুদা লৈরিবা শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অসিনা শারম পুবা মপুনা ঙুরুং-ঙুরুং ঙংবদু তারগা শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অসিনা করিগীনোনে শারম পুবা মপুনা অসুক য়াম্না ঙুরুং-ঙুরুং-ঙুরুং ঙাংঙিসিবো শাইওন মীরেন লাংওনবা য়াওদ্রবরা মথন্তা ওইরবা জাৎলা হায়দুনা য়েংদুনা লৈ। ব্বাংলেন অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবা অসিনা মীৎলাং শাংখৈরকপা মতমদা শারম পুবা মপুনা তৌরিবা লিলা ময়ামদো উম নংসু মতম খরা তৌখো পাইমনুংদা খল্লি। অদুগা

লৈশাদা নৎতবা শাইওন মীরেন লাংওনবনা কুপশন্দুনা থল্লিবা জীব কনা চংবা ঙমদ্রবা শক্তি কয়া চংবা ঙমদ্রবদো ইনৌরেম্বী তরাতরেৎসিনা নিংঙকপসে কয়াদা ফজনা নিংখ্রিবনো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মালেম অসিগী মপু ওইবিয়ু শাগা শমু মাইয়োকনরকপা মতমদা শামমা পাঙ্গল ময়েং তাবিগনুদো হায়দনা কন্না নিংখৎলকইদো। শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অসিনা মালেমগী লৈপান পুং অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু শাগা তাইবংগা শয়েং থৈনরকপা পামবোম ঙান্নরকপা মতমদা তাইবংনা ঙমহনবিয়ু হায়দনা থৌনি পরৈ চেৎলকপা অসিসু অঙকপা অমগী মশক ওইনা চেৎলকলিবনিদো ফমখিবা মফমদগী হোংবা নৎতে য়াইবি থব্বায় থারবসু থারগনি হায়বগী অচেৎপা ব্রাশক্কা লোয়ননা নিংঙক্লিবনিদো। নিংবদুদা অদুমমক য়াইবি থাখ্রবসু করিগুম্বা তাইবংনা শমু মায়োক্লবদুদা ঙল্লোইদবা থোক্লবদি তাইবংনা অমুক মালেমসিদা লৈতবনিনা মদুবু শিম্থা কোলোয় তমমকপা মতমদা মপু মাবু নিংঙকপা মতমদা য়াইবি থব্বায় থাবগীদি মপু মাগী খুয়া থম্বালদা চংজরবনি হায়বগী থম্মোয়নুংদা খন্দুনা ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অসিনা নিংঙকপসিদি অঙকপনি চহী কুমজা তরেৎ তুম্বা ঙম্বা ইনৌরেম্বী ঙাক্তনি অখাং-কনবি শরি ব্রাশক অদুনা চেৎলবা ঙাক্তনিনা অঙকপনিদো। মালেম লৈপানপুং অদুদা মখোয় তরাতরেৎ অসিনা ঙরং ঙরং হেক্তা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মালেম অসিগী মপু ওইবিয়ু। শাগা মাইয়োক্লবা মতমদা শমুমাই পাকপীয়ু হায়দনা তরাতরেৎ অসিনা নিংখৎলকপা অসিদি হেক্তা অঙকপগী মশক্তা ঙরং-ঙরং-ঙরং নিংঙকপনিমা। নিংঙকপসিদা মখোয় তরাতরেৎ অসিনা অমুক ইতারোই,তাকপীয়ুদো। মথং-মথংসে অদুম হংনরকই ঐখোয়না নিংঙিবা মফমসিদদি করিগুম্বা শা অমৎতা জীব অমৎতা লাকপা উরবা; লাক্লবসু অদুম থৈদোক্তুনা চৎখি। করম তৌবনো মসিনা উম ঐখেয়গী নিংলিবা মফম অসিদিকো শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী শক্তি অদুনা কোইশন্দুনা থনম্লবনি। জীব অমৎতনা ঐখোয়বু মাইথিবা পীবা ঙম্লরোইদবনি। তাইবং অমৎতনা মাইথিবা পীবা

ঙম্লরোইদবনি। মাইথিবা পীবদি লাইরদনা হন্নফাওবা য়েংগদবা নৎতে। ঐখোয়গী চেংলৌ শকসিবু উবা ফংগদবা নৎতেনে। অদুদি অদুমমক উদনা লৈরগদি কমদৌবা? অদুমমক উদনা লৈরগনা মালেম লৈপানপুং অসিদা শাইওন মীরেন লাংওনববু নিংদুনা অদুম পুন্সিগী অদুম লৈহৌবা তারে। অদুদি হৈরাং অমৎতসু চিন্দমদবা,জীব অমফাওবা চিন্দমদবা চিঞ্জাক চাদ্রবদি ঐখোয় করম তৌগনি। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা ঐখোয়বু অরাম খৌরাংবা হৌজিকসু পোকহন্দনা অদুম পোকহনদ্রিবা শুমাইনা শুম তৌদুনা পোকহন্দ্রবদি ঐখোয় চাদ্রবসু কৈসু তৌরোইদা। হোয়দা অদুবু ওইরিবমখৈদি করিসু কাইদেদা মহাক্কী শক্তিনা কোইশন্দুনা থম্বনিনা নোংমদি মহাক শোইদনা লক্কনি। কাওরুরবসু নিংশিংবা কোরৌ অমদি য়াওরক্কনি। ঐখোয় তরাতরেৎ অসে মসিনা নিংজরিবসে অতৈ কনাদি নৎতে মহাক্নি। মহাক্না মালেম অসিগী জীবগী মপু ওইবা জীব পুম্নমক্কী শাইওন মীরেন লাংওনবনি। জীব ময়াম অমনা খংদ্রবসু ঐখোয় তরাতরেৎতি খংঙেদনা। উম ঐখোয় তরাতরেৎতি মহাক্না ঈনুং লৈশা ঈরি তম্বা মফম অদুদা মানা লৈশা মনুংদা হোৎতুনা লৈখিবদা ঐখোয় তরাতরেৎনা মথক্তা ঙাইদৌরিবনি হায়দুনা তুমদনা লৈবা মতমদা মথন্তনা ব্বারি পৌশান্নবদুনা লোয়না তাকথোকচরম্বনি মান্নি অদুগী শিন্থা অদো মহাক কাংঙক্লিবনি। মহাক তাইবংমী নৎতে লাংওনবগী মপোক্নি হায়বা খংলবা মহাকপু নিংলিবা ঐখোয়বু মানা করম্না কাওথোক্কদগেনে মনাই ওইবা ঐখোয়বো কাওরোইদা। অদুদি ঐখোয় নিংবসিদি লেপ্পা য়াদে। মাগী শরি চিনকক্লনবা ঐখোয় তরাতরেৎ অসিবু করম্বা মপোক্তা করম্বা শাইওন্দা তাইবংগী মপোক শাইওন্দুনা হৈরাং চিন্দম্বা লৈরাং চিনমেন্নগদবা মপোক অদো মদুসু শাইওন মীরেন লাংওনববু নিংনা-নিংনা অদুম খল্লিনে, খললোই হায়বদি য়াদেনে। হোয়নে ইতারোই ঐসু খল্লিনে, ইতারোই নখোয়সু খনব্রা? উম। ঐদি ইথন্তনা খনব্রা হায়দনা অসুম তুমিন-তুমিন্না ব্বাখল খন্দুনা লৈরম্বনি। অদো ইতা ময়ামসু খনবোইরে। খন্দদি কৈনো চহি কুমজা তরেৎনে মাবু ঙাইরক্লিবসে, অঙকপা নৎব্রা?

অদুগা করম্না খল্লোইদৌরিবনো মালেমগী লৈপানপুং অসিদা শরি চিনককনগদবনি। তাইবংদা হৈরাং চিন্দমগদবগী লাংওন মপোক অদুগা তাইবং ওইনা খোঙ্গুমদুনা মালেমগী পলেম পঙ্গৌ লৈকোইপুংগী মপু ওইগদবগী শাইওন মপোক্তো অদুসু চিনককনগনি হায়দনা মানা হায়বদাইনে। উম হায়রিবনি কুমওন কয়া শুরক্লবনি ঐখোয়না মালেম অসিগী লৈপানপুং অসিদা নিংঙক্লিবসে। অদুবু শা ময়াম অদুগা তাইবং ময়াম অদুগা শমু মাইয়োক্লবরা মাইয়োক্লদ্রিব্রা হায়বদি ঐখোয়দি অমফাওবা খংদ্রবনিদো। উম খংদ্রবনি। অদুদি ঐখোয় অমুক্তং য়েংগদ্রা? য়েংদবা য়াদে। ঐখোয়না ফল্লিবা পীরিবা শিম্থাসিবু হেক কাইখিবা মতমদা তাইবং হায়বা খুদিংমক লোয়না মাইথিগদৌরিবনি। তাইবংগী ঐখোয় তরাতরেৎনা লেপকদৌরিবনি। ঐখোয় তরাতরেৎনা থম্মোয় চেৎনা নিংলবদি ঐখোয়না শমু মাই পাক্কদৌরিবনি নিংদ্রবদি শমুমাই থিগদৌরিবনি। শঙাংলেনবা মপুগী শারম কয়ানা মাগী জীব খোংলোয় কয়ানা শাইওন মীরেন লাংওনবা অমদি ঐখোয় তরাতরেৎপু ফারগা পোকরকও। মাগী মালেম লৈকোইপুং অদুদা নিংগদবা মরম খুদিংমক তাকহনগদবনি হায়বগী মরম অদো মাগী শারোই খুদিংমক্তা হায়খ্রবনি হায়দুনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা তাকলম্লবদুনি। অদুনা ঐখোয়বু ফাবা ঙমদন্নবগীদমক্তা মাগী শক্তি ময়াম অদুনা কোইশন্দুনা থনম্লিবা ওইরমগনিনে। হোয় হোয় অদু ওইরবদি অমুক নিংঙসিনে। উম, হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মালেম তাইবংগা শাগা শমু মায়োক্লরকপা মতমদা তাইবংনা শমুমাই পাকহনবিয়ু হে শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু হায়দুনা কন্না হেক্তা নিংদুনা লৈখরেদো। শঙাংলেনবা মপু মালেম লৈকোইপুংগী মপু ওইবা শাথৌবা অসিনা মহাক্কী শারোই খুদিংমক্তা-শারম নখোয় পুম্নমক তাব্রা? তাকপীযুদো মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা। উম ঐনা মালেমগী মপু ওইনি নখোয় ময়াম্না মালেম লৈকোইপুং অসিগী পনঙাক্নুনা লৈরো। হৌজিক শা ঐখোয়গীদি মালেমবু শেল্লিবা মপু মাবু থৌনি পরৈ চেৎপা লৈতেদো। তাইবংগীদি ইনৌরেম্বী

তরাতরেৎ অদুনা থৌনি পরে চেৎখিবা কুমজা মশিং য়াল্লে হায়না কোলোয় মপাও তমলক্লেদো। উম য়ামখরে মপু অদুদি ঐখোয় মাইথিবা তারিব্রা। ঐখোয় মাইথিবা য়াদে শারম কয়াদো লোইনমক মফমসিদা লাও হায়দুনা কোলোয় চিঙ্গোইরকইদো। তাও তাও মালেমগী লৈকোইপুংদা লৈরিবা শাগী শাকোকলেন, ঙাকোকলেন, তিলকোকলেন, জীব কোকলেন, লিলকোকল্লেন পুম্নমক শঙাংলেনবা মপু ঐনা কোলোয় য়াব্রা পাও কৌরিদো। খোংলোয় ঈগ্নি তমজরককেদো। হে মপু কোলোয় করি চিঙ্গোইগদবনো লাকও-লাকও শঙাংলেনবগী মফমদা চংঙসি। শঙাংলেনবা শাথৌবা মালেমগী মপু ওইবা ননাই শাকোকলেন ঐখোয়বু কৌবদু করি তাকপীগদবা। উম ঐনা নখোয়বু কৌবদি মালেম অসিদা লৈরিবা তাইবং খুদিংমক্লদি মালেম লৈকোইপুংদা মখোয় শলাই তরাতরেৎ লাক্তুনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা শিতীক ঈরি তমদুনা মালেমদা শাইওনলম্লিবা মপু অদো মখোয় শলাই তরাতরেৎকী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎনা নিংখরেদো। চহি কুমজা মশিং য়াল্লেনে। উম য়াল্লে শাইওন মীরেন লাংওনবনা তাইবংগী লমজিং লমতাক্তুনা মখোয়বুদি লোয়নমক শিন্থা পীখরে। ঐখোয় শা ঐখোয়গীদি কোরৌ ব্রাংলেনসিফাওবদা করিগুম্বা অমৎতা মপু মাগী মফমদা নিবা লৈত্রি। অদুনা মালেমদা অচৎপা জীব মখল চৎতবা জীব মখল মশিং শুনা নিংবা অদুনা মালেমগী মপু ওইগদবনি তাকলম্বনিদো। মদু শঙাংলেনবা ইশামক ঐনা তাহৌবনিদো হিকতোকপা য়াররোইদবা শিন্থানি। মদো তাইবংনা হেনখ্রবদি ঐখোয় মাইথিগদৌরিবনি। তাইবংনা হেলহনবা য়াদে মালেম লৈকোইপুং অসিগী ময়াইপুং অসিদা নখোয় শাকোকলেন, তিলকোকলেন জীব কোকলেন, উচেককোকলেন, ঙাকোকলেন নখোয় মশিং থিঙমদবনা কোইহন্দুনা তাইবং মখোয়দি হৈরাং-লৈরাং হেক্তুনা শোইদনা তমমগনি অদুনা শা ঐখোয়গী হৈরাং-লৈরাং কয়াদো হেক্তুনা পৈরগা হেক্তা মালেমগী মপু ওইবা শা ঐখোয়না শমুমাই পাকহনবিয়ু হায়রদো নিংবা তারবনি। ও অদুদি ঐখোয় পুম্নমক শিন্থা অদো পাংথোক্লবা

কোলোয় ঈরি তমজরগেদো। উম থিল্লবনি চৎলো হৌজিকমক শিন্থা অদো কাংগদবনি। শঙাংলেনবা শাথৌবনা কোলোয় কাংঙকপদগীদি শাকোকলেন খুদিংমক্তো পরপ-পরপ লাক্লগা মালেমগী লৈকোইপুংগী অহাংবা ঈরম ঈরেন অহাংবা মফম অদুদা ফল্লগা মখোয়সে য়াব্রা কোলোয় চিঙ্গোইনৈদো। ঙাইখো ঐখোয় অমুক্তং কোলোয় চিনককনখিসি। করিনো শঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা হায়রক্লিবসিবো। মালেম অসিবু শেল্লিবা মপু, শা ঐখোয়না শমু মাই পাকচরগে মালেমগী মপু হন্না অমুক্না ওইজগে হায়দুনা নিংঙো হায়বা তাইবংগীদি মালেম লৈপানপুংদা নিংখরে হায়বা। অদুদি হৈরাং ফজবা লৈরাং ফজবা ময়াম অমা হেক্লগা কৎকদবনি হায়রগদি ঐখোয়সু তাইবংগুম্বা ওইবা তারবরনে। হি! মদু অমুক্তং চৎলগা হংদবা য়ারোই হন্না অমুক পরপ-পরপ লাকই মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা শাথৌলেনবা মপু। করি অমুক হায়নিংলে তাইবংনা নিংবা খোংলোয় অদুগা শা ঐখোয়গা চপ মান্ননা নিংগদব্রনে। করম্না মান্ননা নিংগদগে হায়বদি তাইবংনা হৈরাং কৎপা লৈরাং কৎপা অদুম্না ঐখোয়সে কৎলগা নিংলবদি তাইবংগা ঐখোয়গা মান্নরে মদুদি তাইবংনা নিংবদুদা ঐনা মখোয়গী মতেং পাংশনবা ওইনা থোকলোইদরা? শঙাংলেনবা শাথৌলেনবা মপু হোয়নে অদুসু চুম্মীনে। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী তোঙানবা খোংলোয় অমা নিংবনা চুমগদবা মাল্লিদা মপু। অদুদি করম্না খোংলোয় নিংগনি। ঐখোয় ময়াম তলাপ পামেন মখোঙ, উগী মখোঙদা মাগী-মগী হৈজা-হৈজবি কুল্লগবু নিংগে হায়ব্রা; ফমলগবু নিংগে হায়ব্রা; উপ্পগবু নিংগে হায়ব্রা; ঈশিংদা ওইরবসু মাগী-মাগী হৈজবা শিন্থা অদুদা নিংবনা ফৎত্রনে মপু। তৌরো নখোয়না অপাম্বদো হেক্তা তৌরে শমুমাই পাক্তবদি ইয়ামক য়াদবনি। মদুবু মপুং ফানা নিংবা ঙম্বা জীব অদুনা মালেম লৈকোইপুং অসিগী মপু অমদি ঐনা শোইদনমক্কী পীগনি। ঐগা খোংলোয় ঈরি তমমিন্নগদবনি শোইদনা পীগদবনিকো চৎলো-চৎলো থব্রায় য়াওনা হায়বদুদা-। হোয়নে শি হায়রবদি ঐখোয়সু ব্রাখলদু অমা লাক্লেদনা হায়দনা জীব ময়াম অদো লাক্লগা অহাংবা মফম

অদুদা ফম্লগা হৌজিক শঙাংলেনবা মপুনা শিন্থা পীরক্লবনিনা লেমলৈ ঙা ওইবা ঙাকোকলেন নহাক্না লাইজা ঈরোলনুংদা মালেম অসিবু শেম্লিবা মপু শা ঐখোয়না শমুমাই পাক্তবা য়াদবনি হায়বসি নংগীসু নরমলেন লাইজা ঈরোলনুংদা নিংজরো। উম নিংজরগে। তিল নখোয়সু মালেমগী লৈপানথক্তা লৈশানুংদা নিংজরো। শা ঐখোয়না মাইপাক্তবা য়াদে হায়বসি। অদুদি শিন্থা অদো কাংজরগে। অদুগা উচেক নহাক্না তলাপ পামেলগী মথক্তা তোংঙগা নিংগে হায়ব্রা; পায়রগা নিংগে হায়ব্রা নংগীসু নিংজরুরো। কাংজরগে শিন্থাদো মপু। অদুগা লিল কৌবা নহাক্না মালেমগী লৈশা লৈপান নাপী পীরাং মথক্তা নিংঙুরো। মালেমগী শা কৌবনা শমুমাই পাকচরগে হায়দনা-। মদুসু শিন্থা কাংজরগে মপু অদুগা জীব নখোয় পুম্নমক্লা মালেমগী হৌরিবা অচৎ-চৎতা পুম্নমক অদো নখোয়না নিংজরুরো। ঐখোয় শিন্থা অদো পাংথোকচরগেদো মপু। শা ঐখোয়না মালেমগী উ কয়াগী মরক্তা চৎতুনা মালেম অসিগী মপু ওইবা শা ঐখোয়না হন্না অমুক্তা মপু ওইহনবিয়ু। মালেমবু শেম্লিবা মপু হায়দনা নিংলগে। উম অদুদি চৎচরগে। মাগী-মাগী শিন্থা পাংনরসে। লোয়না চৎনখরেদো। শা অসিনা য়াম্না থব্রায় য়াওনা শা অঙাংবা, শা অঙৌবা, শা অমুবা, শা অরাংবা, শা শংবান্নবা, মসি মখল-মখলসিনা হেক্তা মালেমগী নুঙ মথক্তনা নিংবনা নিংবা, উ মথক্তা তোংঙগা নিংবনা নিংবা, লৈশাদা হোৎলগা নিংবনা নিংবা, মাগী নিংনখিবসিনা অঙকপগী মশক ওইনা নিংনরেদো। উচেক অসিনা কোরৌ নোংদোনথক্তা কোইপাই পাইদুনা শুম নিংঙি। তলাপ পামেলদসু তোংদুনা নিংঙিদো মালেম লৈশাদা পকনিংদা নিংনরকইদো তিলসু, জীবসু, ঙাসু নিংনরকই। অদুম কোইনা নিংনরকপা মতমদা লেমলৈ ঙাসিনা খল্লকই-শাগীদমক্তা ঐখোয়না অশুক য়াম্না ব্রানা নিংঙিবসিবু ঐখোয়দা করি অমুক কান্নবা লৈখিগদগে পাইমনুংদা খল্লকই। নিংঙরোইদা শাগীদমক্তবু ঐখোয়না অশুক য়াম্না ব্রানা নিংগদ্রা হায়দনা ঙা অসে মালেমগী মপু নিংদ্রে। অদুগী মতুং অদুদা জীব ময়াম অসিসু মখল-মখলগী জীবগী লৈরিবা জীবশিং

অসিসু শঙাংলেনবা অথৌবনা মানা মাই পাক্তবা য়াদে নিংদবা য়াদে হায়বসে চাদা থক্তনা ঐখোয়না নিংঙিবসে করিবু কান্নগদবনোদা। ঐখোয় মালেমগী মপু ওইগদবগী মরমসু লৈতবদা নিংঙরোইদা হায়দনা জীব খুদিংমকসিসু নিংদরে। অদুনা তিল ময়াম অসিনা মালেমগী লৈশানুংদা অমদি নাপী পীরাং মরক্তা শানা মালেমগী মপু ওইহনবিয়ু নিংখৎলকপসি কুমওন মশিং থিঙমদনা নিংখৎলকপা মসিদা তিলসু ৱারক্কুনা কবি তৌরোগনোদা মালেমগী মপু ওইগদবসু নংতবা শাগীদমক্তবু অসুক য়াম্না ৱানা নিংগদবা নংতে হায়দুনা নিংদরে। মদুগী মতুং অদুদা লিল অসিনা অমুক তলাপ পামেলনগী মথক্তা নিংবদুনা চাদবনা মালেমদা পুপ-পুপ তারকই। চৎপা ঙমদবমখৈ পদ্রাক-পদ্রাক তাবদুদা চাওরবা লিল অসিনা হায়রকইদো তাংজা লিল কৌবা। ঐখোয় পুম্নমক অসে য়াব্রা অমদি খংনবা চুম্মী করিগীনো? ঐখোয়না চাদা থক্তবমখৈ শঙাংলেনবা অথৌবগী কোলোয় ঈল্লিদো। অদুনা ঐখোয় অসিনা মখোয় শাগীদমক্তা নিংঙকপসে য়াম্না কুইরবনি। অদুবু মসি ঐখোয়না নিংবদা মপুং ফারগনা মালেম লৈকোই পুংগী অথৌবা অমা পীনি হায়বদো মালেমগীদি মপুসে ওইবা শুকঙম হেক ঙল্লরোইদবা ঐখোয়নিদো। মখোয়গী মখাদা অদুমমক মীনাই ওইদুনা শিন্থা পীদুনা তাইবংদা মখোয়না য়াইবি লৌ হায়বা; ঐখোয়না য়াইবি লৌদবা। অদুদি ঐখোয়না মখোয়গী হায়রিবমখৈ য়াবগীদমক্তা য়াইবি লৌদবনি। অদো য়াদ্রবদি লৌগনি। ঐখোয়সে অদুমমক শাগী মীনাই ওইদুনা পুন্সিগী খোংলোয়সে লোযবা তারে। অদুবু তাইবংগী মীনাই ওইবসু অমুক্তংদি য়েংফম থোকইনে। অদু ওইরবদি তাইবংনা শমুমাই পাকহনবিয়ু হায়বসিনা চুমগদৌরিব্রা? ফৈ অদুদি শানা শমুমাই পাকহনবিয়ু নিংগদবা মহুৎতা তাইবংনা মালেম অসিগী মপু অমুক ওইহনবিয়ু হায়দনা অমুক নিংলসি। উম লিলগীদি ওন্ন-তৈনবদা তাইবংনা শমুমাই পাকহনবিয়ু হায়দনা হেক্তা অঙকপগী মশক্তা নিংশ্রবনিনে; নিংদুনা লৈখ্রে। অদুগী মতুং অদুদা উচেক ময়াম অসিসু চাদবনা বোম-বোম তারকইদো। উচেকসিনা অমুক করি তৌবে।

ঐখোয়না শাগীদমক্তা অশুক ৱানা নিংঙিবসে করিসু কান্নবা নংতে। মখোয়গী চীঞ্জাক ওইদনা ইচা ইসু পুন্নমকসু চাক্তাবা ঙমদরে। তাইবংনসু চাক্তাবা ঙমদে। অমফাওবা নিংঙরোই হায়দনা উচেকসে নিংবা শাশিন্নরগা শুকনিং নিংদরেদো। শা কৌবা অসিদি য়াম্না কন্নমক হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা নিংঙকলেদো।

অসুম্না নিংনরকপসিনা কুমওন মশিংসে য়াম্না য়াম্লবনি। অদুগী মরক অদুদা কোরৌ নোংমদি শঙাংলেনবা মপু অসিনা হে শাকোক শাথৌবা তাকপীয়ুদো মপু। মালেম লৈকোইপুংদা নিংখ্রিবা মখোয় ময়াম অদুবু নিংলিব্রা নিংদব্রা হায়বদো অমুক্তং য়েংঙুদনা হেক হায়রকপা ৱাংলেন অদুদা শাথৌলেনবনা য়েংজগে হায়দনা পরপ-পরপ হেক্তা লাক্লগা মীৎলাং শাংখৈরকপসিদা উরকত্রবনিদো। করিগীনো মখোয়সে নিংদ্রবা জাৎলনে হায়দনা য়েংঙকপদা শা ময়াম অমনা নিংথিনা নিংবদো উরে। ও, য়াম্না ফজনা নিংলে। শাসিদি হেক্তা শাইওন লাংওনবা মালেমবু শেল্লিবা মপু শা ঐখোয়না মালেমগী মপু হন্না অমুক ওইহনবিয়ু। তাইবংগা শমু মাইয়োকনবদা তাইবংনা শমুমাই থিহনবিয়ু। শা ঐখোয়না শমুমাই পাকহনবিয়ু হায়বসে ঙরং-ঙরং-ঙরং-ঙরং হেক্তা অঙকপগী মশক ওইনা নিংখৎনরকলিবনিদো। উম শিমদি য়ারে মথংদা অমুক উচেক অমুক নিংব্রা য়েংগে হায়বা মতমদা উচেকসিনা অমুক এ শাথৌরেনবা লাকএ নিংঙো-নিংঙো হায়দনা হেক্তা পরপ-পরপ হেক্তা শানা মালেমগী মপু ওইহনবিয়ু শক্তি মঙাল হাপ্পীয়ু হায়দনা অঙকপগী মশক নাইনা হে মালেম শেমলিবা মপু হায়দনা হেক্তা নিংখৎলকইবা। উম অসিমসু য়াম্না মপুং ফানা নিংলে। শাথৌরেনবনা উম হে শা নখোয়সু য়াম্না মপুং ফানা নিংলে খ্বাইদগী নিংবা কনবদুনা মালেম অসিগী মপু অমা পীগদৌরিবনে কাওগনু হায়দনা কোলোয় য়াৱাদো চিঙ্গোই ঈরি তমলেদো। অদুগা উচেক কৌবা নখোয়বু কন্না নিংঙো। কন্না নিংবা অদুনা মালেমগী মপু অমদি ওইগদৌরিবনি কাওগনুকো হায়দনা কোলোয় শিন্থাইদো। শাথৌরেনবনা উচেক নখোয়দি লোয়না বোম-বোম তুরিবদি করিগীনো?

উচেক অমনা হে শাথৌরেনবা মপু ঐখোয়দি শাগীদমক্তা মালেমগী মপু ওইননবা নিংবদা চাদাবনা ঐখোয় অসে লোয়না য়াইবি থব্রায় থাগদৌরবনি। এ অদুদি করিগীনো চাগদবনি। এ উহৈ কয়া চাদনা, জীব কয়া চাদনা পীবুক পেন্না-পেন্না চারগা মপুবু নিংগদবনি। চাদ্রবদি নিংবা য়াদে। মহাকপু নিংগদবদুদি শাম্মা পাঙ্গল কলহনগদবনি। পাঙ্গল কনদ্রবদি করম্না মাবু নিংগনি। অদুগা লোয়না শিখ্রবদি মাবু কনানা নিংগনি। শাথৌরেনবা ঐনা কোলোয় কাংলিবসে পীবুক পেন্না-পেন্না চাও। উহৈ ময়াম অমা জীব ময়াম অমা চারগনে নিংগদবনি। উচেক নং করিগীদমক্তা চাদ্রিবনো। ও অদুদি হান্না কোলোয় চিঙ্গোইবিদবনিনা মালেমবু শেমলিবা মপুদুবু নিংবা মতমদা চাবা য়াদব্রা হায়দনা উচেক ঐখোয়দি করিগুম্বা অমৎতা চাজদ্রবনিনে। ও; অদুদি লোয়নমক চারমলোইনে। চাদ্রিবনিনে। উম শাকোকলেনবা খুদিংমক তাও তাকপীয়ুদো শাথৌলেনবা মালেমবু শেমলিবা মপুবু নিংবা মতমদা পীবুক থন্না-থন্না চারগা মপু মাবু নিংগদবনি। শামা পাঙ্গল কাল্লগা মপুবু নিংবা তমগদবনিকো কাওগনু। ও অদু ওইরবদি ঐখোয় ব্রাররোই করিগী ব্রানা নিংগদগে ব্রাদনা নিংগদবনি য়াম্না হরাও হরাওরবা পীবুক পেন্না-পেন্না চারগা মপু মাবু নিংগদবনি। মপু মানা চাও হায়দনা থনমলবনিনা চাগদবনি চারো-চারো অদুগা নিংলো হায়দনা শাদুগা উচেক্কুগদি মনিং তম্না চাদুনা নিংঙকলে। অমুকসু লিলগী মফমদা শাথৌলেনবা পরপ-পরপ লাকই লিল ময়ামসিনা... হে... হে...লিল্লম খুদিংমক, লিলবুবা খুদিংক তাব্রা? তাকপীয়ু। নংগী-নংগী নফমদা লোয়না অশিবগুম তাদুনা লৈগদবনি মালেমবু শেমলিবা মপুনা শানা শমুমাই পাকহনবিয়ু হায়দনা অমুক্তং শোল্লো। শাথৌলেনবা লাকলিবসে। নৎত্রবদি ঐখোয় শোইদনা য়াইবি মাংলগনি হায়দনা লোয়নমক পদ্রাক, পদ্রাক, পদ্রাক হেক তাদুনা মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা মপুনা মালেমগী শমুমাই পাকহনবিয়ু। তাইবংগা শমু মাইয়োকনরকপা মতমদা তাইবংনা শমুমাই থিহনবিয়ু শঙাংলেনবনা হন্না মাই পাক্তনা হন্না অমুক মালেমগী মপু অমুক

ওইহনবিয়ু। হায়দনা ঙরং-ঙরং হেক্তা শোন্নরকপসিনা-। উম শিমসু য়াম্না ফজনা নিংঙেনে শোইদনা মাই পাক্লগদবনিদা। তাংজা লিল কৌবা নখোয়বু তাব্রনে তাকপীয়ুদো মপু শাথৌরেনবা। করিগীনো নখোয়না উচেক্কুনা শাংদমনা পদ্রাক পদ্রাক তাদুনা অশিবগুম নিংববু করিগীনো? চুম্মী শাথৌরেনবা মপু। শাথৌরেনবদি মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবগী মনাক্তা ফমদেংদুনা লৈবনি অব্রাহুইদোই লাংবসে খংবিরমলোইদো। কদাইদগী খংগদগেনে ঐদি মালেমগী অনিশুবা মপুনি। অদুনি ঐখোয়দি মালেম অসিগী মপু অসি শানা অমুক ওইননবগী নিংবা মতমদা য়া অসিদা করিগুম্বা জীব অমফাওবা চিন্দমদনা অদুমক কুমজা কয়া শুরকলবনিনা নিংবা ফাওবা ঙমশল্লক্রবনি। ইহে অদুদি লোয়না মাংবা তারে নখোয়না অদুমনা চিন্দমদনা অব্রা হুইদোই লাংদনা নিংঙক্রবদি করম্না শা ঐখোয়না শমুমাই পাক্কনি। চিন্দমগদবনি লৈরিবা জীব খুদিংমক অসে পুক অদো পেন্না-পেন্না চিন্দমলগা মালেমবু শেমলিবা মপুবু নিংগদবনিনে। করিগী অদুম্না চরাম চদৎননা নিংগদগেনে। ও, অদু ওইরবদি ঐখোয় চিন্দমজরগে। ঐখোয়দি য়াম্না তোল্লবা য়াম্না শোনজরবা জীব অমনিদো। হোয়দা-হোয়দা নখোয়গীদমক্তা শা ঐখোয় ময়াম লৈরিবসিদি করিগী শোনগদগেনে থৌনা হাপকৎকদৌরিবনি। করিগীনো নখোয়না শমু পাঙ্গল থোক্লা শক্তি লৈনা নিংঙক্লবদি মালেমসিগী মপু ফংগদৌরিবনিনে। হোয়-হোয় মদুসু শঙাংলেনবা মপুনা কোলোয় কাংখিবনি অদুগীদমক্তনি ঐখোয়না য়াদা করিগুম্ব জীব অমফাওবা চিন্দমদনা নিংজরক্লিবসে। অদু য়াদেকো পীবুক পেন্না পেন্না থন্না-থন্না চারগা নিংগদবনি। অদু কোরৌ ঙসিদগীদি অব্রাবা লৈররোই অব্রাবা লৈবা য়াদে। শা ঐখোয়দি অব্রাবা লৈবা য়াদে। উম তাইবংনা করিগুম্বা অমৎতা চিন্দমদনা নিংজরবসু ঐখোয়গীদি নিংবা য়াদে। ঐখোয়গীদি পীবুক থন্না চারগা নিংগদবনি। শাম্মা পাঙ্গল শোম্বুবা য়াদে। তাইবংগীদি চাদবনা মখোয়দি মরনাই অদুম শিরগদবনি ঐখোয়না নিংদুনা লৈহৌরগদবনি তারেদনা। অদুনা ঐখোয়না শোইদনা মাই পাক্লগদবনি। হুম হুম হুম হুম হা হা হা হা শাথৌরেম্বা

ঐনা হায়রিবা য়াব্রা অসি নখোয়বু য়ানিংদব্রনে? অদুদি শোইদনমক্কী ওইরগদবনি। তাইবং মখোয়দি চাদনা নিংবনিনা শিখ্রদবনি। ঐখোয়না নিংদুনা লৈহৌরগদবনি ঐখোয় অদুম মাই পাকলেদনা, শোয়দনা মাই পাক্লবনি। ও, অদুদি মথং অমুক য়েংগেকো। য়েংবিয়ু লিলনা মাইথিগদবা লৈরবা শাথৌরেনবা নখোয়গীদমক্তা করিগীদমক্তা ঐখোয়না নিংজরুনি। শুকনিং নিংলোই হায়বগী পাইমনুংদদি মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈহৌই। শাথৌরেনবদি য়াম্না নুংঙাইনা চৎখ্রে। লৈহৌরিবা জীবশিংদুনা ঐখোয়গীদমক্তা মপুং ফানা ফজনা নিংবি হায়দুনা মথং অমুক তিলকোকলেন নখোয়দি কমদৌরি? এ শাথৌরেনবা মপু ঙসিদি খোঙ্গুম্বীরকলেদনা। উম ঐ নখোয়না মপুবু নিংবদো য়েংবা লাক্লিবনিনে। উম ঐখোয়গী তিল খুদিংমক তেকপা কাইবা য়াওদনা অশোইবা পুম্নমক য়াওদনা য়াম্না কন্না নিংঙি। য়েংবিয়ু তিলকৌবা, তিলঙৌবা, তিলঙৌরেন, তিলশংলেন ময়াম অমনা মালেম অসিগী মপু অসে শানা অমুক হন্না ওইহনবিয়ু। শঙাংলেনবনা মলেমগী মপু হন্না অমুক ওইহনবীয়ু তাইবংনা শমুমাই থিহনবীয়ু। হে মালেমবু শেমলিবা মপু মালেমবু শেল্লিবা মপু হায়দনা নিংখৎলকপসি ঈস সিদি যাম্না নুংঙাইরেদনা। অদো তিলকোনলেনবা; তাকপীয়ু শাথৌবা। নখোয় চিন্দমব্রা? চিন্দম্মী। এ অদুদি চুম্মীনে নখোয়না ঈশিং শিংঙম্মীনে। এ চিন্দমদ্রবদি মপু নিংবা ঙল্লোই। করম্না শাম্মা পাঙ্গল শোল্লবদি করম্না নিংগনি। ঐখোয় মালেমগী লৈপানথক্তা লৈবা তিল্লম খুদিংমক্না অমুক নিংঙি লৈশানুংদা লৈবসিনা অমুক চিন্দম্মী। লৈশানুংদা লৈবসিনা অমুক নিংঙি; লৈপানপুংদা লৈবনা অমুক চিন্দম্মী। ও অদুদি শুকলেপ লেপ্পবগী ব্রানিনে। লেপ্তে। অদুদি অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে। নখোয়না শোইদনমক্কী মালেমগী মপু অসে ওইগদৌরিবনি। য়াম শিংঙিনে ঐমকফাও খংঙমদে। উম ঐখোয়দি লৈশাগা লৈপানগা অনিমক্তা লৈবনিনা অদুম খরা শিংবনি। হোয়-হোয় নুংঙাইরে য়াম্না নুংঙাইরেদনা। অদুম্না তৌরম্লবদি শাথৌরেনবা ঐসু পাইমদো নুংঙাইতনা মখোয় অতে

জীবদিকো চাদদনা লোয়না শিরুম নারুম তৌদনা লোয়না লৈরম্লদবনি। কনা-কনা লৈরম্মী? লিল্লমসু লৈরম্মী; উচেকলমসু লৈরম্মী; শারমসু লৈরম্লবনিনে। ঐনা হায়রম্লবনি। মখোয়সু লোয়না চিন্দমদুনা ফজনা নিংহৌরবনি। ও অদুদি জীব ময়ামসে জীব পুম্নমক অসে অমুক য়েংঙকপসিদা জীব পুম্নমক অসিসু তুমীন্না লৈরম্মী। নিংদনা ঐখোয় পুম্ন মক অসে অমুক নিংবা শারসি হায়দুনা শাথৌরেনবা হেক উবদুদা মালেমগী মপু অসে শানা অমুক ওইহনবিয়ু। শক্তি মঙাল হাপ্পীয়ু মালেম শেন্বা মপু। অচৎপা জীব মখল খুদিংমক্কী মকোক ওইবা চৎতবা জীব পুম্নমক্কী মকোক ওইবা নখোয়না মালেম অসিগী মপু ওইনা লৈরিবনিনা মালেম অসিগী লৈকোইপুংদা ফম্বাল লাংলিবা শঙাংলেনবনা হন্না অমুক্কা মাই পাকহনবিয়ু। তাইবংনা মাইথিহনবীয়ু হায়বসি হেক্তা শুকলেপ লেপ্তনা নিংঙম্বদুনা-ও অদুদি জীবশিংসিসু ফজনা নিংঙিনে। জীব নখোয়দি চিন্দমলগা নিংব্রা চিন্দমদনা নিংব্রা? ঐখোয় চিন্দমদনা নিংঙি। চিন্দমদনা নিংবা য়ারোই। করিগীনো শাথৌরেনবা মপু। নখোয় শাম্মা পাঙ্গল শোল্লবদি করম্না মপু নিংগনি। অদুদি নখোয় লোয়না শিখ্রগনি। চহি কুমজা অমদা মপু মাবু নিংবগী মঙাল পীগনি হায়বসু লৈতে কুমওন মশিং থিঙমদনা লাংওন মপোক মশিং থিঙমদনা মপু মাবু নিংগদবনি হায়বসু লৈতে অকক্লবা মতমসু লৈতবদুদা করম্না চিন্দমদনা নিংগদৌরিবনো? ও অদুদি ঐখোয় চিন্দমজরগা নিংজরগে মপু। নিংগদবনিনে থব্রায় যাওনা মালেমগী মপু ওইনবা হোৎনৌকো। উম শিন্থা অদুমক কাংজগেদো। য়াম্না নুংঙাইরে য়েংঙো লেমলৈ ঙাখক্তমক মঙাইরেনা। শাথৌবেনবনা লাইজা ঈরোলনুংদা লৈরিবা লেমলৈ ঙা নখোয় পুম্নমক অমুক্তং কাখৎলকউদনা। তাদে। লাইজা ঈরোলনুংদা লৈরিবা লেমলৈ ঙা নখোয় পুম্নমক লৈপানপুংসিদা কাখৎলকউদনা। তাদে। লাইজা ঈরোলনুংদা লৈরিবা লেমলৈ ঙা নখোয় পুম্নমক লৈপানপুংসিদা কাখৎলকউদনা। তাদে। লাইজা ঈরোলনুং লৈরিবা লেমলৈ ঙা পুম্নমক মালেম লৈকোইপুংগী লৈপান অসিদা অমুক্তং

কাখৎলকউদনা লেমলৈ ঙা অয়াম্বা কাখৎলকএ, তাকপীয়ুদো শাথৌরেনবা মপু। উম লাক্লবরা নখোয় কমদৌরি। জীব কনানা উদ্রবা লাইজা ঈরোলনু অসি মালেমগী মপু ওইবা শাঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা মালেমগী মপু ওইহনবিয়ু হায়দনা হেক্তা অঙকপগী মশক্তা নিংলবনি। শোইদনমক্কী শঙাংলেনবনা মালেমগী মপু ওইরগনি হে শাথৌরেনবা মপু। য়াম্না নুংঙাইকো। উম য়াম্না নুংঙাই অদুদি ঐ অমুক খোঙ্গারগেদো। খোঙ্গাদ্রিঙৈগী মমাংদা য়াৱা অমতং; করি হায়নিংঙি? মালেমগী লৈপানপুংদা নিংলিবা শাইওন মীরেন লাংওনবনা শিন্থা পীরিবা ইনৌরেম্বী মখোয় তরাতরেৎ অদুদি হৌগৎপসু ঙমদরে। উপ্রাংনা শিপসু ঙমদনা য়াৱাফাওবা কাংবা ঙমদ্রেনে। উম ঙম্লোই ঐখোয়দি লাইজা ঈরোলনুংদা মীৎ পাংঙগা অদুম উবনিনা মখোয়না নিংলিবদু ইঙান ঙান্না উবনি। ইহে নখোয় শক্তি লৈবদি য়াম্না নুংঙাইরেনা। অদুগা শাথৌরেনবা করি মখা অমুক মখাদি শাইওন মীবেন লাংওনবসু পাক্লবা ঈশিংসিগী ঈপাক্কী ৱাংমদা মহাক্কী লানলোই খুদিংমক ময়াম অদুগা শোমদা লাল্লকননবগী শিন্থা কোলোয় কাংঙবা ওইরে। অদুগা শোমদা লানশনলকপসি ঈয়াই হেক য়ৌবদা লানবা ঙমদদুনা অমুক হেক্তা হনখিবা মপোক লাংওন খুদিংমক শুকঙম হেক ঙম্লরোই হা হা হা হা হা শাইওন মীরেন লাংওনবদি অদুমমক মদুদা লৈরগনি। মালেম লৈপানপুংসু য়ৌবা ঙম্লরোই। লৈকোইপুংদি লাইরদনা হা হা হা হা য়াম্না নুংঙাইবা পাওনিনে। অদুদি উম তাইবং ময়াম অমনসু মানা তৌরিবদো য়াখিদ্রবনি। করম্না খংঙি ঙা নংদি। ঐ খংঙিনে মহাক্লা লাকপা মতমদা ৱারি পৌশানবদা ঐহাক তারিবনি। মাগী লোয়নবা শাঙৌরেনবা পীবুক ফৎতবদো তাইবংগী মীচং চংবদো। উম মহাক হিংলিবরো? হিংলি মহাক হিংলি শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী শক্তিনা কোইশন্দুনা খোংফম অমফাও লানবা য়াদবনি অশিবগুমনি মহাকসু হা হা হা হা হা য়াম্না নুংঙাইবা পাও ঙাক্তনিদনা নংগীদুদি। উম অদুগা শাইওন মীরেন লাংওনবদো মখোয় শলাই তরাতরেৎনিদনা। উম শলাই তরাতরেৎসি শলাই নিপান অমদিকো

ঐখোয় য়াওবা শুকওম ঙল্লরোই নহাক্কী শাগা শমু মাইয়োক্লবদা ইচা-ইশু পুম্নমক লোয়না কাইনবা তারে। অদুনা লৈপানপুংদা ঐখোয় লৈরোই হায়দনা মাগী-মগী শলাইদা লোয়না হনখ্রবনি। হা হা হা হা লেমলৈ ঙা নংনা হায়বিবসিদি চুম্লগনি। চুম্লবনিনে চুম্লবা লৈপানপুংদা লৈরিবসে শলাই মাপনখক্তনি। অদুসু ঐখোয় শানা মরোন-মরোন লৈখ্রবনি। হেক লানথোরকপা মতমদা শাগী চিঞ্জাক ওইনা হৌজিক ফনা য়াম্না তুমশল্লক্তুনা লোয়শল্লক্দৌরবনি। হুম হুম হুম হুম মালেম শেল্লিবা মপুদুনা অমুক শানা মাই পাকও হায়দ্রবসু মরনাইনা মাই অদুমমক পাক্কদবা লৈরবনি। হা হা হা হা হা য়াম্না নুংঙাইরে। অদুদি শাথৌরেনবা হায়য়ুনে লেমলৈ ঙা নংনা তম্বা পাওসিদি য়াম্না নুংঙাই। উম শাইওন মীরেন লাংওনবা পাক্লবা ঈপাক অসি মা লানবা ঙল্লোই। করিগী? মা য়াম্না শক্তি লৈ। উম মহাক হৌজিক তাইবংগী মপোক ওল্লবনি। তাইবংগী মপোক ওনবদো তোইপুংবা হায়বা ওনবদো মনি। তাইবংগী মপোক ওল্লবদি মাগী শক্তি মঙাল পুম্নমক অদো অমা ফাওবা লৈত্রে। শাইওন মীরেন লাংওনবা হৌজিক্তি মাদি তাইবং ময়াম অমগা ব্বারি পৌশানদুনা মানা কন্না থেল্লিবনি। মানা শলাই নিপান অদো মানা থেল্লিবনি। শলাই নিপান অদুদিকো শঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা কোলোয় য়াব্রা চিঙ্গোইবদা অশেংবা ওইনা লৌদুনা শঙাংলেনবা শাথৌলেনবগী মীচং চংঙক্দৌরবনি। ঐখোয়গী শারক্তগী শারম পুবা মপু শাঙৌ শাকোকলেনবনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মীচং চংবদুখক্তনি মীচং চংঙিবদো। উম তাইবং মখোয়গীদি শঙাংলেনবনা মীচং চংঙকইবসে শলাই নিপান্দু কনা-কনানো শলাইদুদি? উম তাও ঐ হায়গে ঐ মুন্না খংঙিনে। নুংপানপুবা তাইবং শখাইবা অ অদুগা মথংদা লৈশাপুবা মপু উরান শলাই অহুমশুবদা পোংপুবা পুংফাই শলাই। ও-। মরিশুবদা নুংশেম্বা তিল্লম শলাই। এ অকনবা ঙাক্তনি। উম মঙাশুবদা ঙারম শলাইরেন শিদবা হা হা হা হা অদুসু ঐখোয়গী মীচংনি। অদুগা তরুক শুবদনি কোরৌ নোংদোনথক্তা পুবা লৈফাবা নোংদোন শলাইরেন শিদবসু ঐখোয়গী মীচংনি। হুম হুম

হুম য়াম্না ফৈনা অদুগা তরেৎশুবদা লিলপুবা লিল্লম শলাইরেন শিদবসু ঐখোয়গী মীংচংনিনে হা হা হা হা অদুগা নিপালশুবদা কুমশা শলাই কুমওন খুদিংগী পুরিবা মপু অদুসু ঐখোয়গী মীচংনিনে হুম হুম হুম হা হা হা হা শাথৌরেনবা ঙাকোকলেনবা ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা পাও ঙাক্তনিনে নংনা তল্লিবসিদি। হুম হুম হুম হা হা হা হা হুম হুম অদুদি ঐখোয়দি মপুবু নিংদ্রবসু অদুম মাই পাক্লবনিনে। হোয়নে হা হা য়াম্না নুংঙাইরে ঙাকোকলেনবা অদুম্না হান্না কোলোয় য়াব্রা অদো খংলবদি করিগী নং তুমিন্না লৈরিবনোনে? এ করম্না; খংহনবা য়াবা নৎতে। লিললম খংহনবা য়াবা নৎতে, শা ময়ামসু খংহনবা য়াবা নৎতেনে। করিগীনো হায়বদা ঐখোয় শা মরক্তগী ফাওবদা শাকোক শাঙৌরেনবনা শাইওন মীরেন লাংওনবগী মীচং চংঙিবদো। অদুমাই তৌদনা মখোয়সু পুকচেন ফৎতবা লাক্লবদি উম ঐখোয়সু লোয়না কাইগদৌরিবনিনে। অদুনা ঐনা হায়দোক্ত্রিবনিনে। হুম হা হা হা হা শাথৌরেনবা ঐ য়াম্না নুংঙাইরেদা নুংঙাইরে ঙাকোকলেনবা শাথৌরেনবা ঐখোয় অনি শাওনবা য়াদে নুংশিনদবা য়াদে নুংশিনগদবনি শোইদনা মালেম অসিগী মপু অসে ঐখোয় অনিনা অমুক ওইবা তারেদনা। উম শঙাংলেনবসে অমুক করম্না য়াইবি লৌগনি অদুদি-। হুম, অদুদি শলাই নিপান অদুগা ঐখোয় অনি উনবা তাবা। উম শলাই নিপান অদুগা ঐখোয় অনিগা উনবা তাই। অদুদি করম তৌগনি। শাইওন মীরেন লাংওনবনা লাইজা ঈপালগী ব্রাংমদুদা লৈরিবা অদো শলাই নিপানগী লানলোইসি য়াওব্রা য়াওদ্রবরা হায়বসি করম্না খংগদগে হায়বদুমক ঐখোয় অদুগী উপাই অসি করম্না তৌগনি। মদুদা শঙাংলেনবদা হায়রগা; শঙাংলেনবদি খংঙি অদু ওইরবদি শঙাংলেনবদা ব্রারিসি শাবা তারে। উম ফরে অদুদি শাথৌলেনবা ঐ শারগে। অদুগা ঐখোয় অনিমুক উনরসি। উম ফরে অদুদি ঐখোয় অনিসে নংসু নংগী শিন্থা কাংঙো ঐসু ঐগী শিন্থা কাংঙুরগে। অদো নিংবদি ঐহাক নিংবা লেপতবনিকো। অদুদি নিংঙো। ঙাকোকলেন খুদিংমক মালেম অসিগী মপু অসে শানা অমুক্কা হন্না মপু ওইহনবিয়ো

হায়দনা মালেমবু শেন্নিবা মপুদা হন্না নিংগদবনি। ঐখোয় লেপ্পা লৈতনা নিংজরি। তো-তো লোয়না নিংলিবনি হোয়নে য়াম্না নুংঙাইরেনে ঙাকোকলেন নংনা শিন্থা কাংহৌরো। শাথৌলেনবা ঐ চৎলগে হায়দনা শাথৌরেনবা পরপ-পরপ লাক্লেদো। শঙাংলেনবনা শাথৌরেনবা মখোয়না নিংলিবা শিন্থা অদো কমদৌই। এ মালেমগী মপু ওইবা শঙাংলেনবা মপু কোলোয় শিন্থা অদো চীংঙু খুয়াদা তমজগেদো মপু। ননিং তম্না তমলোনে করিগী চিন্না তমগদৌরিবনো কোম্না নুংঙাইনা তমগদবনি। শঙাংলেনবা ঐগী ইনাইলোই ওইরিবা ওইগী পামবোম ওইবা শাথৌলেনববু কনানা লাকচাবা খুদুম চনগদগে। মকা লাম্না নশোং ফন্না তম্মুদো। উম ননাই শাথৌলেনবনা য়েংজবা মতমদা শাসু মপুং ফানা নিংলে উচেকসু মপু ফানা নিংলে অদুবু মখোয় অসে নিংবা মতমদা জীব অমফাওবা চিন্দমদবা অদুনা মখোয়সে য়াম্না শোন্না ৱানা নিংঙম্বদো ঐনা উরুবনিনে। এ করিগীনো মখোয়গী তাইবংনা চাদনা নিংবদুদা মখোয়সু নিংদুনা লৈরবনিদনা। য়াব্রা ফাওবা কাংবা ঙমদদনা লৈরবনিনে। এ অদুদি নংদি। করি হায়রম্মী। ঐনা পীবুক থন্না-থন্না চারগা মপু নিংগদবনি। তাইবং মখোয়গীদি অপংবনিনা চাদনা নিংবদুনা চাবাম চদৎনদুনা অদুম শিগ্রদবনি। ঐখোয়না পীবুক থন্না শাম্মা পাঙ্গল কন্না অদুমক লৈহৌরবদি ঐখোয়না শমু মাই পাক্লগদবনিনে হায়রম্লবনিনে। এ শাথৌরেনবা হা হা হা হা অদুমক হায়রম্বরো? হায়রম্লিবনিনে। এ অদুদি শমুমাই পাক্লেদনা হুম হুম হুম হুম জীব খুদিংমকসু হায়রম্লবনিনে। তিল্লম খুদিংমক্তি য়াম্না শিংঙিকো। করম তৌরম্মী মখোয়দি। লৈশনুংদা লৈবা তিল অদুগা লৈপান নাপী মরক্তা লৈবা তিল অনি অসে উম য়াম্না শিংবা মখোয়গী খোংলোয় অমা লৈরম্মী। লৈশানুংদা লৈরিবসিনা অমুক মপু মাবু নিংঙি। চাদনা লৈপান্দা লৈরিবদুনা মবুক থন্না চাবা লোয়বা মতুংদা মনুংদগীদুনা অমুক চাবা তোক্ত্রিঙৈদা লৈপানদগীদুনা মবুক থল্লকান্দা লৈপান্দগীদুনা অমুক লোয়না নিংলবা লৈশানুংদা লৈরিবসিনা লৈপান্দা থোরক্লগা মবুক থন্না হেক চাবা লোয়রগা অমুক নিংবা মদুমাই

শিনলোন শিনজিন তৌদুনা নিংবগী ব্বানিদা হ্য হ্য হ্য হ্য অদুদি তিল অদুদি য়াম্না শিংঙিনে। ও অদুদি কোলোয় মপাও অদো য়াম্না নুংঙাই। শঙাংলেনবনা-শারম খুদিংমক; করিনো তাকপীয়ুদো মপু শাকোকলেনবা শাথৌরেনবগী পীবুক কাইনা পীজগে জীব কোকলেন কয়াবু পোরক্লো। হৈরাং ফজবসু পোরকউনে লাও শাকোকলেনবগী পীবুক অসে পেন্না পীজগদবনি। য়াব্বা কোলোয় পাও অসে তম্বসে য়াম্না নুংঙাইরে। উম ফরে অদুদি মখা তাখোদনা। অদুদগীদি শঙাংলেনবা মপু য়াম্না ফজবা লমবেল অমনা অমুক ঙাকোকলেনবনা য়াব্বা কোলোয় চিঙ্গোইরকপগী ব্বানিদা। করি হায়না চিঙ্গোইরক্লিবনো? ঙাকোকলেনবনা খংঙম্বসিদি ওখাক য়াম্না খংঙমবজাৎনি। করি খংঙম্মী। মালেম অসিদি শাকোকলেনবনা অদুম শোইদনা ওইরবজাৎনি। উম শাইওনমীরেন লাংওনবদো তোইপুংবা হায়বা মপোক্তো ওল্লবদি মাগী মপাঙ্গল শক্তিসি অমৎতা লৈতে হায়। তাইবং ওন্দুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু মহাকসু তাইবংলক্তা তিলখ্রবদি মাগী শক্তি অদো লৈররোই হায়। অদুনা মহাক হৌজিক তাইবং ওইনা ওনখ্রবনিনা অমুক চীংঙু লাইগী মপোক্তা ওনবা য়াররোই। মাগী শক্তি লৈররোই অমুক ঈপাক অসিগী ব্বাংমসে লাল্লগা লাকপা ঙমলরোই হায়রকলেনে। হ্য হ্য হ্য এ অদুদি ঙাইখোনে শাথৌরেনবা নোকখিগনুনে। এ মখাদিকো মাগী শলাই তরাতরেৎনিদনা। উম মালেমগী লৈপানপুংদনি লাকলিবদো অদুদা শলাই নিপান অমদিকো শঙাংলেনবা শাথৌলেনবগী মীচং চংগনি শঙাংলেনবা শথৌলেনবনা হায়রিবা য়াব্বা অসি য়াই করিগীনো হায়বদা মালেম অসিদা মশিং য়ামদবা তাইবংনা মালেমগী মপু ওইগনি হায়বদুদি কৈদৌনুংদসু ওইররোইদৌবনি। আ মখা তাও য়াম্না নুংঙাইগদবা পাও মাল্লি। হে শাকোকলেনবা তাকপীয়ু পোরকলোনে নখোয়গী শাদুম শরাই পুম্নমক পোরকলোনে। লৈজরেদো শাথৌবা। চাশল্লু। চোরোপ-চোরোপ চোরোপ কদক কদক কদক চোপ-চোপ চাই। পেল্লব্রা? উম ঙৈহাক লৈরগা অমুক চারগা আ মখা তাও অদুনা ঐখোয়গী মালেম লৈকোইপুংগী শঙাংলেনবা মপুগী শিস্থা ঐখোয়

চৎকনি শাইওন মীরেন লাংওনবা নহাক্লা ঐখোয়গী ইচা অমদি ইশু অমদি শমান্নবা পুম্নমক কাইনহল্লে। কাইনহল্লবনিনা ঐখোয় নংগী লানলোং অসিদা য়াওবা শুকঙম ঙমলরোই হেক্তা হায়রবনিনে আ আ অদুগী মখাদি শলাই নিপান অদো মালেম লৈপানপুংদগী চৎখরে উঙাম তোংদুনা মাগী-মাগী শলাইদা লোয়না চৎখরে হায়রে। হা হা ঙাকোকলেনবনা পীরকলিবা পাওনি। ঈ অদুদি ঙাকোকলেনবদি য়াম্না শিংঙিনা। উম য়াম্না শিংঙি অদুগা মালেম লৈপানপুংদা লৈহৌরিবসিনা শলাই মাপলখক্তা ঙাইরবা শলাই মাপল অদুসু হৌজিক্তি ঐখোয়না লৈপানপুং অসে মরোন-মরোন কোইশিনখরেদনা। উম কোরৌ ব্রাংলেন খুদিংগী অমমম অনি-অনি অদুমমক চিঞ্জাক ওইবদা হৌজিক শলাই মাপলগীসু ঙম্না তুম্না শিজল্লকলে হায়রি। এ অদুদি য়াম্না নুংঙাইবনি হা হা হা অদুগা মখাদি শারম পুবা মপু মহাক্লা শাইওন মীরেন লাংওনবগী লমজিং লমতাকপনিদনা। মহাকসু শাইওন মীরেন লাংওনবগা য়ানদ্রবা মাল্লে। ঐখোয়গী য়াব্রা কোলোয় পাও চিঙ্গোইরম্বদো খংলবা মাল্লে। অদো চিঙ্গোইরম্বা শা খুদিংমকসু তুম্না হাংতোকখ্রে হায়। মাগী শলাই মাপল অদুনা শাঙৌরেনবদো মদুসু শাইওন মীরেন লাংওনবগী শক্তি অদুনা কোইশন্দুনা থমখ্রে। খোংফম অমফাওবা হোংবা য়াদ্রে হায়নে। ঐখোয়গী শারম খুদিংমক অমুকহন্না শাইওন মীরেন লাংওনবা তাইবংদা তাকলরোই হায়। হা হা হা হা অদুদি য়াম্না ফরবনিনে শাইওন মীরেন লাংওনবসিসু য়াম্না পংঙিনে। অদুদি য়াম্না পংঙি। হে পংবদি নৎতে মাগী লৈপানপুংগী শিন্থা অদো শাঙৌলেনবগী শা কাংলুপ খরনা ঐখোয়দা পাও য়াব্রা কোলোয় পীদুনা পাওদম্বদো শাঙৌরেনবসু মহাক্লা থাজখিদবজাৎনি। ও অদুদা মাগী শক্তিদুনা কোইশনখ্রবা শারম খুদিংমক্তসু লোয়না কোইশন্দুনা ফাজনখ্রবনি। করিমৎতা উপাই লৈররোই। করিগুম্বা অমৎতা তাকলরোই। ও অদুগা লৈপানপুং অদুদা মাগী শলাইগী ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ অদুসু মপু মাবু নিংবদি লাইরদনা মাগী শক্তিদুনা মরোল-মরোল কুপশিন্দুনা লৈশানুংদা থমখরে হায়রিয়ে হা হা হা হা

য়াম্না নুংঙাইরবনি। মাগীদি করিগুম্বা অমৎতা মালেমবু শেল্লিবা মপু অসে নিংবা লৈতবজাৎনি। অদুগা মহাক্না মালেমগী শলাইশিং অদুনা চাক্তারিবা মফম অদুদা মখোয় নিপান অদুবু থেম্বা চৎখি হায়না তাইবং ওইনা ওস্থোক্লগা চৎখি হায়নে। অদুদি মাগী শক্তি অমফাওবা লৈররোই অদুনা শঙাংলেনবদা ঐনা কোলোয় চিঙ্গোইনিংলিবদি শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী শলাইগী তাইবং খোংলোয় ময়াম অমগা পাক্লবা ঈপাক অদুগী ব্রাংমা অদুদা শোমদা মালেম লৈপানপুংলোমদা লাল্লক্লনবগী লানলোই ময়াম অমগা শেম শাদুনা লৈ হায়বা অমা ঙাকোকলেনবনা কাংঙকই। মদুদা শলাই নিপান অদুগী খোংলোয় অদু য়াওরবদি শঙাংলেনবনা য়াব্রা কোলোয় অমুক্তং পৌশানবিরগা মাগী লাকইবা খোংলোয়শিং অদো মখোয় মশেন হাৎতোক্লনবগী মরমদুমতং শিনবিবগদি শোইদনা মাইসে পাকলে খন্না পাক্লবনি হায়দনা ঙাকোকলেনবনা নিংশিংলকইনে অদুদি চুম্মীনে অদুদি ও; লৈদি লৈগনি হায়বা। উম অদুবু ঐ অমুক্তং য়েংগে হায়দনা শঙাংলেনবা চীংঙু লাইগী মপোকনি মানা মালেমগী লৈকোইপুং লৈয়োন ফম্বালগী মথক্তা ফমদেংঙিবনি। শঙাংলেনবা চীংঙু লাইগী লাংওন মপোকনি মহাক্না মাগী শক্তি অদো শৎ হেক্তা থোরক্লো। হাযবদা মঙাল পুম্নমক থোরক্লে। অদুগা হেক য়েংঙকপা মতমদা শাইওন মীবেন লাংওনবদু-ও অসিদি শলাই মপালগী খোংলোয়নিনা ময়াম অমা লৈনেহে। য়াম্না য়াম্মী উম অদুদা শাকোকলেনদি য়াওদে অদুগা মখাদনা শলাই নিপানগী শাকোকলেনদি লোয়না ফারগা লৈশানুংদা থল্লি। হি অসিদি শাথৌলেনবনা কোলোয় কাংঙিবদুগদি ওন্না তৈনৈদা। ও শলাই নিপান অসে মাগা য়ান্নগদবা ওইরব্রা? মখোয়দি ফারগা থল্লবা অদুগা মাগী শলাই নিপানগী খোংলোয় খুদিংমক্তি অমফাওবা য়াওদে। এ অদুদি য়াম্না ফরে মাগী শলাই নিপানগী খোংলোয়শিং অদুদা ঐনা য়াব্রা কাংঙগে। লেমলৈ ঙাচং অদুদা পীরগা মখোয় মশেন য়াইবি চাইনহনগে। য়াম্না নুংঙাইরে। উম শাথৌলেনবা; তাকপীয়ুদো মপু চুম্মীনে লাইজা ঈপাক অসিগী ব্রাংমা অসিদা মাগী শলাই মাপলগী খোংলোয় মাপলগী খোংলোয়

মাপল লোয়না থুঙরে। উঙাম ময়াম অমা মশিং থিঙমদনা অঙকপগী মশক্তা ঈপাক অদুগী ব্রাংমা লাল্লক্লগা লৈপানপুংদা লৈরিবা শারম খুদিংমক য়াইবি লৌন্নবগী শেমশাবা লোয়রবা মাল্লে। অদুগা শলাই নিপান অদুগী শাকোকলেন অদুদি লৈশানুং অদুদা ফাজন্দুনা লৈ। এ করিগীনো মদু মাগা য়ান্নদবদুদা মানা ফারগা অব্রাবা দন্দি পীরিবা মাল্লি। অদুসু ফৈ অদো ঐনা খল্লিবদি শলাই নিপান অদুগী খোংলোয় ময়াম অমা মাগী-মাগী শলাই অদুদা লৈহৌরিবদো মদুদা শিন্থা অমা পীদবা য়াদ্রে। করম্বা শিন্থানো শাকোকলেন অদো খুদিংমক্তুদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা নখোয়গী শলাই নিপানগী শাকোকলেন অদো লাইজা ঈপাল অসিদা ফাদুনা থম্লবনি। অদুনা মখোয়গী য়াইবি মাংখ্রগনি। মখোয় কন্ননবা নখোয় শলাই নিপানগী খোংলোয় খুদিংমক শেম শারো। ঐখোয় লৈরিবা শা উচেক তিল পুম্নমক নখোয়গী মতেং শিন্থা পীগনি হায়বসি নংনা লেমলৈ ঙাদা অমত্তং কোলোয় চিঙ্গোইয়ুদনা।

উম অদুদি কোলোয় চিঙ্গোইগে। ফরে অদুদি চৎলো। শাথৌরেনবা পরপ-পরপ লাকই শোমদনা অমুক শাইওন মীরেন লাংওনবনা উম লোইশা। তাকপীয়ু মপু। করিগীনো নংনা তুমিন্না লৈরিবা? শাখোং; তাকপীয়ু মপু খোংশা নখোয় পুম্নমক হৌজিক করিগীনো নখোয়না তুমিন্না লৈরিবদি? ঐখোয় হৌজিক করি তৌগদবনো? উম য়াব্রা কোলোয় অমতং ব্বারি পৌশানখিগে নখোয় তাও। উম হায়দনা শাখোং তাব্রা? তাকপীয়ুদো মপু। অদুগা উতাই; তাকপীয়ু মপু। মখোংদা শাখা হৌজিক করম তৌরি শাইওন মীরেন লাংওনবদা পৌশানজগে হায়দনা ঙাইজরম্লিবনি। তো তো তো লোইশা তারোকো। উম শঙাংলেনবগী মনাক্তা হেক্তা নক্লা লৈরিবা শাথৌবা হায়বা অদো উম লেমলৈ ঙাকোকলেনগী মফমদা খোঙ্গুম্মক্কদৌরিবনি খোঙ্গুম্মক্কদৌরিবগী মবমদি মখোয় শা খুদিংমক লোয়নমক মালেমসিবু শেল্লিবা মপু নিংখ্রবনি। উচেকসু নিংখ্রবনি; লিলসু নিংখ্রবনি; তসসু নিংখ্রবনি; ঙাসু নিংখিবনি। শা মখোয়গীদমক্তা নিংঙরোই হায়দনা

শাশন্নরগা তৌশন্নরগা লৈখ্রবনি। লিলসু তৌশন্নদুনা লৈখিবনি। উচেকসু তৌশন্নদুনা লৈখিবনি। অদুগা জীব খুদিংমকসু তৌশিন্নদুনা লৈখিবনি। মখোয় অদো লোয়না ফারগা তাইবংদা য়াওহনবা শোইদনা য়ারগনি। তিলগা শাগদি য়ারোই শাথৌবা শাকোকলেনবনদি খংদবনি শঙাংলেনবনসু খংদবনি। অদুনা মখোয়গীসু হৌজিক পাইমনুংদা তোঙান তোঙান্না চৎনরক্লবনি। তাইবং ঐখোয়না মাই পাক্কদবগী মরমদি খরমখৈদি উবা ফংঙক্লবনি। অদুগনে য়াম্না চাওরবা য়াব্রা অমনা লাইজা ঈরোলনুংদা লৈরিবা ঙাকোকলেনবা অদুনা শাগী য়াব্রা কোলোয় অমা কন্না পাওদম্বা ওইরবনি। করি পাওদম্লিবনো? শলাই নিপান অদুগা শলাই মাপলগা য়ান্নদবগী মরম নহাক্লা শঙাংলেনবগী মনাক্তা লৈবা শাকোকলেনবদা পাওদমখিবনি। শায়োন মীরেন লাংওনবনা মফম অদুদা লানকোকলানশিংনবগী শেম শাবদুসু লোয়না পাওদমখ্রবনি। অদুগা হৌজিক লমলেন অসিদা শাথৌবনা ঙাকোকলেনবগী মফমদা খোঙুম্মক্কনি। খোঙুম্মক্লগা শলাই নিপানগী লানকোক ওইবা নিপানদুবু শাইওন মীরেন লাংওনবনা ফাদুনা থম্লিবদো লৌথোকন্নবগীদমক্তা মখোয় শা ময়াম অমগা শরৌশিন্নরগা শোইদনা লাক্লগনি। অদুগা অমুকসু মদুগী শা অমদি জীব ময়াম অদুনা শলাই নিপান অদুগী খোংলোয় লৈহৌরিবা অদুদা য়াব্রা থৌশিন্দুনা শলাই মাপল অদুগী লৈরিবা তাইবংশিংদুবু য়াইবি লৌন্নবগী মখোয়না অমদি তিল পুম্নমক্লা মতেং পীদুনা মখোয়গা লোয়নরগা শলাই মাপল অদো তুম্না হাৎননবগী ব্রা পৌশানবা ঙাকোকলেনবগা শাথৌলেনবগা শোইদনা লাক্কনি। মখোয় অনিদো ফাহৌদ্রবদি অব্রাবা ওইরগনি অব্রাবা লাক্লনি। ও অদুদি ফরে। অদুগা লৈপানপুংদি কমদৌরি? লৈপানপুংগী শাঙৌরেনবা ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা লৈরে। মাগী শা খুদিংমক ফ্রি ফ্রিং চোংদুনা লৈ। ইনৌরেম্বী তরাতরেৎ মপুবু ফজনা নিংলি। অদুগা মখোয়গী শারম লিল্লম পুম্নমক্কা শলাই মাপলগা য়াইবি চাইনবদি লেপ্পা লৈতনা চাইনরি। ও অদুদি কনানা ঙম্মী?

অঙন্বা হায়বদো লৈনদ্রে। তাইবংনা ঙন্মী হায়বসু য়াদে, শা, উচেকনা, জীব, লিলনা তিলনা ঙন্মী হায়বসু য়াদে মপু ফরে অদুদি নখোয় মীৎকপ নাহুম শিংনা ফজনা কোলোয় ঈরি তমগদবনিকো। তমজগেদো হে মপু। শাইখাং উতাই, শকখা ঐখোয় অহুম্মক মপুগী শিন্থা কাইদনা পাংথোকচগেদো মপু, পাঙ্গল পীনবিয়ু। অদুমকসু অব্রা হুইদোম লাংদবা ওইয়ু। কোলোয় হেক পৌশনবা লোয়রগা লোইশা অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু করম তৌগনি। উম ফরে অদুদি। মতাং অসিদা তাংকক অমা লোয়রে।

## “শাইওন মীরেন লাংওনবনা শাকোক, তিলকোক, লিলকোক জীব কোকলেন, ঙাকোকলেন, উচেক কোকলেন ফানবা তাংকক অমা হৌরে”

মখোয় নিপান অসে ফাবা ঙমদনবা ঐ তৌবগে হাযদনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী শক্তিসিনা মরোল-মরোল শৎ হেক্তা কুপশিনখ্রগা থিবা খংহনদ্রে। পুম্নমক শলাই খুদিংমকসে উদ্রে। ফবে অদুদি ঐখোয় ঙাকোকলেন অদুগী মফমদা চৎতবা য়াদে। ফবে অদুদি তারো শলাই খুদিংমক লৈরিবা নংগী-নংগী কোলোয় শিন্থা অদো কাংগদবনি। হৌজিক্তি শিন্থা কাংগদবসিগী মরমদি ঐখোয় খোংলোয় খবা চৎপা তারে। করম্বা খোংলোয় চৎপা তারে। উম হৌজিক চৎকদৌরিবসি লৈশাগী পুবা খোংলোয় অসিনি ঙাঙান্নবা, ঙাংশনবা নংনা লমলেন শাকোকলেন অসে অতোপ্পা অমগী অমুক পুহৌরো। নুংশেম্বা পুবগী শিন্থা কোলোয় তমগদবনি। অদুগা ঐখোয়না হৌজিক চৎকদৌরিবসিনা ঈরি শিন্থা কাংগদবনি। তুবান অমম্বগী শক্তিনি। অদুগা অঙানবগী শক্তি ওইবা লোইশাগা ঐখোয় অহুম অসে চৎলসি লাও। হৌজিক নখোয় অনিগা ঐগা চৎপা তারে। অদুগা শলাই অনিমক্লদি উপাই লৈগদবদি মানদে। অদুবু লাংখোং নংগী শলাই অদুগা চৎলসি হায়দুনা লাংখোংগী শলাই অসিগা লোইশাগী শলাই অসিগা তুবানগী শলাই অসিগা শলাই অহুম অসে চৎপা তারে। অদুনা নংগী-নংগী শেম শারো হায়দনা তুবান

শলাই শখাবা নংনা অমম্বগী লানকোক ওইনা পুরো। অদুগা লাংখোং নংগী শলাই শেম শাবা লোয়রবরা? লোয়রে। নংনা ঈশিং ঈনিল শাহুমদা পুরো। লোইশা শলাই নংনা অঙানবগী লমজিংগদৌরিবনি। তুবান পারি অসিনা লমজিংগদৌরিবনি। মফম অসিদা লৈহৌরিবা শলাইশিং অসিনা য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্কদবনিকো। নখোয় অশোয় অঙাম য়াওহনবা য়াবা নৎতে হায়রম্মগা শলাই অহুম অসে শৎ হেক্তা লাইজা ঈপাক ঈয়াই অদুদা জীরি জীরি জীরি...হেক্তা হোনজল্লকই। নখোয় নখুৎতা শমু মৈরা পাইবা য়াদে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা নুংশিৎকী মমাং থাবগুম অহুম অসে মমিৎ অসিনা উরুরুরু...হেক্তা শক্তি অসে লৈশিল্লগা জীরি জীরি জীরি জীরি...জরা জরা জরা...হেক্তা অঙকপগী মশক্তা হোনজল্লকই। জীরি জীরি জীরি...হেক্তা হোনজল্লকই হৌজিক লাইজা ঈপাক ঈয়াই য়ৌরক্লবনি। ঐ মখোয় শাকোক শাথৌবদুগা লেমলৈ ঙাকোকশিং অদুগা ব্বারি পৌশনগদবা মফম অদো কদাইদনো হায়বদো ঐ অমুক্তুং য়েংগে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মীৎলাং অদো শংত্রিক য়েংঙকপা মতমদা শাকোক শাহৌবসে পরপ-পরপ খোঙ্গুমলকই। ঙাকোকলেন কয়া অসিবু হেক্তা অঙকপগী মশক্তা ব্বারি পৌশন্নবগী মরোল-মরোল হেক্তা লাকপদু উবদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা লোইশা, তুবান, লাংখোং মখোয় লৈবা উরে। লোইপান লোইশং চীংলোই ঈরি তম্না থৌজিল্লু হায়দনা উঙাম অসে জীরি জীরি জীরি ব্বা ব্বা ব্বা ব্বা জোরো জোরো জোরো ব্বা ব্বা জোরো জোরো ব্বা ব্বা হেক্তা থৌজিল্লকপসিনা অঙকপনি। অমম্বগী মতম অদুদা থেংলবা অহিংগী মতম অসিদা জীবি জীরি জীরি হেক্তা থৌজল্লকপদুনা লোইপানগী ঈরি তম্বা লৈকোইপুংগী লাইজা ইকোইনা কোইরিবা অদুগী ঈপান অদুদা থুংঙিদো। মফম অসিদা উঙামসি থমলসি উশা ময়াম অমা থুদেকউ উঙামদু লোয়না য়োমশিল্লু। উ হৌবা মালহনসি হায়দনা চাওরবা উদো তাপ হেক্তা পাইরগা শৎ শৎ হেক্তা ফুক্তৎলি। অদুগা জোম জোম হেক্তা য়ুংশিল্লগা উ ময়াম অদুগী মরুম অদুদা তোংদুনা লোয়না লৈরে। শোমগী

নাকনসিদনা তুবান নংনা মফম অসিদা লৈরো অদুগা লোইশা লাকও নংনা শোমদা হোল্লকও হায়দনা জীরি জীরি জীরি ঈরোং নোংখাই মফম ঈপানসিদনা তুমিন্না লৈখরে। অদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবনা নং লৈরো হায়দনা লৈখরে। শাইওন মীরেন লাংওনবনা চাওরবা উজাও অসি জোপ জোপ হেক্তা ফুল্লগা শৎ শৎ হেক্তা চোপ-চোপ লাওনা হেক্তা য়ুংশল্লগা উঙাম অদো খুমজিল্লগা মফম অসিদা লুমদুনা লৈরো। লৈখরে অদুগা অমুক মখাদা লাক্লিবনা লাংখোং লাও। নহাক্লা ঐগা লৈসি ঐ তাককে হায়দনা পাক্লবা ঈপাক ময়াইগী লাইজা ঈপান অদুগী মপান লাক্কদবা অদুগী খরা লাপথোক্লগা মফম অসিদা লৈরো হায়দনা উঙাম অদো মফম অদুদা উপাল অদুদা উরি অদুনা পুল্লগা থম্মী। চাওরবা উজাও ময়ামসে শৎ শৎ হেক্তা ফুক্কাইরগা খোংলোয় খুদিংমক্কা চপ চপ হেক্তা য়ুংলগা উজাও অদুগী মরুম অদুদা য়ামখ্রবা খোংলোয় ময়াম অদুগা লোয়নদুনা লুমদুনা লৈরে। ঐনা লাইজা ঈপালপুং অসিদা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐ লুপখ্রগেকো। হোরেন ঐনা নংগী-নংগী উঙামসিদা দ্রীং দ্রীং দ্রীং হায়দনা হেক্তা হায়বগী খোনজেল অমা তারক্লগদি নোমলক্লগদি নংগী-নংগী খুৎশু থাংলেন পাইরগা শৎ-শৎ হেক্তা হায়জিল্লগা শিৎ নান্না য়াইবি লৌগদবনি হায়দনা লানকোক লানশিংবসি শেম শাদুনা লোয়দুনা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঈশিংদা জোম লাওনা চোংথরগা মনুংদা লেমলৈ ঙাকোকশিং অদো করম্বনা কোলোয় মপাও পীরিবনো হায়বদো থিদুনা লৈখরে। শাকোকলেনবা শাথৌবসিনা জোপ জোপ জোপ জীরি জীরি জীরি জোপ জোপ লাকই। করিগীনো শাকোকলেনবা শাথৌলেনবসিনা তন্না অমুক খোংলোয়বিরক্লিববু? উম শারম খুদিংমক নখোয়বু কদাইদা অশোই অঙাম য়াওব্রা, অব্রা হুদোই লাংবা য়াওব্রা য়েংঙুদো হায়দনা লাক্লিবনিনে। শঙাংলেনবনা ঐখোয়সে ওম্থোক্লা লুনা তৌবজাৎনিসে। ঐবু পোথাহনবনিনে। য়েংঙুচো হায়দনা লাক্লিবনিনে। ও নুংঙাই ব্রাংলেন অসিদদি ঐখোয়বু লুনা তৌবিবসে নুংঙাইদা উম উচেকশিং অসিসু অমুক হন্না য়েংবা লাক্লিবনি নুংঙাই। ঐখোয়সু মপুগী শিন্থা ফজনা

কাংঙি। লিল্লম খুদিংমকসু য়েংবা লাক্লিবনি মপুগী শিন্থা ফজনা কাংঙি। ঐখোয়সু উচেক খুদিংমকসিনা খংঙি। হন্দক শাথৌ শাকোকলেনবসিনা কন্না-কন্না লাক্লিবা মরমসে অমদি শোইদনা লৈরমগনি। উম লৈরমগনি ঐখোয়না খংঙুবা নৎত্রবনিনা করিদি উপাই লৈ মুরুম মুরুম শোন্দুনা অদুম লৈহৌই। লাই নিংগদবা নুমিৎতা লিল্লম খুদিংমকনসু শাথৌরেনবনা লাক্লিবা মরমসিদি মরম অমদি শোইদনা লৈরমগনিসে। উম ঐখোয়না খংদ্রবনিনা করি উপাই লৈ। তিল্লম খুদিংমক অসিনসু শাথৌবসিনা তন্না লাক্লিবসিবু করিগীনো ঐখোয়না পাংলিবা শিন্থা অসি মাগী পাইমনুংদা থাজদ্রবজাৎলা। শাথৌরেনবা শাকোকলেনবা মপু করিগীনো তন্না লাক্লিবদি। ঐখোয়গী শিন্থা অসি পাংঙি হায়বা থাজবিদ্রবকৈনো? এ নৎতে নৎতে লেমলৈ ঙাকোক অদো ঐ অমুক্তং উনগে তৌবনি। করিগী য়াব্রা কোলোয় ওইরবনো। শঙাংলেনবা শাথৌলেনবনা লেমলৈ ঙাকোক মশিং থিঙমদনা লাক্কদবনি হায়বদি করিগীনো? শঙাংলেনবনা অরাম খৌরাংঙে ঙাকোক চিন্দমনিংঙে হায়রকইনে। ও অদুগী ওইরবোই। উম লেমলৈ ঙাকোক্তুগী মফমদুদা পরপ পরপ লাকই। জীব ময়াম অসিনা মথং-মথং থেংনবদুদা করিগীনো শাথৌ শাকোকলেনবনা তন্না অমুক খোঙ্গুমবিরকপদি? এ লেমলৈ ঙাকোক অথৌবা অচৌবদো শঙাংলেনবা মপুনা পাইমা পীবুক খৌরাংঙে। পীবুক লামমে চিন্দমগে হায়দনা ঐ হেক্তা চৎলু হায়বদুদা ঐ হেক্তা লাক্লিবনিনে। নখোয় ময়ামদি মপু নিংদুনা লৈখরে হায়বদুদা কোলোয় অসি চিঙ্গোইরকপদুদা ঐনা ওইনা চৎলো হায়দুনা হেক্তা লাক্লবনে। ঐসু শিন্থা অসে ফজনা পাংথোক্লবনিনে। শাথৌবা মপুনা পাংথোকপা অদুমক পাংথোকচগে। ঐখোয় হায়দনা জীব ময়ামসে লৈহৌরে। ঙাকোকলেনবা ময়াম অমা শাথৌলেনবা শাথৌবা মপুবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। এ নখোয় ময়াম লৈরম্লব্রা। উম ঐখোয় চেকশন্না শিন্থা অসে পাংদবা য়াদবনি। হৌজিক শারোই খুদিংমক তিললোই খুদিংমক লোয়না য়াব্রা কোলোয় পৌশন্নখব্রা? পৌশানদ্রি। অদুদি শাইওন মীরেন লাংওনবা শোইদনমক্কী মফম অদ্দা লৈরে হায়বা নৎত্রা?

লৈরে। অদুদি ঐখোয় অনিসু পুন্না হেক্তা চৎলগা নংগী ঙাকোকময়াম অসিগা শারম ময়াম অসিদি পুবা ঙল্লরোই। নংগী ঙাকোক ময়াম অসিদা তিল্লম ময়াম অমা পুরসি। জীব খরগা পুরগা হেক্তা চৎলসিনে। উম অদুদি জীবসে কৌথোক্লগে। জীব নখোয় পুম্নমক অথৌ-অথৌবা ময়াম অমা লাও। করিগীনো? লাক্তা লাও। অদুগা তিল্লম তিলকোক অথৌ অথৌবা ময়াম অমা লাও। করিগীনো? লাক্তা লাও। লোয়না লাক্লে। করি তাকপীগদবনো শাথৌবা? হৌজিক তাইবংগী শলাই নিপান খংঙিদনা। উম। শলাই নিপান অদুদা ঐখোয় মখোয়গী শলাইশিং অসিবু শিন্থা কোলোয় পীন্নবা অৱা হুইদোই লাংবা য়াওবা পুম্নমক্তো কন্নাগীদমক্তা লেমলৈ ঙাকোকলেন অসিগা শাথৌবা ঐগা তিলকোক অমদি জীব কোকলেন নখোয় ময়াম অমগা খোঙ্গুমদবা য়াদবনি। উম খোঙ্গুমজগে। অদুদি মপু নিংবদি? লৈহৌরিবদুনা নিংহৌরদবনি। ও অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে ঐ কোলোয় অমুক্তং চিঙ্গোইজগে হায়দনা তিলকোকলেনবা খুদিংমক; তাকপীয়ু তিলমুবা ঐনা কোলোয় কাংঙক্লিবসে ঐখোয় তিলকোক মশিং থিঙমদ্রবা খরদি শাথৌবগা লোয়ননা তাইবংলেন্দা কুম্বা তারে। তাইবংগী অৱাবা শলাই নিপান অদুগী শিন্থাদো পীবা তারে হায়দনা কোলোয় কাংখরে। কাংবিয়ু কাংবিয়ু তিলকোকলেনবা। উম পাইমদি পীবুক্তি য়াম্না মুন্না খনবিয়ুকো নৎত্রবদি য়াইবি অমুক হল্লকলোই। করিগী অমুক হল্লক্তনি হায়গে। তাইবং মখোয়বু হাৎকদবা নৎতে। তাইবং মখোয় শিন্থা পীগদৌরিবনি মতেং পীগদৌরিবনিনে। হৱাওহনববু কনানা হাৎকদৌরিবনো? উম হোয়-হোয় অদুগা জীব কোকলেন খুদিংমকসু মপুগী শিন্থা কাংদুনা লৈহৌরো হায়দনা জীব অতৈনা খোংলোয় ঈরি তল্লসি হায়দনা ঙাকোকলেনবগা ৱারি হেক পৌশান্নবদুদা শাইওন মীরেন লাংওনবা অসিনা দ্রীং দ্রীং দ্রীং হেক য়াৱা কোলোয় পাও পীরকপদুদা লাংখোংবগী খোংলোয় খুদিংমক অসে শৎ হেক্তা চোংথোরক্লগা জীরি জীরি জীরি হেক্তা কোইশল্লকপনিমা। অদুদগীদি শখাবগী খোংলোয় উতাই তাইপুংবা শলাই অসিগী খোংলোয়সিনা শৎ

হেক্তা চোংথোরক্লগা জীরি জীরি হেক্তা কোইশল্লকপা মদুগী মতুং অদুদা লোইশা নুংখাই শলাইসিসু শৎ হেক্তা চোংথোরক জীরি জীরি জীরি হেক্তা কোইশল্লকপা-। ঙাইখো শাথৌবা শাকোকলেনবা ঙাকোকলেনবা। কোরৌ ৱাংলেনসিদি নখোয় য়াইবি চাইবা তারে। হি! করিগীনো নখোয়না মফম অসিদা লাক্লিবদি? তাও নখোয় কোলোয় অমফাওবা কাংবা য়ারোই তুমিন্না লৈগদবনি। নংগী লানলোই খুদিংমক ঐখোয়গা য়াইবি চাইরগনি কোলোয় হেক য়াৱা কাংবসিদা শাইওন মীরেন লাংওনবা শৎ হেক্তা চোংখৎলক্লগা শাথৌবগী শমু হকচাং অদুদা চাওরবা খোংজাও অদুনা কাওথরকপবু মালেম নৈশাথক্তা তাবনিদো। হেক্তা মথবাক অদুদা পোরোক-পোরোক হেক্তা নেৎখাইরকপসিনা শাথৌবসে শরু শয়াং পুম্নমক লোয়না পোরোক-পোরোক তেকপনিমা। ঙাকোকলেনবসে তাপ হেক্তা ফারগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা লুরেন ফৎ-ফৎ থদৎলকপনিমা। লাইজা ঈরোলনুংদা লৈরিবা ঙাকোকলেন খুদিংমক হেক্তা তুম্না য়াইবি লৌরকপনি। ঙাকোকলেন খুদিংমক তুম্না শিরেদো। ঈনা পুকঙাং ঙাংলেদো ঙাদগী থোরক্লিবা ঈ অসিনা তানজা অসিদা; শঙাংলেনবা শাথৌবসিনা করিনো ঐগী থম্মোয়নুংদা চোংলিবা মীহুনশিংনা লোয়না মরেং-মরেং চৎপগুম্না চোংঙক্লিবসিবো শাথৌবদুবু করি তৌবা য়াওবজাৎনো? হে নেমথৌ ঐগী মীহুন খুদিংমক করিগীনো চোংলিবা হায়দুনা লৈরেদো। শাকোক শাথৌবসে মখোঙ মখুৎতু উরিনা লোয়না পুনশিল্লে। অদুগা উঙাম মথক্তা হাপকৎলগা করক-করক লাকশল্লগা পুনশল্লে। চাওরবা তিলকোকলেন অদুসু শাইওন মীরেন লাংওনবসিনা দং লাওনা হেক্তা কাওরগা লুরেন অদুদা হেক্তা পোরোক-পোরোক নেৎখাইরগা ফারগা লোইশাবগী উঙাম অদুদা তাক হেক্তা পুনশিল্লি। অদুগা অমুক চাওরবা জীব অদুগী জীব কোকলেন অদো শাইওন মীরেন লাংওনবনা তাপ হেক্তা ফারগা শরু শয়াং পুম্নমক মখুৎ অদো পোদোক-পোদোক হেক্তা থুদেক্লগা শখাংগী উঙাম অদুদা শৎ হেক্তা উরিনা পুনশল্লি। উম নখোয় অহুম হৌজিক্তি পুনশল্লেদো শাইওন মীরেন

লাংওনবনা তুবানবগী উঙাম অদুদনা চাওরবা লিলকোকলেন মপু মাবু নিংলিবা অদো তাপ হেক্তা ফারগা মখুৎ অদুনা পোদোক-পোদোক হেক্তা নৈখাইরগা পুল্লগা থম্মে। উম মখা তাবসিদদি করম্বা অমুক লাক্লি। উচেকসে ফারসে হায়দনা শাইওন মীরেন লাংওনবনা তপ্না জীরি জীরি জীরি জীরি হেক্তা কাখৎলক্লগা চাওরবা উচেক অসে উশা অসে পোক লাওনা হেক্তা থুদেক্লগা চাওরবা শমু হকচাং অসিদা পোপ-পোপ হেক্তা থোন্নগা শোরো-শোরো হেক্তা চিংলগা পুরকই। তুবানবগী উঙাম অদুদা শৎ হেক্তা পুনশিল্লিদো। উম হৌজিক্তি নখোয় অহুমগী উঙাম অসিদা উচেককোকলেন অমা, লিলকোকলেন অমা, তিলকোকলেন অমা, অদুগা শাকোকলেন শাথৌবসিমগা অদুগা ঙাকোকলেন অচৌবসিমগা মঙা অসে হাপচল্লবনি হায়দনা উরিনা কন্না-কন্না খোংপাক অদুনা নেৎ-নেৎতুনা পুল্লি। শোমদনা লাক্লিবা তিল-কোকলেন অমদি জীব কোকলেন, ঙাকোকলেন ময়াম অদুগা মাগী খোংলোয়শিং অদুগা হেক্তা য়াইবি চাইনরকপসি হেক্তা শৎ শৎ শৎ হেক্তা য়াইবি চাইনরকপসিনা তাইবং খোংলাই অদো ফনা য়াম্না য়াইবি লৌহৌরেদো। অদুগা মখোয়সু অরোইবী থাদুনা য়াইবি চাইনরকপসিনা লোয়নমক মফম অদুদা লৈরিবা জীব তিলকোক অমদি জীব কোকলেন ঙাকোকলেন অমদি লিলকোকলেন অসিসু তুম্না শিরে। পাক্তকননা ঈনা পুকঙাং ঙাংদুনা অঙকপগী মশক ওইরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবনা-তুবান তাকপীয়ু। উঙাম ঈরি থাদোক্লো হোনতোরকও। লোইশা উঙাম ঈরি হোনতোরকও অদুগা লাংখোং উঙাম ঈরি হোনতোরক্লো। লাও চৎশিলাও হায়না ফৎ হেক্তা চোংখৎলগা জীরি জীরি জীরি জীরি হেক্তা হোল্লকই। অঙকপগী মশক্তা হোল্লকইদো। অঙকপগী মশক ওইনা জীরি জীরি জীরি জীরি হেক্তা হোল্লকপসিনা লাইজা ঈপান ঈপাক থৌরক্লেদো। ঈরি ঈপাক ময়াই য়ৌরকপদগী অমুক্তসু শাইওন মীরেন লাংওনবনা পীবুক ফৎতবা শঙাংলেনবনা মীৎলাং শাংখৈরক্লবদি শোইদনা উখিবা তারে হায়দনা মাগী শক্তিদো শৎ হেক্তা থৎচিল্লগা জীরি জীরি জীরি হেক্তা উঙাম

অসে হোনজল্লকইদো। জীরি জীরি জীরি জরা জরা জরা হেক্তা হোনজিল্লকপনা মখোয়গী লৈরিবা মফম অদুদা থুংলেদো লোইশা, তুবান, লাংখোং।

শাইওন মীরেন লাংওনবনা — লোইশা তুবান, লাংখোং লাও। মখোয় অসে শামুরেনবা শাকোকলেনবসে মখোঙ মখুৎ করক-করক পুনশল্লু হায়দনা উরিসিনা তক হেক্তা করক-করক-করক লাক্তুনা পুনশল্লি। অদুগা শৎ চিংখৎখরে। ঙাকোকলেন অদুসু উরিদুনা শৎ হেক্তা পুনলগা জরা জরা হেক্তা চিংখৎখরে। তিলকোকলেন অদুসু মখোঙ মখুৎতু কন্না উরিদুনা পুনশল্লগা চিংখৎখরে। জীব কোকলেন অদুসু উরি ময়াম অদুনা পুনশন্দুনা চিংখৎখরেদো। অদুগা উচেক কোকলেন অসিসু উরি অদুনা করক করক মখোঙ মখুৎ পুনশল্লগা করিগুম্বা অমৎতা লেংবা য়াবা নৎতে পুখৎখরেদো। অদুগা মথং অদুদা চাওরবা লিলকোকলেন অদুসু মাগী মশা পুম্নমক উরি অদুনা করক-করক লাক্তুনা পুনশল্লগা চিংখৎখরেদো। শাইওন মীরেন লাংওনবা মসিদি কদাইদা থমগনি। উম লাও খোংলোয় খুদিংমক লোয়না কাখৎলকউ হায়দনা উঙাম অদুদা শৎ শৎ হেক্তা কাখৎলগা জীরি জীরি হেক্তা হোল্লকই য়াম্না লাপ্না পোরক্লে। মখোয় অদো শোরো-শোরো চিংবোই থাংবোই করিবোই শুকনা মল্লবা উমং অদুগী মরক অদুদা পুশল্লগা শাইওন মীরেন লাংওনবনা মাগী খোংজাও অদুনা মালেম লৈশাদা দোঙ লাওনা অমুক্তং নেৎথরকপবু চাওরবা কোম অমা হেক্তা হনবনিমা। মদুদা লোয়না মখোয় অদো পুশন্দুনা থমখরে। অদুগা লৈশা অদো চাওরবা উজাও কয়ানা শর শর শৎ হেক্তা খল্লগা লৈবাক অদো মখুৎনা জোব জোর খোৎচল্লগা মনুং অদুদা থমখরে। ও মখোয় শ্বর হোনবা ঙম্নবগীদমক্তা উরা উতোং অহোবা অসে মসি মখুৎতুনা পোপ হেক্তা থেক্লগা মনুংদা থিংজিনলগা মদু য়ুংলগা নুংশিৎ চংননবা থম্মী। লোয়না মথক অদুদা নাপী ময়াম অমা থাজিন্দুনাক করিগুম্বা অমৎতা খংবা নৎতে। নুংলেন নুংপাক ময়াম অমা ননশিন্দুনা থমখরে। খংব্রা য়াব্রা কোলোয় পৌশান্নরিবা লেমলৈ ঙাকোক

করি থোকই। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী থৌনা নখোয় খংদব্রা? লিলকোকলেন করি থোকই; তিলকোকলেন করি থোকই; নশোং ফন্দুনা মালেম লৈকোইপুংদা থৌনা লৈনা নশোং ফন্দুনা লৈখোদনা। চাওরবা উচেক কোকলেন মালেম লৈকোইপুংদা ননিং তম্না শাগী মীনাই ওইদুনা লৈখোদনা। শাঙৌ শাথৌবা নংসু শঙাংলেনবগী ওইথংবা পান্বোমনি। নহাকসু ননিং তম্না নখৌ পোংনা পোংনা নোকখোদনা। করিগীনো তিলকোকলেন নখোয়সু ননিং তম্না নখৌ পোংনা নোকপদো নোকখোদনা। করিগীদমক্তনো ঙাকোকলেন নহাক্না। মালেমগী লাইজা ঈরোলনুং অদুদা করিগীদমক্তনো নংনা ননিং তম্না লৈজগদবদুবু তাইবং ঐখোয়বু য়াইবি লৌন্নবগীদমক্তা নংনা খোংলোয় ঈরি তমদুনা শাথৌবা শামুরেনবগা য়াৱা কোলোয় পৌশানদুনা শলাই নিপান অদুদা খোঙ্গুমগদবগী শিন্থা কোলোয় কাংঙল্লিবদু মদুগী মরান অদুনা নখোয় হৌজিক শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী খুৎতা তারেদো হা হা হা হা হা হা শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু। করিনো লাংখোং। মখোয় অসে হেক্তা য়াইবি লৌরগা চাথোক্লসিরা? উম ঙাইখো মখোয় চিন্দম্বা য়াদ্রি। ও অদুদি করম তৌগদবা ঐদি য়াম্না চানিংলবনিনে; তুবান। ঐসু চানিংলবনিনে। লোইশা। ঙাইখোদা। করিগীনোনে। শাইওন মীরেন লাংওনবা মপু তাবিয়ু। করি হায়নিংঙি। ফারক্লিবা মখোয় অদো য়াইবি লৌথোক্লগা ঐখোয় মচেৎ অমমমতা ওইরবসু চিন্দম্লসিদনা। ঐখোয়গী তাইবং খুদিংমক লোয়না য়াইবি মাংহনখিবনি য়াম্না পেন্দবা ওইরবনি। মখোয়বু লেম্না খক থাবদি ঙম্লোইদা মপু! ঙাইখোদা শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐনা শোইদনমক্কী কোলোয় অদো চিঙ্গোইরক্কনি! ঙাইখো হাৎখিগনু। করিগীনো নখোয়না অদুক তহা-তহারিববো। করিগীনো তহা-তহাগনু। মসিবু হেনবা মশিং নাইদনা মথং-মথং ফারকখিগনি। ফারকপা মতম অদুদদি ঐখোয়না ঈনিং তম্না চিন্দমগদবা। অদুগনে নখোয়না কাওরোইদবা অমনা ঐখোয়গী খুৎ চল্লগা ফারবদো অমুক ঐখোয়না ফারগা য়াইবি লৌগে হায়বা খনগদবা নৎতে। মখোয়দগী লানলোং লানকোক কয়া অমা ঐখোয়না মখোয়বু ফু-ফুদনা হংলগা

লম্বেল তাকহনগদবনি। লৈহৌরিবা ময়াম অদো লোয়না ফান্নবগী লম্বেল অদো মখোয় শোইদনা খংলমগদবনি। ফাননবগী লম্বেল অদো মখোয়দগী হংলগা অমুক মখা তানা লৈহৌরিবা জীব মখোয় অদো য়াইবি লৌনবা হোৎনগদবনি। অদুগীদমক্তনি ঐখোয়না ফারক্লিবসে। মখোয়দো হাৎতোককে হায়রবদি ঙশাইনা হাৎতোকপা য়ারে। মালেম লৈকোইপুংদা লৈরিবা মখোয়না লানকোক লানলোই শেল্লিবা মফম অদুদি শামু শাথৌবনা শোইদনা খংগদবনি। উচেক কোকলেনসিনা খংগদবনি। লিলগী লানলোংনা লিলনা খংগদবনি। উচেক্কী লানলোংনা উচেকনা খংগদবনি। শাগী লাল্লোংনা শাথৌবসিনা খংগদবনি। তিলগী লানলোংনা তিলকোকপসিনা খংঙদবনি। জীবগী লানলোংনা জীবগী মকোক অসিনা খংঙগদবনি। অদুগা ঙাগী লানলোংনা ঙাকোক অসিনা খংঙগদবনি। ঐখোয় হৌজিক করিসু ৱানিংঙাই লৈতে। মালেম লৈকোইপুং অসিদি তাইবং ঐখোয়না ঙম্লবনি হায়না খল্লোনে। হা হা হা হা হা শাইওন মীরেন লাংওনবা মখোয় ময়াম অদো হরাও হরাও নোক্তুনা লৈখরে। অদো ঐখোয় নোকপা য়াদে। তুমিন্না ঐখোয় লৈগদবনি। শাইওন মীরেন লাংওনবা ঐগী কোলোয় অসে নখোয় পাইমনুংদা চেৎনা থাগোল্লগা ৱাশক শরিগা লোয়ননা ঐখোয় য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্কদবনি। অকোয়বা পুম্নমক অসে লাইজা ঈরোলনুংদা ওইরগসু, লৈপান্দা ওইরগসু, উথক্তা ওইরগসু, নাপীদা ওইরগসু, নুংপাক্তা ওইরগসু, লৈশাদা ওইরগসু ঐখোয় মীৎকুপ অমা মীৎলাং হোংবা য়াদে। শংত্রিক য়েংদুনা কনা লাকপগে হায়বদো উরু উরু উরু উরু লৈদুনা ঐখোয় ঙাইগদবনি। উম হৌজিক্তি শলাই মাপলগী খোংলোয়সু লোয়না থুংবা লোযরেদো। অদুগা মখোয় শামু শাকোকলেনবসু ফারবনিনা ঐখোয় হৈরাং চিন্দম্বা হরাও মোমোন নোকপা য়াবগী মতম ওইরে। হা হা হা হা হা হা হায়দনা শোইদদি ফারবদুদা নুংঙাইনা নোক্লি। মতাং অসিদা

তাংক—




# ৱারোন খরদং

লাংওনবনা তাইবং শাইওনবা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা লাইরিক অসিগী খোংলোয় অসে তরামঙাশুবা শরুক ফোংজখরে। ফোংজখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না ফোংজরিবা লাইরিক অসি তরাতরুকশুবা শরুক্নি। পুথোকচগদবনা তরানিপান (১৮) শুবা শরুক ফাওবা পুথোকচগনি। ঙাইবিয়ু পাখংবা শাইওন লুপ্না অথুবা মতমদা মথং-মনাও নাইনা পুথোকচরগনি।

# লাইরিক ফংফম

১। লাইরেল্লাকপম লাংওনবা নিমাই মীতৈ
কংলা সিফাই অৱাং লৈকাই

২। চবুংবম ওংবী চাওবী লৈমা
তাইগর কেম্প

৩। ময়াংলম্বম ওংবী বিনোদিনি লৈমা
সেকমাই বজার

৪। ৱাংখেম ওংবী মেন্মী লৈমা
সভেন এম্মার

৫। নোংমাইথেম ওংবী মেন্মা লৈমা
নোংমৈবুং

৬। লাইশ্রম ওংবী চন্দ্রজিনি লৈমা
চীংঙা মখা শোরোক খাইবম লৈকাই

## ব্লারোন খরদং

লাংওনবনা তাইবং শাইওনবা শলাইরেন শিদবা হায়রিবা লাইরিক অসিগী খোংলোয় অসে তরামঙাশুবা শরুক ফোংজখরে। ফোংজখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না ফোংজরিবা লাইরিক অসি তরাতরুকশুবা শরুক্নি। পুথোকচগদবনা তরানিপান (১৮) শুবা শরুক ফাওবা পুথোকচগনি। ঙাইবিয়ু পাখংবা শাইওন লুপ্লা অথুবা মতমদা মথং-মনাও নাইনা পুথোকচরগনি।

## লাইরিক ফংফম

১। লাইরেল্লাকপম লাংওনবা নিমাই মীতৈ
কংলা সিফাই অৱাং লৈকাই

২। চবুংবম ওংবী চাওবী লৈমা
তাইগর কেম্প

৩। ময়াংলম্বম ওংবী বিনোদিনি লৈমা
সেকমাই বজার

৪। ৱাংখেম ওংবী মেম্মী লৈমা
সভেন এম্মার

৫। নোংমাইথেম ওংবী মেম্মা লৈমা
নোংমৈবুং

৬। লাইশ্রম ওংবী চন্দ্রজিনি লৈমা
চীংঙা মখা শোরোক খাইবম লৈকাই